# PROEM

This book named 'An Introduction to Kavya Principles' deals in the main principles of the Kavya ( Literature ). It is of two portions. The first 'Rasadhvani Koumudi' discusses elaborately the soul of the Kavya and its relevant topics in detail i.e. the Dhvani ( suggestive meaning of words ) and Rasa of the Kavya. Rasa or the Kavya-sentiment is the lasting impression of inexpressible and over-whelming joy of a spiritual type, produced in the minds of the readers, by the combination of the Excitants ( Vibhava ), Ensuants ( Anubhava ), and the Accessories ( Vyabhichari ) with the permanent mood ( Sthayi ). Excitants are of two kinds : (1) Alambana—the hero or the heroine ; (2) Uddipana—that which excites or enhances, such as the moon, vernal season, etc. Ensuant is the outward manifestation of the internal feeling ; such as—side glances, etc. The Accessories are impermanent moods which help the manifestation of the prevailing sentiment. These are thirtythree in number. Permanent moods are eight in number – Rati ( tenderness ), Hasa ( laughter ), Soka ( sorrow ), Krodha ( anger ), Utsaha ( enthusiasm ), Bhaya ( fear ), Jugupsa (Aversion) and Vismaya (wonder)—giving rise to the eight sentiments—the Erotic ( Sringara ), the Comic ( Hasya ), the Pathetic ( Karuna ), the Furious ( Raudra ), the Heroic ( Vira ), the Terrible ( Bhayanaka ), the Disgustful ( Loathsome – Bibhatsa ) and the Marvellous ( Adbhuta ), respectively. The Natya Sastra also recognizes

a ninth sentiment the Quietistic ( Santa ) with tranquility ( Sama ) as its permanent mood. These sentiments have been explained with illustrations.

The second 'The Kavya Tattva' discusses the body and different limbs of the Kavya : the definition and the nature of Kavya ( Sahitya ), its material, style ( Riti ) and property, etc.

This book depicts a clear picture of the important Kavya Tattvas in a nut-shell. All the Tattvas are based on the authoritative books—Kavya-Jijnasa, Kavya-Prakasa, Dhvanyaloka, Sahitya-Darpana, etc. This has been written in the hope that it may be a property of the Manipuri-Kavya-treasure.

The humble writer lays the card on the table so as to enable the sympathetic and learned reader or readers to drink the elixir of the contents of this book as the geese ( Hangsas ) do Kshiram ( gists ) in a mixture of water and milk.

The writer.

I have gone through "KAVYATATTVA PARICHAYA" ( An Introduction to Kavya Principles ) of Shri L. Iboyaima Singh, Shahitya Bhushan. This nice work specially on Rasa and Dhvani has filled in the long felt necessity in the store of Manipuri Literature.

**H. Kulabidhu Singh**
*Hd. Master*
*R D. S. High School*

I am grateful to Shri L. Iboyaima Singh for the opportunity he has given me to read his newly published book entitled 'Kavyatattva Parichaya' ( An Introduction to Kavya Principles ). My humble opinion is given in English as desired by him.

This work by Shri L. Iboyaima Singh will be a useful treatise and a good asset to the library of Manipuri literature. Rasa and Dhvani have been elucidated in such a rich language that every reader will follow it easily.

( **Shitaljit** )
*Hd. Master,*
*R. L. P. High School.*

# ভূমিকা

'কাব্যতত্ত্ব-পরিচয়' কাব্যগী আত্মা ধ্বনি অমসুং রস হায়বদি রসধ্বনি অদুগা কাব্যগী অঙ্গ অমসুং কায়াৎশিঙ্গী মরমদা ইব লাইরিক্কি। মসি খণ্ড অনি থোকই; অহান্ব 'রসধ্বনি কৌমুদী' অসিদা ধ্বনি অমসুং রসগী মরম্‌দা মচা খায়না অমসুং ময়েক্লানা খুদম্‌গা লোয়নননা ইরি। অনিশুব 'কাব্যতত্ত্ব' খণ্ডদা সাহিত্যগী সংজ্ঞা, স্বভাব, মচাক্‌, রীতি ( স্টাইল ), তাৎপর্য্য, সামগ্রী, বিশ্বসাহিত্য-নচিংবগী মরম্‌দা মচা খায়না ইরি। কাব্যতত্ত্ব পুম্নমক্‌ অসি কাব্যজিজ্ঞাসা, কাব্যপ্রকাশ, অলংকার-চন্দ্রিকা, ধ্বন্যালোক সাহিত্য-দর্পণ-নচিংব অফাওব লাইরিক্‌শিংদা তোংজুনা মণিপুরী কাব্যকোষগী সম্পত্তি অমা ওইনবা ইজবনি। মিনুংশিখংব সুধী পাঠকশিংনা হংসৈর্যথাক্ষীরমিবাম্বুমধ্যাৎ-গুম্না লাইরিক্‌ অসিগী বিষয়-সুধা ফাম্বিগনি।

শ্রীযুক্ত কুলবিধু সিংহ অমসুং শ্রীযুক্ত শীতলজীৎ সিংহ রাজকুমার অনিনা চাম্বিজুনা অভিমত পীবিরকপগীদমক্‌ সুধী অনিবু মথৈ লৈতনা ধন্যবাদ তৌজে অমসুং অনিগী লম্মন্‌ ঐনা তোল্লবনি।

গ্রন্থকার।

---



৩-৫-৬৭

শ্রীচৈতন্যসিংহ নাম লৌরেম্বম্বংশমণি।
জননী অরুণাবতী, জনক রিপুজিৎ॥
চন্দ্রাকাশ গ্রহ শশী খৃষ্টাব্দগী বসু।
খ্রা, মল তাং, কুজবার বসুধা তম্বাক্তা॥

# সূচী

# রসধ্বনি কৌমুদী

## ধ্বনিগী-ক্রমবিকাশ ( ইভোলুশন্ )

উপনিষদ-নচিংব ধর্মশাস্ত্রদা য়াওরি, বিধাতা ঈশ্বরনা মহাক্কী ইচ্ছাগী মতুংইন্না স্বর্গ, পৃথিবী অমম্-অঙান্, হুমিৎ-থা পুন্নমক্ শেম্বিরম্মী, অদুগা শেম্বিরবগী মতুংদা উবিরম্মে খুৎশেম্ অদু মহা চমৎকার ওইরে মহাক্না মীবু মহাক্কী মশক্কা চপ্-মান্ননা শেম্বি-রম্মী অদুগা মহাক্কী স্বর হোন্দোক্পা শউম্দা মীগী প্রাণ থম্বি-রম্মী। হায়বদি ঈশ্বরনা মী শেম্বগী রহস্য, মীনা সংসার শেম্ব রহস্যগী মমি; নত্রগা বিধাতাগী সৃষ্টিগী স্বভাব নত্তনা সৃষ্টিতত্ত্ব খংনবগী অতৈ করিগুম্ব খুৎলাই মীগী মথুক্তা লৈতে। বিধাতাগী মতৌগুম্না মীনা অন্তরাত্মাগী ইচ্ছানা চালাইদুনা সৃষ্টি তৌরিবা মদুগী অঙকপনা মা-মশামক্পু ঙক্হল্লি। মপান্গী সংসারগী স্বভাব অমসুং সৃষ্টিগী উপায় পুথোক্লবা হোৎনবদা মীগী বুদ্ধিগী পোথাবা লৈতে, মদুগুম্না মশাগী সৃষ্টিগী স্বভাব অমসুং উপায়গী জ্ঞান-দম্ব মাগী ইখৌরাংবগী সীমা লৈতে। মরম্দি খুৎশেম্ অদুসু মীগী বুদ্ধিগী মফম্দা মপান্গী সংসারগী মতৌগুম্নমক্ রহস্য ঙাক্তনি।

রামায়ণ-দা কাব্যগী মপোক্কী কাব্যগী ইতিহাস লৈ, মদুদা মীগী সৃষ্টিগী তত্ত্ব অসিমক্ কাব্য শেম্বগী মরম্দা হায়রি। ক্রৌঞ্চ

মতৈমনাও কায়নবগী থবাই রাবনা বাল্মীকিগী মচিন্দগী "মা নিষাদ প্রতিষ্ঠাং"-নচিংব রাহৈ মথন্ত হেক্ থোরকপা মতম্ দা—

তস্যেত্থংব্রুবতশ্চিন্তা বভূব হৃদি বীক্ষতঃ।
শোকার্ত্তেনাস্য শকুনেঃ কিমিদংব্যাহৃতংময়া ॥

"থংবি-উবিব মুনিগী থমোইদা চিন্তা থোরকল্মী, উচেক্কী অরাব-মৈচাক্না চারুহুনা এৈনা ঙাংথোক্খিবসি—করিনো!" মতম্ অদুদা মশাগী জ্ঞান্না মহাক্না মসিগী স্বভাব চিন্তা তৌরম্মী অদুগা শিষ্যদা হায়রম্মী—

পাদবদ্ধোঽক্ষর সমস্তন্ত্রীলয় সমন্বিতঃ।
শোকার্ত্তস্য প্রবৃত্তোমে শ্লোকোভবতু নান্যথা ॥

'বাক্য অসি অক্ষর (সিলেবল্) মান্নব, পাদ* ছন্দগী তন্ত্রী-লয়না শাবনি; এৈনা থবাই রাহুনা মসিবু ঙাংথোক্লম্মী, মসি শ্লোক কৌরসনু।'

রামায়ণ লেংব আদি কবিগী মচিন্না ফোংদোক্খিব অনীংবা অসি কাব্য রসথংব মীগী পুক্নিংগী সাধারণ অনীংবনি। মহাকবি-শিংগী প্রতিভান্না (জিনিয়স্) শেম্নিবা অঙকপ মনহুব শব্দমরেং অসি—করি পোৎনো। মসিগী মশক্ করিনো। মসিগী পাউ-খুদম্ দগী পোক্লকপ আলোচনা অদুবু এৈথোয়গী দেশগী পণ্ডিতশিংনা অলংকার শাস্ত্র কৌরম্মী। শাস্ত্র অদুগী অথোইব রাদি কাব্য জিজ্ঞাসা (ইন্ক্কারি ইস্ত কাব্য)। কাব্যগী কাব্যত্ব কদায়দা। করি গুণ না বাক্য অমসুং বাক্য ময়াম্ কাব্য ওই। আলংকারিকশিংগী লোন্দা কাব্যগী আত্মা করিনো ॥

---

* ১/৪ হায়বাদ মতং অমা।

কাব্যগী আত্মা যেসা ওইসম্নু, মাগী মশাদি বাক্যনি—অর্থ-য়াওব পদ পুল্লপ্নি। মরম্ অদুনা কাব্যগী দর্শনগী (ফিলোসোফি) দেহাত্মবাদী ( মেটিরিএলিষ্টস্ ) শিংনা হায়, বাক্য অদু হায়বদি শব্দ অমসুং অর্থ নত্তুনা কাব্যগী অতৈ অতোপ্প আত্মা লৈতে। বাক্যগী শব্দ—অর্থবু ফিজেৎ লৈতোম্বিবদা বাক্য কাব্য ওইরকই। ফিজেৎ-লৈতেং অসিবু অলংকার কৌই। শব্দবু অনুপ্রাস অলংকারনা লৈতেংবিরগা ফজহন্বা য়ায়; অর্থবু উপমা, রূপক, উৎপ্রেক্ষানচিংব অলংকার কয়ানা নিংথিজহন্বা য়ায়। অলংকার অসিগীদমক্ মীনা কাব্য পাম্নরিবনি কাব্যং গ্রাহ্যমলংকারাৎ। ( বামন মত অসিদগীত কাব্যভিজ্ঞাসা শাস্ত্রবু অলংকার শাস্ত্র কৌরে মী অয়াম্বনা মত অসি য়ানিংব্রবসু পুন্সিদা লোকায়ত মত ( মেটিরিএলিজম ) লৌই, দেহ নত্তুনা মীগী অতৈ থর লৈ, মসিগী কবিগুম্ব প্রমাণ মখোয়গী পুন্সি খোংচৎনা পীদে, মতৌ অদুম্না; মচিন্গী মতামত থাদুনা থমুঙ্গী রা লৌরবদি, মদু ওইর বদি উনগনি, কাব্যপাঠক অয়াম্বনা কাবা বিচারদা দেহাত্মবাদী অসিনি। মখোয়গী কাব্যগী মহাও-তংবদি শব্দ অমসুং অর্থগী অলংকারগী মহাও-মতংনি। অদুগা মরম্ অদুদগী রচনাদি অলংকার য়াওব বাক্য নত্তুনা অতৈ করিসু নত্তে হায়বা লেখক অয়াম্বনা পৃথিবীগী দেশ পুম্বদা কবি পদবী ফংলে।

অলংকার বাদীশিঙ্গী সমালোচনাদা অতৈ আলংকারীকশিংনা হায়বিরে, কাব্যদি অলংকার য়াওব বাক্য নত্তে মদুগী প্রমাণ, শব্দ-অর্থ অলংকার অনিমক্ য়াওবা অদুগা কাব্য নত্তবা বাক্য, মসিগী খুদম ময়াম্ পীবা য়াম্ব; অদুগা য়াম্না অকব কাব্যনি হায়না খাই-

পুন্ধনা য়াবিরবা, অলংকার করিমত্তা য়াওদবা, মসিগীসু খুদম্ লৈ। হায়বদি সমালোচকশিঙ্গী ন্যায়গী রাহৈদা কাব্যগী-সংজ্ঞা অদুদা অতিব্যাপ্তি ( য়াওদবদা য়াওই হায়বা ) অমসুং অব্যাপ্তি অয়াওবদা য়াওদে হায়বা ) দোষ অনিসি লৈ। মদুদি 'সাহিত্য দর্পণ' গী টীকাকার অমনা খুদম্ পীবিরম্মী—

তরঙ্গনিকরোন্নীত তরুণীগণসংকুলা।

সরিদ্বহতি কল্লোলবৃংহব্যাহত তীরভূঃ।

'ঈথক্ মপৈনা তাউহন্না তনৌবীশিং পীক্থল্লবা তুরেন্ চেম্থরি ঈপোম্মপৈনা লৈরাই ফজিন্দুনা।' বাক্য অসিগী শব্দ অমসুং অর্থদা অনুপ্রাস অমসুং রূপক অলংকার য়াওরি, অদুবু মসিবু ক্ষনানসু কাব্য হায়রোই। অলংকার য়াওদবা বাক্য অমদি অথোইব কাব্যদি ওইবা, মসিগী খুদম্দা সাহিত্য দর্পণকারনা কুমারসম্ভবগী অকাল বসন্ত বর্ণনাদগী পীবিরম্মী --

মধু দ্বিরেফঃ কুসুমৈকপাত্রে
পপৌ প্রিয়াং স্বামনুবর্ত্তমানঃ।
শৃঙ্গেণ চ স্পর্শনিমীলিতাক্ষীং
মৃগীমকণ্ডূয়ত কৃষ্ণসারঃ ॥

'থোইমুনা পাইদুনা লৈগী পাত্রদা অপাম্ অপাম্ব লৈগী লৈহী চুপ্লি ; শজীলাবগী মচীনা হাক্তজবা হোৎপদা শজী অমোম্না মমিৎ উইশিল্লি।' মসিগী মফম্ খরদা অনুপ্রাসগী মনম্ হাইফেৎ য়াওবদু মথক্কী 'তরঙ্গনিকরোন্নীত'-গী মনাক্তা লেপ্পা ঙমদে, অদুগা মসিগী অর্থ অলংকার শূক্য়াও য়াওদবনি বন্দা মতম্ চাদনা বসন্ত থোংদাবদা শা-উচেক্‌শিঙ্গী অনুরাগগী ( অপাম্-তুংশিগী ) লীলা

অদুত কালিদাসনা মরোম্না কোংলোক্লম্মী। অদুবু কবিগুন্ব অলংকারনা লৈতেংলম্দে। অদুনদি ওইরবদা মনমুবদা পাঠকী মন লূট তৌদুনা লৌরম্মী মসিদগী 'স্বভাবোক্তি' অলংকার য়াওরি হায়না আলংকারিকশিংনা হায়রিগনি। প্রতিপক্ষনা খুম্মিগনি,—মিং অদুমক্না প্রমাণনি—অলংকার য়াওব্রবস্তু কাব্য ওই। মরমদি থবক্ অমত্তুং মশকী খুৎশেম্ চংদব বর্ণনাত্মক কাব্যনি হায়বা মতাংদা শূন্না মত পীবা নত্তনা বর্ণনা অদুত্তবু অমুক অলংকারনি হায়বা য়াদে।

অতৈ আলংকারিক দল অমনা হায়, অলংকার য়াওব বাক্যস্তু কাব্য ওইবা য়ায়, মসিগী মরমদি, কাব্যগী আত্মাদি 'রীতি নি। রীতিরাত্মা কাব্যস্য। ( বামন ) 'রীতি'দি পদরচনাগী অথোইব ভঙ্গিনি বিশিষ্টা পদরচনা রীতি। বামন হায়বদি কাব্যগী আত্মাদি 'স্টাইল'নি। স্টাইলগী গুণতনা বাক্য অমদি বাক্যময়াম্ কাব্য ওই, অদুগা মা য়াওব্রবদি হায়গদব বিষয়গা চপ্ চানরবস্তু অতৈ বাক্য কাব্য ওইদে। য়াবা তারে, পৃথিবীগী কবি অয়াম্বগী কাব্য গুণ অসিতনা মীবু মুঙাইকনি। ভারতচন্দ্রগী প্রধান এত্রেক্অন্দি মহাক্কী স্টাইলনি। ইউরোপকী আধুনিক লেখক অয়াম্ব স্টাইল অসিগী গুণনা অমদি অনোবনা আর্টিস্ট অমদি কবি মিং ফংবিরে। হকচাংদা অলংকার শিরগনা মীবু ফজনা উহন্দে, মাগী মূর্ত্তি ফিভম্ চাত্রবদি। স্টাইলদি কাব্যগী মূর্ত্তি ফিভম অদুনি।

রীতিবাদগী দোষ উত্তুনা অতৈ আলংকারিকশিংনা হায়, মূর্ত্তি ফিভম্ চাবদা লৈতেংবিরগা ফজবা হেক্তা থোরক্কে, হকচাংদস্তু কাব্যদস্তু।

প্রতীয়মানং পুনরন্যদেব
বস্তুস্তি বাণীষু মহাকবীনাম্।
যত্তৎ প্রসিদ্ধাবয়বাতিরিক্তং
বিভাতি লাবণ্যমিবাঙ্গনাসু। ( ধ্বন্যালোক

'নূপীগী মশাগী লাবণ্য (প্রেম-রাশি) মূর্ত্তি ফিভম্‌দগী অহেম্ব অতৈ পোৎনি, মদুগুম্না মহাকবিশিঙ্গী বাণীদা অসিগুম্ব পোৎ য়াওরি, মদু শব্দ, অর্থ, রচনা ভঙ্গী পুম্নমক্ অসিদগী অহেম্ব অ'তম্ব খরনি।' অহেম্ব পোৎ অসিমক্ কাব্যগী আত্মানি।

'পোৎ' অসি করিনো? বস্তুবাদী (রিএলিষ্ট) আলংকারিকশিংনা খুম্মি, পোৎ অসিদি কাব্যগী বাচ্য অমদি বক্তব্য (এক্সপ্রেসিবল) নি। 'তরঙ্গনিকরোন্নীতি"-নচিংব কাব্য নত্তে মসিগী মরম্‌দি, মাগী বাচ্য করিমতা নত্তে, মাগী বক্তব্য বিষয় করিসু লৈতবনি। অতৈ বাক্যগী মতৌগুম্না কাব্যনসু পদ ময়াম্না, শব্দগা শব্দগা সাজাইদুনা করিগুম্ব বিষয় অমদি ভাব ফোংদোক্ই। বিষয় অমদি ভাব অদুগী স্পেসিএলিটিগী মথক্তা কাব্যগী কাব্যত্ব নল্লি। পোৎপুম্ব নত্রগা ভাবপুম্ব কাব্যগী বিষয় নত্তে। অথোই অথোইব মখল্‌গী পোৎ অমসুং অথোই অথোইব মওঙ্গী ভাব ফোংদোক্লবতদা বাক্য কাব্য ওই। মদুদি; ভাব অমদি পোৎকী পুক্লিং-মহূ, চমৎকারমতৌ অমদি ইনৌ নৌবনা বাক্যবু কাব্য ওইহল্লি মহৌশানা মনঃ হূব পোৎ ময়াম্ লৈ — থা, চন্দন, কোকিলগী মখোন্, খোইমু ঙংবা-নচিংবা ভাব ময়াম্ — মদুদি প্রেম, খৌজাল্, পুক্‌চেল্ চাউবা নচিংবা — মখোয় অসিনা মনংবু ইকাই লায়না চিংশিল্লি। কবিশিংনা অথোইব ভাব অমসুং

পোৎ পুন্নমক্ অসিগু কাব্যদা ফোংদোক্ই ; অমসুং মখোয়গী অথোইব পদরচনা ভঙ্গি ( স্টাইল ), শব্দ অমসুং অর্থদা মতিক্ চাব অলংকার তিন্নবা, মখোয়গী বাচ্য, ভাব অমসুং পোৎপু থোইনা হেন্না কক্তহল্লি। ভাব, পোৎ, রীতি অমসুং অলংকার মখোয় অসিগী চপ্ চানবমপৈনা কাব্য শেম্লিবনি। পুন্নমক্ অসিদগী হেন্দোক্প কাব্যগী আত্মা কৌবা অতৈ অতোপ্প ধর্ম লৈতে।

বস্তুবাদীশিঙ্গীমত য়ানিংদব আলংকারিকশিংনস্ু য়ারে, অয়াম্ব কবিগী কাব্য ভাব, বস্তু, রীতি অমসুং অলংকারগী গুণতনা কাব্য ওইরিবনি। করি হায়রিবদি মহাকবিশিঙ্গী কাব্যপ্রবন্ধদসু অয়াম্ব শরুক্তা মসি নত্তনা অতৈ করিসু লৈতে। অদুন্নদি ওইরগা মখোয়গী ভাব অমসুং বস্তুগী চমৎকারমতৌ হেন্না য়ায়, মখোয়গী রচনা অমসুং ফোংদোক্পগী ভঙ্গি অমুক্সু ওক্ই মখোয়গী অলংকার য়াম্না হেন্না চুশিল্লি অমসুং নিংথিজে। অদুব আলংকারিকশিং অসিনা মতাং অসিদা লেপ্পা ওন্মম্দে, মসিগী মরম্দি, মখোয়না উবিরম্বী, অথোইব কাব্যগী স্বভাবমক্তি বাচ্য হেন্দোক্লুনা চৎপনি। শব্দ-অর্থতনা খয় ফোংদোকপ বস্তু অদু কাব্যগী য়া মকোক্ নত্তে। মদু ওইরম্লবদি, শব্দার্থগী জ্ঞান লৈবতনা কাব্যগী মহাও তংলম্মি, তৌইগুম্বসুং মদুদি নত্তে।

শব্দার্থশাসনজ্ঞানমাত্রেণৈব ন বেদ্যত।

বেদ্যতে স হি কাব্যার্থতত্ত্বজ্ঞৈরেব কেবলম্। (ধ্বন্যালোক)

'কাব্যগী সার অর্থ শব্দার্থগী জ্ঞানতনা খংবা য়াদে, কাব্যার্থগী তত্ত্বখংবশিংতনা অর্থ অদু খংবা ঙম্মি।' কাব্যার্থ শুপ্পা বাচ্যগী মশক্ ওইরম্লবদি, বাচ্য-বাচকী স্বভাব খংবতনা কাব্যার্থগী জ্ঞান

ওইরদ্রি। অদুবু উনরি, বাচ্য-বাচকী লক্ষণ থবনবতা য়াম্না হোৎনব অদুগা কাব্যতত্ত্ব মরাও-তৎনিংদব মথোয়দি কাব্যার্থ থংদে; মদুদি ঐশেগী লক্ষণত থংবশিংনা সংগীতকী স্বর অমসুং শ্রুতি থংদে। হায়বদি অথোইব কাব্যনা মশাগী বাচ্যার্থদা লোইদনা বিষয় অতোপ্পগী ব্যঞ্জনা (সজেশন) তৌই। আলংকারিকশিংনা কাব্যগী বাচ্য য়াংমগী অতোপ্প ধর্ম ফোংদোক্পবু 'ধ্বনি' কৌরম্মি। কাব্যগী শব্দ অমসুং অর্থনা মথোয়গী শক্তিয়াংমগী ব্যঞ্জনানা ফোংদোক্পা অর্থ, মদুতবু পণ্ডিতশিংনা 'ধ্বনি' কৌরম্মি। ) (ধ্বন্যালোক ১/১৩) ব্যঞ্জনানা পুথোক্প অর্থগী অলংকারগী পরিভাষাদি (টেক্নিকেল্ টারম্) 'ব্যঙ্গ্য' অমদি 'ব্যঙ্গ্যার্থনি' (সেজেস্তেড মিনিং)। ধ্বনিবাদীশিংনা হায়, 'ধ্বনি' অমদি 'ব্যঙ্গ্য' অসি কাব্যগী আত্মানি, মাগী থাইদগী হেন্দ সার বস্তুনি।

অদুবু কাব্যগী 'ধ্বনি'দি কাব্যগী বাচ্যবাচকী অর্থ অমসুং শব্দগী নিংথিজবা হেল্হন্ব উপমা অমসুং অনুপ্রাস-নচিংব অলংকারশিংদগী ইতোপ্-তোপ্প পোৎনি। (ধ্বন্যালোক, বৃত্তি ১/১৩) মরম্দি, অথোইব কবিশিংনা অসুকী মতিক্ য়াম্না হৈশিংনা অলংকারশিংসি শিজীন্নৈ, হেক্ য়েংবদা থল্লি, অলংকার অদুনা কবিতাবু বাচ্যার্থ লাম্থোক্তনা ধ্বনিদা পুগ্রমাল্লে। অদুবু কাব্যরসিকশিংনা থংবি, অথোইব কাব্যগী আত্মা 'ধ্বনি' অদু মদুদা য়াওদে। মরম্দি, মফম্ অদুদসু বাচ্যতনা মকোক্নি; ধ্বনিগী ইঙ্গিত থম য়াওবদু বাচ্যার্থগী মতুংদা নপ্চবতনি। অদুনা অফব কাব্যগীদি 'ধ্বনি' না মকোক্নি। ধ্বন্যালোক্তা য়াওরি (১/১৪, ১৫, ১৬) 'ব্যঞ্জনা মকোক থংদনা বাচ্যার্থ মতুংইন্না, মদুদি সমাসোক্তি

অলংকারদা, মফম্ অদুদা মাদি থাঙ্গৈশেংবা বাচ্যগী অলংকারনি, ধ্বনি নত্তে। ব্যঙ্গ্য মশেন্মবাংত লৈরবদি, অমদি বাচ্যার্থগী মতুং ইল্লবদি মাবু ধ্বনি কৌনদে; মরম্দি, ধ্বনিগী প্রাধান্য (সুপ্রিমেসি) মদুদা উনদে। শব্দ অমসুং অর্থনা ব্যঙ্গ্যদতা তুংফম্ ওইরবদি, মদুমক্তি ধ্বনিগী বিষয, মরম্ অদুনা সংকর অলংকার অদুগা ধ্বনি অমমন্নি।'

সমাসোক্তি অমসু সংকর অলংকারদা য়াওব ব্যঞ্জনাদু কাব্যগী আত্মা 'ধ্বনি' নত্তে, বিচার অসিগী উদ্দেশ্যনা প্রমাণ অসি তৌই, বাকাদা যেসা ব্যঞ্জনা য়াওরগতা মদু কাব্য ওইদে। অদুবু অলংকারশিংসি শিজান্নবদা, মখোয়গী কৌশল অমসুং মাধুর্য্য (সুইট্‌নেস্) না মখোয়গী ব্যঞ্জনাবু 'ধ্বনি নি' হায়না ভ্রম পোক্হন্বা ঙম্মি। অদুনা মখোয়গী মবম্দা যাম্না চেকশিন্না দরকারনি। সমাসোক্তিগা ব্যঞ্জনা অদুদি পোৎ অমগী বর্ণনানা অতৈ পোৎকী ব্যঞ্জনা ওইবনি। সংকর অলংকারগী ব্যঞ্জনাদি অলংকার অমনা অতৈ অলংকারগী ব্যঞ্জনানি। মরম্ অদুনা শব্দ অর্থনা শূন্না পোৎ অমদি অলংকারগী ব্যঞ্জনা হায়, ব্যঞ্জনা অসিদি অফব কাব্যগী 'ধ্বনি' অমদি ব্যঞ্জনা নত্তে। কাব্যগী আত্মা ধ্বনিগী ব্যঞ্জনানা কাব্যগী বাচ্যার্থবু পোৎ অমসুং অলংকার থাংমদা অক্তোপ্পা লম্ অমদা য়ৌহল্লি।

থাম্নগী বস্তুবাদীশিংনা হাযবিরম্মী—কাব্যগী বাচ্যসু নত্তবা, গুণ-অলংকারসু নত্তবা অমদি 'ধ্বনি' হায়বা অঙকপ পোৎ অমনি হায়বা, মসি করিনো। পোৎ অদুদি কাব্যগী গুণ অমসুং অলংকারগী মনুংদা য়াওব কাব্যগী নিংথিজবা ওইবা য়ায় নত্রগা করিসু

নত্তবা প্রবাদ ( রিউমার ) অমনিদনা ; "মসি ওইবা য়ায়, শব্দ অমসুং অর্থগী সীমা লৈতব ভেরাইটিগী মতুংদা অফাওব আলং-করিকশিংনা বর্ণনা তৌবিখিদব অদুগুম্ব ভেরাইটি অমবু মী অমনা 'ধ্বনি' হায়রে অদুগা খুদক্তা মী-দল অমনা অরেম্বদা য়াম্না চান্নব রাখয়া মমিৎ পাংথোক্লুনা 'ধ্বনি' 'ধ্বনি' হায়দুনা জগোই শাবা মাল্লি। ( ধ্বন্যালোক বৃত্তি ১।১ )

বস্তুবাদীশিংনা হায়, কাব্যগী আত্মাদি মাগী বাচ্য নত্তে, 'ব্যঞ্জনা'নি, রাগাং নত্তে, 'ধ্বনি নি—ব্যঞ্জনা অসি করিগী ব্যঞ্জনা-নো, ধ্বনি অসি করিগী ধ্বনিনো ? ধ্বনিবাদীশিংনা খুম্মী,—'রস'গীনি। মখোয়না উৎলি, বাক্যনা শব্দ পোৎ অর্থদি অলং-কারগী ব্যঞ্জনা উৎলবদি, মদু কাব্য ওইদে। রসগী ব্যঞ্জনামক্তা বাক্যবু কাব্য ওইহল্লি। ক বাগী 'ধ্বনি দি রসগী ধ্বনিনি। রস অসিগা তিন্নরগা অখংব সাধারণ রাগৈ চনৌ নৌরক্লুনা কাব্য ওল্লকই। দৃষ্টপূর্বা অপি হ্যর্থা কাব্যে রসপরিগ্রহাৎ। সর্বে নবা ইবাভান্তি মধুমাস ইব দ্রুমাঃ॥ ধ্বন্যালোক ৪।৪ "হান্না থেংনপ্রব অর্থসু রসগা তিন্নবনা কাব্যস্থ ফংদুনা বসন্তগী অনৌব ময়োক্লোংব পাম্বীগী মশৌগুম্ব ইনৌ নোন' উৎলি।' হায়বদি কাব্যগী আত্মা 'ধ্বনি' হায়না হোবা মখোয় অদুনা কাব্যগী আত্মা 'রস' হায়না পোলোয় তাই।" 'বাক্যং রসাত্মকং কাব্যম্'। ( সাহিত্য দর্পণ ) 'রস'না আত্মা ওইবা বাক্য অদু কাব্যনি। কোহয়ং রসঃ। 'রস' অসি করিনো ? থাইনগী আলংকারিক-শিংগী রসবিচারগী পরিচয় মতুংদা থেংনবিগনি।

# ধ্বনি অমসুং রস

মথক্কী শব্দোকপ বর্ণনা অসিগী সংক্ষেপ ( সম্মাপ্তি ) মখাদা উচ্চরি। ধ্বনি অমসুং রসগী য়ুম্ফম্দা ভারতকী সাহিত্যগী স্পেসিএলিটি বিচার তৌবা পাম্বরকপসি খ্রীষ্টগী শতাব্দী মাপন্শুব-তরা-শুবদগী উনৈ। ভারতকী অলংকার শাস্ত্রদা মখোয়গী য়ুম্ফম্দা ধ্বনিবাদ অমসুং রসবাদ হায়বা অফাওব অভিমত অনিখক থোরক্লে। ধ্বনিবাদনা রসবাদ-দগী হাল্লি. মতুংদা শেমকপ রসবাদ অদুগী লিংখৎফম্গী খ্বাইদগী অথোইব উপায়দি ধ্বনিবাদনি হায়বা য়ায়। অভিমত অনিসি অস্থুক নক্লে অনিগী খেন্নবসু ইপৌ পৌনা হেক্ খংবা য়াদে। ধ্বনিবাদ অমসুং রসবাদগী য়াম্না নক্লমম্বনা অয়াম্বা মতম্দা রসবাদবু রসধ্বনিবাদসু হায়নৈ। ধ্বনিবাদ অমসুং রসবাদ শেম্দ্রিংঙৈগী মমাংদসু সাহিত্যগী স্পেসিএলিটি বিচারগী মত কয়া কয়া চৎনরম্মী। অভিমত অনিসি শেম্দ্রিংঙৈদা কনানা অলংকার, কনানা রীতি, অতৈ কনানা রসবু কাব্য অমদি সাহিত্যগী আত্মানি হায়না ব্যাখ্যা তৌননবা হোৎনরম্মী। আচার্য্য ভরতনা অমরোম্দা রসবু কাব্যগী রুটনি হায়বিরবসু মসিগা লোয়ননা মহাক্না কাব্যগী অলংকার, গুণ, রীতি-নচিংববুসু য়াবিদবা তৌরম্দে। আচার্য্য ভারতকী রসতত্ত্বগী খোঙ্গুন্ ইন্দুনা অয়াম্বনা স্পেসিএলিটি লেপ্পনবা হোৎনবিরম্মী। মতুগী মরক্তা বিশ্বনাথগী 'সাহিত্য দর্পণ'গী উক্তিতনি খ্বাইদগী হেন্না লুম্বা অমসুং খ্বাইনা য়ানবা। মহাক্না 'বাক্যং রসাত্মকং কাব্যম্' সূত্র অসি ঐখোয়গী মাংদা থিন্দুনা থম্বিরম্মে,

কাল কয়া চূপ্না সাহিত্য আলোচনাগী শন্ ওইনা মদুতবু লৌনরক্লি। ভামহনা মহাক্কী 'কাব্যালংকার'দা শব্দ অমসুং অর্থগী নিংথিজব মিলনবু কাব্য কৌদুনা হায়বিরম্মী—'শব্দার্থৌ সাহিতৌ কাব্যম্'। ভামহনা অলংকারবু পূন্নমক্কী মথক্তা তোংনবা হোৎনরম্মী। মহাক্কী মোত্তা রসসু অলংকার মথল্ অমনি। আচার্য্য দণ্ডীনসু কাব্যাদর্শদা কাব্যদা অলংকারগী মকোক্থংবা য়াবিরম্মী। আচার্য্য বামন-না কাব্যালংকার সূত্রদা অলংকারবু মপান্গী লৈতেংনি হায়রগা রীতিবু কাব্যগী আত্মানি হায়না শন্দোক্লম্মী, মহাক্না হায় 'রীতিরাত্মা কাব্যস্য' আচার্য্য কুন্তকনা 'বক্রোক্তি জীবিত' লাইরিক্তা বক্রোক্তিতবু কাব্যগী প্রাণনি হায়না শন্দোক্লম্মী। মমৈদা ধ্বনিবাদীশিংনা কাব্যগী আত্মা ধ্বনিনি—মত অসিগী ফাউণ্ডেশন্দা অলংকার, রীতি, বক্রোক্তিদগীসু অহেন্ন ধ্বনিবু কাব্যগী প্রাণনি হায়না হায়রম্মী। মখোয়না হায় ধ্বনিমক্ রসনি -- ধ্বনিমক্ কাব্যগী প্রাণনি।

**ধ্বনি ঃ—** ধ্বনিবাদগী অহান্ন আচার্য্য কনানো হায়বসি ভসি ফাওবা কনা অমত্তনা কন্না হায়বা ভম্দে 'ধ্বন্যালোক' তা ধ্বনিবাদগী মপুংফাব আলোচনা ঐখোয়না ফঙি. মদুগী বৃত্তিগী শরুক্ আচার্য্য আনন্দবর্দ্ধনগী রচনানি, অদুগা টীকাগী শরুক্ আচার্য্য অভিনব গুপ্তগী রচনানি। ধ্বনিবাদীশিংনা প্রচার তৌবিরম্মা 'কাব্যস্যাত্মা ধ্বনি'। মখোয়না রসবু য়াদবা তৌবিরম্দে। রস অমসুং ধ্বনিগী মরক্তা থোইদোক্পা করিগুম্বা খেন্নবসু উৎপিরম্দে। মখোয়না হায়বিরম্মা—রসমক্ ধ্বনিনি অমসুং রসধ্বনিমক্ অথোইবা ধ্বনিনি।

ধ্বনিগী মশক্ খঙ্গে হায়রবদি শব্দ অমসুং অর্থগী মরী অহাম্বদা ঐখোয়না খঙ্গদবনি। শব্দ অমসুং অর্থ অনিসি শেৎন-থানব-য়াদনা য়েচ্ছিন্নৈ। অমনা অতৈ অমসি য়াওদনা লৈবা ঙম্দে, শব্দ অমসুং অর্থগী নিংথিজব মিলয়া কাব্যদেহ শেম্লিবনি। শাস্ত্র-কারশিংনা শব্দগী শক্তি অনিবু মপুং ওইনা যাবিরম্মী মদুদি অভিধা শক্তি অমসুং লক্ষণা শক্তি।

অভিধা শক্তি শব্দগী মুখ্যার্থ ফোংদোক্পা শক্তি অদুবু অভিধা শক্তি কৌই। মতাং অসিদা শব্দগী মুখ্য অর্থ অদুবু বাচ্যার্থসু কৌনৈ। খুদম্দি 'শামু' হায়রগা শামু কৌব জীবতবু খংনৈ। মসিবু ঐখোয়না মুখ্যার্থ অমদি অভিধা শক্তিনা পুথোক্পা বাচ্যার্থ হায়নৈ; অদুগা শক্তি অসিবু বাচক কৌনৈ।

লক্ষণা শক্তি—শব্দগী মুখ্যার্থগী মহুত্তা গৌণ অর্থ (সেকেণ্ডরি মিনিং) ফোংদোক্পা শক্তি অদুবু লক্ষণা শক্তি কৌই। শক্তি অসিনা পুথোক্পা অর্থ অদুবু লক্ষ্যার্থ কৌনৈ। মদুদি—রিক্সা, বাজারদা চৎলসি। ঐনা মাইকেল্ পাবা লোইরে। খুদম্ অনি অসিদা - রিক্সা অমসুং মাইকেল্ শব্দ অনিসিনা মাগী মাগী মুখ্যার্থ হায়দনা গৌণ অর্থ অমদি লক্ষ্যার্থ রিক্সাৱালা অমসুং মাইকেল্গী লাঃরিক্পু খংনরি।

মথক্কী শক্তি অনিসি নত্তবা তাৎপর্য্য শক্তিগী ৱা কনা বনা-গুম্বনা উৎলি। মুখ্যার্থনা খংহন্ব শব্দ খুদিংমক্ পুন্থিল্লগা বাক্য অমগী অর্থ পুল্লপ্ মওং অতৈদা ফোংদোক্পা শক্তি অদুবু তাৎপর্য্য শক্তি অমসুং বাক্যগী অর্থ পুল্লপ্ অদুবু তাৎপর্য্যার্থ হায়নৈ। অদুবু

ধ্বনিবাদীশিংনা হায়বিরম্মী—শব্দগী মথক্তা হায়খ্রিব শক্তিশিংনা বাক্যনা রসরূপ হায়বদি কাব্যরূপ ফংদে। কাব্য লেম্বদা শক্তি অহুম্‌সিগী মপান্দা অহেন্ন শক্তি অমস্ত লৈরি। শক্তি অসিদি মিমুংশিখংব সামাজিক্কী থনুংদ প্রতীয়মান (কোগ্ন ইজেবল্) ওই। শব্দগী শক্তি অসিবু ব্যঞ্জনা শক্তি হায়নৈ।

ব্যঞ্জনা শক্তি—শব্দগী অভিধা অমসুং লক্ষণা শক্তিনা শব্দ অমগী আসল অর্থ পুথোক্‌পদ্‌ মাগী মাগী শক্তিগী রাংমদা লৈগ্রবদা শব্দ অদুগী অনৌব অর্থ অমা উৎপা (সজেস্ট) ওম্ব শক্তি অদুবু ব্যঞ্জনা শক্তি (সজেস্টার) কৌই। ব্যঞ্জনানা পুথোক্‌পা অর্থ অদুবু ব্যঙ্গ্যার্থ অমদি প্রতীয়মান অর্থ (ইম্‌প্লাইড্‌ সেন্স), শব্দনা ব্যঞ্জক (সজে-স্টার) কৌই। ব্যঞ্জনাগী লোয়নবনা লক্ষণা। ব্যঙ্গ্যার্থ অসি-তনি ধ্বনিবাদীশিঙ্গী অরোইব ব্রা।

ব্যঙ্গ্যার্থ করিনো?—

প্রতীয়মানং পুনরণ্যদেব
বস্ত্বস্তি বাণীষু মহাকবীনাম্‌।
যত্তৎ প্রসিদ্ধাবয়বাতিরিক্তং
বিভাতি লাবণ্যম্‌ ইবাঙ্গনাসু॥ (ধ্বন্যালোক)

'নুপীগী লাবণ্য (প্রেস-রাশি) মতৌগুম্ন মহাকবিশিঙ্গী বাণীদা প্রতীয়মান অর্থ কৌব পোৎ অমা য়াওরি, মদু মখোয়গী অঙ্গাওব মুক্তি মিভম্‌দগী তহেন্ন অতৈ খরনি।' হায়বদি শব্দ, অর্থ, রচনাভঙ্গি পুম্নমক্‌ অসিদগী অহেন্ন পোৎনি।

ব্যঞ্জনা শক্তিনা অভিধা অমসুং লক্ষণাগী অর্থদগী হেন্ন অনৌব অর্থ কোংদোক্‌ই। অর্থ অসিমক্‌ প্রতীয়মান অর্থনি।

প্রতীয়মান অর্থদি ব্যঙ্গ্যার্থতবু ধ্বনিবাদীশিংনা ধ্বনি কৌই। মখোয়গী মোত্তা—

যত্রার্থঃ শব্দো বা তমর্থম্ উপসর্জনীকৃত স্বার্থৌ।

ব্যঙ্গ্যঃ কাব্যবিশেষঃ স ধ্বনিরিতি সূরিভিঃ কথিতঃ॥ (ধ্বন্যালোক)

'কাব্যগী অর্থ অমদি শব্দনা মশাগী অর্থ থাদুনা প্রতীয়মান অর্থগী মশক্ কাব্যবিশেষ অদুবু পণ্ডিতশিংনা ধ্বনি কৌনৈ। ধ্বনিবাদীশিংনা ধ্বনি অসিতবু কাব্যগী আত্মা হায়—'কাব্যস্যাত্মা ধ্বনিঃ'।

আচার্য্য আনন্দবর্ধন্না প্রতীয়মান অর্থগী শিংথাব-য়াব খুদম্ পীবিরম্মী। মদু প্রাকৃতভাষাদা লৈ, মদুগী মণিপুরী অনুবাদ অসিনি। নায়িকা অমনা হায়—

হে ধর্মচেম্ব অথোইব, নং হৌজিক্ নপুক্লিংদা চিন্তা লৈতনা কোয়চচ্ছৎলো। মরম্দি হূই অদুবুদি গোদাবরী মপান্দা লৈবা কুঞ্জদা লৈবা নোংশা অমনা হাত্তোক্খ্রে। মসিদা কোয়চচ্ছৎপগী রাহৈনা বাচ্যার্থবু লাম্থোক্তুনা কোয়চচ্ছৎপা হৌনদে হায়বা প্রতীয়মান অর্থসিত তাক্ই লক্ষ্যার্থ অমসুং ব্যঙ্গ্যার্থগী মরক্তা খেন্নবা অমা লৈ, লক্ষ্যার্থ বাচ্যার্থদগী অহেন্বনিদি হায়ববু ব্যঙ্গ্যার্থ মুখ্যার্থ অমসুং লক্ষ্যার্থদগীসু অহেন্ব থরনি

ধ্বনিগী প্রমাণ ওইনা ধ্বনিবাদীশিংনা অভিধা অমসুং লক্ষণা শক্তিবু থাদোক্তুনা ব্যঞ্জনা শক্তিবু লৌবিরম্মী। ব্যঙ্গ্যার্থ কনাগীসু অধীন নত্তে। অলংকার গুণ, রীতি-নচিংবনা মসিগী অঙ্গনি।

ধ্বনিগী মখল —ধ্বনিবাদীশিংনা ধ্বনিবু মখল্ অনিথোক্লা খায়দোক্লম্মী। (১) অবিবক্ষিত বাচ্য (২) বিবক্ষিতান্যপর বাচ্য।

ধ্বনিগী মখল্




(১) বাক্যগী বাচ্যার্থ শূক্লো লৌবা য়াদবা, ব্যঙ্গ্যার্থনা অশেংব অর্থ ওইবা মদুবু অবিবক্ষিত ( ইম্প্লাইড্ ) বাচ্য হায়নৈ। অদুগা মদুদা লৈবা ধ্বনিবু অবিবক্ষিত বাচ্যধ্বনি অমদি লক্ষণমূল ধ্বনি হায়নৈ। মদুদি ঐগী থমোইদা লৈরে য়েক্তুনা নঙ্গী ছবি।— ছবি কদোনু দস্থ থমোইদা য়েক্তুনা থম্বা য়াদে। মসিদা বাচ্যার্থ হেন্দোক্তুনা অতৈ অর্থ অমা নংবু খক্ কাউররোই— হায়বা তাক্লি।

অবিবক্ষিত বাচ্যধ্বনিস্থু মখল্ অনিনি— অর্থান্তরসংক্রামিত বাচ্যধ্বনি অদুগা অত্যন্ত তিরস্কৃত বাচ্যধ্বনি।

(১ক) বাচ্যার্থনা মশাগী অর্থ তাক্তুনা অতৈ অর্থ তাক্লবদি

মদুবু অর্থান্তর-সংক্রামিত বাচ্যধ্বনি কৌই। মদুদি—'ঐনা হায়রিসিনি' মফম্ অদুদা চংপমক্ নঙ্গী অফবনি; মসিদা 'হায়রিসিনিগী' অর্থ 'ঐগী মোত্তা' অমদি 'ঐনা তাক্লি'।

( ১খ ) বাচ্যার্থনা মশাগী অর্থ পূম্থা থাদোক্নুনা পূম্ওন্ ওন্নবা অর্থ তাক্লবদি মদুদা অত্যন্ত তিরস্কৃত বাচ্যধ্বনি ওই। মদুদি—

(ক) 'মিত্তাংবনি ঐদি মনুংদা মপান্দা' ( রবীন্দ্রনাথ ) মসিদা মপান্‌গী মিৎ-মতাং খংবা য়ায়—অদুবু মনুঙ্গী মিৎ-মতাঙ্গী অর্থ 'নুংশিবনা বিচারশক্তি লৈতবা' খংনৈ।

(খ) 'কয়াদ ফজব মালা শিরেদো নঙক্তা,
হে প্রচেত!' ( মেঘনাদবধ কাব্য )

মসিদসু থাগৎছিন্নদুনা নিন্দাবগী খুদম্নি। রামচন্দ্রনা থোংনা সমুদ্রবু ফাজিল্লে। থোংবু 'ফজবমালা' হায়বদা থাগৎপদু ব্যঞ্জনানা ফাজিন্বা খংনবা নিন্দা উৎলে। 'ফজব'বু 'ফজদব' অর্থদা শিজীন্নরে। (গ ইবুঙ্গী সুকার্ত্তিমখৈ, খংদ্রা নংনা? বীরাঙ্গনা কাব্য মসি দুঃশীলানা জয়দ্রথদা হায়বা রাহৈনি। ইবুঙ্গী—দুর্য্যোধনগী 'সুকীর্ত্তি' হায়বসিনা কুকীর্ত্তিগী অর্থ উৎলি।

(২ বিবক্ষিতান্যপর বাচ্যধ্বনি—বক্তানা বাচ্যার্থ পান্নবসু অতৈ অর্থ অমা ফোংদোক্লবদি মদুদা বিবক্ষিতান্যপর বাচ্যধ্বনি ওই। রসধ্বনি বিবক্ষিতান্যপর বাচ্যগী মনুং চঙ্বনি। বিবক্ষিতান্যপর বাচ্যধ্বনিসু মখল অনিনি—সংলক্ষ্যক্রমধ্বনি অমসুং অসংলক্ষ্যক্রমধ্বনি।

(২ক) বাচ্যার্থনা ব্যঙ্গ্যার্থ খংননবগী মথং মথং খংনরবদি মদুদা সংলক্ষ্যক্রমধ্বনি ওই। মসিদা বাচ্যার্থদগী মথং মথং ধ্বনি থোরক্‌পগী অকোন্‌-অহান্‌গী সম্বন্ধসিদু য়েংবা য়ায়। আচার্য্য আনন্দবর্ধন্না সংলক্ষ্যক্রমধ্বনিগী চপ্‌চাব খুদম্‌ অমা পীবিরম্মী। মদুদি—

এবংবাদিনি দেবর্ষৌ পার্শ্বে পিতুরধোমুখী।
লীলা কমলপত্রাণি গণয়ামাস পার্বতী॥ (কুমারসম্ভব)

'দেবর্ষিনারদনা অসিগুম্ব ব্রা হায়বদা পিতাগী মনাক্তা ফম্লিবী মরুলুক্‌পী পার্বতীনা শান্নপোৎ থম্বাল্‌গী মকা মশিং থীবা হৌরম্মী।' মসিদা 'থম্বাল্‌ মকা মশিং থীবা' অসিনা পার্বতীগী ইকাইব ভাব খংনরি।

অরাপ্প নোংথক্তা মানা কনাবু থিরিবা,
ঘাট থাদুনা ঘট কদায়দা তাউগ্রবা,
অনৌব মালতিগী মকা অথোৎপশিংদু
মপুক্লিং চংদনা চাক্লি ময়ানা। রবীন্দ্রনাথ )

মসিদা বাচ্যার্থ শেঙি অদুবু ব্যঙ্গ্যার্থ—মপুক্লিং চংদবী মপুরোইব কায়নবীগী মপুক্লিঙ্গী ভাবনি। সংলক্ষ্যক্রমধ্বনিসু মখল্‌ অনিনি—বস্তুধ্বনি, অলংকারধ্বনি।

(২ক-১) বাচ্যার্থদগী ব্যঙ্গ্যার্থনা প্রধান ওইরবদি বস্তুধ্বনি ওই। 'ঘাট থাদুনা ঘট কদায়দা তাউগ্রবা'—বস্তুধ্বনিগী খুদম্নি।

প্রমীলাগী ওই-নত্তব নয়ন চোংলম্মী!
মশাবু কাউদুনা, হাকা খুদক্তা সতীনা
তৈথোক্লম্মী লাইবক্কী সিন্দুরগী বিন্দু। (মেঘনাদবধ কাব্য)

মসিদা প্রমীলাগী লুখ্রা ওইদোবা অমসুং মেঘনাদ হাৎপগী ইঙ্গিত অদু লৈয়ে।

(২ক-২)—হায়রগদৌরিব বস্তু অমসুং অলংকাররনা মশাবু গৌণ ওইহন্দুনা অতোপ্প অলংকারগী ব্যঞ্জনা ওইহল্লবদি মদুদা অলংকারধ্বনি ওই। মতুংদি—

... .... ... য়েঙো লাউ মুঙাইনা
রোহিণী নিন্দিবী নমৌ নচা, মাগী রুপ্না
চন্দ্রনা কালি কারিবা '... মেঘনাদবধ )

মসিদা ধ্বনিগী অলংকাররসি ব্যতিরেকনি। উপমেয়—নমৌ (প্রমীলা) অমসুং নচা (ইন্দ্রজিৎ)—অনিনা মথংশিৎনা উপমান -রোহিণী অমসুং চন্দ্রদগী হেল্লে।

মুক্তালংলব থবাক্তা চাইথরে নয়ন্না
হেন্না'মুক্ লংলব মুক্তা! ( মেঘনাদবধ )

মসিদা উপমেয় 'নয়নগীমুক্তা' (পিমরিক্) না হেল্লে উপমান -অশেংব মুক্তাদগী। মসিসু ব্যতিরেক অলংকারনি।

থম্বোমরুসু তম্জনবগী মশক্ ওইরব
নৌরব পাম্বোম্ অনি।... ( মাধবী )

মসিদা উরীরৈগী পাম্বোম্না ( উপমেয় ) থম্বৌদগী (উপমান) হেল্লে। মসিগী ধ্বনিগী অলংকাব ব্যতিরেকনি।

( ২ খ ) বাচ্যার্থদগী ব্যঙ্গার্থ ফোংদোরক্পগী মথং মনাও উবা ফংদবা, বাচ্যার্থ অমসুং ব্যঙ্গার্থ মতম্ চপ্মান্নবা থোরক্পগুম্ তোবা মতাংদা অসংলক্ষ্যক্রমধ্বনি ওই। মসিদা মথং মনাও

পুয়ৈ লৈতবা নত্তে। অদুবু লৈরিবদু অশূক্ কুপ্পা অমস্তুং থুনা থোরক্ই, মথং মনাও করিস্ত উবা ফংদে। অদুনা মসিবু অয়াম্ব মতম্দা অক্রমধ্বনিস্তু কৌনৈ। অসংলক্ষ্যক্রমধ্বনিমক্তি অথোইব ধ্বনিদি। মসিদা বাচ্যার্থ ফোংদোরক্পগা লোইন লোইননা হেক্ ব্যঙ্গ্যার্থ থোরক্ই। বিভাবগী রা হেক্ হায়বদা সঞ্চারীভাব থোরক্ই অমদি সঞ্চারীভাব হায়দোক্পগা ঈরোইননা স্থায়ীভাব হেক্তা খংনরক্ই। রসাত্মক কাব্য মথল্ পূম্নমক্পু অসংলক্ষ্যক্রম-ধ্বনিগী থুদম্ ওইনা লৌবা য়ায়।

অসংলক্ষ্যক্রমধ্বনিস্তু অনিনি—ভাবধ্বনি অমস্তুং রসধ্বনি।

( ২ খ-১ ) সঞ্চারীভাবনা মপুং ওইদুনা চমৎকার ওইবা মফম্দা **ভাবধ্বনি** ওই। মসিদা ব্যঙ্গ্যার্থদু সঞ্চারী অমদি ব্যভিচারী ভাবদগীত ফোংদোকই।

যুমগী মপান্দা পুংজাদা চামরক্
তপ্পা তপ্পা থোকই চণ্ডি।
মনঃ তং তাদে স্বর তোইনা হোল্লি
কদম্ব কানন্দা য়েঙি।

মসিদা স্থায়ী ভাব রতিনি, অদুবু 'খৌরাংবা' খোয়রাংবা-নচিংব ব্যভিচারী ভাব-তনা মদু ফোংদোক্লি।

(২খ-২) বাচ্যার্থদগী ডাইরেক্ত ব্যঙ্গ্যার্থ খংবা মতাংদা **রস-ধ্বনি** ওই। মসিদা ব্যঙ্গ্যার্থনা মথং-মনাও খংদনা রস ফোং-দোক্ই। ধ্বনিকারগী মোত্তা আনন্দথম্ব বর্ণনানা মহাও তংবা রাব মন্নুতবু রস কৌই। রস অসিমক, কাব্যগী প্রাণনি অমস্তুং

রস অসিমক্ ধ্বনিনি  বিভাব, অনুভাব, ব্যভিচারী হায়বদি সঞ্চারী রস তিন্নদুনা স্থায়ী ভাব খংহন্বা অদুতবু রস কৌবা য়ায়। আচার্য্য অভিনবগী মোত্তা—

ন হি তচ্ছূন্যং কাব্যং কিংচিদস্তি— ( ধ্বন্যালোক )

মদু ( রস ) য়াওদব কাব্য অমত্তা লৈতে। অদুগা কাব্য-স্যাত্মা ধ্বনিরিতি। কাব্যগী আত্মামক্ ধ্বনিনি। মদুদি –

রাধাগী করি থোক্লে থনুংদা অরাবা।
ফম্‌দুনা অচীক পদা  লৈজরিদো মথন্তা
তাদরে কনাগী মরা।
ধ্যান তৌই তত্তনা  য়েংখৎলি নোংথক্তা
লেংদরে মমিৎ নাহা
চাদরে থক্তরে  অঙাংব কি শেৎলে
যোগিনী মতৌগুম্না॥

কবিগী রচনাসিদা স্থায়ী 'রতি'—বিভাব, অনুভাব, ব্যভিচারী ভাবকা তিন্নদুনা ফোংদোক্লে মদু খংবদা রাদরে।

ধ্বনিবাদীশিংনা ধ্বনিবু মকোক্ ওইহল্লবস্থ রসবু থৌশাদবা তৌবিরম্‌দে। রস ধ্বনিবাদীশিংনা পাম্‌দবা নত্তে। ধ্বন্যালোক্তা হায়রি 'রসোদয়ো হি দ্বয়োরপি তয়ো জীবভূতাঃ' হায়বদি রস-নচিংব অনিমক্ অসিমক্কী ( নাট্য অমসুং কাব্য ) থরাইনি। মরম্ অদুমক্তা 'তেন রস এব বস্তুত আত্মা বস্তুলংকার ধ্বনিতু সর্বথা রসং প্রতি পর্য্যবস্যেতে।' হায়বদি মরম্ অদুনা রসমক্ আত্মানি, বস্তু অমসুং অলংকার ধ্বনি ওন্নমক্ রস ওইরক্ই।

## ধ্বনিবাদীশিঙ্গী সাহিত্য শ্রেণী

ধ্বনিবাদীশিংনা সাহিত্যবু মখল্ অহুম্ থোক্না খায়দোক্লগী। (১) ব্যঙ্গ্য (২) গুণীভূত ব্যঙ্গ্য (৩) চিত্র।

(১) ব্যঙ্গ্য রচনাগী স্পেসিএলিটিগী রা মথক্তা ঐখোয়না আলোচনা তৌখ্রে।

(২) প্রতীয়মান অর্থনা মকোক্ ওইদব রচনাদু গুণীভূত-ব্যঙ্গ্য রচনানি। বিষয়, অলংকার, রস—অহুম্ অসিগী মরক্তা প্রতীয়মান অর্থ গৌণ ওইনা লৈবা য়ায়। কবিগুম্ব রচনাদা প্রতীয়মান অর্থদি য়াওরগা গৌণ ওইরবদি মদু গুণীভুত ব্যঙ্গ্য ওইগনি। ধ্বনি গৌণ ওইব রচনা ময়াম্ লৈ, অদুম্বদি ওইরগা তুররিংব পাঠক্কী মপুক্লিং চিংশিন্না ঙম্মি। গুণীভূতব্যঙ্গ্যনা রূপক নচিংব অলংকারগী মপুং ফাবা শেম্মি'র। মদুদি—

কলঙ্ক লৈতনবা আশা তৌই থানা
খোঙ্গী খুজিন্দা লৈরে মশক তরা থোক্না॥

মসিদা বাচ্যার্থ অতিশয়োক্তি ওইরে, অদুবু ব্যঞ্জনানা ধ্বনি ওইরক্পা ঙম্দরে।

চিত্রবু ধ্বনিবাদীশিংনা কাব্যনি হায়না য়াবিরম্দে। ব্যঙ্গ্যার্থ ফোংদোক্লিংদব, হায় দব বিষয়গী ভেরাইটীদা তোংদুনা ফোং-দোক্প রচনা অদুমক্ চিত্রনি। ধ্বনিবাদীশিংনা চিত্রকাব্যগী বিরোধী ওইরম্দে। মরম্দি মখোয়গী মোত্তা রসশেন্নগী মাইকৈদা মনঃ চংদনা শুপ্না অলংকারগী অঙক্প খুৎশেম্ অমদি

নীতি বচন হাপ্‌চিন্নদা থন্নাই য়াওব কবিশিল্পী রচনা রসগী মশক্‌ কংলনা চিত্রগী মশক্‌ ফঙি। মদুদি -

পুন্সিগী মুঙাইব-মীনা অরাবগী অরা মচাক্‌
থংবা কদৌঙৈ কাউদুনা ?
লিন্না থক্‌ চীক্লিব মীনা অচীক্‌পগী হুগী মৈচাক্‌
থংবিগদগে করন্না ?

---

## রসগী ভূমিকা ( ইস্ট্রোডক্‌শন )

কাব্যগী তত্ত্ব বিচারদি কাব্যগী শরু-শয়াং পায়দুনা লেংওৎপনি। রস তত্ত্ব রস নত্তে, তত্ত্বনি। ধর্মপাম্বগীদা 'থিওলোজি' পোৎ অমনি, কাব্যরসিক শংদা কাব্যগী রসবিচারসু পোৎ অদুনি। অদুমক্‌পু বিচার অসিগী দায়লগী মীনা নাম্বোক্‌পা ওম্‌দে। মরু ওইনা বুদ্ধিগী বিষয় নত্তবা অদুবুসু বুদ্ধিগী কাদা পুশিন্নগা বুদ্ধিগী থুংসু-থুংলাইনা অমুক্তং ওল্‌-লাক্লুনা য়েংবদি, মীগী মপুক্লিংদা করিসু পেন্না লৈতে। মরম্‌ অসিনা ধর্মগা লোয়ননা 'থিয়োলোজি' লৈদোবনি, কাব্যগা লোয়ন-লোয়ননা অলংকার শাস্ত্র শেম্লকদবনি। শুপ্পা শাস্ত্র অদুগী লক্ষ্য অমসুং স্বভাবগী মরমদা শেবান্নবা ধারণা ( আইডিয়া ) লৈরবতদা বিশদনি।

কাব্যগী রসবিচারনা মীওন্দা কাব্যরসগী মহাও পীদে। মহাও অদুকি ররদী মীগী মনংনা থংব পোৎনি। আলংকারিক শিক্ষাদা রস অদুদি 'সহৃদয় হৃদয়সংবাদী' হায়বদি জিনুথশি

খংবগী থমোইদা পাউ পীবনি। তত্বগী লম্বীদা খর অমুক্ চংশিল্লগা আলংকারিকশিংনা হায়, কাব্য-রসগী মহাও-তংব মিনুংশি-খংব মীগী পুক্নিঙ্গী মপান্দা রসগী ইতোপ্ তোপ্প অস্তিত্ব ( এক্জিস্টেন্স ) লৈতে। হায়বদি মহাও-তংবা অদুতনি রস হায়ববু। রসগী 'মহাও-তংবা' হায়বা মতম্দা রস অমসুং মহাওগী মরক্তা কল্পনাগী ভেদ অমা লৌডুনা রা হায়বনি। 'রসঃ স্বাদ্যতে ইতি কাল্পনিকং ভেদমুররী কৃত্য কর্মকর্ত্তরি বা প্রয়োগঃ।' ( সাহিত্যদর্পণ ) ঐখোয়না অসুম্ ঙাংনবদা 'চাক্থোংলি' হায়বগুম্বনি, থোংবগী ফল অদুনি চাক্ হায়ববু। মতৌ অদুম্না, 'রসগী জ্ঞান অমদি অনুভূতি' ( পারশেপ্শন্ ) হায়নরবসু জ্ঞান অমদি অনুভূতি অদুমক্ রসনি—ওদনং পচতীতি বদ্ব্যবহারঃ প্রতীয়মান এব হি রসঃ। ( অভিনবগুপ্ত ) তূররীংব মীগী, হায়বদি কাব্য চর্চ্চাগী অভ্যাসনা মিংশেন্নুক্ মক্তব মনঃ কাব্যগী বর্ণন তৌদোরিব বিষয়দা তন্ময় ( এব্জরব্ড ) ওইরব অসিগুম্ব দরদী মীগী অফব কাব্যদগী থোরক্প পুক্নিঙ্গী পার্টিকুলার অনুভূতিবু 'রস' কৌই। অদুনদি কাব্যরসগী তূংফম্দি কাব্যসু নত্তে, কবিসু নত্তে—দরদী কাব্যপাঠকী মনঃ নি।

রসনা পুক্নিঙ্গী অবস্থা অমা ওইব মতম্দা স্বভাব ওইনা মাগী পরিচয়গী অহাম্ব রাদি মতৌকরম্না মনঃদা অবস্থা অসি থোরক্ই। মীগী জ্ঞান থোরক্পা এনালাইসিস্ তৌবদা কাণ্টনা উবিরম্মী, মদুদা পোচ্চং অনিনি—মানসিক ( মেণ্টেল্ ) অমসুং বাহ্যিক ( এক্সটার্নেল্ ) । মপান্গী মচাক্না ইন্দ্রিয়গী লম্বীদা মনঃদা চাঙ, অদুবু মদু জ্ঞান নত্তে। মনঃগী তত্ব কয়া মরুম্না বাহ্যিক

মচাক্ অদুদা থবক্ তৌরগা মদুবু পার্টিকুলার ফল অমস্তুং মওং হেক্ তাহন্নদা জ্ঞান থোরক্ই। তত্ত্ব পূম্নমক্ অসি পুক্লিংনা মপান্দগী ফংদে, মশাগী মন্নুংদগী পুথোক্লগা মপান্গী পোত্তা ছাপা থাই। নুংশাগী মৈশানা কোক্ শাই, জ্ঞান অসিগী বাহ্যিক মচাক্না নুংশা অমস্তুং হান্নগী অঁয়ুংব অমস্তুং মতুংদা অশাব কোক্— ইন্দ্রিয়গী লম্বীদা মন.দা য়োরক্ই ; অদুবু নু শা অমস্তুং অশাব কোক্কী মরীদি, হায়বদি মখোয়গী কার্য্যকারণগী (কোজ-ইফেক্টগী) মরীদি পুক্লিং মশাগী দান্নি। কার্য্য-কারণ তত্ত্ব শিজ্জিন্নরবতদা বাহ্যিক মচাক্ অদু জ্ঞান ওন্নরুই। অমদি ওন্ন তৈননা হায়বস্তু য়ায়, বাহ্যিক মচাক্ অদুমক্না মনঃগী মহৌশাগী কার্য্য-কারণ তত্ত্ববু পার্টিকুলার কার্য্য-কারণগী জ্ঞান ওন্থোক্ই। অমস্তুং জ্ঞানগী অর্থমক্ পার্টিকুলার জ্ঞান্নি। বাহ্যিক মচাক্ অমস্তুং মানসিকতত্ত্ব, অনি অসি হেক্ তিন্নবদা জ্ঞান থোরক্ই। মসিগী অনিগুবসি য়াওদনা অহান্বসি মিপ্তাংবনি, অদুগা অহান্বসি য়াওদনা অনিগুবসি শূন্না খোংতেক্পা ওইবা নত্তনা একদম্ শূন্য ওই।

আলংকারিকশিংনা রস এনালাইসিস্ তৌবদা মানসিক অমস্তুং বাহ্যিক মচাক্ অনি থেংনৈ। রসগী মানসিক মচাক্না মনঃগী 'ভাব' কৌব মনোবৃত্তি ( ইমোশন্ ) শিংনি। অদুগা মদুগী বাহ্যিক মচাক্না জ্ঞানগী বাহ্যিক মচাক্কী মতৌগুম্না, মপান্গী লৌকিক জগত্তগী লাক্লে, কবিগী খুৎশেম্ কাব্য জগত্তগী লাক্ই। আলংকারিকশিংনা হায়, কাব্যজগৎকী বাহ্যিক মচাক্ অসিগী থবক্না মনঃগী 'ভাব' মশক্ ওন্দুনা রস ওইহল্লি। অদুনদি মখোয়গী

মোত্তা রস হায়বা পোৎসি লৌকিক পোৎ নত্তে। মনঃগী রস ওন্থোরকপ ভাব' পুন্নমক্ অদুদি অশেংব লৌকিক্নি। খ্বাইগী য়ুম্বান্ কৈবান্গী জগত্তা মখোয় লৈরিবনি, অমসুং জগৎ অদুগা লোয়নননা মখোয়গী কারবারনি। অদুবু 'ভাব' ( ইমোশন ) অসি 'রস' নত্তে, অমসুং মীগী পুক্নিংদা 'ভাব' অসি য়াহৌহল্লা মদুসু কাব্য নত্তে। 'অৱাবা' মানসিক ভাব অমনি। মীগী জগৎকী মপান্গী মরম্না পুক্নিংদা 'অৱাবা' য়াকায়দুনা মীনা অৱাবা নঙি। অদুবু অৱাব-নংব মীগী মবুক্নিঙ্গী 'অৱাবা' অদু মঙোন্দদি 'রস' নত্তে। অদুগা অৱাবা অদুগী মরম্দুসু কাব্য নত্তে। কবিনা মাগী প্রতিভাগী ( জিনিয়স্ ) মায়ানা মীগী অৱাবা অসি অমসুং মাগী লৌকিক মরম্গী অলৌকিক ( সুপারহিউমেন্ ) চিত্র অমা কাব্যদা ময়েক্লানা য়েক্ই, মতম অদুদা পাঠকী মনঃদা রস থোরক্ই, মদুবু 'করুণ রস' কৌই। করুণ রস অসি অৱাবগী ইমোশন নত্তে। অৱাবদি মৈচাক্ পী, অদুবু কবিগী কাব্যনা পুক্নিংদা করুণ রস চংহল্লদু মিত্তা পি তাহল্লবসু মনঃবু থোক্খিদ্রিব আনন্দনা পীক্থন্হল্লি। বা অসি কাব্যগী মহাও থংবতনা খঙি। প্রমাণ তৌদুনা উৎপা লুই। মরম্দি –

> করুণাদাবপি রসে জায়তে যৎপরং সুখম্।
> স চেতসানুভবঃ প্রমাণং তত্র কেবলম্। সাহিত্যদর্পণ )

'করুণ-নচিংব রসনা মনঃদা অঙকপ নুঙাইবা পোক্হল্লি, মদুগী প্রমাণদদি মিশুংশিচেন্ন মীগী মশাগী মপুক্নিঙ্গী-অনুভূতি অদুতনি।' অদুবু বা অসিদু আলংকারিকশিংনা নিংশিংহল্লম্মী, করুণ রস

অরাবগী মরম্ ওইরম্রবদি রামায়ণ-নচিংব করুণ-রসগী কাব্যগী মাইকৈদা কনাস্থ চৎলম্মোই।

তৌইগুম্বস্নুং করুণ-রসগী আনন্দনা কাব্যরসিক মীবু ইতত্তনা মদোম্দা চিংশিল্লি। Our sweetest songs are those that tell of saddest thought. আলংকারিকশিংনা হায়বিগনি, অচুম্ব রানি। অদুবু কাউগনু, tell of saddest thought. মনঃদা directly sad thought পুরক্পা অচুম্ব থৌথোক্ অদুদি sweet স্থু নত্তে, song স্থু নত্তে। কবিনা কাব্যদা saddest thought কী রা হায়বা মতম্দা মদু sweetest song ওই।'

ভাব অমস্নুং রসগী, বস্তু জগৎ ( মেটিরিয়েল রারল্ড্ ) অমসুং কাব্য জগৎকী ভেদ অসিবু ময়েক্ শেংনা হায়বি রস অমস্নুং কাব্যগী জগৎ অলৌকিক মায়াগী জগৎনি। "চৎনরিবা জগৎকী অরাবা, মুঙাইবা নচিংবগী অয়াম্ব লোক্কী মরম্না মীগী মপুক্রিংদা অরাবা, মুঙাইবা-নচিংবা লৌকিক ভাব পোক্হল্লি। মসিগী থরনা মুঙাইবগী, থরনা অরাবগী। অদুবু লৌকিক ভাব অমস্নুং মখোয়গী লৌকিক মরম্ পুম্নমক্ অদুনা কাব্য জগত্তা অঙকপ মশক্ অমা ফংলগা পাঠক্কী মনঃদা লৌকিক ভাব পুম্নমক্ অদুগী বৃত্তি অমদি বাসনা ( ফেকল্টি অমদি দিজায়ার ) অরৈবশিঙ্গী অঙক্প পোৎ অমা— 'রস' ওল্লক্ই। রসগী মানসিক মচাক্ 'ভাব' অদু অরাবা ওইরবস্নু মাগী রিজল্ট রস অদুদি নিত্য ( কোন্স্টেন্ট ) আনন্দগী মরম্নি। মরম্দি, থ্বাইগী অরাবগী অলৌকিক রিজল্ট আনন্দ চাক্ত ওইবা কবিস্নু অঙক্পা নত্তে।

হেতুত্বং শোকহর্ষাদের্গতেভ্যো লোক সংশ্রয়াৎ।
শোকহর্ষাদয়ো লোকে জায়ন্তাং নাম লৌকিকাঃ॥
অলৌকিক বিভাবত্বং প্রাপ্তেভ্যঃ কাব্য সংশ্রয়াৎ।
সুখংসঞ্জায়তে তেভ্যঃ সর্বেভ্যোহপীতি কা ক্ষতিঃ॥
(সাহিত্যদর্পণ)

'মীগা তিন্নবদগী অরা-মুঙাইবগী মরম্না লোক্তা অরা-মুঙাইবা পোক্লকপা অদু লৌকিক কোরে। মখোয় অদুনা কাব্যগা তিন্নবদগী অলৌকিক বিভাব ফংদুনা আনন্দ পোকহল্লে, মদুদা করি ক্ষতি নো।'

(২)

কবিনা কাব্যগী মায়াজগৎ শেম্মি, মদুগী কৌশল (দিভাইস্) অদু করিনো? প্রশ্ন অসিগী অচুম্ব উত্তরদি লেপ্পমক ওইথোক্তবনি। প্রশ্ন অসিদি নিখিল কবি প্রতিভাগী মখাক লৈতব পরিচয় দাবি তৌবনি। অদুবু কবি খুদিঙ্গী কাব্য খুদিঙ্গী খুৎশেম্গী কৌশল অতৈ কাব্য পুম্নমক্তগী খর খর তোপ্পি। মরম্দি, কাব্য খুদিঙ্গী বিশেষ খুৎশেম্ অমমম্নি। কোলদা শাবা পোং নত্তে। মরম্ অদুনা কাব্যতত্ত্বনা পীবা ওন্বা কৌশলগী পরিচয় অদুনা কাব্য সাধারণগী কাব্য কৌশলগী শরু-শয়াংতগী পরিচয়নি। থবক অসিদি ওইবা য়ায়; মরম্দি দেহগী মশক খেন্নরবসু, শরুগী মশক্তি অম্মা ওইবগুম্ তৌই।

আলংকরিকশিংনা হায়, কাব্য শেম্বগী কৌশলদি মখল অহুম্নি। বিভাব, অনুভাব অমসুং সঞ্চারী।

বিভাব—রত্যাদ্যুদ্বোধিকা লোকে
বিভাবাঃ কাব্যনাট্যয়োঃ ॥ ( সাহিত্যদর্পণ )

'লৌকিক জগৎতা রতি-নচিংব ভাব ফোংদোক্লিবা মতুবু কাব্য অমসুং নাটক্তা 'বিভাব' কৌই।'

যে হি লোকে রামাদিগত রতি-হাসাদীনা মুদ্বোধকারণানি সীতাদয়স্ত এব কাব্যে নাট্যে চ নিবেশিতাঃ সন্তো বিভাব্যন্তে আস্বাদাঙ্কুর প্রাদুর্ভাব যোগ্যাঃ ক্রিয়ন্তে সামাজিক রত্যাদি-ভাবাঃ এভিঃ ইতি বিভাবা উচ্যন্তে। ( সাহিত্যদর্পণ )

'লৌকিক জগত্তা সীতা অমসুং মহাক্কী মশক্ গুণ. শাজৎনা রামগী পুক্লিংদা রতি হুডাইবা-নচিংব ভাব পোক্হন্বগী মরম্নি, অদুনা কাব্য অমসুং নাট্যদা শিজীন্নবদা মাবু বিভাব কৌই। মরম্দি মখোয়না পাঠক অমসুং সামাজিক্কী মনঃদা রতি-নচিংবা ভাব-তা ফল অসুক্ পী, মদুদগী মহাও তংবগী/ময়োন্ চোংলক্ই।'

অনুভাব— ( সাহিত্যদর্পণ )—

উদ্বুদ্ধং কারণৈঃ স্বৈঃ স্বৈর্বহির্ভাবং প্রকাশয়ন্।
লোকে যঃ কার্য্যরূপঃ সোহনুভাবঃ কাব্য নাট্যয়োঃ ॥

'পুক্লিংদা ভাব হৌদোক্পদা মহৌশাগী বিকার অমসুং উপায় পুন্নমক্ মপান্দা ফোংদোক্ই ভাবগী মশক্ মরম্গী লৌকিক থবক্ পুন্নমক্ অদু কাব্য অমসুং নাটক্কী অনুভাবনি।'

চিংনবনা খোংদা য়েত্তুনা
থবাক্ নীক্লা মিৎয়েং হন্থনা
মোমোম্লোক্লা ইকাই ইকাইনা।

চণ্ডে বাসর শয্যা তান্না
অচীক্‌প অহিং নোংয়াইদা।

"মধুর মিলনগী ইকাইবা" গী কাব্য-ছবি অসিগী মচাক্তি অনুভাব কয়া মরুম্ অসিনি-খোংথাংদবা, থবাক নীকৃপা, মিৎয়েং হন্থবা মোমোন্নোক্‌পা।

( ৩ )

মতাং অসিদা আচার্য্য অভিনবগুপ্তগী কাব্যরসগী সংজ্ঞা লোৎখৎপা য়ায়।

শব্দসমর্প্যমান হৃদয় সংবাদ সুন্দর
বিভাবানুভাব সমুদিত প্রাঙ্‌ নিবিষ্টরত্যাদি
বাসনানুরাগ সুকুমার স্বসংবিদানন্দ
চর্বণ ব্যাপার রসণীয়-রূপো রসঃ।।

'মশাগী আনন্দ ওইব সম্বিতকী (কোন্সিয়স্‌নেস্) মহাও ভংবগী থবক্ অমনি রস হায়বসি। মনঃগী হান্না লৈরম্বা রতি-নচিংব ভাবগী বাসনা (দিজায়ার) হেক হুণ্ডাইহন্বদা সম্বিং আনন্দ ডাক্তগী অথোৎপা ওইরক্‌ই। লৌকিক 'ভাব'গী কারণ অমসুং কার্য্য কন্গিগী অরেংব শব্দদা শিন্নরগা, হৃদয় পুন্নমক্তা সম-বাদী (চপ্‌মান্নবা খংমিন্নবা) নিংথিব বিভাব অমসুং অনুভাবগী মশক্‌ ফংঙি, বিভাব অমসুং অনুভাব অদুমক্তা কাব্য পাঠকী থমুংদা ফুম্ব ভাবশিংদুবু য়াকাইহল্লি।'

অভিনবগুপ্তনা বিভাব অমসুং অনুভাববু হৃদয় পুন্নমক্তা

সম-বাদী' হায়বিরি। মরম্‌দি, মখোয়না রসমূর্ত্তি ওইরিবা লৌকিক ভাব অদু মীগী থমোইদা লৈ, মাদি সামাজিক নত্তে।

পারমিত্যাল্লৌকিকত্বাৎ সান্তরায়তয়া তথা।

অনুকার্য্যস্য রত্যাদেরুদ্বোধ রসোভবেৎ।। (সাহিত্যদর্পণ)

'প্রেমিকী থমোইদা প্রেম থোরক্‌পদু রস নত্তে। মরম্‌দি মদু প্রেমিকী মশাগী থমোইদা ফাজিন্দুনা লৈবনি, অদুনা সীমা নাইবনি; মদু লৌকিকনি অদুনা প্রেমগী রস জ্ঞানগী য়েক্লবনি।' কবিনা মাগী প্রতিভাগী মায়ানা সীমা নাইব লৌকিক ভাবপু "সকলসহৃদয়হৃদয়সংবাদী" - 'মিনুংশি খংব থমোই পুন্নমক্তা খংহন্ব' অলৌকিক রসমূর্ত্তি ওইহল্লি। কাব্যগী বিভাব অমসুং অনুভাবগী মরক্তা অসিগুম্ব থবক্ অমা লৈ, মদুনা কাব্যদা য়েক্লিব চরিত্র অমদি ভাব অমসুং পাঠকী মনুংদা কমন্ রিলেশন্ অমা শেম্মি —

ব্যাপারোহস্তি বিভাবাদের্নাম্না সাধারণীকৃতিঃ। (সাহিত্যদর্পণ)

মদুগী ফলদি —

পরস্য ন পরস্যেতি মমেতি ন মমেতি চ।

তদাস্বাদে বিভাবাদেঃ পরিচ্ছেদো ন বিদ্যতে॥ (ধ্বন্যালোক)

'কাব্য পাঠক্না খল্লি, কাব্যগী চরিত্র অমসুং ভাব অতৈগীনি, অদুবু মপুংফানা অতৈগীসু নত্তে; ঐ ইশাগীনি অদুবু মপুং ফানা ইশাগীসু নত্তে। মতৌ অসুম্না কাব্যগী মহাও তংবদি মী অমত্তগী সীমা মনুংদা তোখাইনা লৈতে।'

কাব্যগী খুৎশেম্ থমোই পুন্নমক্তা সম-বাদীনি, মসিগী অর্থ মসি নত্তে,—বিজ্ঞানগী জ্ঞানগুম্না এবস্ট্রেক্ট পোৎ অমনি। কবিনা

থবক্কী স্থবিধাগীদমক্, মশিংনাইদব লক্ষণ মান্নব ভাবগী মমুংদা ভাব মথল্ কয়াবু, মান্নবনা সাধারণ মিং কয়ামরুম্ থোন্দুনা তোঙান্না লৌবিরম্মে। আলংকারিকশিংনা অথোইব ভাব মথল্ মাপন্ থাবিরম্মি—রতি ( নুংশিবা ), হাস ( নোক্পা ), শোক ( অরাবা ), ক্রোধ ( অশাওবা ), উৎসাহ ( থৌনা ), ভয় ( অকীবা ), জুগুপ্সা ( তূক্কচবা ), বিস্ময় ( চঙক্রবা ) অমস্থুং শম ( শান্তি )।

রতির্হাসশ্চ শোকশ্চ ক্রোধোৎসাহৌ ভয়ং তথা
জুগুপ্সা বিস্ময়শ্চেত্থমষ্টৌ প্রোক্তাঃ শমোঽপিচ ॥

ভাব মাপন্ অসিবু মথোয়না 'স্থায়ী ভাব' কৌই। মরম্দি, বহুনাঃ চিত্তবৃত্তিরূপানাং ভাবানাং মধ্যে যস্য বহুলং রূপং যথোপলভ্যতে স স্থায়ী ভাবঃ। ( অভিনবগুপ্ত )

'চিত্তবৃত্তিগী মশক্ ( মেন্তেল্ মোডিফিকেশন্ ) ভাব ময়াম্গী মরক্তা মনঃদা য়াম্না তোয়না থেংনবা ভাব অদু স্থায়ীভাবনি' আলংকারিকশিঙ্গী মোত্তা ভাব মাপন্ অসিনা, কাব্যগী বিভাব, অনুভাবগা থেংনবদা মথংশিংনা রস মাপন্ ওল্লক্ই—শৃঙ্গার, হাস্য, করুণ, রৌদ্র, বীর ভয়ানক, বীভৎস, অদ্ভুত অমস্থুং শান্ত।

অদুবু মাপন্ অসি নত্তনা লেপ্পমক্ মীগী মনঃদা ভাব য়াম্না লৈ, অমস্থুং মতুগী মরক্তা অয়াম্ব ভাব, কাব্যগী বিভাব অমস্থুং অনুভাবনা আলংকারিকশিঙ্গী রাহৈদা, আস্বাদনীয়তা ( টেস্টেবিলিটি—মহাও-তংব-য়াব-মতৌ ) ফংলক্ই। মথোয়না নির্বেদ ( ইন্দিফরেন্স ), লজ্জা ( ইকাইবা ), হর্ষ ( হরাওবা ), অসূয়া

মঙানা নলদা হায়রে—"নল নং চত্তুনা দময়ন্তীদা হায়রু, স্বয়ম্বরদা ঐখোয় দেবতা মঙা লাকনি, মঙাগী মরক্তগী অমদা শোয়দনা বরণমালা হুক্তবা য়াদে।" মসি হায়রগা দেব-মায়াগী অদৃশ্য শক্তিনা নলবু দময়ন্তীগী লৈকম্ তান্না থাবিখি। নলনা দেবতাশিঙ্গী রা পুম্নমক্ দময়ন্তীদা তম্মুই। রাহৈশিংদু তাবদা দময়ন্তীনা অপাম্-মুংশি থুংনররোইদমাল্লে খল্লক্লে। অদুগা নলস্থ দেবতাশিঙ্গী বাণী তাবদা মপুক্লিংদা চিংনরক্লে। অনিমক্কী মনঃদা খোয়রাংবা, চিংনবা, অতোম্বমতৌ-নচিংবা ইখং খংহৌদনা থোয়রক্লে। মখোয়সি ব্যভিচারী অমদি সঞ্চারী ভাবনি।

---

## রসশিঙ্গী সংজ্ঞা অমস্থং উদাহরণ

আদি, শৃঙ্গার অমদি রতি—স্থায়ীভাব রতিদগী কাব্য জগত্তা থোরক্পা রসবু আদি অমদি শৃঙ্গার রস কৌই। স্থায়ী-ভাবশিঙ্গী অহাম্বনি হায়দুনা মসিবু আদি রসস্থ কৌনৈ। মসিগী নায়ক-নায়িকা আলম্বন বিভাব, চন্দন.থা-নচিংবা উদ্দীপন বিভাব, মিচ্চিন্না য়েংবা, মিৎখৎপা-নচিংব অনুভাবনি।

(ক) পুরিঙ্গী রাবু করম্না হঙৎনি চরন্দা
অবলা জাৎকী অঙাংনি ঐদি, যত্নমণি?
করি থৌনাদগী ইপুক্ ফাদুনা, থাদগে
ইকাই ইকি? উইশিল্লি মিৎ, দেব, ইকাইবনা;
(বীরাঙ্গনা কাব্য ৩। ৭-১০)

মসিদা কৃষ্ণদা প্রাণ হাপ্লী কুমারী রুক্মিণীগী পূর্বরাগগী (ফাস্ট-লভ্) অঙকপা চিত্র অমা উৎলি। করাম্বব ভাষানা ইকাই

য়াম্নব প্রেমগী চিংনব মফোংদোক্নি। মসিগী স্থায়ীভাব রতিনি। আলম্বন 'ঐদি' রুক্মিণী দেবী যত্নমনি—শ্রীকৃষ্ণ।

(খ) য়েঙ্‌দো, সখি, লাক্লেদো অমম্ব রজনী,
ঐঙোন্দা চীক্লনবগী কাল-ফণীশানা,
বাসন্তি! কৈদনো সখি, রাক্ষসগী পতি
বৈরী ওস্ব ইন্দ্রজিত, বিপদ কান্সিদা?
হৌজিক হেক্ লাকনি হায়না চৎখিবনি বলী;
করি তৌগনা পল্লিবা খংজদরে ঐদি।

(মেঘনাদ বধ কাব্য ৩। ২১-২৬)

মসি মপুরোইব কায়নবী প্রমীলানা মাগী সখী বাসন্তীদা হায়বনি। প্রমীলানা মপুরোইব ইন্দ্রজিৎ লাক্তবদা কায়নবগী মৈচাক্ খাংবদা রায়দুনা হায়দোক্লকপনি। বিপ্রলব্ধা নায়িকা (উনফম্‌দা নায়কপু উদবদা নীংবা কায়বী নায়িকা) অমগী উক্তিনি। মসিগী স্থায়ীভাব রতিনি। আলম্বন বিভাব প্রমীলা অমসুং ইন্দ্রজিৎ।

হাস্যরস—কাব্যগী নোক্নহম্ব রসনি। মসিগী স্থায়ীভাব হাস (অনোক্‌পা) নি; নোক্নহম্বা হকচাং কায়াৎকী ফিভম্ অমসুং বাহৈ-ৱাতা-নচিংবা আলম্বন-নি।

মিংডি ঐগী গোডাচর খ্বাইনা কৌই গোডা।
মুমিৎ চুপ্পা মুংশাডা শান্নৈ উফুল্ গাডা গাডা।
ডাডানা হায় গাচানি নং লাইরিক্ ডম্‌ডে ইডে।
হেক্‌ডা ঐনা গপ্পন্সীডো এঁ হেঁ হেঁ হেঁ হেঁ।

মসিদা খোম্হোক্ কায়বা উক্তিগীদমক্ হাস্যরস ওইরে। মসিগী স্থায়ীভাব হাস-নি।

করুণ রস—কাব্যগী থৌজাল্ অমসুং থবাইরাবা খোক্হল্লা রসনি। মসিগী মরম্দা রসগী ভূমিকাদা শন্দোক্লা হায়খরে। মসিগী স্থায়ীভাব শোক ( থবাই রাবনি )।

( ক ) তম্থিব ফাল্গুনি

*    *    *    *

*    * ঐহাক্কী ইচা লৈহন্দরে!

নং স্বামীনি, ইরাইবক্লা খোশাবিদ্রে ঐবু!

করি আশাদগী প্রাণ পূদগে পৃথীদা।

মী থল্লব পৃথী অসি, হাইরে হাই, ওসিদি;

ইচীক চীক্লে জনাদদি! *    *

( বীরাঙ্গনা কাব্য ১১-১০৫-১১ )

মসি মচা হাৎপিগ্রবী জনাগী পি তরং তরং চেল্ল করুণ মূর্ত্তি অমনি। মসিগী স্থায়ীভাব মথবাই রাবনি।

( খ ) হা প্রবীর! নাউ পুরস্থ্।। নংবু 'সিগীদমক্
থাবুম্ তরা কোরৌ তরা যত্ন কয়া তৌনা
ইবুক্তা? করি মপোক্তা, করি পাপ লম্বি
লাইবক্থীবীনা নফম্দা, 'দুনা পীরবরা
মৈচাক্ অসি? 'দুনা আশালতা থদত্লত্রা?

পারিবুঙো, শিংলবরা অস্থুম্ তৌনা নংনা
মাতৃঋণ ? লৈরম্বরা অসি নপুক্লিংদা ?

( বীরাঙ্গনা কাব্য ১১।১১৩-১৯ )

মসি শিথ্রব মচাগী উদ্দেশদা মমাগী হৌনব হৃদি শেৎ-কায়ব অরাবা পোক্‌খায়রক্‌পগী করুণ উক্তিনি। কাব্য মতেক্ অসি হেক্ পাবদা পাঠকী মিত্তগী পি নাস্থখিবা খংহৌরোই। মসিগী স্থায়ীভাব শোকনি।

( গ ) * *অস্থুক্ কুইবদা ঙসি, লোয়নবীও,
লোম্‌খরেদো পুন্সি-লীলা পুন্সি-লীলাফম্‌দা
ঐহাকী। * * *
বাসন্তি! ঐগী ইমাদা 'অঃ হাহা, চেল্লম্মী
নয়ন্দা ঈরা খুদক্তা! তুমিল্লম্মী সতী;
কপ্লম্মী দানববালা হাহাকার হায়না।
মিকুপ্তা রাবা খাঙ্‌লগা হায়রম্মী সুন্দরী,
* * * *
* * শিন্নিরম্ব দাসীবু মঙোন্দা
পলেম্‌পম্বৌনা, চৎলেদো ঙসিদি মহাক্তা
অবলাগী করি গতি লৈ, পতি নত্তনা!
করিমুক্ হায়গনি সখি! কাউগন্নকো মসি
প্রমীলাগী ভিক্ষাসিনি নখোয় থাই নকম্‌দা ?"

( মেঘনাদ বধ কাব্য ৯।৩৪৯-৬৩ )

মসি প্রমীলাগী চিতা ( অশেম্ব শীং ) কারম্‌দাইগী অরোইব করুণ উক্তিনি। মসিগী স্থায়ীভাব থরাই রাবা।

(ঘ) "আশারম্মী মেঘনাদ, উইশিন্নুগে অন্তদা
নয়ন অনিসে ঐনা নঙ্গী নমাং থানা;
শিন্নরগা রাজ্যভার, হা পুত্র নঙোন্দা,
মহাযাত্রাগে! অদুবু বিধি, করম্ খঙ্নি
নঙ্গী লীলা? * * *
* * * *
হা পুত্র! হা বীরবর! তত্তনা লান্-ঙম্ব!
হা ইমা রাক্ষস-লক্ষ্মি! তমৃথিব রাবসি
তন্নম্বা বিধিনা করি পাপ্তগী রাবন্দা?"

(মেঘনাদ বধ ৯।৩৭৮-৪০০)

মসি মেঘনাদ-প্রমিলা অনিবু চিতাথক্তা উবদা রাবণগী করুণ উক্তিনি। মসিগী স্থায়ীভাব অরাবা। মচাগা মমোগা শিবা—আলম্বন বিভাব.

রৌদ্ররস—অশাওবা স্থায়ীভাবদগী থোরকপা কাব্যগী রসবু রৌদ্ররস কৌনৈ।

(ক) তংতাদে কৈলাসনাথ কৈলাস ভবন্দা!
লেঙলম্মী জটা কোক্থক্তা; অকীব মঙংনা
ঙংলম্মী হূপুবশিংনা ঙরং ঙরং ঙংনা
চাক্লম্মী অগ্নি লাইবক্তা; * *

(মেঘনাদ বধ ৯। ৪০১-৪)

মসি মেঘনাদ-প্রমীলা শিবদা রাবণগী বিলাপ তাবদা মহাদেবনা শাউরকপনি। স্থায়ীভাব- অশাওবা, মেঘনাদ, প্রমীলা অমসুং রাবণ—আলম্বন।

( খ ) "হৌজিক্তদা, হৈ লক্ষ্মণ," হায়রম্মী রাবন্না
শাউনা, "থেংনরেদো লান্‌ফম্ অসিদা নহাক্কা
নরাধম ! কদায় হৌজিক্ দেব বজ্রপাণি ?"
( মেঘনাদ বধ ৭।৭১২-১৪ )

মেঘনাদ হাংখিবগী সম্মন্ খুম্‌গে হায়তুনা রাবন্না ঙসাইমখৈ লক্ষ্মণবু থিরক্‌পদা, হেক থেংনবদা রাবন্না শাউনা হায়বনি। মসিগী স্থায়ীভাব অশাওবনি, লক্ষ্মণ আলম্বন বিভাব।

( গ ) * * * ঙংলক্লে লাইবক্তা
চিত্রভানু, মৈরি ফ্রুং ফ্রুং হৌনা ইরং লংনা।
( মেঘনাদ বধ ২।৩৯২ ৯৩ )

দেবীগী আজ্ঞাদগী কামদেবনা সম্মোহন তেন্ ধ্যান্ তৌরিবা উমানাথদা কাপ্পা। মসিগী স্থায়ীভাব অশাওবা, কামদেব আলম্বন।

**বীররস**—কাব্যগী স্থায়ীভাব উৎসাহদগী থোরক্‌পা রস অদুবু বীররস কৌনৈ। মসিগী বিষয়দি দেশভক্তি, দান অমসুং যুদ্ধগী থৌরাংনি।

( ক) "সাজ তৌরো বীরেন্দ্রশা, লঙ্কা অলঙ্কার।
য়েঙ্গে গুণ করি লৈবা রাঘবগী! রাম,
নত্রগা রাবণ, ঙসি লৈত্রবা পৃথীদা !
( মেঘনাদ বধ ১।৪১৪-১৬ )

মসিদা স্থায়ীভাব উৎসাহ।

( খ) * * * "নংনি বীরমণি
রঘুমণি ! লেঙথোক্লগা লাম্বাবিরো মাগা

নত্রগা লম্বী থাবিরো * *
হিংচাব-মমৌনা নিরি লান্ ; পীয়ু মঙোন্দা
বীরেন্দ্র।" * * ( মেঘনাদ বধ ৩।৩১৫-২১ )

মসি বীরাঙ্গনা প্রমীলানা রামচন্দ্রদা যুদ্ধ তৌনবা হায়রবনি। মসিগী স্থায়ীভাব উৎসাহনি।

( গ ) দানব নন্দিনীনি, হিংচাব-শাগৈ-মৌনি,
রাবণ ইকুনি ঐগী, স্বামী মেঘনাদ,
কিগদ্রা, সখি ভিখারী রামদুবু ঐনা ?
( মেঘনাদ বধ-৩,৭৮-৮০ )

মসি রামগা লান্ তৌনিংবী প্রমীলাগী উক্তিনি। মসিগী স্থায়ীভাব উৎসাহনি।

( খ ) * "সাজিস্ রাক্ষস, লাম্বানি ঐখোয়না
কিদনা ! ঙংলম্মী শাউনা সেনানেতা মখৈ,
সিংহনাদিরম্মী সেনা 'জয়-রাম জয়'।"
( মেঘনাদ বধ ৭।২৫৪-৫৬ )

মসি সুগ্রীবগী রাবণগা লান্ তৌনিংব উক্তিনি। মসিগী স্থায়ীভাব উৎসাহনি।

ভয়ানকরস –

( ক ) * * * খোংলম্মী থাপ্নদা
নোং ; বজ্র মখোয়া লঙ্কা নীক্রম্মী খুদক্তা
ফেৎ ফেৎ হাইরম্মী অকম্ব য়ুহারাবা 'দুদা
উমং রামং লাইশং-পুখ্রী থরক্ থরক্ নীক্লা।
( মেঘনাদ বধ ৫।৩৩৩-৩৬ )

মসিগী স্থায়ীভাব ভয়নি।

(খ) কম্না উরু উরু পাইথোরক্লে বায়ুদল,
ঈশিং মপৈগুম্না, ইখণ্ড খণ্ডনা পন্ হেক্তা
নীংখায়বদা। নীক্লে মহী, ঙংলক্লে সমুদ্র!
অৱাংব চীং মতৌগুম্ব ঈথক্ মপৈ মপৈ
ঙংলক্লে, লান্থেংনবদা বায়ুগা মৎকানা।
শীল্লে মাইগৈ মরি নোংনা গম্ভীর শব্দনা;
নোক্লে নোংথাং; খাক্লা খাক্লা ঙংলক্লে বজ্রনা,
চেন্খ্রে তারানাথ তারাদল পুরদুনা।
নোংনা শম্না কূপ্খ্রে লঙ্কা, মৈ ফ্রি ফ্রি কাপ্তুনা,
উমংদা উপাম্বী তেক্লে পোরোক্ পোরোক্ লাউনা,
শিৎলক্লে মহা-মালংব আকাশদা; নোঙ্গী
ধারা হৈথরে ওরোরো সৃষ্টি মাঙহন্বগুম্
প্রলয়দা। তাক্ তাক্ লাউনা খীকথরে লেম্মপৈ।"
(মেঘনাদ বধ ২।৫৬৪-৭৬)

মসিগী স্থায়ীভাব—ভয়নি।

(গ) * * * ঙাল্লি চন্দ্রকলা
লাইবক্তা, মহাফণীগী লাইবক্তা মণিগুম্!
ঙাল্লি কোক্ত জটাচবুন্ মদুগী মরক্তা
জাহ্নবীগী পেরে মরি, শরৎকী অহিংদা
চন্দ্রগী লুপা লৈইগুম্ লৈচিন্গী মপান্দা!
বিভূত থোল্লি অঙ্গদা; শাল-পাম্বী মম্ব
ত্রিশূল য়েৎকী হস্তদা খণ্ডলম্মী সৌমিত্রি
শঙ্করবু।" * * * (মেঘনাদ বধ ৪।২০৭-১৪)

মসি শঙ্করগী ভীমমূর্ত্তিগী বর্ণনানি। স্থায়ীভাব—ভয়নি।

**বীভৎস রস**—তূক্কচব ভাব-তগী থোরকপা কাব্যগী রসবু বীভৎস রস কৌনৈ। মসিগী স্থায়ীভাব—ঘৃণানি।

(ক) * * লায়না'দুগী নাক্তা
মবুক য়াম্না কংবা ফম্নি থিবোং য়াম্না লাওব ;
তুম্‌দব চাখিব পোচৈ ওথোক্লগা হন্না
হন্না ; য়োচ্ছিল্লি লৌরগা মখুৎ অনিডুনা
অহাওব পোৎ। * * ( মেঘনাদ বধ ৮।২২৬-৩০ )

মসিগী স্থায়ীভাব—ঘৃণা ( তুক্কচবা ) নি।

**অদ্ভুতরস**—মনাবু ঙকহন্ন ভাব-তগী- থোরকপা কাব্যগী রস অদুবু অদ্ভুত রস কৌই। মসিগী স্থায়ীভাব বিস্ময় চঙক্লবা ) নি।

( ক ) "অঙকপনি, নৈকষেয় ! উখিদ্রি, তাখিদ্রি
কদোম্নুংনা অসিগুম্ব, ত্রিভুবন'সিদা !
ইমিৎপাঙনা ঐবু মঙ্‌মঙ্‌লব্রা ঙসি !
শেংনা হায়ুদো ঐঙোন্দা, মিত্রমণি 'থোইব।
খঙবা ঙমদ্রে করিমত্তা ; ইথক্ থক্কৎখরে
মায়াসি উবদা। * * (মেঘনাদ বধ ৩।৪০৩-৮ )

প্রমীলা অমসুং মাগী-সৈন্য ময়াম্ উবদা ঙক্লব রামচন্দ্রগী উক্তিনি। মসিগী স্থায়ী ভাব- বিস্ময়নি।

( খ ) * * ইঙক্ ঙক্লা উরম্মী লাপ্তনা
য়েংবদা অকীব মূর্ত্তি ! ( মেঘনাদ বধ ৪।৪২৬-২৭ )

মসিগী স্থায়ীভাব বিস্ময়নি।

শান্তরস— অরা-মুঙাইবা, অপাম্বা-পাম্‌দবা-নচিংবা অনুভূতি করিমতা লৈতব শম ( শান্তি ) না মপুং ওইব ভাব-তগী থোরকপা কাব্যগী রসবু শান্তরস কৌনৈ। মসিগী স্থায়ীভাব—শম (শান্তি) নি।

(ক) মখোং অনি গৌরাঙ্গগী মরন্-মথুম্ ওইব মীগী
ভক্তি রস-সার খঙি মানা।

মসিগী স্থায়ী ভাব— শমনি।

(খ) ফংজরেদো সঙ্গনঙ্গী ফজব হে ফজব
পুন্য ওইরে অঙ্গ ঐগী ধন্য ওইরে অন্তর।
ফজব হে ফজব
ঐগী মিৎ অনি মঙান্দা শাৎকাইরক্লে শুন্মাত্তুনা
মুংশিৎ শিৎলে থমোই আকাশদা মনম্ য়াওনা তপ্পা তপ্পা
ফজব হে ফজব।

মসিগী স্থায়ীভাব—শমনি।

(গ) নষ্টো মোহঃ স্মৃতির্লব্ধা ত্বৎপ্রসাদান্ময়াচ্যুত
স্থিতোঽস্মি গতসন্দেহ করিষ্যে বচনং তব ॥
( ভগবদ্‌গীতা ১৮।৭৩ )

গোবিন্দ ! কৃপাদগী নঙ্গী
মাংখরে শুন্মৎপা ফংজরে জ্ঞান
লৈতরে সন্দেহ ওইজরে শান্তি
ইঙ্গরগে আজ্ঞা নঙ্গী।

মসিগী স্থায়ীভাব—শমনি।

জ্ঞান পোক্লবতদা কাব্যগী অঙকপা অমসুং পেকুল্যিয়ারিটি খংনগনি, ৱা অসি খক্তসু হায়বা য়াদে। মখোয়দগী 'হেন্দোকপা' মদুতনি অথোইব কাব্যগী বিষয় বস্তুদি। শূপ্না কাব্যগী অর্থনসু বাচ্যগী মূল অর্থ ফোংদোক্কে। মূল অর্থনা কাব্যগী অর্থদগী হেন্দোক্তনা অহেন্ন ব্যঞ্জনাগী মরক্তমক ফোংদোকই। অরুব-দুগী মকুংদত্ত অথোইব কাব্যগী মপুংফাব পরিচয়নি। মপান্গী পরিচয়না মাগী অশেংব মমন্ বিচার তৌবা অঙাওবতনি। কাব্যগী মপান্গী লক্ষণ লৌদুনা বিচার তৌরিবা হায়বদি বাচ্যার্থগী বিচার তৌরিবা মখোয়না কদৌঙৈদসু থাঙ্গেশেংব কাব্য-রস চুপ্পা ঙম্মোই। ইশৈ তাবদা শূপ্না ইশৈগী তাল লয়-নচিংব খংনবতা হোৎনব মীনা ইশৈগী মূল রস ফংবা ঙম্দে। কাব্যগী খ্বাইদগী অথোইবা লৈরিবদি বাচ্যার্থবুসু 'মসিসু মপান্গীনি' হায়দুনা মঙোন্দগী লাম্থোক্তুনা মশক লৈতব রত্ন ফংনিংদুনা শক্তী সমুদ্রগী মথা লৈতব অরুবা য়োনা চংবা তায়, অদুগা 'হার্ড মেলোডিজ্' দগী 'অন্হার্ড মেলোডিজ্'তবু অথোইবনি লৌবা য়াবা মফম্ অদুদতনি। বাচ্যার্থবু হেন্দোক্তুনা অরুব ভাব ফোংদোকপা মদুবু আলঙ্কারিকশিংনা 'ধ্বনি' কৌবিরম্মী। ধ্বনি অসিদি বাচ্যার্থদগী অহেন্ননি অদুম্নদি ওইরগা বাচ্যার্থগী মকুংতদা ফুম্দুনা লৈ। মদুনা বাচ্যার্থবু হেন্দোক্তনা অহেন্ন খরগী মওংদা ফোংদোকই। মদুদি—

× × নিংথিজৈদা সনাগী দেউটি
থাম্বগুম্না তুলসীগী মখোঙ্দা, ঙাল্হল্লে
মাইগৈ মরি।" × × মেঘনাদবধ ৪।৯১-৯৩

মসিদা তুলসীগা উপমা তৌনবা সীতাগী পবিত্রতা ( সেক্রেড্-নেশ্ ) অমসুং দেবত্ব ( গোড্লিনেশ্ ) ব্যঙ্গ্যার্থনা কোংদোক্লিবা মওং অসিদগী মহাক্কী আরতিগী ব্যবস্থানা থোইনা হেন্না হৃদয়-গ্রাহী ( চার্মিং ) ওইরে। সরমাবু সনা-থাংমৈগা তুলনা তৌবদা কবিনা মহাক্কী মশক্তগী প্রশংসা তৌবিরম্বা নত্তে ; সনা-থাংমৈ হায়রগা মাঙ্গল্য ( অস্পিসিয়স্‌নেশ্ ) থংনরি, অসিদসু অদুগুম্না পূজারিণী ( ফিমেল্ রার্সিপার ) ওইনা সরমাগী অন্তরগী মাঙ্গল্য থংনরি। মসি নত্তনা মাইকৈ তরা ঙাল্‌হন্নগী ব্যঙ্গ্যার্থ হায়বদি মহাক্কী অশেংব চরিত্রগী অমেঙব অমসুং য়াইফচেন্ব জ্যোতিনা পাঠক্কী মনঃগী অমম্বা কোক্‌হন্দুনা স্থায়ী সাত্ত্বিকভাব য়াহোহন্দুনা পেৎহল্লগা শান্তরস পোক্‌হল্লি। মসিদা সীতা সরমা আলম্বন বিভাবনি, মখোয়গী পবিত্রতা, দেবত্ব, মাঙ্গল্য অমসুং অমেঙব জ্যোতিনা উদ্দীপন বিভাব। মখোয়না পাঠক্কী মনঃগী স্থায়ী সাত্ত্বিক ভাব হায়বদি শমবু ( পীস্ ) মহি চেল্‌হন্দুনা শান্তরস ওলহল্লে। অদুনা পরেং অনিগী কাব্য মতেক্ অসি অথোইব কাব্যনি। মসিমক্ কবিপ্রতিভাগী লক্ষ্যনি।

ধ্বনি ব্যঞ্জনা য়াওদব কাব্যবু ঐখোয়না কদোইঙেদসু অথোইব কাব্য কৌবা ঙম্‌দে। কাব্য অয়াম্বদা মপান্‌গী মিৎ থক্লা লংবনা প্রধান ওইরকই, মদুদা মপান্‌গী কলা-কৌশলত হায়বদি খুৎয়েক্ হৈ-শিংবতনা মুখ্যনি। অদুবু ব্যঙ্গ্যার্থ য়াওদবনা কাব্য অংগী প্রাণ শূক্‌য়াও য়াওদে। মদুগী অহাম্ব-অর্থনা ঐখোয়বু মচেৎ ওইনা চিংশিন্বা য়ায়, অদুবু মদুগী স্থায়িত্ব কয়া কুইদে।

মতুদা নাকোং নুঙাইবা অমদি ইন্দ্রিয় পেন্না লৈবা য়ায়, অদুবু প্রাণগী আনন্দ লৈতে। আনন্দ অসিদি বাচ্যার্থদগী অহেন্ব ব্যঙ্গ্যার্থ-গা লোয়ননা কয়া য়েত্না পুক্লিল্লি। অদুমদি ওইবগা মতাং অসিদা ব্রা অসিস্ন হায়দুনা থম্বনা কৈ, বাচ্য ব্রাংম-লান্ন- কাব্যদস্ন কলাকৌশল, হৈশিংব ব্রাহৈ-ব্রাতা লৈতে হায়বা নত্তে। মদুগী মপান্গী মশক্না ঐখোয়বু চাং য়াম্না শুক্কৎলি। অদুবু মপান্গী ঐশ্বর্য্য অসিত্ত মাগী অমত্তঙায়ব ব্রাহৈ নত্তে, মসি কাউবিয়োই-দবনি। অথোইব কাব্যগী মপুংফাব পবিচয়দি ইঙ্গিতার্থগা ব্রস তংবদনি।

নুমিৎ খুদিঙ্গী দরকারগী পৃথিবীদা সাহিত্যনা শূপ্পা য়ায়া কান্নব- অফব ব্রাহৈত হায়, মদুগী মমন্ খরদি মরৈ হায়ববু, তঙাই-ফদব অমদি দরকাবগী ব্রাহৈ য়াওদব আনন্দগী ব্রাত য়াওবা সাহিত্য অদুগী মমন্ রসিক্কী মফম্দা হেল্লি। দরকার অসি য়াওদবা রচনাদা রস-ব্যঞ্জনা অদু য়াওবনা মদু ঐখোয়গীদা অস্নক্ মমন্ লৈরিবনি। মওং অসিগী রচনা নোংমা বিশেষ ভাবগা মিৎয়েঙ্গী যুম্ফম্দা লেংলম্মি, বিশেষ অদু মতুদা বিশেষ য়াওদব বস-জ্ঞান ওন্থোক্লম্মী। নোংমা পৃথিবীগী অথোইব প্রেমগীতি ওইনা মেঘদূত লেংলম্মী। বিশেষ বাণা মেঘদূতনা পুদুনা চৎলম্ব নুমিৎ অদু যুগ যুগ চূপ্পা মীবু মিলনগী কায়নবগী অমর প্রেমগী ব্রাহৈ তাহল্লে। ঙসি মদু ঐখোয়দা কায়নবগী অনাশুদব চিহং ওইরী। মদুগুম্না ঐখোয়না তাজমহলবুস্ন সম্রাট সাহজাহানগী মেঘ-দূত কাব্য হায়না কৌবি। মসিগী কারণ অমত্তংদ ওইবা য়ায়, কালি-দাসগী মেঘদূতনা মাগী বিশেষ ভাবতু পুদুনা উৎলম্বা অদু মতুংদা

শেৎনা খায়নবগী লেঙ্‌দব রসগী মশক্ অমা ফংলে। সেক্সপীয়রগী মেকবেথ নাটক্তা মেকবেথনা লেডি মেকবেথগী মৃত্যু-সংবাদ তাবদা হায়রম্মী—

To-morrow, and to-morrow, and to-morrow,
Creeps in this petty pace from day to day
To the last syllable of recorded time,
And all our yesterdays have lighted fools
The way to dusty death. Out, out, brief candle !
Life's but a walking shadow, a poor player
That struts and frets his hour upon the stage
And then is heard no more ; it is a tale
Told by an idiot, full of sound and fury
Signifying nothing.

হয়েং-হয়েং-হয়েং, তপ্না তপ্না খর খর
চঙ্‌শিল্লিদো লোম্না লোম্না হেক্ নোংম নোংমগী
স্বর তৎপা ফাওবা অকরুব পুন্সিগী,
'দুগা ঐখোয়-ঙরাংশিংনা তাক্লে অপংবদা
উফুন্-থম্ব অশিবগী লম্বী। মুৎলো, মুৎলো,
ওহাক্তঙ্গী থাংমৈ! অচৎপ মমিনি পুন্সি,
হৈক্তর নট অমনি ফম্না দং দং চৎপা,
'দুগা মাগী মতম্ লেম্বা স্তেজগী মথক্তা
অদুদগী তাখিদ্রবা মরা মখোন্ অমুক :
বারিনি মসি মূর্খনা লীবা, মখোন্ হোনা
য়াম্না শাউনা অর্থ করিমতম্ব য়াওদবা।'

অফাওব উক্তিসিগী অহান্ব অর্থ লাম্থোক্তুনা ব্যঙ্গ্যার্থ অমদি অহেন্ব ধ্বনি লৈরে—মদুগী ভেলু ঙসিত নত্তেদো কদৌডৈদা ময়েং তাররোই।

মপুংফাব কাব্যনা ব্যাচ্যার্থমক্তদা মপুংমফা ফংদে। কাব্যার্থ-দি মাগী মপান্গী অঙ্গতনি। কাব্যগী অরুবদা রস ব্যঞ্জনা লৈ-ত্রবদি মদুবু অথোইব কাব্য হায়না কৌনবা য়াদে। অদুনা ব্যঞ্জনা অমদি ধ্বনিশূন্য কাব্য অথোইব কাব্য নত্তে। বাচ্যার্থ লাম্থোক্পা প্রতীয়মান অর্থমক ধ্বনিনি। 'মমাংদা থোক্খিদ্রিব পোৎ শাবা ঙম্ব জ্ঞানমক্তা বাচ্য বাংমগী ব্যঙ্গ্যার্থ অমদি রসধ্বনিবু ফোংদোক্পা ঙম্মি—অদুগা মতম্ অদুত্তদা কবিপ্রতিভাদগী পোক্পা কাব্যগী এক্সেলেন্সসু বাচ্য বাংমা ন্নাম্ব প্রতীয়মান অর্থ ফোংদোক্পগী মনুংদা লৈ। প্রতীয়মান অর্থ বাচ্যার্থদা তোংডুনতা উদয়গিরিগী সূর্য্যগুম্না তপ্না তপ্না ঙাম্থোক্ই।

---

# রস অমসুং কাব্য জগৎ

রস অমসুং কাব্যজগৎ অঙকপ মায়াগী জগৎনি :—
'রস' অমসুং 'কাব্য' শব্দ অনিসি সাহিত্য আলোচনাগী ক্ষেত্রদা য়াম্না চন্নব অমসুং য়াম্না শিজীন্নব শব্দনি। অনি অসিগী আলোচনা তৌদ্রিডৈদা 'কাব্য' শব্দসিগী মরীদা বা অমা-নিদং হায়হৌবা দরকাররনি। থায়নদি সাহিত্যে অর্থমক্তা 'কাব্য' শব্দ শিজীন্নরম্মী। অদুনদি 'কাব্য' হেক্ হায়বা মতমদা মতু ঐখোয়না সাহিত্য অর্থ লৌগনি।

ঐখোয়না আলংকারিকশিংদগী তাৱক্লি, ধ্বনি অমদি রসতনি কাব্যগী আত্মা— রসনা আত্মা ওইব বাক্যমক্লি কাব্য – 'বাক্যং রসাত্মকং কাব্যম্'। অদুবু রস অসি হায়রগা করি খংনৈ ? মসিগী অওইব মর্শকমক্ করিনো ? ঐখোয়না খঙি রস অর্থনা করিগুম্ব খরগী মহাও-মতংবু খংনৈ। অমস্তুং মহাও-তংব-য়াবা অদুমক্ রসনি। কাব্যদা রস অসিতনি প্রধান থবক্তি। মিনুংসি খংব মীতনা রস অসি চুপ্পা ওম্মি। রসদি আনন্দথম্ব জ্ঞান-না মহাও তঙ্গদব পোৎনি। ঐখোয়গী মাইকৈ মরিদা পোৎ মথন্মখাগী মপৈ ইচাই চাইনা লৈরে অমস্তুং বিশ্বসংসার অসিদা রহস্যগী অরৈব অথুম্বা অদুমক্লা রস থোক্হল্লি। পাঠকী থমোইদা কাব্যগী আর্টগী মফুংদা রস অসি ফিল্ তৌই। কাব্য অমগী মিডিয়ম্না রস অসিবু ফিল্ তৌহন্ব কাব্য অদুগী মশক্ অমস্তুং পেক্যুলিয়ারিটি করিনো ? কাব্যগী মরীদা রাহৈ অমম্তুনা করিস্তু হায়বা ওইথোক্লোই। অদুবু সংক্ষেপ্পা হায়বা তারবদি, ভাববু ভাষাগী মিডিয়ম্না চুমদ্রিংনা, ল্লায়না অমস্তুং নিংথিজনা খোম্জিন্-তাশিন্না ফোংদোক্পমক্লি কাব্যগী খ্বাইদগী মকোক্থংব পেক্যুলিয়ারিটিদি। সংজ্ঞা অসিগী অর্থগী প্রতিবাদতা কনা কনানা হায়বিবা য়ায়—অহু ওইরবদি মতৌ অস্রুম্না লেংব যেসা খর অদুতনি কাব্যদি। পঞ্জিকা, ভূগোল, জ্যামিতি-নচিংবস্তু কাব্যগী থাক্তা লাক্ই। অদুবু মখোয়সিগা অচুম্ব কাব্যগা য়াম্না খেন্নে। কেমেরাদা নম্ব ছবিগা চিত্রকারগী তুলিনা য়েক্পা চিত্রগা—মখোয়গী মরক্তা মান্নবদগী মান্নদবনা হেল্লি। অহান্বসিদা মূর্তি চপ্ মান্নবা উনৈ, অদুবু মতুঙ্গীসিদা শিল্পিগী মঙ্গী সাধনা ইনৌ নৌনা উৎলি। মতুদা ব্যঞ্জনাত

রা মপুংনি। ব্যঞ্জনা অসিমক্ কাব্যগী বিষয় মকোক্নি। ব্যঞ্জনা অসিবু আলংকারিকশিংনা 'ধ্বনি' কৌই। মখোয়গী মূল রাহৈদি 'কাব্যস্যাত্মা ধ্বনিরিতি।' ধ্বনি অসিমক্নি কাব্যগী আত্মাদি ধ্বনিবাদীশিংগী মোত্ত শব্দ নত্তে অর্থ নত্তে, অলংকার নত্তে, রসিক্কী থমোইদা কাব্য পাবদগী থোরকপ ভাব অদু ভাবধ্বনি অসিমক্নি। রসবাদীশিংনা মসিতবু রসধ্বনি কৌরম্মে। মখোয়না রস অসিতবু কাব্যগী আত্মা হায়। কাব্যগী স্থায়ীভাব-বিভাব, অনুভাব সঞ্চারী অমদি ব্যভিচারী ভাবগী মনুংদমক্ রসগী মশক ফংই।

বিভাবানুভাব ব্যভিচারি সংযোগাদ্ রসনিষ্পত্তি।

কবিনা ভাষাগী মিডিয়মা ভাব ফোংদোক্পি। মহাক্কী মশাগী ভাবগী-ঈচেন্না পাঠক্কী মনঃগী মফম্দা মমাংদা থোক্খিদবগী সংবাদ পুদুনা লাক্ই। কবিনদি শূপ্না অচুম্ব সংবাদ অদুত পাঠক্কী মমাংদা থাজত্তুনা পায়রদে। মহাক্না মশাগী ভাবপু মশক শেম্মী। মতম্ অদুদা জগৎ অসিবুসু মহাক্না নৌনা শেমগৎলি। অউব জগৎকী মনুংদা লৈদুনামক্ মহাক্না অতৈ জগৎ অমা হায়বদি কবিগী জগৎ অমা শেম্বা তাই। খুৎশেম্ অসিগী থবক্তা কবিগী কল্পনাতনা মকোক্নি। মতৌ অসুম্না প্রজাপতি ব্রহ্মাগী মতৌগুম্না কবিনা অনৌব জগৎ শেম্মি হায়দুনা মহাক্পু কাব্য-সংসারগী প্রজাপতিনি হায়না কল্পনা তৌনৈ।

'অপারে কাব্যসংসারে কবিরেকঃ প্রজাপতিঃ।
যথাস্মৈ রোচতে বিশ্বং তথৈব পরিবর্ত্ততে॥ (ধ্বন্যালোক)

মরম অদুনা আদি কবিনা নারদদা হংবা মতম্দা – শ্রীরামগী মরীদা থোইদোক্পা করিসু থংদনা করম্না মহাক্না মহাক্কী

মরম্‌দা হায়গদগে— মসিগী উত্তরদা নারদনা হায়বিরম্মি :—

লেঙ্গদৌরিবা খর নংনা সত্যানি মদু,
যেসা লৈরিবসি নত্তে সত্য। কবি! নঙ্গী
পুক্নিংলম্‌ অদু, রামগী পোক্নফম্‌ ওইরিবা
অযোধ্যাদগী হেন্নদুম্‌ সত্যানি খঙ্‌দো।

লেপ্পমক্‌ মসিস্থু সত্যানি কবিগী খুৎশেম্‌গী মূলদা কল্পনানা মকোক্‌ থংলবস্থু। মহাক্না ঐখোয়গী খংনরব জগৎমক্কী মূর্তিগী ছবি য়েক্‌পি। একদম খংনত্রবদি, কবিগী খুৎশেম্না ঐখোয়গী থমোইদা শোক্‌পা ঙমদ্রোই। খংনদবগী মরক্‌থম্না অরৈবা অতুমক্‌ কবিগী রচনানা ঐখোয়না ফিল্‌ তৌদে। ওইথোক্তবগী মশক্কী চিত্রনা ঐখোয়দা অদুম্না আবেদন (কোমপ্লেণ্ট) খংহন্না ঙম্‌দে। অদুনা মীনা 'সাধারণ নত্তবগী' আকাশদা পাইদুনা কোয়দে। সাধারণগী লৈমায়দা মথরাইগী অচুম্ব পরিচয়দুত্ত ফংবদা হেক্তা অপেম্বা ফংদে। খংনবগী মশক্কী শক্লাইদবমতৌতবু ঐখোয়না য়াম্না হরাওনা লৌরি। ঐখোয়গী শক্‌খংনরব জগৎকী বিষয়তবু কবিনা 'আশানা' লোম্না মদুদা নুংশিবা 'উত্তুনা' মশক্লাইদবা পীবিরি। মহাকী রচনাদতা নূপী 'তেংখাইনা মী' অদুগা 'তেংখাইনা কল্পনা' ওইরি যুগ থুদিংদা কাব্যদা ঐখোয়না মীগী পুন্সিগী মশক্কী চিত্র ফংলে। মীগী পুন্সিগী ভেরাইটি ফোংদোক্লবগী খোয়রাংবতনা নম্না দেশপুম্বগী কাব্যগী-প্রধান রানি। সাহিত্যনা কদৌঙৈদস্থু বাস্তব পুন্সিবু য়াদবা তৌদে বাস্তব জগৎপুস্থু য়াদবা তৌদে। পুন্সি অসিবু অমস্থুং জগৎপু য়াওদনা থাঙ্গেশেংনা নোংথক্তা পাইব কল্পনানস্থু সাহিত্য শেম্বা ওইথোক্তে। অউব জগৎ অমস্থুং হক্‌থেংনব

পুন্সিগী ফাউণ্ডেশনদা। কবিগী জগৎ অমসুং পুন্সিগী মশক্ ফদি। বাস্তববু কেন্দ্র ওইহনদুনা কবিগী খুৎশেম্ শেম্নবপদা হেক্তা কবি বাস্তববাদী ওইবকনি—ধারণা (আইডিয়া) অসি শকক্ অয়াম্বদা সত্য নত্তে। ঐখোয়না রোমান্টিক (ভাব পাখৎলবপা) রচনা হায়না কৌনরিবা মতুদসু বাস্তব পুন্সি অমসুং জগৎ হাজির ওইদে। কাব্য সাহিত্যনা বাস্তব পুন্সি অমসু জগৎ অসিবু যাদবা তৌদে। কবিগী কাব্য জগৎকী মচাক্ লোকিকার। লৌকিক মচাক্কী য়ুম্‌ফম্‌দতা কবিগী অলৌকিক কাব্যজগৎ শেম্বনি। মশাগী পুন্সিদা কবিনা ফিল্ লৈবা মতুংবু মহাক্না মহাক্কী রচনানা ফোংদোকপি। মহাক্কী রচনানা ফোংদোকপা অদু বাস্তব জগৎকা মমিত্তা মিথ্যা নত্তে। মবম্দি কবিগী পুন্সিতদা মতু পোংখরে।

অদুবু কবিগী পারসে গন্ বিদ্রহিত ওইরবদি মতুগী পোংদোক্‌পা কবিগুম্ব ভেলু ঐখোয়না ঙানা ঙংদে। সামাজক্কী থমোই শোকপা ঙম্বা অসিগুম্ব রস হেন্বা রচনা নত্রবাদ মতুবু ঐখোয়না অশেংবা রস সাহিত্যনি হায়না লৌদে। কবিনা বাস্তব পুন্সি অমসুং জগৎকী কোক্তাক্ লোবগা মতুদা রস হেংহন্দুনা ফোংদোক্পি। বস্তুদা কবিনা করি মওংদা কাব্যদ রসগী মশক্ হাপ্পি—মসিগী মরিদা নোংচুপকী সমালোচক অমনা হায়রি,—

In this case the poet seems to get the better of nature; he takes indeed the Landskip after her, but gives it more vigorous touches, heightens the Beauty, and so enlivens the whole Piece that the Images which flow from the Objects themselves appear weak and faint in comparison of those that come from the Expressions.

কবি কল্পনানা কংবা মশক্ অদুগা বাস্তবগা সম্পর্ক লৈ হায়রসি ঐখোয়না য়াম্না মমুং হম্না ফিল্ তৌই। কবিনা বাস্তব পুন্সি অমসুং জগৎকী চপ্ চাব মূর্ত্তি ঐখোয়গী মাংদা পায়খিরবদি মদুদা ঐখোয় ওক্লম্লিদি হায়রবু ঐখোয়গী থোইদোক্পা রস জ্ঞান থোরক্-ল্মোই। অদুগামুক্ কবিনা বাস্তব জগৎ অমসুং পুন্সিগা য়ানদব অমদি মরী লৈনদব ফজবগী রাত হায়রম্মবদি, মদুনসু ঐখোয়গী চিৎপু চিংশিন্না ওমম্মোই। কাব্যগী কল্পনাদগী মপানগী পোৎনা ময়েক্ শেংই হায়রবসিবু মপুং ফানা ঐখোয়না য়াদবা তৌরবসু কাব্যগী কল্পনাদা য়ুম্ফম্ ওইবা অদুতনা মকোক্নি হায়রসি ঐখোয়না য়াগদবনি। ঐখোয়গী অউবা, থুবাক্তা লৈবা—মদুদা ঐখোয়না মপুং ফাবা থিবা ফংদে। কবি কল্পনানা পুন্সি অমসুং জগৎপু ঐখোয়গী মাংদা ওালহল্লু, মদু-মপুং নত্রবসু ঐখোয়দবি মপুম্গী অয়াম্ব আভাস (হিন্ট) পী। অপুম্ব রাদি শুপ্না বাস্তবগী চপ্ চাবা মূর্ত্তি ঐখোয়গী অপাম্বা নত্তে। ঐখোয়না পাম্লিবদি পুন্সি অমসুং জগৎপু কবি কল্পনানা অলৌকিক পুন্সি অমসুং জগৎ ওইরক্হল্লনি।

ঐখোয়গী মাংদা পুন্সি অমসুং জগৎকী মরীদা মশাগী অনুভূতি (পারশেপ্শন্) ফোংদোক্লগনা কবিগী দায়িত্ব লোইদে। মহাক্না মহাক্কী পারশেপ্শন্ পাঠকী থমুংদা থম্লিজি। পাঠকী অনুভূতিবুসু মহাক্না মহাকী অশেম্ব কাব্য-জগত্তা মশক্ হাপ্পবা হোৎনৈ। কবিনা শেম্ব মায়ালোক অদুদা কবি অমসুং পাঠকী মনঃ চপ্ মান্নবা অওক্পগী রস মহাও তংদুনা লৈ। কবি-প্রতিভাসমক্না বাস্তব জগৎকী ভাব অমসুং বস্তুদা অলৌকিক রস

হাপ্লি। মরম্ অদুনা প্রতিভা অদুবু 'খোক্তিবপোৎ শেৎ-ভগ জ্ঞান' কৌনরে। কবিনা শেম্ব রস অমসুং কাব্যগী জগৎ মরম্ অদুনা অলৌকিক মায়াগী জগৎনি। কাব্যগী জগৎ অসিমক্ রস গাক্লোত্রৌনি (সোর্স)। কাব্যগী জগৎ বাস্তবজগৎ অমসুং পুন্সিদা তোংদুনা শেম্‌গৎলবস্তু মদু মীগী হাংমদনি। লৌকিক ভাবপু মীগী থমোইগী লিরব ঈথৌরাংবদা তোংদুনা, কবিনা মি-সুংশিংবগী যোগ্যচাব কাব্যগী মিডিয়ম্দা রস ওল্‌হল্লি। ঐখোয়না মদুদা ইমিটেশন্দগী হেন্না ইন্টারপ্রিটেশন—ইমাজিনেশনসুবু কৌই। টুথ মকম্ অদুদা বিউটিফুল অমসুং সব্লাইম্ ওইরকই অমসুং অলৌকিক বিউটিনা পুশিন্থ চুপ্পগী আনন্দগী-ঈফুৎ ওইনা সামাজিক থমোইদা রসামৃত দান তৌই।

## রস-কাব্য-অকাব্য-চিত্রকাব্য

ঐখোয়না খংবা শক্তি, 'ওপথাল্‌মোস্কোপ' থাদুনা মিৎ পরীক্ষা য়েংবদা মিৎ মসুংদা দোষ মচেৎ-মকাই কয়া কয়া লৈ। অদুবু পুম্নমক অসি লৈনস্ত মীগী মিৎ মীগী মমন্নাইদব লম্ন। মরম্‌দি মাগী নিত্তিগী যুগ্মাক্ষী থবক্-থনা মসিতনা নিংথিনা তৌবা ঙম্ব; দোষ ময়াম্ অদুনা করিগুম্ব বাধা পীদে মিৎকী মতৌদৌনা কাব্যবুস্ত সমালোচনাগী 'ওপথাল্‌মোস্কোপ' থাদুনা য়েংলবদি, অখোইব কাব্যদস্ত দোষত্রুটি কয়া কয়া পুথোক্‌পা ঙম্ব। বিশ্বনাথনা হায়বিরম্মী, "এবং কাব্যং প্রবিরল বিষয়ং নির্বিষয়ং বা স্যাৎ। সর্বথা নির্দোষস্যৈকান্তমসম্ভবাৎ। (সাহিত্য দর্পণ) হায়রদি দোষ লৈতবা ওইত্রগা কাব্য ওইত্রবদি, কাব্য কৌব

পোক্তি য়াম্না তাংলমগনি করি হায়নি বিষয় লৈতবা ওইরম্মি ; মরম্দি দোষ শূংবি লৈতব কাব্য শূক্ ওই ওইথোক্ত।'

অদুবু মিৎকী থবক্না দোষ লৈতব বৈজ্ঞানিক যন্ত্র ওইবা নত্তবগুম্ মীওন্দা মশক্কী জ্ঞান পীবা, কাব্যগী থবক্সু দোষ য়াওদব শব্দার্থ রচনা নত্তে, রস শেম্বনি। মরম্ অতুনা দোষ ত্রুটি লৈরবসু যেদা রস শেম্বদা মহৈ য়াল্লবদি মদু কাব্যনি ; অদুগা মহৈ য়াদ্রগা, মদুগী রচনাগী দোষগুণ কাব্যগী দোষগুণ নত্তে, মরম্দি কাব্যত্বমক্ (কাব্যত্ব) মদুদা য়াওদে। আনন্দ-বর্ধন্না কাব্যগী দোষ অনিথোক্না থায়দোক্লগা বা অসি ময়েক্ শেংহল্লম্মী। "দ্বিবিধো হি দোষঃ"—"কবেরব্যুৎপত্তি-কৃতোঽশক্তিকৃতশ্চ।" (ধ্বন্যালোক) কাব্য দোষ অনিনি —কবিগী অব্যুৎপত্তিকৃত—মচা থায়দোকপদা ময়েক্ শেংদবা অদগা অশক্তিকৃত—শক্তি লৈতবদগী থোরকপা মতা চাদব অমসুং হৌনদব মচেৎ-মকাই, লোন্ অরূব অমদি অকন্ব ছন্দগী অথোৎপা লৈতব কবিগী অব্যুৎপত্তি দোষ পুম্ব অসি কাব্যগীদা য়াম্বা শাথিবা নত্তে। মরম্দি—

অব্যুৎপত্তিকৃতোদোষঃ শক্ত্যা সংব্রিয়তে কবেঃ।

যস্ত্বশক্তিকৃতস্তস্য স ঝটিত্যবভাসতে। (ধ্বন্যালোক)

অব্যুৎপত্তিকৃতদোষদু কবিগী রস শেম্বগী শক্তিনা কুপ্পনা থম্মি। হায়বদি শক্তিনা য়াবিদবনা মখোয় উহন্দনমক্ লৈ।' অদুবু কাব্যগী দোষগী মূলদি কবিগী রস শেম্ব শক্তিগী ময়েক্তাবা, থমোই থোৎপ পাঠকী চিত্তা দোষ অদু খুদক্তা ৫াঙ্গোরক্‌ই।' অমসুং দোষ অসিমক্ কাব্যগী অশেংব দোষনি। নত্রবদি ব্যুৎপত্তিগী,—অব্যুৎ

নবগুপ্তনা হায়বিরম্মী 'ভদুপযোগিসমস্তবস্তু পৌর্বাপর্যপরামর্শ-কৌশলম্'—হায়বদি কাব্যগী রস পুথোকপ গুণ-বস্তু পুম্নমক্কী অকোন্-অহান্ বিচার তৌদুনা শিজিন্নবগী কৌশল—মদু নৈতম মহাকবিশিংগী কাব্যপ্রবন্ধদস্তু মরক মরক্তা উইনে ; অদুবু অভিনব-গুপ্তনা হায়রম্মী অস্তুম তৌই মখোয়গী কবিপ্রতিভা, মখোয়গী কাব্যদা হায়রিব বিষয়না চিত্তবু মকম্ অদুতদা বন্দী তৌদুনা থম্মী, মথং মনাওগী বিচারগী মতম পীদে। মরম্দি য়াম্না শক্তি নৈব নিপাগী হৌনদব বিষয়দস্তু যুদ্ধগী মতিক্ থৌনা উবদা সাধুবাদ তৌবা ভায়' মথং মনাওগী বিচারয়োম্দা মনঃ চংদে। ( ধ্বন্যালোক লোচন, ৩।৬ ) রস ময়াম্ থীক্পা, অদুগা কাব্যগী অঙ্গ খুদিংনা রস অদুবু হেন্গৎহন্বা অমসুং নুংশিহন্বা অসিগুম্ব কাব্য য়াম্না শেম্থিদরি। অদুনা আনন্দবর্ধন্না হায়বি কাব্যগী সংসারদি মচু মথন্ য়াম্বা কবিপরম্পরাদগী চেস্তব ঊচেন্নি ; অদুবু মহাকবি হায়বদা কালিদাস-নচিংব অনি অহুম মরিমতাতবু শীংথানবা য়ায়। ( ধ্বন্যালোক ১।৬ ) সংস্কৃত কাব্য সাহিত্যগী সীমা লান্থোক্কুনা বিশ্বসাহিত্যগী মাইকৈদা য়েংলবস্তু আনন্দ-বর্ধনগী বা থোইনা হোংদোক্লোই। কালিদাসনা বিশ্ব শিল্পিবগী খুৎশেম্গী প্রবৃত্তিবু ( ইন্‌ক্লাইনেশন্ ) গুণ মথল্ পুম্নমক্ য়েংবিরমদে হায়বিরম্মী, মতম্ অদুদা কবিপ্রতিভাগী খুৎশেম্গী মাস্থ শোয়দনা মহাক্না নীংশিংলম্মিনি।

ক ব্যগা কাব্যগা অচৌ-অপিকী থেক্নবা অসি রসগী তারতম্য মাইবননি। কাব্য অমসুং অকাব্যগী থেক্নবদি ইহুত। হোক্না

পোৎনি। কাব্যগী রস শেম্বগী মচাক্ অরৈব পুরমক্—য়াহৈ, লোন্ অলংকার ছন্দ,—মচাক অসিনা শাব রচনা, অদুগা কাব্যগী আত্মা 'রস'দি য়াওদব অদুমক্ 'অকাব্য'নি। আলংকারিকশিংনা থাক্ অসিগী রচনাবু 'চিত্রকাব্য' কৌবিরম্মী। চিত্রনা বস্তুগী মতৌ তম্বনি, বস্তুদি নত্তে. মসিমু মদুগুম্না কাব্যগী মতৌতম্বনি, কাব্যদি নত্তে। (ধ্বন্যালোক ৩/৪২-৪৩) অকাব্য অমদি চিত্র-কাব্যগী রচনা তৌরিবসিগী মরম ময়াম্ লৈ। মরম্ মপুংদি, রস শেম্বগী প্রতিভা লৈতব মীনা কাব্য রচনা তৌনিংবা। ইচ্ছা অসিগী ক্রিক্ ক্রিক্ তক্শিন্না যেসা রচনা তৌবা অদু মহৌশানমক্ কাব্য ওইদে, কাব্যগী মপান্গী মূর্তিত মওই মরম্ অসিনা প্রতিভা লৈব কবিগী মতম্ মায়ব কবি মিংচৎ পাম্ব অকবিনা মহাক্কী লোন্, ছন্দ অমসু ভঙ্গীগী শুমমবৈ মতৌ তম্মি। মরম্দি কাব্যরসগী মূর্তি অদুমক্ মতম্ অদুদা মখোয়গী মমিৎ মমাংদা খাইদগী হেন্না লংনা লৈ। অমসুং মখোয়গী মপুক্কিংগী ভরসাদি অসিনি, মূর্তি অদু খরতবু মান্না শেম্ব ঙম্লবদি, মদুগী মহুংদা প্রাণ মথন্ত লাক্চগনি। আনন্দবর্ধন্না ইবিরম্মী, রস পাম্দব য়াচোই ঙাংব লেখকশিংগী কাব্য রচনাগী প্রকৃতি উরগা মহাক্না 'চিত্রকাব্য' মিংসি পুথোক্লম্মী। (ধ্বন্যা-লোক) অদুবু আনন্দবর্ধন্না অসিগুম শ্রেণীগী লেখকশিংগী মথক্তা অবিচার তৌবিরম্দে। বিচার কুপ্না তৌরগা মখোয়গী খর কংকম্ থোক্পা অদু মখোয়দা পীবিরম্মী। মখোয়গী রচনাবু রস য়াওদে হায়বসী অর্থ মসি নত্তে,—রস মদুদা শুক্না য়াওদে, ময়ম্দি, বস্তু শম্নবদি রচনা ওইদে। অমসুং জগৎকী বস্তু

পুম্নমক্ রস অমা নম্রগা অমগী অঙক লৌব ওন্মি। মসদি বিভাবদগী থোরক্পা চিত্তবৃত্তি মখল্ অমনি। অসিগুম্ব কবিগুম্ব পোৎ অমত্তা লৈতে, মতুনা কাব্যগী মওংদা লেংশিন্দা খজিক্তং ওইরবস্থ অসিগুম্ব চিত্তবৃত্তি থোকহন্দবা লৈরবদি, মস্তু অদুবু চিত্রকাব্যগী লেখক্শিংনস্থ মখোয়গী রচনাগী বিষয় ওইহল্লি। (ধ্বন্যালোক) অদুবু অকবিগী কাব্যগী মওং বাচ্যগী সামর্থ্য মতুংইন্না শেম্ব রস অদুগী জ্ঞানদি য়াম্না মশা শোল্লি। অমম্তুং অশোম্ব রস-রচনাতবু রসশূন্য চিত্রকাব্য হায়নৈ। মরম্দি কবিগুম্ব রসগী চাং খরদংত য়াওরগা কাব্য ওইদে। থমোই থোৎপ কাব্যরসিকী চিংকী রসজ্ঞানগী অহাম্ব থাক্ য়োনস্থ থুংত্রবদি মদু কাব্য নত্তে, চিত্র কাব্যনি।

শক্তিশূন্য লেখকী রস শেম্নবা হোৎনবা চিত্রকাব্য রচনাগী অনিগুদব মরম নত্তে। অয়াম্ব নিবন্ধ কাব্যগী মওংদা ইনৈ, রস শেম্বদি মখোয়গী লক্ষ্যমক্ নত্তবা, মখোয়গী উদ্দেশ্যনা পাউতাক্ পীবা, প্রচার তৌবা, মীগী বুদ্ধিগী মফম্দা কবিগুম্ব সত্য অমা হোংদোক্পা। অসিগুম্ব রচনা পুম্নবু কাব্যগী মওংদা শেম্বদা মখোয়গী মরক্তা রসগী আভাস (হিণ্ট) শোম্না শেম্নতুগী উদ্দেশ্য বাচ্য অর্মদি বক্তব্যবু খজিক্তং রস চেন্‌হন্নতনি। রস মভাং অসিদা উপায়নি, বক্তব্যতনা লক্ষ্যনি। মসিগী আবেদন অহুদি মীগী চিংকী মফম্দা নত্তে, মীগী বুদ্ধিগী মফম্দনি। শূম্না বক্তব্যগী চমৎকার মতৌ অমম্তুং বাক্যগী এক্সপার্টনেশ্‌না মসিবু কাব্য ওইনা ভ্রম ওইহন্নি অদুগা কবিনা ইবিরে :—

'লৈপন্নুগী অহোবদা মম্নিং মথা থংদবা।

শাংলে পীক্‌প্রবা লৈ অমা য়াম্নমু পীক্‌প্রবা ॥

তোল্লি তোল্লি হায়রে মাবু লৈকোন্‌গী লৈশিংনা ।

'মুংঙাইরিব্রা ভাই' হংবিরৈরেদো মাবু মুম্বিংনা ॥

মসিদা বাচ্যনা ইশেংশেংনা বুদ্ধিদগী লাপ্লোক্তুনা রসগী ধ্বনিনা চিত্তা চৈথা পীরে। অকিবগী কাব্য শেম্বগী মহোৎননা চিত্রকাব্য রচনা তৌই। মহাকবিগী চিত্রকাব্য পায়রুনা শাম্নবস্থ কাব্য ওইরকই।

---

# কাব্যতত্ত্ব

রসধ্বনিগী অধ্যায়দা ধ্বনি অমসুং রস হায়বদি কাব্যগী আত্মা রসধ্বনিগী মরম্দা শন্দোক্লা ময়েক্লানা বর্ণনা তৌখ্রে। রসধ্বনি অসি কাব্যগী প্রধান তত্ত্বনি। কাব্য শব্দ অসি মমাংঙৈদগী বিদ্বান্শিংনা সাহিত্যগী অর্থদা শিজিন্নরক্লে। অদুনা কাব্য হায়বদা সাহিত্য খংনগনি। মথঙ্গী অরোয়ব অধ্যায় অসিদা কাব্য অমদি সাহিত্যগী মরম্দা শন্দোক্লা বর্ণনা তৌরি। অহৌবদা সাহিত্যগী সংজ্ঞা অমসুং স্বভাবগী মরম্দা ইরি।

সাধারণ ওইনা কাব্য মথল্ অহুম থোক্লি ইনৈ। মদুদি :— গদ্য (প্রোজ), পদ্য (পোইট্রি) অমসুং চম্পু (গদ্য-পদ্য য়ানব)।

গদ্য ইবগী রীতি মাধুর্য্য-ভাব ফোংদোক্পদা উপনাগরিকা (বৈদর্ভী রীতি) শিজিন্নৈ; ওজঃ (পাঙ্গল, থৌনা) ফোংদোক্পদা পরুষা (গৌড়া রীতি) অদুগা প্রসাদ (পেন্ন, নুংঙাইবা) ফোংদোক্পদা কোমলা (পঞ্চালী রীতি) শিজিন্নৈ।

উপনাগরিকা বৃত্তিদা— টবর্গ য়াওদে; অতৈ অতৈ অমসুং অনুনাসিক ময়েক্শিং য়াওই।

পরুষ বৃত্তিদা—টবর্গ, ময়েক্ অনিথোন্ন (ক্ক, প্প, ত্ত নচিংব) ময়েক্ অনি তিন্নব (ঙ্গ, ক্ত, দ্ধ-নচিংব), রেফ, য়াওব ময়েক্, শ, ষ-নচিংব অকণ্ব ময়েক্ অমদি সমাস অশাংব য়াওই।

কোমলা বৃত্তিদা— য, র, ল, ব, স, হ-নচিংব ময়েক্, সমাস মচা মচা অমদি সমাস তোদব শব্দ য়াওই। (ছন্দোমঞ্জরী—গঙ্গাধর)।

পগু ইবদা অক্ষর ( সিলেবল্ ) মশিং নাইব ছন্দ মখল্ মখা কয়াদা ইনৈ। দৃশ্য কাব্য বিশেষ ওইনা নাটক ইবদা বৃত্তি মরি শিজ্জীন্নৈ। মদুদি— শৃঙ্গাররসদা ( গ্রেসফুল ) কৈশিকী, বীররসদা ( দি-গ্রেণ্ড ) সাত্ত্বতী, আরভটী, রৌদ্র অমস্তুং বীভৎস রসদা ভারতী ( দি-ভার্বেল )।

নট-না ( মেল এক্টরনা ) সংস্কৃত ভাষানা ঙাংবা অদুবু ভারতী বৃত্তি কৌই।

অথোৎপ, নেপথ্যদা বিশেষ ওইনা ঙকহন্ন, নুপী ময়াম্ তিন্ন, নৃত্য-গীত য়াম্না শবৃপ, কামলীলাগী থৌরম থোকৃহন্ন, নিংথিব অকে-অমৌ তিন্ন— কৈশিকী বৃত্তিনি।

সত্ত্ব, বীর্য্য, ত্যাগ, দয়া, আর্জব ( অতিংব পুকৃচেন্ ) হরাওবা শৃঙ্গার মচা মগু, অরাব-য়াওদব, অদ্ভুত ( অঙকৃপা ) সাত্ত্বতী বৃত্তিনি।

মায়া, ইন্দ্রজাল, যুদ্ধ অশাওবা, কঙাওনব-নচিংব য়াওব, মীহাৎ-মীপুন্না লাকৃঙম্দব— আরভটী বৃত্তিনি। ( সাহিত্যদর্পণ ৬ )

## সাহিত্যগী সংজ্ঞা অমস্তুং স্বভাব

সহ্+ক্ত ( লোয়নবা অর্থদা ) 'সহিত': সহিত+ষ্যঞ্ ( মশাগী অর্থদা ) 'সাহিত্য' শব্দ থোরকৃই; অদুনা ব্যুৎপত্তিগী অর্থ ( ডেরিভেটিভ্ মিনিং ) 'লোয়নবা' অমদি 'মরোয়না' ( কোম্পেনিয়নসিপ্ ) লৌরবদি সাহিত্য, শব্দগী মন্নুংদা মিলনগী ভাব অমা উবা ফংনৈ। মদুদি ভাবকা-ভাবকা, লোন্গা-লোন্গা, লাইরিকা লাইরিকা-গী মিলন নত্তে; মীগা-মীগা, হৌখিবগা-হৌজিকা, অরাপ্পগা-অনকৃপগা, মীগী মনগা— বিশ্বপুম্বগা য়াম্না মনুং হন্না

তিন্নহন্বা – মতুমক্ সাহিত্যনি। মীগী থমুংদা ইতত্তত্তনা পোৎ অতৈগী অমদি মীগী মনাক্ নক্লবগী অমদি মিলনগীদমক্ খোয়-ম্রাঙি; মহাক্কী কর্ম মথন্ পুম্নমক্কী অমসুং সমাজ-নাইব পুক্তিগী মূল সত্যমক্ মসিনি। অতৈগা তিন্নবগী মমুংদা মহাক্পু সত্য ওইহন্‌গদবনি, পুক্তিবু মাগী অথোইব পুন্নপ্তা থেংনহন্‌গদবনি। সাহিত্যনা মীগা-মীগা, মীগা বিশ্বগা-গী মিলন অসি থোক্‌হল্লি; হরাওবদা-চৈনা ফংবদা, অরাবদা-মুংঙাইবদা, তুজুংবদা-অঙকপদা, রস ফোংদোক্পদা মীনা মশাবু ফোংদোক্লগা অতৈ মী অমদি পোংকী মরীদা নপ্পহন্দুনা অতৈগা অমতা ওইবগী সত্যনা ফজ-হন্দুনা মশাবুত পুথোক্‌ই সাহিত্যগী লামায়দা ( রবীন্দ্রনাথ )।

বিশ্বগা মনঃগা তিন্নবসি লেপ্পমক্ মওং অনি থোক্লা ওইবা য়ায়। মীদি হিংনিংবগী মথা পোল্লি, মহাক্লা মিকুপ্ খুদিঙ্গী স্বর হোন্দোক হোঞ্জিন্ তৌদুনা আকাশগী মুংশিৎ মকোয়গা শন্নদবা য়াদে, চিঙ্গাক্ থিবদা ঈশিং—লৈপাক্কী নক্তিন্নবা সম্পর্কনা পুক্তিন্নবা তায়। মতৌ অদুম্না মানা প্রাণ ফঙি অমসুং জীবশক্তি তাক্তিল্লি হুমিৎকী মঙান্ অমসুং মৈশাদগী। অমরোম্দা মীগী মশা কন্নবগী তক্শিন্নবা মহাক্লা ময়াম্ পুন্না মপুক্তি লেন্দবা য়াদবনি, মাগী সমাজ শেম্মে; সমাজ অদুবু ঙাক্লনবগীদমক শিক্ষা, রাজনীতি, অর্থনীতি, সমাজনীতি হোদোক্পা তারে; অমসুং চৎনরিব পুক্তি মরেন্দগী মানা পড়া অসিমক্ লৌশিন্নে, অয়াম্ব মীগী ওইনা হিংদুনা লৈবা ওইথোক্তবা ওইরে। অদুবু মীগী অন্তরদা জ্ঞান অসি অমসুং মিলন অসি হিংদুনা লৈননবগী

স্বার্থতনি ( ওউন্ ইণ্টারেষ্ট )। জীব নেসেসিটি খরদি, মচুদি মশা কম্ব। অমসুং নোংয়-পেন্নবা তৌবমক্ মিলন অসিগী উদ্দেশ্যনি। লম্বী অসিদা মহাক তিন্নদবা মাত্রবনি—নত্রবদি পৃথিবীগী তম্পাক্ত-গী নোংমদি মীগী জাতিগী চিহ্ন লৈরোই।

অদুবু মসিস্থ নত্তবা মীগী অন্তরদা অতৈস্ম সংকল্প অমা লৈরি—মশাবু আনন্দগী রস ওইনা ফোংদোকপা য়েংনিঙি, মশাগী সীমানাগী মপান্দা মশাবু শন্দোকপা পাম্মি, মাহৈ অমত্তনা হায়রবদা পূন্নমক্তা লৈ নিং। পূন্নমক্তা লৈনিংবা অসিগী মচুংদা করিগুম্ব স্বার্থ লৈতে, করিগুম্ব অপাম্বা লৈতে, করিগুম্ব দরকারগী ভাব লৈতে, করিগুম্ব ফংনবগী ওৎ-নৈবা লৈতে: শূপ্না মরম লৈতব আনন্দ অমসুং প্রেম্না, মক্তব মিচুংশিনা মীনা মশাবু অতৈ পূন্নমক্তী থমোইদা শাৎকারবা য়েংনিঙি— সংকল্প অসি, রবীন্দ্রনাথনা হায়বিরম্মী, ফোংদোক্পগী আনন্দনি, থমোইগী জগৎপু পাক্থোক্হনবগী আনন্দনি। সাহিত্যনা মীগা-মীগা অমদি মীগা বিশ্বগা তিন্নহল্লিব অচু-ফোংদোক্পগী অনিশুব মিলন অসিনি, হিংনবগী উদ্দেশ্য অমদি স্বার্থগী মিলন নত্তে। সাহিত্যদা চংজচুনা মীগী রসিক থমোইনা মশাগী পারসেপ্শন্ অমসুং অস্তিত্বগী সীমা লাংহ্কাক্তুনা সর্বগামী (ওম্নিপ্রেজেন্ট) ওই বিশ্বপূন্নবু অন্তরদা লৌশিন্দুনা হরাওজরি।

রবীন্দ্রনাথনা মহাক্কী 'সাহিত্যের স্বরূপ' প্রবন্ধদা বিষয় অসিগী মরমদা চমৎকার আলোচনা তৌদুনা হায়বিরম্মী, "সংসারদা ঐখোয় পূন্নমক্কী মাইকৈ মরীদা-হোয়—ধর্ম্মগী কাংবু লৈ—রিএ-লিটিশিগী শম্বন্ অসিনি; মখোয় পূন্নমক্পু ইশাগা য়েচ্ছিন্নচুনা

ঐখোয়গী এক্‌জিস্টেন্সনা ইশাবু অঙকপা ওইহল্লে, পাক্‌থোক্‌কল্লে; মখোয়দি শূপ্পা মীত নত্তে, মখোয়দি তুই, কৌদোং, শগোন্, তেনবা, ময়না; মখোয়দি শন্থৈল্লে- খাজিন্ন কংথন্ন পুথিগ্রি, খুঙঙ্গী শিজন্নদ্রব হৈকোন্‌গী নীংখায়ব লৈপন্দা নপ্তুনা হৌব খোয়দ্রিং খোয়দ্রাংব কুরাও, যঙ্গোন্ ময়াগী চরু-চনাই মনম্, খুন্ ময়ায়গী বাজার চৎনবা লপ্পেল্ মচা করিগুম্ব ইতিহাসদা য়াওদ্রবা, করিগুম্ব মেপ্‌কী কাচিন্দা লৈই চিংবিদ্রবা। মখোয়সিগী সঙ্গদা য়াওরি পৃথিবীগী মাইকৈ মনীদগী ভাষা কয়া কয়াগী সাহিত্য-লোক্কী মরক্তা বাস্তবগী (রিএলিটি) দল। ভাষাগী শব্দন্ রাংমদা লৈব খঙ্‌নবশিংদা হরাওনা হায়, 'হাঃ য়াম্না ফরে,' হায়বদি প্রাণগা তিন্নরে, মনংগা য়ানরে। মখোয়গী মরক্তা রাজা-বাদশা য়াওরি, অনংব-লাইরব য়াওরি, অফব মী য়াওরি, ফজবী য়াওরি; মিত্তাংব খোংতেকপ-নপ্মোম্ব-শক্‌থিবসু য়াওরি, মসি নত্তব খোয়রাংব ভাবগী রিএলিজ। —অরা-নুংঙাইবা কায়নব-তিন্নবা, ইকাই-ইকি, বীরত্ব-কাপুরুষত্ব য়াওরি। মখোয়না সাহিত্যগী নুংশিৎ মকোয় এড্‌মোস্ফেয়ার শেম্মি। —মফম্ অসিদা নোং-নুংশা, অসিদা অমম্ অঙান্, অসিদা লৈচিন্নগী শিন্না। নুংশাতরঙ্গী ফজব চিত্র মপান্দগী মীগী মশাগী ওইশিন্ন মপৈ অসি, মতুংদগী মীগী মশাগী তিন্নবগী খুৎশেম্ অসি, মাগী রিএলিটি কাংবু অসি—বিশ্বলোক্কী মরক্তা মাগী ইন্টাইমেট্ মানবলোক (হিয়ুমেন্ ৱারল্ড) অসি—মসিগা মরক্তা ফজব-ফজদব, অফব-ফত্তব, চুনব-চুনদব, সুর য়াওব অমসুং সুর চাদব ওন্নমক্‌লৈ; ইশাগী মরক্তা মখোয়না মখোয়বু নমদুনা য়াবিনবগী অসিগুম্ব সাক্ষী

পুৱক্ত্না লাক্ই, মতম্ অদুমক্তদা ঐখোয় পেল্লক্ই। বিজ্ঞান ইতিহাসনা মখোয়বু অসত্যানি হায়গে হায়জসন্থু, মীনা মশাগী মনংগী লেঙজ্রব অনুভূতিদগী (পারসেপ্শন্) মখোয়বু অরেপ্প সত্যানি হায়। সত্য অসিগী জ্ঞান্না আনন্দ পী, আনন্দ অদুমক মাগী অরোইব ভেলুনি।"

মসি ওইরে থুৎশেম্গী মাইকৈ অমা, মাগী আনন্দগী মাইকৈ; অদুবু আনন্দ অসিগী মনুংদা মীগী পুক্নিংগী খ্বাইদগী লুব সত্য ফুমদুনা লৈ। মশক্-শেম্বিব অমদি সাহিত্য শেম্বিবগী মাইকৈ মরীদা লৈরিব ভাব মপৈ অদু ঐখোয়গী পুন্সিগী সম্পত্তি ওন্নমক্না শেম্বনি; অমসুং কবিগী কাব্যদা, উপন্যাস-কারগী উপ-ন্যাসদা অমদি নাট্যকারগী নাটক্তা ভাব মপৈ অদু শিল্পীগী কল্পনা অমসুং পারসেপ্শনগী ঐশ্বর্য্যনা লৈতেংদুনা ফোং দোরকই। মরম্ অদুতনা ঐখোয়না হায়বা ওন্মি,, সাহিত্য মীগী পুন্সিগী মিংশেল্নি; মরু ওইনা সাহিত্যদি মীগী পুন্সিগী লংলব মফোংদোক্ অমনি। পুন্সিগী মনোভূমিদগীত (মেণ্টেল্ কিংদম্) মা থোরকই, অমসুং পুন্সিবু মানা কয়ামুক্ মহৈ য়াম্না, মপুন্গী শরুক্ কয়ামুক ফোংবা ওন্নে, বিচার অদুদতা মানী থোইগৎপা অমদি হন্থবা-নি। রূপ-রস-গন্ধ থম্ব পৃথিবী অসি, মাগী ফজব-ফজদবগী-সীমা য়াওদবা অঙকপগী মরক্তা মীগী অভিজ্ঞতা (এক্সপিরিএন্স) করিনো, মদুগী মশক্তুনা করিনো, অমসুং অভি-জ্ঞতা অদুদগী পোক্লকপ মীগী চিন্তা, জ্ঞান অমসুং পারসেপ্শনগী মশক্ করিনো,—মদুমক্ সাহিত্যনা ভাষাগী মিডিয়ম্দা মিনুংশি-

খংব পাঠকী চি দা থাঙ্গত্তুনা পায়। মরম্ অদুনা, সাহিত্যবু মীনা পাম্বরিবনি, সাহিত্যগী মরম্ (রেট) নি।

সাহিত্য পাবগী মনুংদা ঐখোয়না আত্মজ্ঞান (সেল্ফ্-নোলেজ্) থেংনৈ, সাহিত্যগী মিংশেন্দা ইশাবু মমিতাইম্ব উবা ফংঙি; অদুগা মত্তৌ অদুম্না য়েংবদা য়াওরি হন্না পুথোক্লবগী —চাং লৈতব আনন্দ। খংনদব যেসা পোৎ অমদি জীব থেংনবদা অঙাঙ্গী মবুক্লিং হরাও তুজুংনা ইঙক্-ঙক্লকৈ। করিগুম্ব অরাপ্পা রহস্যলোকী ময়েক্ শেংদব বাণীনা মহাকী চিত্তদা মখোন্ থোরকই। অদুগুম্না সাহিত্য পাঠগী মনুংদস্থ মীনা খর চাউব পুন্সিগী অঙকপ অথুম্ব ময়েক্ শেংদব শব্দ অমা তাবা ফঙি, থাঙ্গশেংব মীগী ফোংদোক্তব সংকল্প, অপাম্বা, প্রেম, অঁরা-হুংশি খংবা অমসুং রস কবিগী কাব্যদা অমদি গদ্য শিল্পগী রচনাদা ঙংখৎলকই। ঐখোয়গী থমোইগী অনুভূতিনা মতুগা লোয়ননা আত্মা অমত্ত ওইনা তিন্নদুনা হরাওই; মঙ্গী কল্পনা-রসগী যাদুনা ঐশ্বর্য্য লৈব ওইদুনা পুন্সিনা ইঙ্গিত ফঙি। পার্টিকুলার মীগী পুন্সি অমসুং অভিজ্ঞতানা মী পুম্নমকী পুন্সিগী মহাও পুদুনা লাকই। শিংথানব মী মচা অমগী থবকী পরিধিগী (সার্কম্ফেরেন্স) অথুব সীমাদা মীগী পুন্সি ঙম্নমক্পু লোশিন্বা ঙম্মি হায়বমক্কা সাহিত্যদা ঐখোয়গী মপান্নাইদব আনন্দ, খম্ব-লৈতব কৌতূহল (ইণ্টারেস্ট), সীমা লৈতব অঙকপা ওইরি।

এরিষ্টটল্না কাব্য অমদি সাহিত্যবু দর্শন-ইতিহাসদগী—য়াম্না হেন্না গুরুত্ব (রেট) থম্বনি হায়না শিংথারম্মী। মরম্দি মীগী পুন্সি-না হোৎনবনা যেসা মহৎ খর, যেসা লুনা তৌকম্ থোক্প, তরাম্না

লৌশিনকম্ থোকপ, মপুংফানবগী সংকল্প থর অমসুং মুক্তিগী খৌরাংবা থর, যুগ-যুগ চুপ্পা সাহিত্যমক্তা মচু মশক্ শেম্লি, অমসুং মীগী ইতিহাসগী থাইদগী অথোইব সম্পত্তি ওঠক্লুনা লাক্লি। মপুংফাবা অমসুং মুক্তি ফংনবগীদমক্ মীনা খুদোংথীব সমুদ্র যাত্রা তৌবিরসি, যুগ খুদিংদা মাগী অওক্প কোংদোক্লিবা, হেন্না ওক্পা সাধনা, মদুগী মচু থাব চিত্র ঐখোয়না সাহিত্যগী লামায়দা মমিতাবা উব ফঙি; উবা ফঙি মতম মতম্দা দেশ দেশদা কয়া ওক্লব পুন্সিলেন্বগী লীলা, কবিগুম্ব মনঃ খোয়রাংব-তথক্-ত রূপ, পাটিকুলার মতম্গী মীগী থমোই, কবি আশানা লংলব মহাক্কী পুক্নিং-লায়েক্ফম। মরম অদুমক্তা সাহিত্যদি ঐখোযগী এক্সপার্ট মীগী অস্তিত্বগী খম্ব লৈতব গুরুত্ব থন্ন মফোং-দোক্ অমনি; সাহিত্যনা সভ্যতাগী ভাব থন্ন অচুম্ব মশক্ মমি তাহল্লমদ্রবদি কবিগুম্ব সভ্যতামক্ ঐশ্বর্য্য লৈব ওইবা ওন্মম্মোই হায়না খল্লি। অদুগা, আধুনিক মতম্দা সাহিত্যনা ঐখোয়গী পুক্নিংগী লোয়ননা অচুক্ থাদোক্লব-য়াদব থৌরিনা চেংনা আজিল্লে, সাহিত্য য়াওদব পুন্সি কল্পনাগীসু রামদা ওইরে। সভ্যতা সংস্কৃতিগী তনৌ তনৌব পেক্যুলিয়ারিটিশংবু য়োক্লুনা অমসুং মচুগী থর মপুংফাব মফোংদোক্লা মতেং ওইহন্দুনা সাহিত্যনা ঐখোয়গী জ্ঞানবু তরু তরুহল্লি অমমুং মথহন্দে, বুদ্ধিশক্তিবু মরা চেৎহল্লি অমসুং থৌহল্লি।

মত্তাং আসদা কবিগুম্ব দোষ অমদি স্বার্থ জ্ঞানগী অতোম্বগী সোইহ য়াওদে। ইংরেজ সাহিত্য-রসিক পণ্ডিত মোর্লিনা (Morley) হায়বিরম্মী—'Literature is one of the instruments,

and one of the most powerful instruments, for forming character, for giving us men and women armed with reason, braced by knowledge, clothed with steadfastness and courage, and inspired by that public spirit and public virtue of which it has been well said that they are the brightest ornaments of the mind of man—. After all, the thing that matters most, both for happiness and for duty, is that we should strive habitually to live with wise thoughts and right feelings. Literrature helps us more than other studies to this most blessed companionship of wise thoughts and right feelings."

মোর্লিগী উক্তি অসিগী মনুংদা ঐখোয়গী পুন্সিগী সাহিত্য-গী ভেলু অমসুং গুরুত্বগী তাৎপর্য্য য়াম্না ফজনা ফোংদোক্লে। প্রসঙ্গ অসিদা রবীন্দ্রনাথগী উক্তিসু নীংশিংফম্ থোক্ই; মহাত্মা হায়বি, "কবিগী থবক্তি অপাম্ব য়াওনা মীগী জ্ঞানবু লংহবা, ইণ্ডিফরেন্সদগী হোদোক্পিবা। অসিগুম্ব বিষয় পুন্নমক্তা মীগী চিত্তবু কোঞ্জিন্দুনা লৌশিন্বিবা, অদুগা শীন্-থুংনা অমসুং লুনা মহিমা, মুক্তি অমসুং নিত্যতা (ইটার্নিটি) লৈবা কবি অদুতবু মীনা অচোবনি হায়। কনা অমসুং সাহিত্যগী ভাণ্ডারদা দেশ খুদিংদা মতম্খুদিংদা মীগী অপাম্বগী সম্পত্তি শেম্বরি অমসুং পৈশিন্নরি।" মহাত্মা অতৈসু হায়বি, "মহৎ সাহিত্যনা ভোগবু (এঞ্জোইমেণ্ট) মিহৌবদগী কম্বি, ফজববু আসক্তিদগী (এটেচ্-মেণ্ট), চিত্তবু হক্থেংনব স্বার্থগী দণ্ড পায়বশিঙ্গী মনাক্তগী

কম্বি: রাবণগী য়ুমদা সীতা মিহৌবনা বন্দীনি, রামগী য়ুম্দা সীতা প্রেম্না মুক্ত (ফ্রী) ওই। মফম্ অদুমক্তদা মহাক্কী সত্য ফোংদোক্পনি।" সাহিত্যনা প্রেম্না মী-পুম্নমক্পু, বিশ্ববু অমত্তা ওইহন্দুনা য়েঙি, পুল্লপ পৃক্তিম্না য়েঙি; প্রেমগী মকা ফম্বনা মহাক্না মীগী অমত্তা ওইবগী সাধনা তৌদুনা সভ্যতাগী অহৌবা মতম্দগী চৎলক্লে।

মরম্ অদুনা, মহাকবি গেটেনা (Goethe) সাহিত্যবু বিশ্বপুম্বগী মী ওইহন্বনি হায়না কৌরম্মী (**"The humanisation of whole world"**) থাঙ্গৎশেংনমক্ সাহিত্যনা কবিগুম্ব প্রদেশগী, জাতিগী, ভাষাগী মখেক্কী সীমা অমসুং নেরোনেশ য়াবিদে। রাজনীতিগী নেতাশিংনা অমসুং সাম্রাজ্য পাম্ব দলনা মীগা মীগা থাইদোক্নবা শেম্দুনা দেশ অমবু দেশ অতৈগী থমোইদগী লাপ্না তোখাইনা থম্বা কন্না হোৎনবা মফম্ অদুদা সাহিত্যনা লোম্না থুপ্না, লিরব মীগী ভেলুগী গুণগান অমসুং শন্দোক্নবদা সহায় তৌদুনা, ভেদবুদ্ধি অমসুং অপম্বা পুম্নমক্কী মুক্তি ফংনবগী ইঙ্গিত পী। সাহিত্যগী দেশ লৈতে, জাতি লৈতে, মীনা শেম্ব অথিংবা পুম্নমক লান্থোক্তুনা মীগী সংসারদা কাম্থৎলি।) সমুদ্র তরেৎ তুরেন্ তন্নাহুমদোই লান্থোক্লগা পৃথিবীগী দেশ বিদেশগী সাহিত্যনা দেশ খুদিঙ্গী খুঙ্গঙ্গী অচীক্প থমোইদা মখোন্ থোক্হল্লি; অমসুং মফম্-মতম্না ফাজিন্ন মীগী অভিজ্ঞতাবু মফম্ মতম্ রাংমগী মীগী অভিজ্ঞতাগী সাগর তিন্নফম্গী লম্বীদা কৌদুনা পুই। সাহিত্যদা চংজদুনাত মীনা 'অহং'গী (আই-নেস্) সীমা লান্থোক্তুনা বিশ্ব-সীমা য়ৌই।

মীগী সমস্যানা ( প্রোব্লেম্ ) তাহংলব কপ্-লাওবনা হায়লব পুন্সিদা সাহিত্যনা পুবিরক্ই ফজব-য়াইফব বাণী মৈচাক্তা আশাগী থাংমৈ। রবীন্দ্রনাথগী উক্তি অমত্তগা লৌখৎলগা হৌজিক্কী আলোচনাগী সমাপ্তি ওইরসনু ; "সাহিত্যনা দেশ পুম্বদা রা অসিমক্ প্রমাণ তৌদুনা লাক্লি,—মীগী আনন্দগী সঙ্গায় কুইরবনি লিরবনি। কালিদাসগী মেঘদূত-তা মীনা মশাগী কুইরব লিরব কায়ন-মৈচাক্-মক্কী মহাও ফংদুনা হরাওরি। কুইরব-লিরব অদুগী কুইনা ইনৌ নৌবা পুবিংক্লে মীগী সাহিত্যনা, মীগী শিল্পকলানা। মরম্ অসিমক্তা মীগী সাহিত্য, মীগী শিল্পকলা মী পুম্নমক্কীনি"।

## সাহিত্যগী-মচাক্

মথক্কী আলোচনাদা, রবীন্দ্রনাথগী উক্তিগী মতেংনা মসি ৺ঙাল্হল্লে. ঐখোয়গী মাযকৈ মনীদা পোৎ-মপৈ অমসুং ভাব মপৈ লৈ, মদুনা ইত্তত্তনা ঐখোয়গী পুক্নিং-লাইয়েক্ফম্দা মখোয়গী অস্তিত্বগী সোই থমম্মি ; ঐখোয়গী ভাবনাবু থৌজিল্লি, ঐখোয়গী অনুভূতিবু অবেপ্প ঈচেন্দা চেন্হল্লি অমসুং ঐখোয়বু ইনৌ নৌনা খল্হল্লি। সাহিত্য জগৎসু জ্ঞান অসিগী জগৎ য়াওনমক্ শেম্বনি। রাইহ অমরোম্দা, মশা-মরেং ময়াম্না পাক্লা শন্দোক্পা ঐখোয়গী পুন্সিনা, মাগী চোক্থবা, ঐশ্বর্য্য, মশক অথীবা, অফব জ্ঞান অমসুং তৃক্কচবা পুম্নমক্ পুদুনা শেম্বিবগী থমোই-তারদা য়ৈ. অমসুং শেম্বিবনা মহাক্কী সীমা নাইদব ভেরাইটীগী এন্দাই মচাদগী মশাগী উদ্দেশ্য অমসুং দরকার ওইদোব লৈ খন্দোক্পি অমসুং

মশাগী কল্পনাগী মিঙ্গঙ্গী শক্তিনা আনন্দ-পীব রূপ শেম্বি। পুন্সিতনা শিল্পীবু মখল্ পুম্বগী মচাক্ দপ্লাই তৌই, শিল্পবিত্থাগী মিন্ডিয়ম্না পুন্সিমক্ সত্য ওইরক্ই।

অহুবু শতাব্দী তরামাপনগী অয়োইব তংখাইদা ইউরোপ্তা 'শিল্পগীদমক্তা শিল্প' ( আর্ট ফোর আর্টস্ সেক্ )- দাবী অসিদা আন্দোলন অমনা সাহিত্যগী আকাশ ইনিন্নিল্‌হল্লম্মি; প্রেজেন্ট শতাব্দীগী অহাম্ব মশুংদা আন্দোলন অদুগা চৈথক্-চৈপোম্ ঐখোয়গী দেশদসু থেংনরম্মী। আন্দোলন অদুগী অথোইব বক্তাশিঙ্গী মোত্তা শিল্প সাহিত্যদি মশাদা মশামক্তা মপুংফাবনি, মথন্ত পোক্‌চবনি; পুন্সিনা শিল্পদা মচাক্ করিমতা সপ্লাই তৌদে; থাজৈশেংনা শিল্পনা করিগুম্ব মওংদমক পুন্সিগী মতুংইন্না অমদি মতৌতম্বা তৌদে। থোইনদুম্, পুন্সিমক্তা শিল্পগী মতৌ তম্মি, অমসুং সাহিত্যদা রংথাব রূপ অমসুং আদর্শ মতুংইন্না মশাবু শেম্মিঙি। মখোয়গী উক্তি অসিগী সমর্থন তৌদুনা মখোয়না ইতিহাসগী প্রেসিডেন্ট অমদি প্রমাণময়াম্ লৌখৎলম্মী, অমসুং উৎপিরম্মী— মতৌ করম্না ফরাসী বিপ্লবদা ( রিভোল্যুশনদা ) বিপ্লব যুগ মমাঙ্গী সাহিত্যগী প্রভাব শন্দোক্লম্মী, অমসুং মতৌ করম্না শতাব্দী তরামাপন্দা রাশিয়াগী বিদ্রোহী আন্দোলন টুর্গেনিভগী উপন্যাসদগী থোনা, থোইঙ্গিন্ অমসুং শক্তি লৌরম্মী।

ইতিহাসগী তথ্য ( ফেক্ট ) নচিংবগী সাক্ষ্য মিথ্যা নত্তে; অদুগা, মসিসু সত্যনি, শিল্প সাহিত্যনা পুন্থিবু মওং কয়া কয়াদা মতিক্ হাপ্তুনা চাওখৎহল্লি, অমসুং মদুদি শোয়দনা তৌগদবমক্নি। মরম্দি, পুন্থিদি মীগী অফাংব-থবক্-চরাংনবগী মরী-তত্ত্ব

ঈচেম্নি, শিল্পসু মতৌ অসুম্না মীতগী আত্ম-জ্ঞানগী পুম্নমক্ শীন্‌-থুংব মফোংদোক্নি। মহাক্কী কর্মমক্কী অতৈ মফোংদোক্ অমনি। মরম্ অসিনা সাহিত্যবু পুক্নিংগী মফোংদোক্কী মাঙ্গোন্দগী তাম্বোক্পা য়াদে; তাম্বোক্লবদি, মীগী পক্ষদা মাগী পুক্নিংবু য়াবিবমক্ লুনা থোক্কে। হায়বদি সাহিত্য অমসুং পুক্নিংনা, মীগী ভাব-জীবন অমসুং কর্ম-জীবনগী মরক্তা অসিগুম্বা মরক্থৎপা অমদি থাপ্পবা অমদি য়েংথিনবা শেম্বা যুক্তি শক্চা চাদে। সাহিত্যদি মীগী ভাব-জীবনবু ফোংদোক্পনা মীগী খর চাউব পুক্নিংমক্কী থাইদোক্পা য়াত্রব অঙ্গ অমনি। পুক্নিংগী জ্ঞানশূন্য সাহিত্য ( মদু শেম্বা য়ারবদি ) প্রাণ শূন্যনি, তাইফেং তাইদব য়ারোই; মতৌ অদুম্না সাহিত্যগী এপ্রুভেল য়াওদব পুক্নিংদুসু মচেৎনি, মপুং নত্তে।

পুক্নিংনা সাহিত্যবু যুগ যুক্তা মচাক্ কয়। কয়ানা সজাইবিবনা মতম্ মতম্দা সাহিত্যগী অসুক্ তোঙাম্বা, রূপ শেম্বগী অসুক্ খেন্নবা অমসু ভেরাইটি ওইরি। তোঙান্-তোঙাম্ব ইতিহাস মতম্গী সাহিত্যগী তুলনা তৌব পরিচয় লৌরবদি ঐখোয়না মীগী ইতিহাসগী সমাজ হোংদোক্পগী মরী মথং মথঙ্গী পরিচয় অমা লৌশিন্না ঙম্মি। পার্টিকুলার চিন্তা অমনা করিগুম্ব মতম্ অমগী মীবু থবক্তা থৌইক্নিল্লম্মী, মতম্গী মনুংগী স্বার্থগী নিংথিজব মশক্ থোক্পা করম্না শেম্বিখিবা. সাহিত্যগী মিংশেন্দা মদুগী মমি-তাবা উবা ফংনৈ আত্ম-জ্ঞানগী লম্বীদা মীনা কদৌঙৈ মতৌ করম্না কয়ামুক্ থূমাং চাওশিল্লম্মী, সাহিত্যনা মদুগী নিংথিব উদাহরণনি। মদুমক্ ওইরবদি, সাহিত্যনা পুক্নিংগী অরেপ্পা

মফোংদোক্কী মথক্তা তাররে, মচু খংননবগীদমক্ সাক্ষী প্রমাণগী দরকার ওইদে।

হৌজিক বিচার তৌগদবদি, মতৌ করম্না পুক্সি নত্রগা পুক্সিগী অভিজ্ঞতা সাহিত্যগী মচাক্ ওইনা শিজীন্নৈ; অমদি বিষয়বস্তু করি করিগী ফাউণ্ডেশন্দা সাহিত্য শেম্নৈ। মসিদা নিংশিংফম থোক্ই, পুক্সিদি শীন্-থুঙি, চাউ-ই, ভেরাইটিনা সীমা নাইদে, মতৌ অদুম্না সাহিত্যগী মচাক্ অমদি বিষয়বস্তুসু পাক্-চাউই, সীমা নাইদবনি। ঐখোয়গী অভিজ্ঞতানা থেংনবা যেসা বস্তু অমদি ঘটনা অমদি ঘটনাদগী পোক্লক্প জ্ঞান নত্রগা ভাব মথুম্মরাং হৌবদা তোংদুনা সাহিত্য শেম্বা য়ায়। সাহিত্যগী অমদি শিল্পগী চাক্তাফম্গী অকক্লব মাইকৈ লৈতে; প্রকৃতিগী বিশ্ব অমদি মীগী বিশ্বগী যেসা ফোংদোক্পা অমবু কেন্দ্র লৌদুনা মচু মকা ফন্না শাৎহন্বা য়ায়। অদুমক্তদসু, ঐখোয়গী চৎনবীগী সুবিধাগীদমক্ অমসুং জ্ঞানগী নত্যতাগীদমক্ ঐখোয়না মতৌ অসুম্না পুক্সিগী মচাক্শিংবু খায়দোক্পা য়ায়। অহান্নদা,—পার্টিকুলার মী খুদিংমক্কী মশাগী অরেপ্প অভিজ্ঞতা খরদি লৈ, অভিজ্ঞতা অদুদা অতৈ কনাগীসু শরুক য়াব ওইথোক্তে। অভিজ্ঞতা অসিগী পুল্লপ্ পূম্বনা মাণী ইন্দিভিজুয়েল্ পুক্সি শেম্নৈ—মহাক্কী মনুঙ্গী জগৎ অমসুং মপান্গী পুক্সিগী অচৌকপদা শউম্-পীব অথুম্ব ময়েক্ শেংদব সুরনি। অনিশুবদা,—বিশ্ব পৃথিবীদা মীগী ওইনা মীগী জাৎ পুম্নমক্কী জীবনগী অভিজ্ঞতা মহাক্কী পুক্সিবু খর-ফজহন্ব, খর হেনগৎহন্নবগী সংকল্প, মদুনা মীবু অনৌ অনৌব কর্মগী লম্বীদা পূদুনা চৎলি। পার্টিকুলার মীনা কর্ম অসিদা

ইতত্তত্তনা হাম্নন্না বিক্তি ওইরবস্‌, কর্ম অমস্তুং চিন্তা অসি পুন্নমকীনি, মীগী জাৎ ঙম্নমক্লৌনি। অহুম্ শুবদা, —মীগী টুটেল্ পুক্নিংদি কেমিলিনা ফাক্জিল্লি মদুদা অকুরুব মীনা অতৈ অতৈ মশিং নাইদব মী মরিক্কা লোয়ননা অর্থনীতিগী রাজনীতিগী, সমাজগী অমস্তুং মখল্ অতৈগী সম্পর্কনা পুক্নিংল্লি। সম্পর্ক অসি করিগুম্বদা য়ানবগী, করিগুম্বদা কায়নবগী ওই ; মদু মরু ওইনা খায়দোক্লবগী ওইরবদি, মদুতদা অরুব সমস্যা উৎলক্ই, মদুগী চৈফুনা সমাজ-জীবন হাই-হুমদুনা চঙৎনৈ। মুরীশুবদা, —পাক্চাউরব প্রকৃতিগী বিশ্বনা, মাগী মশকী, চমৎকার মওইগী অমস্তুং সীমা নাইদবগী চাংনাইদব রহস্য পুদুনা মীগী জ্ঞানগী থোঙজিন্দা য়ৈরৈ ; মীনা কৌরিবদুদা ইঙ্গিত পী, অমস্তুং প্রকৃতিগী মায়কৈ অকোয়বগী অবস্থাগী মনূংদা মখৈ লৈতনা নিজরিব মুক্তি, শান্তি অমস্তুং আনন্দগী মহাও-তংবা ফংঙি। মুঙাশুবদা, —ইশেং-শেংব মশক্ শেম্নবগী আশা। মসিসু খেলা মখল্ অমনি, মসিনা শূপ্নমক্ ইন্দ্রিয়গী মুঙাইবা মশক্ শেমদুনা খপেন্না ফংলি। মীগী পুক্নিংগী অভিজ্ঞতা, অনীংবা অমদি সংকল্পদা তোংদুনা সাহিত্য শেম্নে, শিল্লীনা শিল্পগী সাধনাদা মশা শিজীন্নবিরি।

এনালাইসিস্ অসিগী চপ্‌চাব মরী মতুংইন্না বিচার তৌরবদি অমস্তুং সাহিত্যগী বিষয়-বস্তুদা লক্ষ্য থল্লবদি ঐখোয়না চাউরাক্না মখল্ মঙাগী সাহিত্যগী পরিচয় ফঙি ; —মী অমগী অভিজ্ঞতাগী সাহিত্য ; মী জাৎ ঙম্নমক্নী পুক্নি খংনিংবগী সাহিত্য ; মফম্-মতম্ নাইব সমাজ জীবনগী সমস্যা-নাচিংবগী মশক্ শেম্বগী সাহিত্য ; প্রকৃতিগী নাক্-য়েংকী অবস্থানা মীগী অভিজ্ঞতাগী চিত্রগী সাহিত্য ; অদুগা

উদ্দেশ্য য়াওদব য়াঙাঙ্গী মূর্ত্তি অমদি চিত্র শেম্ব সাহিত্য। অদুবু মসিদামক্ সাহিত্যগী মচাক্ লোইদরি ; মতাং অসিদা নিংশিংক্ষম্ থোক্প রবীন্দ্রনাথগী উক্তি. "বীণাপাণিগী বীণাগী তার ময়াম্নি। অমনা সনাগী, অমনা কোরৌগী, অমনা ইস্পাতকী। সংসারগী খৌরিদা হরাওবগী অমসুং মথোই কাবগী অয়াংব অমসুং অরান্ব মখল্ কয়াগী হেক্ লৈরিব স্বুর পুম্নমক্ মহাক্কী বীণাদা য়ৈরে। কবিগী কাব্যদসু স্বুরগী মশিং নাইদব ভেরাইটি লৈরি।"

অদুবু শূপ্না বিষয়বস্তুতনা সাহিত্য শেম্বা ওইথোক্তে। বিষয় বস্তুবু শিল্পনা লৈতেংনবগীদমক অসিগুম্ব কেমিকেল্ প্রোসেস্ লৈরি, মদুগী শিল্পীগী মশাগী পেক্যুলিয়ারিটি অমসুং কল্পনাগী রাখন্গী জগতগী কাপ্ থোরক্ই। শিল্পীগী মনোজগৎপু য়াম্না কূপ্না এনালাইজ তৌব ওইথোক্তে, অদুমক্পু, খ্বাইগী ওইনা পেক্যুলিয়ারিটি কয়ামরুম উত্তুনা ঐখোয়না শিল্পীগী মনোজগৎকী পরিচয় খরদং ফংবা ঙম্মি। অহান্বদা,—খুদক্কী থৌইঙ্গিন্, মদুদা তোংদুনা শিল্পগী মনঃনা খুৎশেম্গী খবক্তা খুমাং চাওশিল্লি। অনিশুবদা, কল্পনা—কারিগুম্ব শিল্পগী থবক্তা কল্পনাগী মফম্দি মরূনি। বিষয়বস্তু যেশা ওইসনু, শিল্পগী কল্পনাতনা মদুবু অরেপ্প মশক্লা লৈতেংবি। অহুম্শুবদা—শিল্পীগী ঈখৌরাংবা অমসুং সেন্সিটিভ্নেশ্,—খুদক্কী থৌইঙ্গিম্না শিল্পীবু ঈখৌরাংবদা, অভিজ্ঞতাদগী ফংবা জ্ঞান্দা অমসুং থমোইগী অনুভূতিদা য়াকাইহল্লি। মরীশুবদা—শিল্পীগী রাখন্-খম্ব-মওং—রাখন-খম্ব-মওঙ্গী মিডিয়ম্না মহাক্কী মশাতগী পুক্কি উবা, মশাতবু খংজবা, থাজবানচিংবনা মশক্-শেম্লব বিষয়বস্তুবু অরেপ্পা অর্থদা অমসুং লক্ষ্যদা

য়োহল্লি। ঐখোয়না মরম্ অদুনা শিল্পগী থবক্তা পুক্নিংগী দর্শন (ফিলোসোফি) অমা হক্থেংননা ফংঙি। মঙাশুবদা—শিল্পরীতি, থোইদোক্পা কায়াৎকী অমসুং ক্রেম্বার্কগী জ্ঞান। ভাববু অরেপ্প মশক্তা অমসুং মপোক্তা, অসীগুম্ সীমাগী মনুংদা সত্য ওইনা হৌগৎহনগদবনি; অদুনা হকচাং শাবগী ভঙ্গী অমসুং কায়াৎকী জ্ঞানসু শিল্পগী থবক্পু থোইদোক্ হেন্দোক্না নিয়ম-নাইনা চথহল্লি। শিল্পীগী মনোরাজ্যদগী ফংফম্ থোক্প মচাক্শিংসু রঙ্গমঞ্চগী (স্তেজ্গী) মরুম্দা খুৎশেম্গী থবক্ তৌদুনা লৈ। মখোয় য়াওদনা করিগুম্ব সাহিত্য শেম্বা অমদি শিল্পগী থবক্ তৌবা শুক্য়া য়াদে।

সাহিত্যদি পুক্নিংগী খ্বাইদগী নক্পা পোৎনি। মচাক্ কয়া কয়ানা অমসুং অলংকারনা লৈতেংবিদুনা পুক্নিংনা সাহিত্যগী লামায়দা ইরং লংখৎলক্ই। হডশন্না হায়বি, "Thus literature makes us pertakers in a life larger, richer and more varied than we ourselves can ever know of our own individual knowledge ; and it does this, not because it opens up new field of experience and new lines of thought and speculation, but also, and even more notably, because it carries us beyond the pinched and meager humanity of our everyday round of existance into contact with those fresh, strong and magnetic personalities who have embodied themselves in the world's great books."

"হায়রবদি—সাহিত্য পাবগী মিডিয়ম্না ঐখোয়না খর চাউব খর কগৎপ অমসুং খর মখম্মথেন্ নাইব পুক্নি ঈচেন্দা ইরুজরি—ঐখোয়গী অপীকৃপ, অখূব মী অমত্তগী জ্ঞানগী পরিধিদা পুক্নি অসিবু খংবা কদৌঙৈদসু ওইখোক্তে। শূপ্না খর নৌখৎলকৃপ চিন্তা, সংকল্প অমসুং অভিজ্ঞতাগী মাইকৈ লেপ্তুনত সাহিত্যনা মহা জীবন অত্তুগী মহাও পুতুনা লাক্ই হায়রবা নত্তে, মী অমত্তগী পুক্নিগী সীমা লাস্থোক্তুনা সাহিত্যনা অহিংব, অকিব লৈতব, শক্তিচেন্ব ইন্দিভিড্য়েলিটিশিংবু ঐখোয়গী থমোইগী মনাক নকহল্লি, মখোয়না পৃথিবীগী থ্বাইদগী হেন্ব লাইরিক্‌শিঙ্গী লামায়দা মক্তব মহিমানা ইরং লংনা ঙাল্লি।

## সাহিত্যগী ষ্টাইল অমদি রীতি

সাহিত্য রচনাগী মূলদা লৈ সাহিত্যকারগী রস শেম্বগী ঈখৌরাংবা। সাহিত্যগী মূল লক্ষ্যদি রসনি হায়বসি চিংনবা লৈতনা স্বীকার তৌনরে। অদুবু রস অসি ফোংদোক্‌বগী বিশেষ ভঙ্গি অমা লৈ। লেখক খুদিংমক্কী বিশেষ কায়দা অমগী ফোংদোকপ ভঙ্গি লৈ। হায়রবদি করিগুম্ব বিষয়বু রস চেল্‌হন্না মশক্ শেম্‌গে হায়রবদি—মদুবু ফজহন্না ফোংদোক্‌পগী কৌশলদু- খুৎচঙ্গিন্না দরকাররনি। লেখক্কী ফোংদোক্‌পগী ভঙ্গিমক্ মহাক্কী স্টাইল অমদি রীতি হায়না কৌনরি। রচনাগী মনুংদা রীতি অসি বিশেষ ওইনা উনফম্ থোক্ই। লেখক্না ফোংদোক্লিংব ভাব অদুবু ফজনা অমসুং মহৈয়ান্না ফোংদোক্পা ঙম্লবতদা মহাক্কী

রচনাগী মাধুর্য্যনা পাঠকপু চিংশিল্লি। রচনাগী ভাবগী ভেলুবু ঐখোয়না য়াদবা তৌদে, অদুবু ভাব অদুবু ফজনা ফোংদোক্লবগী বিশেষ রীতিচুদি লেখকী মশামক্কীনি। রীতি অসিগী পেক্যুলিয়ারিটিমক্লা লেখক্তা স্বাধীনতা পী।

অলংকারবু কাব্যগী আত্মানি হায়না লাউথোক্প মীশিং, 'শব্দার্থনা কাব্যনি' হায়বা মতকী সমর্থকশিং অয়াম্বনা মখোয়গী মত অসিবু পুম্‌য়া য়াবা ঙম্মদে। অতৈ অতৈ মতবাদীশিংনা অলংকারদগী অমুক্সু লুথব খরবু কাব্যগী আত্মানি হায়না খল্লম্মী। মতবাদীশিং অসিগী পুরোহিত্তি 'কাব্যালংকার-সূত্র' - লেংবিব বামননি। মহাক্কী মোত্তা 'সৌন্দর্য্যমলংকারঃ'। ফজবা অলংকারনি। ফজদব পোত্তা অলংকার শিবিরবস্থ ফজনা উত্তে। ফজবগী অর্থ মহাক্লা হক্‌চাঙ্গী লাবণ্যমক্ ( গ্রেস্ ) লৌবিরম্মী। বামনগী মোত্তা রীতিমক্ কাব্যগী আত্মানি।। 'রীতিরাত্মা কাব্যস্থ। বিশিষ্টা পদরচনা রীতিঃ। বিশেষো গুণাত্মা।' মহাক্কী বক্তব্যদগী মসিদং খংবা য়ায়.– থোইদোক্প ভঙ্গিমক্ রীতিনি মাধুর্য্য-নচিংব রস শেম্বিব গুণ অতৈ অতৈ মসিগা লোয়ননা প্রাণ অমত্তা ওইনা লৈমিন্নৈ। 'বক্রোক্তিজীবিত' লেংবিব আচার্য্যকুন্তকনা 'রীতি' শব্দসিবু অমুক্সু শীন্‌খুংব অর্থদা আলোচনা তৌবি। মহাক্কী মোত্তা কবিগী স্বভাবমক্তদা রীতি পোক্ই। অদুনা কবি খুদিঙ্গী রচনাতদা রীতিগী পেক্যুলিয়ালিরিটি উনফম্মি। কুন্তককী মোত্তা বক্রোক্তিমক্ মপুংফাব রীতিনি—বক্রোক্তিমবু কাব্যগী প্রাণনি। 'রীতি'গী সমর্থকশিংনা রা অসি খংহন্নবা

হোৎনরম্মী—রীতিদি শূপ্না শব্দার্থগী মখাপোম্বা নত্তে মদু কবিগী স্বভাবগদা লৈ।

রীতি অসিমক্ নোংচুপ্‌কী ওপিনিয়ন্দা স্টাইল্ কৌই। লেখক্কী কোংদোক্লব ভাবগা লোয়ন-লোয়ননা মহাক্কী রচনা-রীতিগী পেক্যুলিয়ারিটিনস্থ ঐখোয়বু চিংশিল্লি। মরম্ অসিদগী নোংচুপ্তা মতম্ অয়াম্বদা লেখক অমস্যুং মহাক্কী রচনারীতিবু শাগোম্বনা তাইশিম্বদুনা 'স্টাইল ইজ দি মেন্'—হায়রি হায়রৈ। নোংচুপ্‌কী সমালোচক্কী মোত্তা স্টাইল—"is fundamentally a personal quality :—When Pope called it 'the dress of thought" he failed entirely to recognise it essentially organic character, for he evidently concieved it as something apart from the man, which he could put on or take of at will. Style, as Carlyle says in one of his Journals, is not the coat of writer, but his skin." অওইবমক্ কনা কনাগুম্ব লেখক লৈ মখোয়না মমিং চৎপ সাহিত্যকারগী রীতি মতৌ তম্মি। শূপ্না মদুত নত্তনা অয়াম্ব মপাঙ্গন্ লৈব লেখক্কী রচনাদস্থ নমুনা অসিগুম্ব মতৌতম্বগী অমদি অতৈগী রীতিগী প্রভাবগী খুদম তাঙ্না থোক্কে। অদুবু 'A man who has something really personal to say will seldom find a really personal way in which to say it. Thought which is his own, will hardly permit itself to be shaped into the fashion of some one else's expression, লেখক্কী চিন্তা অমস্যুং অনুভূতি মশা মথন্তগী ওইবগুম্বা ভাষাস্থ মহাক্কী মশামক্কীনি।

রচনা রীতিগী ইভোপ্-তোপ্প পেক্যুলিয়ারিটিনি—মসি লেখক্না রচনানা পাঠকী থমোইদা থোক্‌খিদ্রিব রস অমা হাপ্‌চিল্লি। রীতিগী মন্নুংদা ইন্দিভিডুয়েল স্বাধীনতা লৈরিব মসিতনা লেখকতা পেক্যুলিয়ারিটি পী। মহাকী রচনামক্তা মহাকী পরিচয় তাক্‌ই মমন্নুং মরম্ অদুমক্তা রচনাগী মন্নুংতদা লেখক থাঙ্গেশেংনা হিংভুনা লৈ। ভাবগী মন্নুংদস্থু নত্তে, বিষয়গী মন্নুংদস্থু নত্তে। মতাং অসিদা মসিস্থু নীংশীংফম্ থোক্‌ই—শূপ্পা ভাব-তুংঙাইব শব্দ লেং-শিন্নদগী কাব্য রচনাগী মহৈ য়ান্নবতনা লেখকী রীতিগী পেক্যুলিয়ারি-টিগী বিচার তৌবা য়াদে। নোংচুপ্‌কী সমালোচকী মোত্তা "All the factors which combine in the making of a man will subtly play their parts in giving to his style its well defined individuality of form and colour: all the phases of his outer and inner experience will register themselves in it" ঐখোয়না করিগুম্ব রচনা অমা হেক্ পাবদা মসিদি মী অদুগী রচনানি হায়,—মতম্ অদুদা লেপ্পমক্ রচনা অদুগী মফম্ অদুদা রাঙাঙ্গী ভঙ্গি মন্নুংদা অসিগুম্ব বিশেষ সুর অমা থেংনৈ—মদুনা বিশেষ লেখকী পরিচয় তাক্‌ই।

রস খংদবনা হায়নিংবা হায়সন্নু, থমোই-থোৎপ পাঠক-তনা খংবি—কবিশিংদি চুম্নগী আকাশদা পাইব বোম্ থাদব বিমান নত্তে। মতু শোম্ব সাহিত্যগী লম্বী চৎপ পাঠকী কোক্‌থক্তা আকাশ মথক্তগী খংবদা রাব, অরুব ব্যাখ্যা রাংমগী—অমদি অর্থ য়াওদব শব্দগী বোম মরু লংথবা মহাকী থবক্‌স্থু নত্তে, উদ্দেশ্যস্থু নত্তে।

করি হায়রনি অসিগুম্ব নমুনাগী থবক্পু মহাক্রা পুণ্যব্রত অমনি হায়নস্নু খল্লিরোই। ব্রা অসি হায়বগী উদ্দেশ্য মসি নত্তে—কবিতানা অপূর্ব ওইনা সাহিত্যগী শরুক পুম্নমকী মনুংথিৎনা কৃপা ব্যাখ্যা তৌনবগী দায়িত্ব কবিশিঙ্গী নৈ, নত্রগা কাব্যগী লৌফম্দা নমুনা অসিগী অকংব মেথমেটিকেল এনালাইসিস্ ওইবা য়ায়। ঐখোয়গী হায়ফম্ থোক্পদি অসিনি, কবিশিংনা তঙাইফদনা মশানা আন্দাজ তৌব লাইরিক্তা য়াওদব অমা ফোংদোক্পদা পুঞ্জিগী মতম্ মাংহন্নদে। মীমকী অরা-নুঙাইবা, হরাওবা থরাইরাবা, রং মথন্মখা তৈরব অহাঙব মতম্গী নুঙাইবা অদুগা থরাইরাবগী করুণ মুহূর্ত্তবু মশাগী মপুক্রিঙ্গী ভাবনাগী রসনা মন্থহল্লি। 'মশাগী মপুক্রিংগী থোইথূন্না নিংথিজবা য়াঙ্খিন্দুনা মহুবু মশক্ নাইহল্লি।

ছবি অমসুং গান-দি কবি পুম্নমক্লা, শিল্পী ওম্নমক্লা মাগী মাগী তুরিনা য়েক্পিরি। কনানা হায়বিব য়ায়, মখোয়গী ছবি-শিংসি নমুনা অমত্তগীনি, মখোয়গী গানগী সুরসু অদুনা মথন্মথেন্ নাইদে, অমত্তা ওইনা তৌই। অদুবু প্রশ্নদি মসিনি, শক্-রস-শব্দ-মচু-মনম্-শোরুবা-থম্ব হক্থেংনব জগৎ অমসুং পুম্নমক্ অসিগী রাংমগী ধ্যানগী মঙ্গী জগৎকী ব্রা কবিনা হায়বি মদু হেক্ য়েংবদা তোঙাম্ব ওইনা খল্লবসু মখোয়গী মূল বক্তব্যদি অমত্তা ওইদ্রবরা! থাঙ্গৈশেংনা সাহিত্যকারগী লক্ষ্য মসি নত্রা —জগৎ সংসার অসিগী থম্মুংদা চেল্লিব অমত্তা ওইবা অমদি চুশিন্নরা তিন্নব সুর অমবু হক্থেংনব জ্ঞান মথন্মথেন্গী মিডিয়ম্না মখোয়না খংনিংব অমসুং খংনবা হোৎনবা অমসুং 'খংবা' অদু য়াওনমক্ সাহিত্য রচনা তৌবা? মদু ওইরবদি, ব্রা অমত্তা

অসি, থবক্ অমত্তা অসিমক্ খ্বাইগী মফমদগী ঐখোয়না তারিবরা ? অহায় মিৎয়েংদা হেক খল্লি, মদু ওইরমাল্লে। অদুবু অওইবদি মদুস্থ ওইদমাল্লে নিঙি। ঐশ্বর্য্য লৈব শিল্পী খুদিংনা বিষয় অমত্তু-মক্তা। তেংন্থুনা ইরবস্থ মতৌ করম্না খুৎশেম্ অমমম্গী রচনা তৌরিবা ? আকাশসি অমত্তনি, অদুবু মঙোন্দা উদ্দেশ্য তৌদুনা কবিতা লাক্ ইরিবা করিগীনো—অদুগা আকাশগী মরম্দা ইব কবিতা ময়াম্মক্ ঐখোয়দা ফনা থোক্লিবা করিননো ?

উত্তরদা মসি হায়বা য়ায়—মসি তোঙান্ তোঙায় রচনা-কারগী মনোধর্ম অমদি মনোভঙ্গি খেন্নবননি, মদুনা বিষয় অমত্তগী মরম্দা ইবা রচনা হন্না হন্না মাগী মাগী ক্ষেত্রদা স্বাধীন অমস্থং অমমম্ ওইরকই। ঐখোয়গী জ্ঞানগী মফম্দা, অনুভূতিগী মফম্দা, থমোইথোৎপ রসিক পাঠকমকী মফম্দা তোঙান্-তোঙায় অর্থদা মদুগী ময়াম্মরক্তগী অমত্তা ওইব মূলদা অর্থমক্কী মহাও তংব মখন্নথেনগী থবক্লি। হায়বদি রচনাকারী অনিনা বিষয় অমত্তগী মরম্দা ইবা য়ায়। অদুবু থাঙ্গৈশেংবদি মখোয়গী রচনা অদু অমনা অতৈগী মতুং ইন্বত থোক্তে। তোঙায় ব্যক্তিত্ব ( ইন্দিভি-ডুয়েলিটি ) অনিগী খুৎশোক্না খুৎশেম্ অনিখক্ তোপ্না উৎলি। অদুনা অনিসিগী আবেদনস্থ ( আপিল ) স্বভাব ওইনা খেন্নৈ।

মসি মনোধর্ম অমদি মনোভঙ্গি অদুগী খেন্নবগী ফলনি। মসি বিশেষ মীগী মনঃগী বিশেষ শিল্পসত্তাগী ( এক্জিস্টেন্ট ) অচীকপ-অশূক্প আত্মাগী আত্ম-প্রকাশনি ( সেল্ফ্ এক্সপ্রেশন্ )। অসিগুম্ব নমূনাগী খুৎশেম্দি কদৌঙৈদা অতৈগী খুৎশেমগা মনুং-লুনা মান্নবা উত্তে। মরম্দি মখোয়গী করিগুম্ব মিল্ ওইবস্থ

ওইখোক্তে। শিল্পসত্তাগী বিশেষ ভঙ্গি অসিবু আলংকারিকশিংনা "রীতি" কৌবিরম্মী। রীতিবাদীশিংনা মসিতবু কাব্যগী আত্মানি হায়রি। সাহিত্যদা বিশেষ মীগী মনঃগী, বিশেষ শিল্পীচরিত্রগী মথন্তগী ওইব, বিশেষ আত্ম-প্রকাশগী ভঙ্গি অসিতবু হায়রৈ শিল্পী অমদি সাহিত্যগী 'স্টাইল'। আত্ম-প্রকাশগী অমদি প্রকাশগী ভঙ্গি অসি সাহিত্যগী অরুবথম্ন বিষয়নি। সাহিত্যগী ক্ষেত্রদা প্রকাশ ভঙ্গি অসিগী ভেলু সীমা নাইদব নত্রদস্ন য়াম্নদি য়াম্মি।

অনুভূতি, কল্পনা অমসুং বস্তুজ্ঞান হায়বদি রাহৈ অমত্তনা সাহিত্যগী বক্তব্য বিষয় অদুতনা পূম্নমক্ ওইব নত্তে। করিনা, অয়াম্বগীমক্ হায়গদবা ময়াম্ লৈ। করি হায়নি মখোয়গী বক্তব্য বিষয়দু য়াম্না অরুব য়াওব অমসুং মতিক্ চাউবস্ন ওইবা য়ায়। অদুবু প্রকাশগী রীতিদু অনৌব ওইদ্রবদি মদু শেম্বিবগী মশামক্না অমসুং বিষয়গা চূশিন্নবা ওইদ্রবদি—বক্তব্যগী মনুংদা 'মতোং য়াওনিংমখৈ য়াওরবস্ন, রচনাকারীগী খুৎশেম্ অদু মতোংঙাক্ত ওইরর্বস্ন রস চেম্বদি ওইরয়োই, অমসুং মরম্ অদুমক্না রসিকনা পাম্না লৌশিন্ন সাহিত্য কীর্ত্তিগী হিসাবতা মদু রুথাদা তারক্কনি।

পৃথিবীদা অসিগুম্ন ভাগ্যফব মিংচৎপ রচনাকারীগী মশিং য়াম্না য়াম্দে. মখোয়গী রচনা হেক্ উবতদা হায়বা য়াবা—মসি কনাগী রচনানো থাঙ্গৈশেংবদি শক্তিচেম্ন সাহিত্যিকপু মশক্ খঙ্গে হায়রবদি শূপ্না মহাক্কী চিন্তা অমসুং উপচিন্তাগী মচাক্ উবতনা খংলবদি য়ারোই মদুদা মহাক্পু মশক্ খংনবগী ভাগ্যফবস্ন ওইরোই। নত্রগা মহাক্কী মথন্মথাগী বস্তুজ্ঞান অমসুং কল্পনাশক্তিনা ইন্‌ফ্লুয়েন্স তৌবনা রামচং হায়বস্ন য়ারোই।

মহাক্কী প্রকাশরীতি--মথন্তগী ওইনা মহাক্ মশামক্কী ওইব রীতি অদুগী মনুংদা মহাক্কী ইন্দিভিজুয়েল্ এক্জিষ্টেন্ট অমসুং শিল্পীসত্তাগী স্বাক্ষর লৈরি। 'ষ্টাইল' সাহিত্যিক-কী বিশেষ মশামক্কী ওইজবা --মদু হেক্ উবদা হায়নবা য়াবা—মসিগী রচনাকারীদি অতৈ কনা অমত্তা নত্তে—মসিগী রচনাকারীদি 'মহাক্মক্রি'। সাহিত্যিকক্কা মশামক্কী ওইজবা অসি করিগুম্ব বিষয় বস্তু অমদি রাঙাং ভঙ্গিদা তোংদুনা ওইরক্পা নত্তে। সাহিত্যিকক্কী পরিচয় য়াওব রীতি অমদি স্টাইল অদুমক্কী থবক্ মকোক্তি ভেরাইটি থুৎশেন্নি। ভেরাইটিদি মপান্দা কলা-কৌশলগী মথক্তা পুম্নমনা নত্তে। সাহিত্যিকক্কা, ব্যক্তিত্ব ( পার্সনেলিটি ), রাখন্-মখন্, রাঙাং-হৈশিংব-নচিংবগী নিংথিজনা চুশিন্না য়াঙ্খিন্নবতনা ষ্টাইল ফোংদোক্ই। তোঙান্ তোঙায় সাহিত্যিকক্কী রীতিসু তোঙান্ তোঙাল্লি। মধুসূদন্, বিদ্যাসাগর, বঙ্কিমচন্দ্র, রবীন্দ্রনাথ, শরৎচন্দ্র-নচিংবগী রচনারীতিমক্তা মখোয়গী স্বাধীনতাগী পরিচয় পুরি। রচনাগী মনুংদত্তা রচনাকারীগী পরিচয় শেংনা উৎলি।

ঐশ্বর্য্য-লৈবা সাহিত্যিক খুদিংদি—মহাক্ কবিমক্ ওইসনু—কথা-সাহিত্যিকমক্ ওইসনু—নত্রগা প্রবন্ধকার অমদি সমালোচকমক্ ওইসনু—স্টাইল অমদি রীতি অসিগী অধিকারীনি। অসুম্ খল্লি মখোয়গী মরক্তা কনাগীসু রচনা থর কবি নামগী পরিচয় য়াওনা হিংলে অমসুং অতৈশিঙ্গী মমিং য়াওবা লামায়দি মাংখরে—অদু ওইরবসু মতুংদা সাহিত্য-রস থক্লিংব পাঠক অমসুং গবেষকনা ( রিসার্চ তৌব ), মমিং-পরিচয় য়াওদব রচনা অদুগী অচুম্ব রচনাকারবু মহাক্কী মথন্তগী ওইব ইন্দিভিজুয়েল ষ্টাইলগী—লংজিন্না লেপ্পমক্ মশকখংবা ঙম্ননি।

অয়াম্বনা খল্লি, ষ্টাইলগী অর্থদি সাধারণ ওইনা রচনারীতি-শিনি। অদুবু ষ্টাইলগী মরীদা রাহৈ খজিত্তনা বক্তব্য লোইবা য়াদে। রচনারীতি অসিগী প্রাণ কবিগী শব্দ শিজিন্নব-মপাম্নি, অমসুং ইমেজ মখল্ মখল্ হৌখিব অভিজ্ঞতাগী চিত্রগী সম্পর্কদা মনঃ চিংশিন্ব অমসুং আগ্রহ (ইগারনেশ্) গী মনুংদা লোত্তুনা লৈ। ষ্টাইল মপানগী লৈতেং অমত্তংদ ওইবা নত্তে। মসিমক্কী মরুম্দা রচনাকারগী থনুঙ্গী পরিচয়দুসু থিবা ফংনৈ। অফাওব সাহিত্যিক অমগী মোত্তা—'অথোইব স্টাইলদি খুদোম্বী থিন্দুনা তাক্পা য়াব কবিগুম্ব ভঙ্গি অমদি ভাষাগী অয়াম্ব মখলগী শব্দ শিজীন্নব রীতি নত্তে। সাহিত্য-শেম্ব-খুদিঙ্গী কল্পনা অমসুং ভাবগী মিৎয়েঙ্গী একদম স্বাধীনতাদগীত ষ্টাইলগী মপোক্ ওই।'

## সাহিত্যদা বস্তুবাদ (রিয়েলিজম্)

সাহিত্যদা বস্তুবাদ হায়বসি অসিগুম্ব বিশেষ মনোভঙ্গি অমনি মদুনা পুঙ্খিবু, নেচরেল মফোংদোক্পু মখোয়গী ওন্নমক্কী মপুম্ ওইনা অমসুং কুপ্না মনুংথৌৎপ সত্যতা ওইনা ফোং-দোক্নিঙি। বিষয়বস্তু অমসুং মশক্শেম্বগী সত্যতা মসিমক্নি বস্তুবাদী-চিন্তাগী মূল বিশ্বাসদি। সত্য অসিগী দাবিতনা মতবাদ অসিদা বিশ্বাসী শিল্পীশিংনা পুঙ্খিগী কবিগুম্ব মশক্ থোক্কব সমর্থন তৌবিদে হায়বদি রোমান্টিক কল্পনাগী হাক্নবনা পুঙ্খিবু মশক্ থোক্হন্দবা অমদি মাগী অচুম্ব মশক্ কবিগুম্ব মওংদা মাংহন্না মখোয়না পাম্দে; অদুগা মরম্ অমত্তদগী, সাহিত্যদা নেচরেল য়াম্না ওইব অমদি অলৌকিক (সুপার হিউমেন্)

বিষয়বস্তুগী ভূমিকাবু মখোয়না তুরুচৈ। সাহিত্যদা মশক্‌শেম্বা অমদি ফজবগী মমিংদা পুক্তিবু করিগুম্ব মওংদা মচেৎ খায়দোক্‌পা মখোয়গী অপাম্বা নত্তে। মখোয়গী মনঃ অমসুং ব্রাখন্ অমসুং মশক্‌শেম্ব পুক্তি মখৈ লৈতনা বিষয়গা চুশিন্নবা অমদি বস্তুগা চপ্‌চানবা ওইবনা মখোয়গী সাধনাদি খুৎশেম্‌দা মশক্ অমসুং সত্যগা— য়াম্না নিংথিজনা অমত্তা ওইহন্বনি। (Harmony of form and truth in literary achievement ). অর্থ অসিদা মীগী ইতিহাসগী থাক্ খুদিংদা ঐখোয়না বস্তুবাদী শিল্প-কলাগী সাক্ষাৎ থেংনৈ; অদুমক্‌পু ব্রা অসি য়ানক্‌ম্ থোক্‌ই, শতাব্দী তরামাপন্‌মক্তদা বস্তুবাদী মনোভঙ্গি ফোংদোক্‌পা খর হেন্না পাক্‌থোক্‌প অমসুং অম্নাক্‌প মশক্ লৌরে।

ইতিহাসগী করিগুম্ব ঘটনা অমদি বিষয়গী মতিক্কা চানহন্দুনা মুন্না য়েংবা তারবদি বস্তুবাদী চিন্তাগী সার থম্বা অমসুং আন্দোলন অদুগী সমাজগী কান্নবা শোয়দনা য়াফম্ থোক্‌ই। সনাতন ( ইটানের্ল ) শিল্পরীতিগী মতৌ তম্‌দুনা সাহিত্যগী নিংথিজনা হোৎনবা অমদি ক্লাসিকেল আদর্শ ( আইডিয়েল ) মতুং ইন্না মশক্ শেম্বা, মসিগী পুকচেন্-মচাউ য়াম্নবসু, ব্রা অসিসু য়াবিবা তারে, মদুদা চেন্দুনা লৈরিব পুক্তিগী দাবি থৌশাবিদে অমসুং য়াবিদে। অদুগারোমান্টিক ভাবগী ঈচেম্না ফুম্বংনরব শিল্পীশিল্পী খুৎশেম্-থৌরাং, মদুদসু খুদক্কী হক্‌থেংনব পুক্তিগী করিগুম্ব মফম্ লৈতে। মরম্ অদুনা, পুক্তিবু মাগী থাঙ্গৈশেংবদা অমসুং মপুম্‌দা মশক্ শেম্বা তারবদি বস্তুবাদীগী মনোভঙ্গি লৌবা নত্তনা অকৈ গতি লৈতে। 'সাহিত্য সমাজ জীবনগী মিংশেন্নি'—উক্তি

অসি সত্য ওইরবদি, সাহিত্যগী মশক্ শেম্বনা জীবন অদুগী ঈথক্তা ঈরুজবা তাবনি, অমসুং ঈরৈ অদুগী ময়েক্শেংব বিশ্লেষণ (এনালাইসিস্) অমসুং বিচায়দা চংশিন্বা তাবনি। 'শিল্পগীদমক্তনি শিল্প'. তত্ত্ব অসিদা থাজবা—অকেব মিনারদা (টাৱার) লৈব শিল্পীগী অমদি ক্লাসিকেল সাহিত্যগী মতৌতম্ব অমদি রোমান্টিক কল্পনা পাম্ব শিল্পীগী থবক্ অসি নত্তে। মরম্দি মখোয়না ব্যবহারিক জীবনগী মফম্দা, হক্চাঙ্গী থবক্-চিন্ব সাধারণ মীগী মফম্দা চপ্মান্নবা শ্রদ্ধা তৌদে। মখোয়না সাধারণ মীবু খাইদগী তোম্ব রারীমচা, অনোক্পা কুম্মৈ, যাত্রা অমসুং প্রহসনগী থাক্তা লংশেক্পিরে।

মসিমক্তী রিএক্সন্না বস্তুতন্ত্রী (রিয়েলিজম্) শিল্পী থোরক্ পনি। মহাক্তী মিৎয়েংনা অমসুং খুৎশেম্না পুন্সিগী সমস্যা পুম্নমক, মথন্ পুম্নমক্তী লোকেল পেক্যুলিয়ারিটি, মতম্ মান্নব সমস্যা পুম্নমক্ অমসুং ইতিহাসগী ঘটনাশিং—মখোয়দু কুপ্তাইন্নবস্তু অমদি মশক্ থীরবস্তু, আনন্দগী অমদি শাওনিংবগী ওইরবস্তু, রস চেন্ব-চেন্দব ওইরবস্তু ওম্নমক্তা য়াবিবা অমসুং চংজফম্ ফঙি। যেসা বিষয়-বস্তুমক্ মাগী অপীক্পা অমদি অতোম্বা অমদি করিস্তু কান্নদবগীদমক্ অমুক্ হান্নগুম্না জাত্তাব অমদি অমাংবনি হায়না লূনা তৌদবা ওইররোই। ঐখোয়গী নুমিৎ খুদিঙ্গী পুন্সিগী মথন্পুম্বগী ফোংদোক্পা অমসুং য়াম্না তুচ্ছ বিষয়বস্তু বস্তুবাদী শিল্পীগী থমোইনা লৌশিল্লি। বস্তুবাদীগী মনোভঙ্গিগী ইতিহাসদা ইরংলংলিব ঐশ্বর্য্য অদু মসিনি, খাইদগী হেন্না শিংথানদব মীবুস্তু মাগী মপুন্না সাহিত্যদা মকারাম্নান্দুনা মপুন্সি কুইনা শাংহন্বা। অর্থ অসিদা বস্তুবাদী শিল্পীনা চীক্লা পর্কাশিন্নদনা, করিগুম্ব মশানা পাম্ব কল্পনাগী

রংদা ফুম্ব ংনদনা অমস্তুং বর্ণনাদা মপুংফানা কোন্ত্রোল তৌদুনা বাস্তবরু ( রিয়েলবু ) সাহিত্যদা মশক্ শেম্মি। অওইবমক্ মহাক্কী মশক্ শেম্বদা সমাজগী নাক্-য়েৎকী অবস্থাগী য়াম্না হৈশিংব অমস্তুং অকূপ্প সমালোচনা য়াওরি, অদুবু ঈরোয়নবা রা অসিম্ব লেপ্পমক্ষ য়াফম্ থোকই, - বর্ণনা অমস্তুং মশক্ শেম্বা অদু মীগী রস-না থুম্মি, মীনা য়াবিবনা পূম্লংলগি।

শতাব্দী তরামাপন্দা বালজাক্না ( Balzac ) মহাক্কী অমর খুৎশেম্ 'The Human Comedy' শেম্দুনা বস্তুবাদী মনোভঙ্গি হৌদোক্পি, অদুবু খৃষ্টাব্দ ১৮৫৭ তা ফোংব ফ্লবেয়াগী ( Flabert ) মাদাম বোভারি' না থাঙ্গৈশেংনা ইউরোপ্তা বস্তুবাদীগী রাখন্ মখন্গী বিষয় শন্দোক্ই। মসিগী মতুংদগী বিশেষ বিশেষ দেশগী বিশেষ পেক্যুলিয়ারিটি অমস্তুং রীতিনীতিনা য়াবিবনা বস্তবাদীগী শিল্পগী ঈচেন্ তোঙান্ তোঙাম্ব নালাদা চেম্মরম্মী। ইংলণ্ডদা ঐখোয়না থেংনৈ থেকারবু, জর্জএলিয়টপু ; রাসিয়াদা ডস্তয়েভ্স্কি, টুর্গেনিভ , টলষ্টয়-নচিংববু, নরবে্দা ইবসেনবু। মখোয়গী খোঙ্গুন্-ইন্ন মশিং নাইদব শিল্পী লৈরি পৃথিবীগী দেশ খুদিংদা, মখোয়না শতাব্দী কুন্গী সাহিত্য সাধনাবু মহৈয়াম্বগী তোলেন্দা য়োহল্লি। বাংলা সাহিত্যদস্ম মখোয় অতাঙ্ব নত্তে। শরৎচন্দ্র, জগদীশগুপ্ত, নরেশচন্দ্র সেনগুপ্ত, অচিন্ত্যকুমার সেনগুপ্ত, প্রেমেন্দ্রমিত্র, মানিক বন্দোপাধ্যায়-নচিংবগী মনুংদা ঐখোয়না শক্তিচেম্ব শিল্পী ময়াম্ থোরক্পা থেংনরে।

অদুবু সত্যপাম্বা অমস্তুং বিষয় পাম্বদা বস্তুবাদীগী রাখন্-মখন্গী পেক্যুলিয়ারিটি অমস্তুং মাগী শক্তিগী প্রকাশনি, অদুগুম্না বিষয়

পাম্বগী মম্মিংদা করিগুম্ব তূকচব মওংবু কেমেরাগী ছবিদোনা ঠিক্ চপ্ চানা নম্‌তুনা উৎনবগী চিংনবস্থু য়াম্না কল্লি। হৌজিক্ কালদা মতুগী ভারি ভারি থূদম্‌স্থু ঐখোয়না তোঙান্ তোঙাম্ব দেশগী সাহিত্যদা ফংলে। বস্তুবাদগী মিংদা ঐখোয়না অয়াম্ব রাজনৈতিক লাউখোংবা অমস্থুং ইনিম্নিবা নূপী-নিপাগী অপাম্ মুংশি থুংনব পুক্নিংগী অমোৎপা বিবরণ, অবচেতন মনঃগী ( সবকোন্সস্ মাইণ্ড ) হাকচবা হোৎপা হায়বদি খংবোই খংদবোইনা করিগুম্ব খর তৌনবগী – খোয়রাংবা-নচিংব য়াম্না থেংনরে। অদুবু মতুগী ঙম্নমক্ পার্মেনেন্সগী মর্য্যাদাদা সাহিত্যগী সভাদা মফম্ ফংদে। মরম্‌দি বস্তুবাদী ওইরবস্থু, মতু সাহিত্যগী মশক্ ফংদে হায়বদি মখোয়গী মহৈয়াম্ব-ফম্‌জিল্লব ( কোম্পেক্ট ) শিল্পগী মশক্ লৈতে। আদর্শবাদী ( আইডিয়েলিজম্ ) ওইরসনু অদুগা বস্তুবাদীমক্ ওইরসনু রচনা পুম্নমক্কী আদিরাদি মতু কজব দরকাররনি, শিল্পগী সুষমানা ( প্রেস্‌না ) লৈতেংব দরকাররনি। মতু নত্রবদি, বিবরণ অমস্থুং চিত্রগী বিধি নিয়ম নাইদব সত্যতানস্থু মাবু বৃথাদা তাহন্বদগী কম্না ঙম্নরোই—ঙম্‌দে।

প্রসঙ্গ অসিদা রবীন্দ্রনাথগী মমল্লৈব উক্তিশিং নিংশিংকম্ থোক্ই মহাত্মা সাহিত্যগী স্বরূপকী আলোচনাদা বস্তুবাদগী হেজিন্নন্না ফোংদোক্পদা নুংশাথীডুনা ইবিরম্মী—"মওং ইঙ্গিতনা খল্লি, আজকাল অয়াম্বগী মফম্মক্তদা বাস্তবগী ( রিয়েলগী ) সংজ্ঞাদি 'য়াম্না তুচ্ছ" নি। অদুবু আসল রাদি বাস্তবমক্তি মীনা খংনা অমদি খংদনা মশামক্কী খন্দুনা লৌব পোৎনি। খেন্নবা লৈতনা বিজ্ঞান্দা সমাজনা মমন্ কণ্ডি য়াম্না তুচ্ছ,। বিশ্বনাথ

'য়াম্না তুচ্ছ'দগী খন্দোক্লুনা ঐখোয়গী ইশাগী স্বাক্ষর পুদুনা ঐখোয়গী মাইকৈ মরীদা লাক্লুনা ইনাক্তা লেপ্লব মখোয়দুত ঐখোয়গী বাস্তবনি। অদুগা মমন্ মথন্মখা কয়াগী বাজার মথন্মখাদা ইচাই চায়না লৈরিব মশিং লাক্ঙমৃদব পোৎ পূম্নমক্ অদুনা মমন্ য়াওদনা ঐখোয়গী মফম্দা ছায়ানি" ( মমিনি )।

"খুল্লক্তা য়ু-দুকান্ লৈ, মদুবু ছন্দনা অমনি ছন্দ য়াওদনা কাব্য রচনাদা চঙ্গিল্লবদি করি করিগুম্ব মফম্দা য়াম্না হোংনা খুবাক্ খুরক্পগী আশা লৈ। ......ঐগী হায়নিংব রাদি মসিনি, কলমগী জাদুনা কল্পনাগী পরশমণিগী খুৎশোক্লা য়ুগী আডডাস্থ বাস্তব ওইনা অমৃত থক্প সভাস্থ ওইরক্প য়ায়। অদুবু মদুস্থ ওইক্ষম্ থোক্পনি। অমহিক্সুং মতম্দি অস্থুম্ ওইরক্লে, অকায়ব ছন্দনা-য়ুদুকান্দা য়ু-ঙাওবগী আডডা হেক্ হৌদোক্পদা আধুনিক্কী মার্কাগা চুশিন্নদুনা অনিব মীনা হায়গনি, 'বাঃ কবিনিদনা" হায়গনি, 'মসিতমু হায়নরি রিয়ালিজম্'। ঐনা হায়রি, হায়নদ্রনে। রিয়েলিজম্দা পাউথোং পীদুনা অসিগুম্ব অহোংবা কবিত্ব মখৈ লৈতনা চৎনরে। আর্টতি অস্থক্ হোংবা নত্তে।....বিষয় খন্দোক্পনা মাগী রিয়ালিজম্ ওইদে, রিয়ালিজম্দি রচনাগী জাদুদা।"

মহাক্না মহা চমৎকার ওইনা মফম্ অতৈদা হায়বিরম্মী। "নোংচুপ্ মহাদেশগী কায়াৎ য়াম্ব হৌনদব জীবনযাত্রাগী খুৎথেং পাল্লে সাহিত্যদা। কবিতা ওইরেদো ঈ-য়াওদব, নভেলশিং নোয়খোরক্লে ওন্ন-তৈননা। মদুদা মখোয়না খুৎশেম্গী থবক্পু থোশাদনা ইন্টেলেকচুয়েল কসরতকী ( হকচাং শাজেন্গী ) থবক্তা শিজিন্নরে। মদুদা শ্রী (বিয়ুটি ) লৈতরে, মদুদা মেজারমেন্ট

লৈতে, মদুদা মশক্ লৈতে, লৈরিবদি রাঙাং ময়াম্‌গী পিণ্ড। হায়বদি মসি দানবগী খন্‌গী সাহিত্য, মীগী খন্‌গী নত্তে; চঙক্লনা ইন্টেলেক্‌চুয়েল ওইবা; দরকার পাঙ্‌থোক্‌হন্বস্থ য়ায়; অদুবু মথন্তুদগী থোক্‌চরক্‌প প্রাণ য়াওবদি নত্তে। পৃথিবীগী মশা-য়াম্ চাউব শাশিংনা মশাগী অহেন্ন মেজরমেণ্টমক্লা শিরি। প্রাণগী ধর্মদি সুমিতি ( চপ্‌চাব মেজরমেণ্ট ) নি। আর্টগী ধর্মস্থ মদুমক্কি সুমিতি অসিতদা প্রাণগী স্বাস্থ্য ( সাউণ্ড হেল্‌থ্ ) অমসুং আনন্দনি, সুমিতি অসিতদা আর্টগী শ্রী অমসুং মপুং মফানি।

সাহিত্যদা বস্তুবাদীগী রাখন্ মখন্‌গী শেরান্নব মশিজীন্নগী মহৈ-না ঐখোয়না করি কৃরিগুম্বদস্থ আর্টগী শ্রী অমসুং মপুং মফামক্‌পু মাংহন্বতা নত্তনা মীবুস্থ মাংহল্লি। মরম্‌দি শিল্পীনা মীবু কৌনশা ওইনা মাগী মপুম্ ওইনা লৌশিন্দনা, মাবু মচেৎ ওইনা, মরু ওইনা মাবু যৌন ( সেক্সুয়েল ) আশাগী হেঞ্জিন্বগী মনুংদা পুথোক্লিঙি। মহৈদি মনুষ্যত্ব ( humanhood ) থাদোক্লুনা মীনা পশুত্বগী ( animality গী ) থাক্তা কুম্‌থক্‌পা তাবনি। অমসুং —শা-মী অসিগীদমক্ ঐখোয়গী ইকাইবা, হঙ্গোইবা অমসুং ইশা-হন্থব রাখন্‌গী সীমা লৈতে। সাহিত্যদা বস্তুবাদনা পুথোক্-খিদবা দিগন্তগী —( হোরাইজন্ ) লংজিন্ ( ক্ল ) পীরে; ঐখোয়গী হিউমেন্ এক্‌জিষ্টেন্সগী মহৈয়াম্ব চিত্র ঐখোয়না সাহিত্যগী লামায়দা য়াওদুনা হরাওই, সন্দেহ লৈতে। অদুবু মীগী গুণ-মর্য্যাদা তৌদবগী শঙ্কা মসিদা লৈবদুগী সম্পর্কদা শিল্পী অমসুং সাহিত্য রসিকনা শোয়দনমক্ মিৎশিং-নাশিংনা লৈগদবনি। গেটেগী ভেলু য়াওব মন্তব্য ( রিমার্কস ) অমস্থ মতাং অসিদা

লেপ্পমক্ নিংশিংক্নম্ থোক্ই ; মহাক্না হায়রি, "This artists' work is real in so far as it is always true, ideal, in that it is never actual."

---

## সমাজ জীবন অমসুং সাহিত্য

সমাজ জীবন অমসুং সাহিত্যগী মরম্দা মতম্ য়াম্না কুইনা আলোচনা চৎলক্লি। বিষয় অসি অসি অমুক্ মনুং য়োনা য়েঙ্ছিন্নৈ অমবু য়াওদনা অতৈগী রা খল্না য়াদে। মীগী সমাজ মীগী জীবনগী অরা-নুঙাইব-থেংনব মখল্মখা, দরকার মখল্মখা য়াওনা শেম্লক্লে। ঐখোয়না সমাজগী রা হায়বা মতম্দা মীগী জীবনগী রাকৈত ঐখোয়না খ্বাইগী তাংহান্নদা নিংশিংঙি সমাজ অসিগী মনুংমক্তদা মীগী জীবন মহৈ য়াম্না মকারা গ্বা ফঙি; সাহিত্যদি মীগী জীবনগী অরা-নুঙাইব-জ্ঞানগী মহৈয়াম্ব পাক্চাররনি। জীবন অমসুং রস অনি পূম্না তিন্নবমক্না সাহিত্য শেম্লিবনি।

সাহিত্যদা মীগী অকুপ্প-থেংনব-জ্ঞান রাহৈ ওইনা ফোংদোক্ই। থোক্থিন্রিব জগৎকী রহস্য মীগী ভাবনাগী থোংজিন্দা লাক্লনা মঙান্ তাহনবা হোৎনৈ। মীগী জীবন অমসুং মীগী সমাজগী বিষয় মখল্মখাগী মরম্দা সাহিত্যগী কারবাররনি। মীগী জীবনগী অরা-নুঙাইবা আশা-আশা-থুংদবগী থেংনব জ্ঞানগী মপুংফাব রস ফোংদোক্পমক্ সাহিত্যনি। মীনা ভাব অমসুং ভাবনাবু সাহিত্যগী মিডয়ম্দা ফোংদোক্পা ঙম্বা নুমিৎ অদুদগীত মীগী জীবন অমসুং

সমাজগা লোয়ননা সাহিত্যগা তৎন-থানব-য়াদব থৌরিনা পুস্থিল্লে। দেহগা প্রাণগগী মরক্তা লৈব সম্পর্ক, সমাজ জীবন অমস্তুং সাহিত্যগী মরক্তস্থ সম্পর্ক অমত্তুক মরৈ। (আর্টপু জীবনগী ইমিটেশন্-নি হায়নবা অদু একদম য়াদ্রবা য়াবোই)। সমাজ জীবনবু থৌশাবিদনা করিগুম্ব শিল্পমক্ মরাচেৎনা লৈবা ঙম্দে—সাহিত্যগী মরম্দস্থ মসিগী ওন্ন-তৈনব থোক্তে। সমাজগী মীনা মীগী সমাজগীদমক্তা সাহিত্য রচনা তৌরে। 'The aim of all writers in different ages has been to depend on society and mankind,' মরম্ অদুমক্তা সমাজ জীবন অমস্তুং সাহিত্যগী মরক্তা শিংলি অমত্তনা শম্নরি। !

তোঙান্ তোঙাম্ব যুগদা তোঙান্ তোঙাম্ব দেশদা তোঙান্ তোঙাম্ব কবিশিংনা যুগধর্ম চাননা সাহিত্য শেম্বিরে। অরিব মতম্গী সামাজিক মীগী ধ্যান-ধারণাগী (মেমোরিগী) মশক্ শেম্নম্মী মতম্ অদুগী সাহিত্যদা। নোংপোক্ অমস্তুং নোংচুপ্ কী কাব্যগী শ্বাজৎনা কালিদাস, সেক্সপীয়রগী মতম্দগী হৌজিক্ ফাওবা তোঙান্ তোঙাম্ব দেশ-কাল মতুংইন্না সাহিত্যদা মীগী আশা-অপাম্বা, অরা-মুংঙাইবগী মমি তারে। মতম্ পুম্বগী অথোইব সাহিত্য রচনাদা নিত্যতাগী (ইটার্নিটিগী) আবেদন (আপীল) অম্বা য়াওরি। ম্বা অঁসি ঐখোয়না য়াদবা ঙম্দে। অদুবু আবেদন অসিদি মপুং ওইনা রসগী আবেদননি। মরম্ অসিমক্তনা কালিদাসগী রচনা, সেক্সপীয়রগী রচনাস্থ হৌজিক্স অপমৃত্যু (অন্-নেচরেল ডেথ্) থেংনদরি। অমস্তুং সভ্যতানা লৈরিবা অদুকী মথৈ থোক্তনি হায়বস্থ নীংদে। কালিদাসগী মতম্দা বরিষাগী

কায়নবগী সঙ্গীতনা মন্দাক্রান্তা ছন্দনা নিল্লম্বা অদু ওসিন্সু মাগী আবেদন গৌণ ওইদ্রি। পুক্নিংগী বিশেষ মুহূর্ত্ত অমগী অনুভূতিমক্লা মেঘদূত কাব্যদা ইরংলংলি। কিং লিয়রগী ভীং-শোক্‌পা হাহাকার, হেম্‌লেটকী থবাই শোক্‌প ট্রাজেডিনা ঐখোয়গী অন্তরদসু অৱা-চৈনা পীরি। জীবনগী বিশেষ অনুভূতি, বিশেষ ৱাহৈৱাতা রচনানা মপুং ফানা মশক্ শেম্মি - ৱচনা অদুমক্ মহৈয়াম্ব সাহিত্যগী নাম ফংঙি। সাহিত্য অসিমক্ মীগী জীবনগী মিংশেম্নি।

সাহিত্যদা ৱস ফোংদোক্‌প জীবন অদুমক্ সমাজগী মপান্‌গী নত্তে, ৱা অসি হায়ঠুনা কান্নদে। সাহিত্যদা সমাজ-জীবনমক্সু ফোংদোক্ই। সামাজিক মনঃমক্লা পুক্নিংশাজৎকী সাহিত্য রচনা তৌই। সাহিত্যিকসু সামাজিকনি—মহাকী ৱচনাসু সামাজিক-তা কায়দোংফন্নি। মীনা মীগী জীবনগী সংবাদ ফংঙি সাহিত্য অসিদা। তোঙান্ তোঙাম্ব যুগগী মীগী সমাজগী মশক্কী চিত্র সাহিত্য অসিদত ফংনৈ। সাহিত্যদি যুগজীবনগী রিফ্লেক্সননি। যুগ খুদিঙ্গী সামাজিক মীগী অফ-ফত্তব, অৱা-নুংঙাইবগী মশক্‌শেম্বা সাহিত্য অসিদত থোক্লিবনি। মিহৌবগী কঙাওনবা, সহায়নৈতব মীগী স্বৱমপী, নম্‌থাক্‌পিখিবগী থৱাইৱাবা, মঙক্ হাইগৎপগী চুম্‌দবা কোক্নবগী উপায় - সাহিত্য অসিদত মশক্ উৎলি। বঙ্কিমচন্দ্র, ৱবীন্দ্রনাথ-নচিংব অথোইব সাহিত্যিককী ৱচনা পারগা হিৱম্ অসিদা করিগুম্ব সন্দেহ অমত্তা লৈৱোই।

সামাজিক থমোইনা সাহিত্য ৱচনা তৌৱবসু সমাজ অমসুং সাহিত্য থাইদোক্নব য়াদব অমসুং অমগামগা নন্নৱবসু—সাহিত্যগী মৰুম্‌দা থৱ চাঙব মীগী সমাজনা য়াম্না লম্মন্ তোল্লি। সমাজগী

দোষ অকায়ব মথন্মখা, অপাম্ব-মখন্মখা সাহিত্যগী মিডিয়ম্দা ফোংদোক্ই। মী মথন্ কয়াগী জীবনগী সমস্যা মথন্ কয়া মতম্ কয়াগী দেশ কয়াগী সমস্যা মথন্ কয়া সাহিত্যদত লৌনরি। অদুবু সাহিত্যদি শূপ্না চপ্‌চপ্ চাব মতৌতম্বত নত্তে—মানা শূপ্না অচুম্-অচুম্ব ঘটনাগী চালুক্তা য়েঙ্খোক্পিবত তৌদে। অরৈব অদু অদুগা অস্নম্ ওইবা হৌনব অদু—অনি অসিমক্ নাগী মনূংদা ফংনৈ তরাগী জীবনগী ভাব অমস্নুং ভাবনা অমস্নুং সমস্যা মথন্ কয়াবু সাহিত্যিকনা মহাক্কী রচনানা মশক্ হাপ্পি। মহাক্না শূপ্না মশক্তা শেম্লগা তোক্তে—করি ওইব হৌনবগে মতুংস্থ হায়রি। মরম্ অদুনা সাহিত্য মীগী রচনা ওইরবস্থ মীগী সমাজগী নিয়ম তাক্পস্থনি।

অদুবু রচনা ওম্নমক্ মপুংফাব সাহিত্য নত্তে। সৎসাহিত্য মতোমতনা মহৈয়াম্ব সাহিত্য ওইনা ফিরেপ্ তাবা ওম্মি অমস্নুং মসিতনা সমাজদা অভিভাবকত্ব (গার্জিয়ান্সীপ্) তৌনবগী দাবী থম্মি। সৎসাহিত্যদি সমাজগী লম্বী তাক্পনি। ফত্তবদি ফত্তবনি অমস্নুং অফববু অফব হেক্ হায়বদা সাহিত্য অদু প্রচারধর্মী ওইরক্কনি—রা অসি এখোয়না চিংনদনা লৌশিন্না ওম্দে। রসিক মনংগী মফম্দা সাহিত্যগী আবেদন অরৈব অদু শোয়দনমক্ অসিগুম্ব রস অমগী আবেদননি রস অদুনা করিগুম্ব ব্যাধি অমদি মশক্ কায়বগী মরম্ ওইনা ওইদে। আনন্দরস য়েঙ্খোক্পা সাহিত্যগী লক্ষ্য মকোক্নি। হায়রবদি মীগী জীবনগী আনন্দ জ্ঞানগী অচুম্ব তাক্পমক্ সাহিত্যগী প্রধান লক্ষ্যনি। সেক্সপীয়রগী রচনাদা জীবনগী অচুম্ব লম্বী তাক্পগী সংবাদ ফংদরা।

বঙ্কিমচন্দ্রগী আনন্দমঠনা ঐখোয়গী দেশনা আত্মানি হায়বা জ্ঞান হৌদোক্লবরা! শরৎচন্দ্রগী উপন্যাসন ঐখোয়গী ইমাঙ্দা সমস্যা চগুংনব সমাজগী মশক্তু থাঙ্গত্ত্না পায়রগা মহাক্কী আদর্শ ওইনা করি ওইবা হৌনৈ মদুগী ইঙ্গিত পীদবরা! সাহিত্যগী মফম্মক্তুদা সমাজনা মাগী অচুম্ব লম্বী-লম্জিন্ ফঙি। সমাজবু বাদ তৌরগা সাহিত্য শেম্গৎপা ওইথোক্লবগুম্না সাহিত্য য়াওদব সমাজগী রাস্থ ঐখোয়না কল্পনা তৌবা ঙম্দে।

মাইকৈ অমরোম্দা মীনা সমাজ শেম্গৎলে মাইকৈ অতৈদা মীগী সমাজগী অণু-পরমাণুদা মীনা শেম্ব সমাজ অসিমক্না মতিক্ শন্দোক্লে। সমাজগী মিৎশিং-নাশিংব লেখক্কী রচনাদা মীগী পরিচয় ফংনবা মফম্ অদুদা সমাজগী প্রভাবনা হক্থেংননা অমদি তুংওইননা পাক্লা শন্দোক্লি। অদুদা অমুক্ মসিগা লোয়ননা রা অসিস্থ পুক্লিংদা থম্গদবনি, মতম্ পূম্বদা সমাজনা সাহিত্যিক-পু মথৈ লৈতনা মতিক্ লৈহন্গনি, অসিগুম্ব রা কম্না হায়বা য়াদে। দূরদর্শী (ফারসাইটেড্) সাহিত্যিকক্কী রচনাস্থ মতম্ অয়াম্বদা মতুঙ্গী সমাজগী মথক্তা প্রভাব শন্দোক্ই। সমাজ জীবনগী অচুম্ চুমদগী বিচারমক্না মতুঙ্গী মপাঙ্গন্ কয় জীবন লেম্বগী লম্বী শেম্নরি।

লেখকনা অরৈ অরৈব যুগ অমসুং সমাজগী প্রভাব মহাক্কী রচনাদা মমি তাহন্গদবমক্লি। মহাক্না যেসা মওংমক্তদা যুগগী প্রভাব অমসুং যুগ অদুগী সমাজগী প্রভাববু থৈদোক্তনা চৎপা ঙম্মোই। সাহিত্যিকনা দেশ-কাল-থৌশাদনা সাহিত্য রচনা তৌবা ঙম্মোই। তোঙান্ তোঙাম্ব যুগগী সাহিত্য তোঙান্ তোঙাম্ব যুগগী সমাজ জীবনগী অরা-মুঙাইবগী চিত্র য়েক্লরি।

অশোম্ব সাহিত্যনা কদোঊদস্থ সমাজ জীবনগী মতেং পীব পরিবেশ (সার্কম্‌ষ্টেন্স) শেম্বা ঙম্‌দে। সমাজ-য়েক্রব সাহিত্যবু ঐখোয়না অচুম্ব সাহিত্য হায়না কৌবা ঙম্মোই। সাহিত্যদা সমাজ জীবনগী অরা-মুঙাইব, ঋাকৎ-হায়জবগী বর্ণনা লৈগনি। সমাজ জীবন-না সাহিত্যগী মমুংদা মশাগী মমি উবা ফঙ্গনি। সাহিত্যনা জীবন্‌ লেঙ্‌দনা অমস্থং স্বাভাবিক ওইনা লৈহন্নবগী দায়িত্ব লৌই। অদুবু করিগুম্ব রচনানা সমাজ-জীবনগী য়েক্রব ওইরবদি মাবু ঐখোয়না সামাজিক সাহিত্য ওইনা লৌশিন্না ঙম্‌দে।

সাহিত্যবু Criticism of life হায়না য়াবা তারবদি সমাজ জীবন অমস্থং সাহিত্যগী খাইদোক্‌য়াদব সম্পর্ক য়াদুনা লৌবা তায়। মহৈয়াম্ব Criticism of life লৈতব মফম্‌ অদুদা অন্‌-কমন্‌ পেক্যুলিয়ারিটি অমা লৈত্রবদি সাহিত্যনস্থ ইটারনিটিগী দাবী তৌবা ঙম্‌দে। অয়াম্বগী মোত্তা সমাজ সমস্যা অমদি সমাজ বিদ্রোহ (রিভোল্ট) করিগুম্ব অথোইব কাব্যগী বিষয় ওইখিদে। ঐখোয়না মাংজোননা হায়খরে সাহিত্যপুম্ব শেম্বদা অন্‌-কমন্নেশ লৈবা—নিত্যকালগী (ইটার্নেল) আবেদন য়াওবা—মদুদা জীবনগী অঙক্‌প রহস্যগী অনুভূতিগী ইটার্নিটি য়াবিদবা তৌদবা রচনা পুম্মক অদুগী অন্‌-কমন্‌ পেক্যুলিয়ারিটিগী মরম্না মখোয়বু সাধারণ রচনাগী থাক্তা লংথদুনা বিচার তৌবা য়ারোই। অদুবু সাধারণ ওইনা মীনা নুমিৎ খুদিঙ্গী জীবন্দা প্রভাব পীবা রচনা, লম্বী লমজিংব ওইনা মখুত্তা মৈরা পায়দুনা মহাকপু লম্বী তাক্‌না পুবিব রচনা, মহাকী অক-ক্কত্তবগী আলোচনা তৌব রচনা—

রচনা অদুগা লোয়নমা মীগী সমাজ নীতিগী মাইকৈমক্তদগী ওই-সনু অমদি সাহিত্যনীতিগী মাইকৈমক্তদগী ওইসনু - অচেৎপ ভিন্নবা অমা লৈরি। লোকরাংমগী সাহিত্যগসু সম্পর্ক অসি লৈ। মরম্দি মফম্ অদুদগসু মীগী জীবনগী অকুপ্প অমসুং অচৌব অনুভূতিগী মশক্ শেম্মি- নিত্যকালগী (ফোরেভাবগী) মীগী মনঃগী মখৈ লৈতব খংনিংব-রাহং অমসুং মদুগী ওইব-যাব পাউখুম্গী সন্ধান (ক্লু) মফম্ অদুদা ফংনৈ। অদুবু জীবন্থ য়াওহন্দনা সাহিত্য রচনা ওইবা য়াদে। সাহিত্যতনা জীবন্থ অমাং-অতা লৈহন্দে। দেহ মাঙ্গদবমক্তি অদুবু সাহিত্যলোক্তা মীগী জীবন-না অমরত্ব (ইম্মোর-টেলিটি) ফঙ্গনি। রবীন্দ্রনাথগী মোত্তা মীনা সাহিত্য শেম্মি মশাবু মৃত্যু জয় তৌহন্নবগীদমক্। যুগ অমসুং কালগী মশক্ ওন্নগী বাধা চা কয়া লান্থোক্তুনা মাগী ভাবনা মতুংদা হিংদুনা লৈহৌনবা মদুমক্ মহাক্কী অমত্তা ওইব কামনানি। সাহিত্যনা কামনা অদু চাং যাম্না মশক্ শেম্মি অমসুং পুক্তি তেন্ন নিপাগী মরাইবক্তা অমরত্বগী জয় টীকা নম্বি। মহাক্কী মোত্তা জীবন অসি মহা শিল্পীনি- 'মানা যুগ যুগদা দেশ দেশদা মীবু ভেরাইটি মখল্মখাদা মূর্তি পাল্হল্লি। জীবনগী খুৎশেম্ থবক্ অসি সাহিত্যদা মতিক্ চপ্চাব এক্সপার্টগা লোয়ননা চংজফম্ ফংবা ওন্নবদি মদুতদা মা অমর ওইদুনা লৈ।'

মরম্ অসিমক্তনা ঐখোয়না উবা ফঙি, সমাজ জীবন অমসুং সাহিত্যগী মরক্তা অচেৎপ সম্পর্ক অমা লৈরি। সাহিত্যনা সমাজদা লম্বী তাকই। জীবন্থ কেন্দ্র ওইহন্দুনতা সাহিত্য শেম্নকই। অদুন্নদি ওইরগা রাহৈ অসিসু মফম্ পুন্নদা পুক্লিংদা থম্না দরকারনি

সাহিত্যদি ক্ষেত্র পুম্নমক্তদা শূপ্নত সমাজগী রোম্‌দা লক্ষ্য থম্‌নুনা শেম্নক্তে। শূপ্না সমাজবু ফোংদোক্‌পাত মাগী অমত্ত ঙাইব লক্ষ্য নত্তে। মহাক্কী শিল্পগী মশক্ অমস্তু লৈরি। শিল্পী অমসুং সাহিত্যিক সামাজিক ওইরবস্তু শিল্পরসিকস্তু ওইরি। মহাক্না মহাক্কী ধ্যান-ধারণা-ভাবনাশিংবু রসগী মশক্ হাপ্লি সাহিত্য অসিদা। জীবনগী ভেরাইটি সাহিত্য ভেরাইটিগী অথোইব অঙ্গ অমনি অদুবু অমত্তঙাইব অঙ্গনি হায়বা অদুক্ হাক্না চূনগনি হায়না থন্দে।

---

# সাহিত্যদা নীতিগী লৈফম্

সাহিত্যদা নীতিগী লৈফম্ লৈবরা · সাহিত্য অমসুং নীতিগী মরক্তা সম্পর্ক করিনো—প্রশ্ন পূর্ব্বসিগী মরম্‌দা মতম্ য়াম্না চূপ্না মওং মথম্মথাগী আলোচনা চথরক্লি। মীগী সভ্যতাগী অহৌবদগী মতম্ কুইনগী সাধনাগী মহৈনা মীনা বিষয় কয়া কয়া পুথোক্লে, বিষয় কয়াগী মরম্‌দা অভিজ্ঞতা ফংলে, বিষয় কয়াস্তু শেম্লে। মখোয়সিগী মরক্তা সাহিত্যবু মীগী মনঃগী খ্বাইদগী অহেন্ব শিল্পকার্য্যনি হায়না খ্বাইমক্না ৱাহৈ অমত্তনা য়ানরে। ঐখোয়গী দেশগী থায়নগী শাস্ত্রকারশিংনা সাহিত্যগী মরম্‌দা পুথোরক্প মতামত পুম্নমক্কী মরক্তা শিংথানব-য়াব মতামত থরগী মনুংদা মত অমদি মসিনি, সাহিত্যদি ধর্ম, অর্থ, কাম অমসুং মোক্ষ বর্গ মুরি অসি ফংনবগী উপায়গী মশক্লি। অদুগা মত অমনা মসিনি, সাহিত্যদি 'আনন্দরূপনিষ্যন্দীরূপক'—আনন্দগী মশক্ থীকৃথব দৃশ্য কাব্যনি। সাহিত্যবু অপোৎ বিষয়গী জ্ঞানগী উপায়তনি হায়না

লৌব মতবাদীশিং অসিনা মখোয়গী সাহিত্যগা মরী লৈনব ধারণাবু য়াম্না নিন্দা তৌবিরে।

নোংচুপ্‌কী সমালোচকশিঙ্গী মরক্তা সাহিত্য অমসুং নীতি অদুগা সাহিত্যদা নীতি-নচিংব বিষয়দা মোং থেন্নবা য়াম্না উনরি। কনাগী মোত্তা সাহিত্যদি অতৈ মহৈ য়াওদব বিষয়তনি। মসিগী উদ্দেশ্য হায়ববু মশক্‌শেম্বা অসিতনি। মসিদা করিগুম্ব প্রচার লৈতে—তত্ত্ব-রাহৈগী আড়ম্বর (পোম্প) য়াওদে, লৈরিবদি শুপ্না রসথম্ব শক্তী-চিত্র। অদুগা অমুক্ কনা কনাগী মোত্তা সাহিত্যনা মশক্ শেম্নবস্থ মদুমক্ মাগী অমত্তা ওাইব পরিচয় নত্তে। অদুগা অমুক্ অতৈ পক্ষ অমনা থল্লি সাহিত্যনা ঐখোয়গী মনংগী অনৌ অনৌব বৃত্তিশিংবু মতিক্ হাপ্তুনা ভাবপ্রবণ (সেন্টিমেণ্টেল) ওইহল্লি অমসুং শোম্বহল্লি। অদুগা কনা অমনা থল্লি সাহিত্যনা ঐখোয়গী কোয়চাই-চায়ব প্রবৃত্তিশিঙ্গী (দিজায়ার) মরক্তা য়ানহম্বা অমা থম্‌দুনা মথুংদা শান্তি শেম্‌গৎলি।

মথক্তা হায়খ্রিব মতবাদগী মরম্‌দা হায়বা য়ায়, যেসা প্রবৃত্তি হৌদোক্তুনা সাহিত্যনা ঐখোয়গী জীবন্দা ভ্রম শেম্মিরে মখোয়দুগী কদোইঙদসু উচ্চাঙ্গগী অমদি অখোইব সাহিত্য হায়না পরিচয় পীবা ঙম্‌দে। সাহিত্যদি মরু ওইনা মহাও-তংবগী মথক্তমক্ নল্লি। অদুবু সাহিত্যদা করম্ব রসগী মহাও ফংবা য়ায় মদুদি বিচার-বিবেচনাগী মখাপোম্বনি। মমাঙগী-আলংকারিককী মোত্তা অপার কাব্য সংসারদা কবিতনি অনিশুদব প্রজাপতিদি (ব্রহ্মা) হায়বদি মহাক্না সৃষ্টিগী বিধি ব্রহ্মাগা মতোগুম্না অনৌ অনৌব থুৎশেম্‌গী থবক্তা লুপ্লি। প্রজাপতি ব্রহ্মানা জীব-জগৎ

শেক্সপিয়রি কবিনস্থু মতৌ অদুন্না জীব-শক্তি য়াওব মীগী চরিত্রগী কল্পনা তৌবা ঙম্মি—মহাকৃপু অহিংব মশক্ পীবা ঙম্মি। অশেম্ব চরিত্রশিং রচনাকারীগী মশাগী অনুভূতিগী রসনা লণ্ডি অমস্তুং মহাক্কী ভাব অমস্তুং ভাবনাগী দৃশ্যকাব্য ওইনা ঙাল্লি। অদুগা কবিগী ভাব অমস্তুং ভাবনানা মহাক্কী মশাগী ভূমিকা লাম্থোক্লগা বিশ্ব পীন্ থুংবা মতম্ অদুতদা সাহিত্য অচুম্ব রসগী থাক্তা তারকই।

নীতিগী মাইকৈদগী সাহিত্যগী অথোইব মহৈ য়াম্বদি অসিনি—মসিনা কবি অমস্তুং কাব্যরসিকপু চরিত্রমথন্মথা, মথন্মথাগী অবস্থা অমস্তুং পরিধি, ভাব অমস্তুং ভাবনা মথন্মথাগা লোয়ননা থরাই অমত্তা ওইননবদা সহায় তৌই। সাহিত্য জ্ঞানগী মহৈনা মতম্ পুম্বদা ঐখোয়গী নুমিৎ খুদিঙ্গী ব্যবহারিক জীবনগী অপোব দরকার পাঙ্থোক্পদা মতেং পাঙ্গনি হায়না লৌবা যুক্তি চাদে অমস্তুং মহুমক্ সাহিত্যগী নীতিনি মদুস্থু লৌবা য়াদে। রামায়ণ অমস্তুং মহাভারত মহাকাব্য অনিসি পারগা ঐখোয়না অস্ত্র-শস্ত্র বিদ্যা অমদি যুদ্ধ অমদি অতৈ থরদা এক্সপার্টনেশ্ ফংদে, নত্রগা শস্ত্রবিদ্যাগী অমদি যুদ্ধগীদা য়ানদব অমদি য়ানব অবস্থা অমদি য়ানব মনোভাব শেম্বস্থু মহাকাব্য অনিসিগী উদ্দেশ্য অথোইস নত্তে। য়ানদব অমস্তুং য়ানব ঘটনা পরিধি মথন্ কয়াগী মমুংদা মীগী জীবনগী সীমা লৈতব রহস্যগী ক্লু ফংবা য়ায় মদুমক্ মহাকাব্যশিং অসিগী বিষয় বস্তুনি অমস্তুং মহাকাব্য অনিসিদগী ঐখোয়না মীগী চরিত্রগী রহস্য অদুগী মপুংফাব জ্ঞানমক্কী শিক্ষা ফংই।

যৌক্তিকী মতম্দা সাহিত্যনীতিদা প্রচারধর্মগী ( পব্লিসিটিগী ) যুক্তিচাবগী মরম্দা সাহিত্য ক্ষেত্রদা অচৌব আলোড়ন ( এজি- টেশন্ ) উৎথোরক্লে। প্রচারধর্ম অমদি প্রপাগেণ্ডা সাহিত্যগী নীতি ওইবা য়াত্রা য়াদত্রা - প্রচারধর্ম সাহিত্যবু অশেংব সাহিত্য হায়বা য়াত্রা য়াদত্রা—মসিগী মরম্দা তর্কগী অমুক্ শেষ লৈত্তে! দল অমনা হায় প্রচারধর্মী সাহিত্য সাহিত্য, কৌবমক য়াদে। অদুগা দল অমনা হায় প্রচারগী ঝোঁক ( ইন্ক্লাইনেশন্ ) য়াওদব অসিগুম্ব করিগুম্ব রচনাবু লৈবরা!

সাহিত্যগী মরম্দা য়াহৈ অমত্তমা থরদং পাক্ হায়বা য়াবা নত্তে। অদুবু সংক্ষেপ্তা হায়রবদি মসিদং হায়বা য়ায় সাহিত্যদি কবি অমদি শিল্পীগী জীবন-বেদনি অমদি মহাকী জীবনগী আদর্শগী মপুংফাব মফোংদোক্নি। ফোংদোক্পা অসিবু ঐথোয়না রস ফোংদোক্পা হায়বা য়ায়। মসিগা লোয়নবা বুদ্ধিনা ওালুহব চিন্তাগী মিংশেন্গসু তিমরি। মরম্দি সাহিত্যদি শূপ্নত্তগী পারসেপ্সন্ত ফোংদোক্পা নত্তে। মিৎনা উবা অমসুং মঙ্দা উবা অমদি অনুভূতিগা য়াওনা উবা অনিমক্ সাহিত্যদা মশক্ ওস্নোক্ই। অদুবু কনা অমনা করিগুম্ব বিশেষ মত ফোংদোক্লবগী দমক্ নত্রগা বিশেষ করিগুম্ব মতবাদনা ইন্ফ্লুয়েন্স তৌদুনা সাহিত্য রচনা তৌবা মতংদা মদুবু প্রচারধর্মী সাহিত্য কৌবা য়ায়।

অশেংব সাহিত্য রসদা বিশ্বাসী নোংচুপ্কী সাহিত্যিকশিংনা কদৌদৈদম্ম করিগুম্ব উদ্দেশ্যনা মরু ওইব থুংশেম্গী থবক্পু অচুম্ব সাহিত্য হায়না য়াবিদে। নমুনা অসিগী সাহিত্যিকশিংনা

'Art for art's sake' নীতিদা বিশ্বাসী ওইরম্মী। মখোয়না মপান্‌গী করিগুম্ব প্রভাবমক্‌পু য়াবিরম্‌দে। চিন্তাগী স্বাধীনতা, সাহিত্য রচনাগী স্বাধীনতা মখোয়গী লক্ষ্য মপুং ওইরম্মী। মখোয়না বিশেষ মত ফোংদোক্নবগী অমদি বিশেষ মতবাদনা ইনফ্লুয়েন্স তৌব সাহিত্যবু প্রচারধর্মী মতৌগীদমক্ জাৎ তাবনি লৌবিরম্মী। অদুম্রক্তা মখোয়গী বক্তব্যগী উত্তরদা রা অসিসু অয়াম্বনা হায়রে অশেংব সাহিত্যনি হায়দুনা মখোয়না সমর্থন তৌবিরিব মদুসু মখন্ অমগী প্রচারধর্মী মতৌনা কূপ্‌শিল্লি। কীট্‌স্‌না কাব্য রচনাগী মসুংদা উদ্দেশ্যগী টেংগেন্সিরোম্‌দা মিৎচিনা য়েংবিরম্মী। অদুবু প্রচারধর্মী সাহিত্যগী দলগী পুন্নমক্না হায়— কীট্‌স্‌সু ফজবগী জয়গান তৌনবগী উদ্দেশ্যমক্তদা কবিতা রচনা তৌরম্মে। মহাক্কী রচনাবুসু উদ্দেশ্যনা মরু ওইব অমসুং প্রচার মনম্মম হায়বা য়ায়। মরম অসিনা সাহিত্যগী প্রচারধর্মীতা সাহিত্য নীতিদা দোষঅদুক্ য়াওবা নত্তে অমসুং চৎনবি অমসুং থাইগী খুদম্ মতুংইন্ন আইডিয়েল্ শব্দোক্‌পীব নত্তে হায়না মসিগী সাহিত্যগা ভেলু শূন্য য়াও য়াওদে অসুম্মসু লৌবা ওইখোক্তে।

ঐখোয়না খল্লি সাহিত্য অমসুং নীতিগী বিষয়দা অসুক্ বিরোধ ওইরিবা, অসুক্ মত মান্নদবা উৎলিবা মসিগী মূলদা শেরান্নব ধারণা কয়ামরুম্না বিরোধ অমদি মত মান্নদবা অসিগী মরম্ ওইনা লৈরে। শেরান্নবা অসি কোক্‌হন্না ঙমদ্রবদি সাহিত্য অমসুং নীতিগা মরী লৈনব মতবিরোধগী অরোইবসু থোক্নরোই। সাহিত্য পাবদা পাঠক্কী মনঃদা করি ভাব থোরক্‌ই মদুগী মান দণ্ডনা ( মাপ-চৈ ) সাহিত্যগী বিচার তৌবা য়াম্না মতা চায় হায়বনা

ঐখোয়না থন্দে। নীতি শিক্ষাবু সাহিত্য পাবগী মহৈ ওইনা লৌবা ফৈ। রা অসিগী প্রসঙ্গদা প্রশ্ন থোরক্পা য়ায় সাহিত্যিক্কী থবক সাহিত্য শেম্বনি মহাক্কী থবক্তি শিক্ষা পীবগী থবক্ নত্তে। মরম্ অসিনা নীতি শিক্ষাগী উদ্দেশ্যদা সাহিত্য রচনা তৌবা য়াদে রাফম্ অসি য়াফম্ থোক্লোইদরা? যুগ থুদিংদা কবিগী ইন্দিভিজুয়েল্ মনঃগী দরকাররনা অমদি থোইঙ্গিন্না সাহিত্যনা রসগী মশক ফংলে। নীতিশিক্ষাগী উদ্দেশ্য য়াওনা অচুম্ব সাহিত্য কদৌইউদস্নু রচনা তৌখিদে। মীগী জীবনগী মথক্তা সাহিত্যগী প্রভাব থ্বাই পুম্বনা য়ানরবস্নু প্রভাব অদু সাহিত্য বিচারগী অনিশুদব মানদণ্ড ওইবা য়াদে। উদাহরণ ওইনা হায়রবা য়ায়, 'নীলদর্পণ নাটক'—নিমগী থাজনা লৌবশিঙ্গী অত্যাচার (ওৎ-নৈবা) থিংনবগী মরমদা য়াম্না মতেংপীব ওইরম্মী—অঙ্কল্ টোমস্ কেবিন' মিনাই লল্লোম্বা থিংনবগী মথক্তা য়াম্না মতেং পীরম্মী—অদুমক্স্নু শূপ্না মহৈ য়াম্বা অসিগী ফাউণ্ডেসন্দা নীলদর্পণ অমদি 'অঙ্কল্ টোমস কেবিন' গী সাহিত্যগী ভেলু বিচার তৌবা য়াদে, বিচার তৌবা যুক্তি চাবস্নু নত্তে।

সাহিত্যগী বিষয়বস্তু (কোণ্টেণ্ট) অমস্নুং কাঠামোবু (ফ্রেম্-রার্কস্) তোথাইনদুনা য়েংনবগীদমক্তা সাহিত্য অমস্নুং নীতিগী সম্পর্ক লৈনব অনিশুব শেরাম্নব ধারণা শেম্লক্লে। উদাহরণ ওইনা হিতোপদেশগী রারী মচা অমদি ঈশপ্কী রারি মচাগী রা হায়রবা য়ায়। লাইরিক অনিসিগী রারি মচাশিংসিবু অমরোম্দা শূপ্না রারি ওইনস্নু এক্তোয় তৌবা য়ায়, অতৈরোম্দা মখোয়গী মনুংদগী উপদেশস্নু ফংবা য়ায়। নোংচূপ্কী কনাগুম্ব অকাঙ্ব

সাহিত্যিকী মোত্তা যুগ থুদিংদা নাটকী বিষয়বস্তু অমসুং মতুগী মসুংদা ফুম্লিব ভাবস্ সোংদোরকই অদুবু মাগী মশক্তি কোন্-স্টেণ্ট ওইনা কায়দনা লৈ। সেক্সপীয়রগী নাটকী মরীদা হায়রবদা মহাক্না হায়, নাট্যকার মসিগী নাটক্তা ভাব-ভাবনা অমসুং বুদ্ধিনা ওয়াল্লব চিন্তা পুন্নমক্না ব্রাহৈ-মশক্ ফংলম্মী মতুগী অয়াম্ব শরুক্‌ক্ হৌজিকী মতমদা করিগুম্ব অনৌব ভাবনা য়াকায়রম্বা ওমদে— মতু একদম অবিবা ওইখ্রে। অদুবু নাটকশিংদুগী শেম্শাব উপায়গী অওক্পা অমসুং মাধুর্য্য ওসিস্‌ মক্তনা লৈরে। অফাওব দার্শনিক ক্রোচেনা সাহিত্যগী মসুংদা নীতি প্রচার তৌবা সমর্থন তৌবিংস্নিদি হায়ববু মহাকস্‌ সাহিত্যগী বিষয়বস্তু অমসুং মশক্ হাপ্পবু চপ্ মান্নবা য়েংবা ওয়মদে। অদুবু থাঙ্গেশংনা সাহিত্যগী মাইকৈ অনিসি অমগা মগা য়াম্না চেৎনা অমসুং নক্লনা য়েচ্ছিনৈ। কবিনা চরিত্র শেম্বি। মহাক্না অহিংব চরিত্রগী মহৈয়াম্ব থুৎশেন্-মপুনি। মহাক্না শূপ্না ভাবগা মশকা তিন্নহল্লমদে। কবি প্রতিভানা শেম্ব মশক্ অদু কবিগী জীবনগী আদর্শনা —জীবন-বেদ না নিয়ম নাইহল্লি। আদর্শ অসি জীবপাম্ব মশক্ হেক্ ওইরক্পদা রস জগত্তা মক্ম্ ফঙি।

শেম্বিবগী মশক্ শেম্ববু কদোমৈংদা মহাকী জীবনগী আদর্শ দগী তোখাইদুনা য়েংবা য়াদে মতুগী চপচাব থুদম্ ঐখোয়না বঙ্কিমচন্দ্র শরৎচন্দ্রগী চরিত্র শেম্বগী মনুংদা উবা ফঙি। মধ্যযুগদা (মিডিয়াভেল) মুকুন্দরামগী রচনাদস্‌ মতুগী মহৈয়াম্ব থুদম্ ফংখরে বঙ্কিমগী মতিবিবি রোহিণী, শৈবলিনী-নচিংব চরিত্র, শরৎচন্দ্রগী অন্নদাদিদি, রাজলক্ষ্মী, অভয়া,

কমললতা, সাবিত্রী, চন্দ্রমুখী-নচিংব চরিত্র আলোচনা তৌরবদি ঐখোয়না ময়েক্ শেংনমক্ উবা ফঙ্গনি, অনিগী মশক্ শেম্বা ভাব-না অয়াম্ব শরুক্ কোন্ট্রোল্ তৌরে।

মতম্ হোংবগা লোয়ন-লোয়ননা মতম্ অমগী কোইহং হংদুনা মমন্ লেপ্লব সত্য অদু অতৈ মতম্দা অমুক্ মশক্ মাম্নব সত্য ওইনা মর্য্যাদা ফংবা ঙম্দে। মত হোংলক্পগা লোয়ন লোয়ননা সাহিত্যগী মমল্ হোংলক্পা য়ায় হায়না অয়াম্বগী ধারণানি। ধারণা অসিগী মীচংদা যুক্তি উৎপা য়াদে মদুসু ঐখোয়না জোর তৌদুনা হায়দে। অদুমক্পু অতৈ রা অমগা খন্দুনা য়েংবসু দরকাররনি। অহল্যা, দ্রোপদী, কুন্তী-নচিংবগী জীবন্দা অকায়বা মথন্মথা লৈরবসু মখোয়দি আদর্শনারী (আইডিয়েল বুমেন্) হায়না যশঃ ফংবিরম্মী। হৌজিক্কী মতম্গী বিচারদা মখোয়গী আদর্শগী মরম্দা মতবিরোধ উৎলক্পা য়ায়। মতম্ অদুগী সতীত্ব বিচারগী খন্ ঙসি ঐখোয়গী কল্পনাগী রাংমদনি। অদুমক্পু রা অসি য়াদবগী উপায় লৈতে, মত অসি হোংলবসু রামায়ণ মহাভারতকী সাহিত্যিক ভেল্যু করিগুম্ব মাইকৈমক্তদগী করিমত্তা ময়েং তাদে। সাহিত্য শূপ্না জীবনগী ছবিত নত্তে, মানা জীবনগী চয়েৎনব অরুব মথন্মথা—খংদব রহস্য মথন্মথাগী লংজিন্ পী। সাহিত্যগী রস করিগুম্ব বিশেষ যুগদা অমদি বিশেষ মতবাদগী সীমাদা ফাজিন্না নত্তে। সাহিত্যদা মত প্রচারদগী মত ফোংদোক্পমক্না হেল্লি। মফম্ অদুদা বিশেষ ঙমিৎ অমগী য়াবামক্না অরোইব রা নত্তে—ইটার্নেলগী রস ফোংদোক্পতদা মাগী মহৈরাম্বনি।

---

# সাহিত্য প্রকৃতিগী মতৌতম্বরা

সাহিত্যগী মরম্দা আলোচনাগী মতা দা আধুনিক যুগগী নোংচুপ্কী সমালোচক অমনা হায়বিরম্মে Literature is a vital record of what men have seen in life, what they have experienced of it, what thay have thought and felt about these a·pects of it which have the most immediate and enduring interest for all of us. It is thus an expression of life through the medium of language.' মতম্ য়াম্না কুইরবগী মমাংদা গ্রীক দার্শনিক প্লেটোনা আর্টপু mirror of truth হায়-বিরম্মী। সাহিত্যগী মরৌদা মহাক্কী মত অসিনি মসিদি সত্যগী চপ্চাব মতৌতম্বা নত্তুনা অতৈ করিম্ব নত্তে। অদুবু মহাক্কী মত সাহিত্যনা সত্যগী বিষয়দা মপুংফাব সমর্থন ফংলম্দে। সাহিত্য সত্যগী মতৌতম্বা নত্রা অমদি ওইব-য়াব সত্যগী মতৌতম্বা নত্রা—প্রশ্ন অসিগী যুম্ফম্দা তর্ক-বিতর্ক মথন্মথাগী মতুংদা মমৈদা শতাব্দী তরামাপন্দা চথরক্কুনা সাহিত্যদি criticism of life —মীমাংসা অসিমক্ লৌনরে। মতম্ অদুদা Imitation হায়বিসিগী মহুত্তা Interpretation হায়বিসিমক্ চৎনরে। সাহিত্য-শাস্ত্র-কারশিংগী মোত্তা সাহিত্যদা জীবনমক্ মশাপুম্ব ফজনা ফোংদোকই। জীবন অমসুং জগত্তা ফজব হেক্ লৈরিব, পুক্চেন্ চাউব অমসুং য়াইফব হেক্ লৈরিব সাহিত্যদা মচুমক্কী ছবি উবা ফঙি।

বঙ্কিমচন্দ্রনা সাহিত্যগী প্রসঙ্গদা হায়রি 'প্রকৃতিগী প্রতি-মূর্ত্তি (ইমেজ) মক্তা ওইরবদি খুদ্শেম্ অদুদা কবিগী অদুগুম্ব সন্মান লৈরোই। মদুগী মরম্দি মদুদি শুপ্না প্রতিমূর্ত্তি-অনুলিপিত্তনি

( ট্রান্সলিটরেশন্ )—মচুবু খুৎশেম্ হায়বা য়াদে। সত্যগী প্রতি- মূর্ত্তি নত্তবা, মচুতনি খুৎশেম্দি। স্বভাবগী মতুংইন্ন অচুগা স্বভাবদগী অহেন্ন, মচুতনি খুৎশেম্দি।' মসিদা স্বভাবদগী অহেন্ন, হায়বসিনা সাহিত্যগী কুইরব 'অহেন্ন খরগী' ৱাহৈ অচুমক্ হায়রি।

শংশং-উব জগৎতা ভাব অমসুং ভাবনা, অৱা-মুংঙাইবা- নচিংবসিদি ইন্দিভিচুয়েল অমত্তগী থবক্নি। অয়াম্বনা খম্বা য়াম্ব মীগী মশাতগী ভাব অমসুং ভাবনানা মতৌ করম্না বিশেষ-লৈতব মশক্ ফংবা ঙম্মি। লৌকিক ভাবদা লোকৱাংমগী ৱসগী মশক্ হাপ্পা ঙানা থোক্ই। অচুবু কবিপ্রতিভানা লৌকিকভাব অসি অলৌকিক ৱসগী মশক্ ফংবা মতমদা মাগী আবেদন—অচুনা ইন্দিভিচুয়েলগী সীমা লাম্হোক্তুনা ভেদলৈতব অমসুং ইম্পার্সনেল্ মশক্ ফঙি। বিশ্বজগৎ অমসুং মীনা কবিগী মিৎয়েং লাম্হোক্কে। অচুবু কবিনা অচ-অচব অচুতগী চপ্চাব প্রতিমূর্ত্তি য়েক্পিদে। মহাক্কী অনুভূতিগী ৱংনা ৱসনা মমুন্ ফাহন্দুনা অউব-বিষয় অচু অসিগুম্ব থোক্খিদ্রিব মশক্ অমা ওইনা মথন্ত কোংদোক্চৱক্ই, মতম্ অচুদা খল্লি, মসিমক্ লৈরম্মাল্লে—লৈরম্ব অমসুং লৈরিব অসি মহাক্কী প্রতিমূর্ত্তি ওইরমাল্লে। কাব্যদা কবিনা মশক্ শেম্ব চরিত্র অমাদি ভাব অচুগী মনুংদতা মীনা মশাগী প্রতিমূর্ত্তি উবা ফঙি। প্রতিমূর্ত্তি অসিমক্ মাগী অচুম্ব পরিচয় নত্তে। মসিগী মনুংদা কবি কল্পনাগী থোইদোক্ হেন্দোক্পতনা হেল্লি।

কবিগী খুৎশেম্না পাঠক অমসুং রচনাকারগী মরক্তা ফজব সম্বন্ধ অমা শেম্গৎলি। অমসুং মৱম্ অচুনা মশক্ শেম্বনা মচুবু থাদোক্পা, অমদি মচুবু লাম্হোক্তুনত বিশেষনা সাধারণ

মশাক্ ফঙি। মহৈয়াম্বা খুৎশেম্গী মপুদি অমুক্ কবিগীস্থ লৈতরে, পাঠকীস্থ লৈতরে। অদুম্নদি ওইরগা রচনাগী মথক্তা অনিগী দাবীবু য়াবিদবস্থ ওইদে। সাহিত্যনা ফজববু হেন্না ফজনা ফোংদোক্ই। অদুবু মদুদা জীবনগী স্বাক্ষর লৈদোবনি। নত্রবদি রস য়াওদব রচনানা পাঠকী মনঃবু চিংশিন্বা ঙম্দে। পাঠক্না মদুবু মশাগীনি হায়না লৌশিন্বস্থ ঙম্দে। সাহিত্যদা মতম্ অমত্তদা স্বভাবগী মতৌতম্বা অমস্থং স্বভাবদগী অহেম্ব খর লৈ হায়বমক্না মদু থমোইথোৎপ পাঠকী থমোই শোক্পা ঙম্মি।

সাহিত্যদর্পণকারনা হায়বি—

পরস্য ন পরস্যেতি মমেতি ন মমেতি চ।
তদাস্বাদে বিভাবাদেঃ পরিচ্ছেদো ন বিদ্যতে।

অতৈগী ওইরবস্থ অতৈগী নত্তবা, ঐগী ওইরবস্থ ঐগী নত্তবা, মসিমক্ মহাক্কী মোত্তা থাঙ্গেশেংব সাহিত্যগী লক্ষণনি। কবিগী লেখনীনা (কলম-না) সাহিত্যনা লৌকিক সীমা লাম্থোক্লুনা অলৌকিক কাব্যগী মশক্ ফঙি। লৌকিক্কী লোকরাংমগী মশক অসিমক্ সাহিত্যগী প্রধান পেক্যুলিয়ারিটিনি। কবিদি মহাক্তনি —'বিধাতানা মঙোন্দা অলৌকিক আনন্দগী ভার শিন্নবিবা' —অদুগা মরম্ অদুতদগী 'মাগী থমোইদা মপান্নাইদব সেন্সেসন্ মাগী ইটানেল মিচ্ছিংনাশিংবনি।' অউব জগৎ অমস্থং জীবন্ অচৌব খোয়রাংবনা মশক্ হাপ্পগী মনুংদতা কবিগী খুৎশেম্গী মহৈ ময়াম্নি। মরম্ অদুনা রবীন্দ্রনাথগী মোত্তা—'কবিগী খুৎশেম মহাক্কী থনুংদা লৈব ইটানেল প্রকৃতিগী—প্রকৃতি পুম্নমক্কী খুৎশেম্নি, মদু হায়বথোক্তব চাংলৈতব শক্তি অমগী মকাক্ষনি,

মতু অতৈ অতৈ কবিগী থবক্তৌনা ওহাক্কী থমোই পাখৎপদগী নত্তে'।

মরম্ অদুনা ঐখোয়না উবা ফংলে সাহিত্যদি প্রকৃতিগী চপ্ চাব অনুকরণ (ইমিটেশন) নত্তে। শুপ্না মদুত করিগী-মাইকৈ অসোম্দগী বিচার তৌরবদি সঙ্গীত, নৃত্য, চিত্র, ভাস্কর্য্য (আর্কিটেক্চার) করিমতন্সু প্রকৃতিগী চপ্ চাব অনুকরণ নত্তে। মখোয়দি থুৎশেম্গী থৌইঙ্গিন্দগী থোরকপনি। মখোয়গী মনূংদা মীগী ঈথৌরাংবা, খোয়রাংবগী চিহ্নদুতং লৈ। কবিদি সামাজিক মীনি। মহাক্না মীগী সমাজ অমসুং বস্তুজগৎতগীমক্ মহাক্কী সাহিত্যগী মচাক্ অমদি বিষয়বস্তু খন্দুনা লৌবি। সাহিত্য রচনাদা মহাক্কী ইন্দিভিজুয়েলিটিগী অমসুং মহাক্কী মতম্গী প্রভাবম্ন য়াওই। মী অসি অমদি মেন্ অমসুং মতম্ অমদি মোমেন্টবু রচনাগী মনূংদা ঐখোয়না থেংনরি। অদুবু রা অসিদি ঐখোয়না য়াদবা ওম্মোই, বস্তুসত্যগী চপ্ চাব অচুম্ব বর্ণন তৌবা সাহিত্যিক্কী থবক্ নত্তে। খবর কাগজগী পেকুলিয়ারিটি অদুদি সাহিত্যগী নত্তে। সাহিত্যকারনা জীবনগী ফটোগ্রাফ লৌদুনা থম্দে। মহাক্না জীবন মপূম্ অমা শেম্বি। মরম্ অদুনা বাস্তবসত্য লাপ্তোক্লবতদা সাহিত্য-সত্যগী মশক্ ফঙি। সাহিত্যকারনা বাস্তবজীবনগী আভাসত (ইঙ্গিত্তা) মপী। বাস্তব, কবিগী আদর্শ অমসুং রসশেম্বগী থৌইঙ্গিন্-নচিংব তিন্নদুনা শেম্ব রচনা—মদুবু অনুকরণ (ইমিটেশন) কৌবা য়াদে। সাহিত্যনা বিশেষ জীবনগী য়ুম্ফম্দা মহাজীবনমক্পু শেম্গৎলি। রবীন্দ্রনাথগী মোত্তা 'সাহিত্যদা জীবনগী প্রভাবনা বিশেষ মতম্ পূন্নমক্কী চৎনবির কৃত্রিমতা

( artificiality ) লাম্বোক্তুনা অহিংব ওইরকই. মফম্ অদুদতা সাহিত্যগী অমরাবতীনি'। ( স্বর্গগী নন্দনকানন ) কৃত্রিমতা লাম্বোক্পা সাহিত্য অসি অনুকরণগী মথা পোম্ব য়াদে।

---

## সাহিত্যগী তাৎপর্য্য

মপান্গী জগৎনা ঐখোয়গী মনঃ-মনুংদা চঙদুনা অতৈ জগৎ অমা ওইরকই. মদুদা মপান্গী জগৎকী রং, মওং ধ্বনি-নচিংবত লৈবা নত্তে; মদুগা লোয়ননা ঐখোয়গী ফন-থোক্পা কত্তনা-থোক্পা, ঐখোয়গী অকীব-অঙক্পা, ঐখোয়গী অরা-নুঙাইবা য়েচ্ছিন্নৈ মদু ঐখোয়গী হৃদয়-বৃত্তিগী ( Functions of heart ) বিচিত্র ( variegated ) রসনা মওং কয়া কয়াদা উথোরকই।

হৃদয় বৃত্তিগী রস অসিনা তুম্নন্দুনা ঐখোয়না মপান্গী জগৎপু বিশেষ ওইনা ইশাগী ওইশিল্লি।

পুক্নুংদা তুম্নম্ব রস অয়াম্বগী ওক্লগ চাংদা লৈত্তবনা মপান্গী চিঙাক্তু মখোয়না নিংথিজনা মশাগী দেহগী মপোৎ ওইশিনহম্বা ওম্দে, অদুগুম্না হৃদি বৃত্তিগী তুম্নম্ব রস মতিক্ চানা জগত্তা শিজীন্নবা ওম্দব মখোয়না বাহির জগচ্ছিবু অন্তরগী জগৎ, নিজগী জগৎ, মানব-জগৎ ওইহন্দুনা লৌবা ওম্দে। জড় প্রকৃতিগী ( ইনেক্টিভ নেচর ) মী কয়ামরুম্ লৈ, মখোয়গী হৃদিনা জগৎকী বিষয় খজিক্তদা খৌরাঙি; মখোয় জগত্তা পোক্লবম্ব জগৎকী অয়াম্ব শরুক ফংজত্রবনি। মখোয়গী হৃদয়গী মিহুথোঙ্গী মশিং

য়াম্দে অমস্তং মরাক খূবনা বিশ্বগী মনুংদা মখোয় প্রবাসী (ফোরেনার্) ওইনা লৈ।

ভাগ্যফব অসিগুম্ব মীস্ত মরৈ মখোয়গী অঙকপা, প্রেম অমস্তং কল্পনা সর্বত্র মিচ্ছিং-নাশিঙি, প্রকৃতিগী কা খুদিংদা মখোয়গী নিমন্ত্রণ লৈ ; খুল্লকী অয়াম্ব আন্দোলন্না মখোয়গী চিত্ত-বীণাবু অয়াম্ব রাগিনীদা নীকহন্দুনা থম্মি।

বাহিরগী বিশ্বনা মখোয়গী মনঃ-মনুংদা হৃদি বৃত্তিগী অয়াম্ব রসনা, অয়াম্ব রংনা, অয়াম্ব ছাঁচানা মখল্লায়াম্ থোক্না শেম্গৎলক্ই।

ভাবুক্কী মনুংদা জগৎ অসি বাহির জগত্তগী হেন্না মীগী মশাগী ওইশিল্লি। মহু হৃদয়গী সহায়না মীগী হৃদয়রোম্দা হেন্না লাইনা ফংবা য়ারক্ই। মহুনা ঐখোয়গী চিত্তগী প্রভাব-না বিশেষত্ব (পার্টিকুলারিটি) ফংি মহুমক্ মীগীরোম্দা খ্বাইদগী হেন্ন অফবনি।

মরম্ অদুনা উনরে, বাহির জগৎকা মানব জগৎকা খেন্নবা লৈ। করিনা ঙৌই, করিনা সুক্ই, করম্বনা চাউই, করম্বনা পীক্ই, মানব জগৎনা খবর অদুবুত্ত পীদে। করিনা নুংশিব, করিনা নুংশিদব, করিনা ফত্তব, মানব জগৎনা বাহৈ অদুমক্ স্নুর কয়া কয়ানা হায়।

মানব জগৎ অসি—মসি ঐখোয়গী হৃদি হৃদিদা চেন্দুনা লাক্লি। ঈচেন্ অসি পুরাতন্নি (লিরবনি) অমসুং নিত্য-নবনি (ইনৌতনৌবনি)। অনৌ-অনৌব ইন্দ্রিয়না অনৌ-অনৌব হৃদিগী মনুং ফাওনা সনাক্তন (কোনস্টেণ্ট) ঈচেন্ অসি মতম্ চুপ্পমক্ ইনৌতনৌনা চেল্লি।

অদুবু মসিবু ফংবা য়ায় করম্ তৌরগা ? মসিবু ফাদুনা থম্বা য়ায় করি উপায়না ? অঙকপ মানস ( মেণ্টেল ) জগৎ অসিবু রূপ হাপ্তুনা অমূক্ হন্না বাহিরদা প্রকাশ তৌবা ঙমদ্রবদি মসি মতম্ চূপ্পদা শেমদুনা অমসুং মতম্ চূপ্পমক্ মাঙদুনা লৈনি।

অদুবু পোৎ অসিদি মাঙ্গে নীংদে। হৃদিগী জগৎনা মশাবু ফোংদোক্লবগীদমক্ খোয়রাঙি। অদুনা মতম্ চূপ্পমক্ মীগী মনূংদা সাহিত্যগী আবেগ ( ইমোশন্ ) লৈ।

সাহিত্যগী বিচার তৌব মতম্দা পোৎ অনিথক্ য়েঙ্গদবনি। অহান্ব, বিশ্বগী মথক্তা সাহিত্যকারগী অধিকার কয়ানো, অনিশুবদা, মদু স্থায়ী ( পার্মেনেণ্ট ) মওংদা ফোংদোক্লে কয়ামুক্।

মতম্ পূম্নমক্তা অনি অসিগী সামঞ্জস্য ( চপ্‌চপ্‌চানবা ) লৈতে। অরৈব মফম্ অদুগা মমাগা মচাগা।

কবিগী কল্পনানা হিংব হৃদি বিশ্ব শীল্লিবা অদুক্কী মতিক্ মহাক্কী রচনাগী গভীরতাদা ( ডেপ্‌থ ) ঐখোয়গী পেন্থা হেল্লি। অদুক্কী মতিক্ মানব-বিশ্বগী সীমা পাথোরক্লুনা ঐখোয়গী চিরন্তন ( লিরব ) শাম্নফম্ পাক্-চাউরক্‌ই।

অদুবু রচনা শক্তিগী নিপুণতাসু ( স্কীল্ ) সাহিত্যদা মহা মূল্যনি। মরম্দি, রচনাশক্তি প্রকাশ তৌদোরিব কায়দোংফম্ অদু য়াম্না তুচ্ছ ওইরবসু শক্তি অসিদি পুম্মাঙদি মাঙদে। মসি ভাষাগী মনূংদা, সাহিত্যগী মনূংদা পৈশিন্দুনা লৈ। মসিনা মীগী প্রকাশ-ক্ষমতা হেন্‌গৎহল্লি। ক্ষমতা অসি ফংনবগীদমক্ মীনা মতম্ চূপ্পা খোয়রাঙি।কৃত্তিশিঙ্গী ( The accomplished )

সহায়না মীগী ক্ষমতা অসি নোয়-পেন্না লৈ, মীনা মখোয়বু কীর্ত্তি লৈহন্দুনা লম্মন্ শিংনবা হোৎনৈ।

হৃদয় ভাবকী মচাক্না অন্তরগী মনুংদা শেম্‌গৎলিব মানস জগৎ অদুবু বাহিরদা প্রকাশ তৌনবগী উপায় করিনো?

হৃদয়-ভাব মখোই কাহম্বা য়াবা অদুগুম্ব মওংদা মদুবু প্রকাশ তৌগদবনি।

হৃদয়-ভাব মখোই কাহম্বদা সাজ-সরঞ্জাম্ (ফর্নিচর) য়াম্না চণ্ডি।

নিপাগী আপিস্‌গী পোছাক্ ইচম্‌-চম্মি; মদু মথেন্মকোই য়াম্‌দ্রিমখৈ থবক্তা সুবিধা ওইনৈ। নূপীগীদি ফিজেৎ-লৈতেং, ইকাই-হঙ্গোইবা, ভাব-ভঙ্গি পুন্নমক সভ্য সমাজদামক্ চৎনরি।

নূপীশিঙ্গী কাজ হৃদয়গী কাজনি। মখোয়দা হৃদয় পীগদবনি অমসুং হৃদয় চিংশিন্‌গদবনি; মরম্ অসিনা মখোয়গীদি য়াম্না ইতিংতিংবা, ইচম্‌চম্বা, থৌশা-রাশাদবা ওইরগা চৎনরোই। নিপাশিঙ্গীদি ঠিক্‌ঠাক্ ওইবা দরকারনি, অদুবু নূপীশিঙ্গীদি ফজবা দরকারনি। নিপাগী ব্যবহার চাউরাক্না নিংথিনা ময়েক্ শেংলগা ফরে; অদুবু নূপীশিঙ্গীদি ব্যবহারদা ফিখুম্, আভাস (মমি-মশা) ইঙ্গিত ময়াম্ লৈদৌবনি।

সাহিত্যসু মশাগী চেষ্টাবু মহৈ য়াম্নবগীদমক্ অলঙ্কারগী রূপকী (মেটাফর), ছন্দগী, আভাসগী, ইঙ্গীতকী আশ্রয় লৌই। দর্শন-বিজ্ঞানগী মতৌগুম্না অলঙ্কার য়াওদ্রবদি মহাক্ চম্নদে।

অপরূপ (ফেনোমিনেলবু) রূপ্না প্রকাশ তৌগে হায়রবদি রচনাগী মনুংদা রাঙাং-থোক্তব-মতৌ থম্‌গদবনি। নূপীগী

শ্রী অমম্বুং লজ্জাদৌনা সাহিত্যগী রাঙাং-থাক্তব-মতৌঙ্গু মদু গুম্বনি। মদু অনুকরণগী ( ইমিটেশন্‌গী ) রাংমদনি। মদুনা অলঙ্কারবু লাম্থোক্‌না কারকই, মদুবু অলঙ্কারনা কৃপ্পিন্দে।

ভাষাগী সীমানুংদা ভাষারাংমা অসিবু থম্নবগীদমক্ সাহিত্যদি প্রধান ওইনা ভাষাগী মনুংদা পোৎ অনি য়ান্নদুনা লৈ, চিত্র অমসুং সঙ্গীত।

রাইনা হায়বা য়াদব অদু চিত্রনা হায়বা ঙাম্‌। সাহিত্যদা চিত্র য়েকৃপা অসিগী সীমা লৈতে উপমা-তুলনা-রূপক-না ভাব-শিংদু প্রত্যক্ষ ওইনা হৌগৎনিঙি। 'য়েংননবগী মিৎম্না চেক্লা পাইরি' রাইহ অমত্তা অসিনা বলরামদাসনা করিবু হায়দোক্লম্‌দে ? খোয়রাংব দৃষ্টিগী খোয়রাংব-মতৌদু বর্ণনাতনা করম্না প্রকাশ তৌগনি ? দৃষ্টি চেক্লাগুম্না পাইদুনা চেনখ্রে, চিং খজিক্তিদা প্রকাশ তৌনবগী খোয়রাংব মতৌ অয়াম্বা মিকুপ্তা হেক্ শান্তি ফংলে।

মসি নত্তনা ছন্দদা, শব্দদা, বাক্যমরেংদা সাহিত্যনা সঙ্গীতকী আশ্রয়দি লৌগদবমক্তি। কবিগুম্ব মওংদা হায়নবগী শক্তি লৈতবা মতু সঙ্গীত অসিতনা হায়বা য়াম্‌। অর্থ মচা খায়দোক্‌না সামান্য ওইব রাদু সঙ্গীত অসিমক্তা অসামান্য ওইরকই। রাইগী মনুংদা বেদনা ( সেন্সেশন্ ) সঙ্গীত অসিতনা চঙহল্লি।

মরম্ অসিতনা চিত্র অমসুং সঙ্গীতমক্ সাহিত্যগী প্রধান মচাক্তি। চিত্রনা ভাবপু মওং তাকল্লি অদুগা সঙ্গীতনা ভাব-তা গতি হাপ্লি। চিত্রনা দেহ অদুগা সঙ্গীতনা প্রাণ।

অদুবু মীগী হৃদয়মক্ সাহিত্যদা কাদুনা থম্নবগী পোত্তা নত্তে। মীগী চরিত্রস্তু স্বৃষ্টি অমনি, মদু জীব পান্দবগী স্বৃষ্টিগুম্না ঐখোয়গী ইন্দ্রিয়না খুদুম্‌চম্ব-য়াব নত্তে। মাবু লেপ্প হায়বদা লেপ্তে। মদু মীগীরোম্‌দা অথোইব ঔৎসুক্য (লাঙ্‌তক্লবা) থোক্‌ফম্নি; অদুবু মদুবু শায়োক্লঙ্গী শাগী মতৌগুম্না পুন্দুনা পোম্নংদা হাপ্তুনা মুন্না য়েংনবগী অরায়ব উপায় লৈতে।

বিচিত্র মানব চরিত্রে অকক্লবা অসিগী রাংমদনি, সাহিত্যনা মসিবুস্তু অন্তর জগত্তগী বাহিরদা প্রতিষ্ঠা (এষ্টেব্লিসমেণ্ট) তৌনিঙ্ঙি। য়াম্না অরুব কাজনি। মরম্‌দি মানব-চরিত্রদি স্থির (ষ্টেশনরি) নত্তে, সুসঙ্গত (য়াম্না জুচ্চাব) নত্তে; মাগী ভাগ ময়াম্নি, শ্রেণী মরাম্নি; মাগী মনুং-মপান্দা অপম্ব-লৈতব গতিবিধি অরায়ব নত্তে। মদু নত্তনা মাগী লীলা অস্তুক্ কূপ্পি, অস্তুক্ থন্‌ফম্ থোক্কে, অস্তুক্ থুই, মাবু মপুং-ফাব মওংদা ঐখোয়গী হৃদয়দা খঙ্গহন্বা অসাধারণ ক্ষমতাগী কর্মনি। ব্যাস-বাল্মীকি-কালিদাস-নচিংবনা কর্ম অসি তৌদুনা লাক্‌পিরম্মে।

হৌজিক্তি ঐখোয়না আলোচনা তৌরিব বিষয় পুম্ব রাহৈ অমত্তনা হায়বা তারবদি মসি হায়বা তায়; সাহিত্যগী বিষয় মানব-হৃদয় অমসুং মানব-চরিত্রনি।

অদুবু মানব-চরিত্র অসিস্তু হেজিন্না হায়বমাল্লে। অওইবদি, মপান্‌গী প্রকৃতি অমসুং মানব-চরিত্রনা মীগী হৃদয় মনুংদা তত্তনা মওং অমা লৌরি, সঙ্গীত অমগী ধ্বনি থোক্‌হল্লি, ভাষানা লেংব চিত্র অদুমক্ অমসুং সঙ্গীত অদুমক্ সাহিত্যনি।

ভগবানগী আনন্দনা প্রকৃতিগী মনুংদা মানব-চরিত্রগী মনুংদা মশাবু মশানা সৃষ্টি তৌরি। মানব হৃদয়সু সাহিত্যদা মশাবু শেম্বগী, ফোংদোক্লবগী, চেষ্টা তৌরি। চেষ্টা অসিগী অন্ত নাইদে, মসি বিচিত্রনি ( ভেরিএগেটেড্ )। কবিশিংনা মানব-হৃদয়গী চিরন্তন ( কুইরব ) চেষ্টাগী উপলক্ষ ( কোজা রিমোটা ) ওইবতনি।

ভগবানগী আনন্দ-সৃষ্টি মশাগী মনুংদগী মথন্তনা ইথোরক্ই ; মানব-হৃদয়গী আনন্দ-সৃষ্টি মদুমক্কী থোক্সাংনি। জগৎ-সৃষ্টি অসিগী আনন্দ গীতকী ইনিন্না ঐখোয়গী হৃদয়বীণা-তন্ত্রীবু ( তারবু ) দিবানিশি নীকৃহল্লি ; মানস-সঙ্গীত অদু, ভগবানগী সৃষ্টিগী প্রতিঘাতনা ( রিএক্সন্না ) ঐখোয়গী অন্তর মনুংদা সৃষ্টি অদুগী আবেগনি (ইমোশন), সাহিত্যনা মদুমক্কী বিকাশনি (মেনিফেষ্ট)। বিশ্বগী স্বর-হোৎনা ঐখোয়গী চিত্ত-বংশীগী মনুংদা করি রাগিণী থোংলি সাহিত্যনা মদুমক্ময়েক্ শেংনা প্রকাশ তৌনবগী চেষ্টা তৌরি। সাহিত্য ব্যক্তিবিশেষগী ( পার্টিকুলার ইণ্ডিভিজুয়েল্গী ) নত্তে, মসি রচয়িতাগী ( রাইটারগী ) নত্তে, মসি দৈববাণীনি। মপান্গী সৃষ্টিনা মাগী অফ-ফত্তব, মপুং ফাদব মতম্ চুপ্পা ফোংদোক্লবগী চেষ্টা তৌরি, মতৌ অদুম্না বাণী অদুসু দেশ দেশদা, ভাষা ভাষানা, ঐখোয়গী অন্তরদগী মপান্ থোক্লবগী তত্তনা চেষ্টা তৌরি।

( অভিযোজিত )

---

## সাহিত্যগী সামগ্রী ( মেটিরিয়েল্ )

একদম্ পুম্শেং শেংনা ইশাগী আনন্দগী দমক্তা ইবা সাহিত্য নত্তে। অয়াম্বনা কবিত্ব ওইনা হায়বি, উচেক্না মশাগী হরাওবদগী গান তৌই, লেখকী রচনাগী উচ্ছ্বাসসু ( স্বপ্ন কাম্থোক্পসু ) মদুগুম্না আত্মগতনি ( মশা-মুংঙাইনবনি ), পাঠকশিংনা মদু লুম্দুনা তাবগুম্বনি।

উচেকী গানগী মনুংদা উচেকী সমাজগী রোম্দা করিগুম্ব লক্ষ্য লৈরিরোই; মা অসি কন্না হায়বা ঙম্দে। লৈত্রগা লৈত্রেদনা, মদুগী মরম্দা তর্ক তৌবা বৃথানি, অদুবু <u>লেখকী প্রধান লক্ষ্যদি পাঠক সমাজনি</u>।

মদু হেক হায়বদা কৃত্রিম ( আর্টিফিসিয়েল ) হায়বা তাবনি, অসিগুম্ব মা করিসু লৈতে। মমাগী খোম্ মচাতগী দমক্তি, মতুমক্ হেক্ হায়বদা মতুবু মথন্ত থোক্চবনি হায়বদা বাধা করিসু উদে।

নীরব ( সাইলেণ্ট ) কবিত্ব অমসুং মথন্তগী ভাব উচ্ছ্বাস, ( ইমোশনেল এক্সপ্রেশন্ ), সাহিত্যদা মরেম্ অনিসি করি করি-গুম্ব মকম্দা চৎনরি। চাক্তব শীংবু মৈ কৌবগা আকাশরোম্দা য়েংদুনা আকাশগী মতৌগুম্না তুমিন্না লৈব মীদুবু কবি কৌবগা অম্মানি। প্রকাশমক্ কবিত্বনি, মনঃগী মথাদা করি লৈব-লৈতবা মদু আলোচনা তৌরগা মপান্গী মীগী অমাঙ্-অতোং করিসু লৈতে। হায়নবদাই, 'মিষ্টান্নমিতরে জনাঃ'; ভাগুাবদা কন্না পৈদুনা লৈ হায়বদু আন্দাজনা হিসাব তৌরগা মপান্গী মীগী

নুংঙাইবা করিসু লৈতে, মখোয়দদি মিঠাই অদু মথুংনা হকথেংননা ফংবা দরকাররনি।

সাহিত্যদা মথন্তগী ভাব-উচ্ছাসসু অদুগুম্ব মতৌগী রাহৈ অমনি। রচনা রচয়িতাগী মশাগীদমক্তা নত্তে, মসিমক্ লৌনগদবনি, অমসুং মদুগী মরমদমক্ বিচার তৌগদবনি।

ঐখোয়গী মনোভাবকী স্বাভাবিক প্রবৃত্তিমক্ ( টেণ্ডেন্সিমক ) অসিনি, মাদি নানা মনঃ-মনুংদা মশাবু খঙহন্নিঙি। প্রকৃতিদা ঐখোয়না উই, শীন্নুংনবগীদমক্, হিংদুনা লৈনবগীদমক্, জীব-শিঙ্গীমরক্তা তত্তনা চেষ্টা অমা চৎনরি। জীবনা মচা মশুনা মশাবু শরুক্ কয়া কয়া ওইহন্দুনা জাগা য়াম্-চাউনা কোঙ্গিরা ঙম্মিবা মথৈ মহাক্কী জীবনগী অধিকার অদুক্কী মতিক্ হেনগৎলক্ই, মিজগী অস্তিত্ববু অদুক্কী মতিক্ সত্য ওইহল্লকপগুম্ তৌই।

মীগী মনোভাবকী মনুংদাসু অসিগুম্ব মওঙ্গী চেষ্টা অমা লৈ। খেন্নবা হায়ববু, প্রাণগী অধিকার দেশ অমসুং কালদা, মনোভাবকী অধিকার মনঃ অমসুং কালদা। মনোভাবকী চেষ্টা কাল কয়া চুপ্পা মনঃ ময়াম্বু খুদুম্ চম্বা।

চপ্ য়ুংব অনীংবা অসিনা পুরাতন কাল কয়া চুপ্পা ইঙ্গিত কয়া, ভাষা কয়া, লিপি কয়া, রাইতিং কয়া, নুংদা হকপা কয়া, ধাতুগী অহৈবা শউরা ফাজিরা—উকু কয়াদা, উনাদা, চেদা, তুরি কয়ানা, খোর্জৈনা, কলম্মা, কয়া য়েক্-খোৎপা, চেষ্টা কয়া – ওইদগী য়েত্তা, য়েত্তগী ওইদা, থক্তগী খাদা, সার অমদগী সার অমদা! করি হায়রি? মসি নত্র, ঐনা খল্লা চিত্ত, ঐনা ফলিব জ্ঞান, মহু

মাঙ্লোই, মদু মনঃদগী মনঃদা, কালদগী কালদা খন্নদুনা খঙ্নদুনা ঈচেল্ ওইনা চত্থগনি। ঐগী য়ুম্-কৈ, ঐগী পোচৈ, ঐগী দেহ-মন, ঐগী অরা-হুঙাইবগী সামগ্রী, ঙম্নমক মাঙ্গনি; ঐনা খল্লিব-খঙলিব পোৎ অদুদি মতম্ কুইনা মীগী ভাব-না (থোটনা) মীগী বুদ্ধিদা আশ্রয় তৌদুনা জীবপাম্ব-সংসারগী মনুংদা হিংদুনা লৈগনি।

মধ্য এশিয়াগী গোবি মরুভূমিগী লৈঙোয় মপৈ মনুংদগী মুৎথ্রব মানব-সমাজগী কাউথ্রব কুইরব কালগী শেগাইব লাইরিক পুথোক্প মতম্দা মাগী খঙদব ভাষা অদুগী অপরিচিত (অন্নোন) অক্ষরশিঙ্গী মনুংদা করিনো বেদনা (সেন্সেশন) অমা প্রকাশ থেংনৈ। করি কালগী জীব কনাগী চিন্তগী চেষ্টা ঙসি ঐখোয়গী মন-মনুংদা চঙ্নবগীদমক্ তরক্ তরক্ তৌরিবা! ইবিরম্ব মীছুদি লৈত্রে, ইকম্ খুঙ্গং অদুসু লৈত্রে; অদুবু মীগী মনঃগী ভাব অদুতনা মীগী অরা-নুংঙাইবগী মরক্তা লুনা তৌবিনবগীদমক্ যুগ অমদগী যুগ অমদা লাক্কুনা মশাগী পরিচয় পীবা ঙম্দে, পাম্বোম্ অনি তিংথোক্কুনা মমায়রোম্দা য়েংলি।

জগৎকী মনুংদা খ্বাইদগী অথোইব সম্রাট অশোক্না মশাগী রাহৈশিংবু মতম্ চুপ্পা তাহন্নিঙম্মী, মখোয়দুবু মহাক্না চীঙ্গী দেহদা হক্কুনা থম্লম্মী। খম্বিরম্মী, চীংদি করিগুম্ব কালদা মাঙলোই; লেঙোই; অনন্তকাল লম্বী ময়াদা লেঙ্দনা লেপ্পুনা অনৌ অনৌব যুগকী পথিক্শিঙ্গী মফমদা রাহৈ অমখক্ মতম কুইনা আবৃত্তি (রিসাইটেশন্) তৌদুনা লৈগনি। চীংদা মহাক্না রা হায়নবগী ভায় শিন্নবিরম্মী।

চীংনা কাল-অকালগী ৰিচার কৰিদুনা তৌদনা মহাক্কী ভাষা পুদুনা লাক্লি। অশোক্কা কদায়দা পাটলিপুত্রনা কদায়দা, ধৰ্ম-য়াহৌব ভারতবর্ষগী গৌরবগী দিন অদুনা কদায়দা! অদুমু পাহাড়না মতম্ অদুগী ৱাহৈ কয়ামরুম অদু কাউপ্ৰৰ অক্ষরনা চৎনদব ভাষানা ঙসিসু উচ্চারণ তৌরি। কয়া কুইনা বন্দা কপ্লক্লে! অশোক্কী মহাবাণী অদুসু চহি চা কয়া মানব হৃদিবু লোম্হোক্তবগুম্না কেবল ইঙ্গিতনা কৌরক্লে। লম্বী অদুদা রাজপুত চৎখ্ৰে, পাঠান চৎখ্রে, মোগল চৎখ্রে, বর্গিগী থাঙ্‌শাং বিদ্যুৎকী মতৌগুম্না থুনা মাইকৈ শীন্থ্‌ংনা প্রলয়গী চৈকুনা ফুরক্লে—কনাসু মাগী ইশারাদা য়েংবিরম্দরে। সমুদ্র ৱাংমগী দ্বীপ মচাগী রা অশোক্কা কদৌঙৈদসু কল্পনাসু তৌবিরমদে, মহাক্কী শিল্পীশিংনা নুংপাক্তা মহাক্কী অনুশাসন (ওর্দিনেন্স) হক্পা মতম্ অদুদা দ্বীপ অদুগী বনচারী 'ড্রুয়িদ'শিংনা মখোয়গী পূজাগী আবেগ (ইগার্নেশ) ভাষা থোক্তব নুং মপৈদা হকুনা থম্মক্লে, চহি লিশিং কয়াগী মতুংদা দ্বীপ অদুদগী বিদেশী অমা লাক্লগা কাল অমগী মরোম্হোক্তব ইঙ্গিত লাংদগী মাগী ভাষা উদ্ধার তৌবিররে। রাজ চক্রবর্ত্তী অশোক্কী ইচ্ছা শতাব্দী কয়াগী মতুংদা বিদেশীগী সহায়না সার্থকতা (সক্সেস্) ফংলে। ইচ্ছা অদু অতৈ করিসু নত্তে মহাক্ য়াম্না চাউব সম্রাটমক ওইবিসমু, মহাক্না করি পাম্ব—পাম্দবা, মহাক্কী মফম্দা করিনা ফত্তবা মদু লম্বীগী পথিকতুসু খঙ্‌হন্‌গদবনি। মহাক্কী মনোভাব য়ুগ অসুক্ চুপ্না মী পুম্নমক্কী মনঃগী আশ্রয় নিদুনা লম্বী ময়াদা লেপ্তুনা লৈরি· রাজচক্রবর্ত্তীগী

চপ্ মুংবা আকাঙ্ক্ষারোম্দা ( দিজাইয়ার ) লম্বীগী মী কনানা য়েংবি, কনা অমমা য়েংবিদনা চংখি।

মসি হায়রুনা অশোকী অনুশাসনশিংবু ঐনা সাহিত্যনি হায়বা নত্তে। মচুনা প্রমাণ পুসিতদি ওইরি, মানব-হৃদয়গী প্রধান আকাঙ্ক্ষা অমা করিনো হায়বদু। ঐখোয়না মূর্ত্তি শারি, ছবি য়েক্লি. কবিতা ইরি, নুঙ্গী মন্দির শারি, দেশ বিদেশদা মতম চুপ্পা বিশ্রাম লৈতনা চেষ্টা অমা চথরি, মসি অতৈ করিসু নত্তে, মানব-হৃদয়না মানব-হৃদয়গী মনুংদা অমরতা ( ইম্মোর্টালিটি ) প্রার্থনা তৌরি।

মানব-হৃদয়দা মতম্চুপ্পা অমর ওইনবা চেষ্টা তৌরিবা অদুনা সাধারণ ওইনা ঐখোয়গী ওহাকী প্রয়োজন অমসুং চেষ্টাদগী মথল্ কয়াগী খেন্নবা উৎলি। ঐখোয়না চহিগী প্রয়োজনগীদমক্ কৌ-চেং নচিংব ওষধিগী ( চিঙ্গাক্ ) মরু থানরি, অদুবু বন প্রতিষ্ঠা তৌগে হায়রবদি— বনস্পতিগী ( মপাঙ্গাত্তব মহৈয়াম্ব উজাও ) মরু খোমজিন্বা তায়।

সাহিত্যদা চির-স্থায়িত্ব ( পার্মেনেন্স ) অদুগী চেষ্টামক্ মানবগী প্রিয় চেষ্টানি। মরম্ অদুনা দেশ হিতৈষী ( পেট্রিওটিক্ ) সমালোচকশিংনা কয়া কয়া লাউরি. সারবান ( সব্-ষ্টেন্সিয়েল ) সাহিত্যগী অভাব ওইরে, কেবল নাটক-নভেল কাব্যনা দেশ কুপ্সিল্লক্রে, অদুমক্তদা লেখকশিংগী জ্ঞান তাদ্রি। মরম্দি, সারবান সাহিত্যনা হৌজিক্কী প্রয়োজন মেন্নে, অদুবু প্রয়োজন লৈতব সাহিত্যদা স্থায়িত্বগী সম্ভাবনা হেল্লি।

জ্ঞানগী ৱাদি প্রচার হেক্ লোইরগা মদুগী উদ্দেশ্য মপুং ফাদুনা শেষ ওই। মানব-জ্ঞানগী সম্বন্ধদা অনৌব আবিষ্কারনা (ইনভেন্সন্না) অরীব আবিষ্কার কুপ্সিল্লক্লে। ওরাং পণ্ডিতনা খঙ্ঙমদবা অদু ওসিদি অঙাং নৱাগী মফম্দা নৌনা থোক্লে। অনৌব ফিজোল্না বিপ্লব (ট্রামণ্ট) থোক্হন্ন সত্য অদুনা অরীব ফিজোল্না খজিক্তসু ওক্হন্দরে। ওসি মূর্খনা খঙ্লব তত্ত্ব পূম্নমক্ অদু করিগুম্ন কালদা পণ্ডিতশিঙ্গী মফম্দা বাধা য়াম্না থোক্লম্মী, মসিমক্ মীগী মফম্দা অঙকপনি হায়না নীংনরি। অদুবু হৃদয়-ভাবকী ৱাদি প্রচার তৌবনা পুরাতন ওইদে।

জ্ঞানগী ৱাদি অমুক্তং খঙ্লগা অমুক হন্না খঙ্গদবা ওইদে। মৈ শাই, সূর্য্য কোইরক্ কোই, জল মহী লাঙি—মসি অমুক্তং খঙ্লগা লোইরে; অনিরক্ হন্না কনানা মদু ঐখোয়দা নব শিক্ষাগুম্না তাক্কে লাক্লবদি ধৈর্য্য (পেশিন্স) ফাজিন্না লুনা থোক্ই। অদুবু ভাবকী ৱাদি বারবার অনুভব (ফিলিং) তৌবদা চোক্থদে। হুমিৎ নোংপোক্তা থোক্ই, ৱা অসিনা অমুক্ হন্না ঐখোয়গী মনঃ চিংশিন্দরে; অদুবু সূর্য্যোদয়গী (সন্‌রাইজগী) ফজবা অমসুং আনন্দ অদুদি জীব-সৃষ্টিগী মতুংদগী ওসি ফাওবা ঐখোয়গী মফম্দা মক্তনা লৈরি। করি হায়নি, অনুভূতিনা (পার্শেপ্সন্না) কয়া লিরব মতম্দগী লোকপরম্পারা (মীয়োন্ মথং মথং) কয়াগী মথক্তা চেন্দুনা লাক্লিবা অদুক্কী মতিক্ অনুভূতিগী গভীরতা (ডেপ্‌ট্) হেন্‌গৎলি, অদুক্কী মতিক্ মদুনা ঐখোয়বু লায়না খোয়জংহন্না ওন্মি।

মরম্ অসিনা মতম্ কুইনা মীনা নিজগী করিগুম্ব বস্তু অমা মীগী মফম্দা লংনা-নৌনা অমর ওইনা থম্মিংলবদি মফাক্লা ভাবকী রামক্তদা আশ্রয় তৌবা তায়। মরম্ অসিদগী সাহিত্যগী প্রধান কায়দোংফম্ জ্ঞানগী বিষয় নত্তে, ভাবকী বিষয়নি।



মসি নত্তনা জ্ঞানগী বস্তুদি ভাষা অমদগী অতৈ ভাষা অমদা মফম্ হোংদোক্পা য়ায়। মূল রচনাদগী মতুবু উদ্ধার তৌদুনা অতোপ্প রচনাগী মনুংদা চঙ্ হল্লবদি মতম্ অয়াম্বদা মতুগা অরংবা হেল্লি। মতুগী বিষয়গী মরম্দা মী কয়ানা নানা ভাষাদা নানা মওংদা প্রচার তৌবা য়ায়; মতৌ অসুম্নমক্ মতুগী উদ্দেশ্য চপ্চানা মহৈ য়াল্লরি।

অদুবু ভাবকী বিষয়গী সম্বন্ধদা রা অসি য়াদে। মাদি আশ্রয় তৌরিব মূর্ত্তি অদুদগী অমুক্ থাইদোকপা য়াদে।

জ্ঞানগী রাদি প্রমাণ তৌগদবনি, অদুগা ভাবগী রাদি সঞ্চার (পাশিং) তৌশিন্গদবনি। মতুগীদমক্ মখল্ কয়াগী আভাস-ইঙ্গিত, মওং কয়াগী খুজিন্-থৌরাঙ্গী দরকারনি। মতুবু কেবল বুঝাইদুনা কায়রগত য়াদে, মতুবু সৃষ্টি তৌবা তাবনি।

কলা কৌশল-শম্ব রচনাদি ভাবগী দেহগী মতৌনি। দেহ অসিগী মনুংদা ভাব-প্রতিষ্ঠা সাহিত্যকারগী পরিচয়নি। দেহ অসিগী প্রকৃতি অমসুং গঠন (দি মেক) মতুং ইন্নমক্ মদুগী চংজব-ভার যীনা-নুনা তৌনৈ, মদিগী শক্তি মতুং ইন্নমক্ মদু হাদিনা অমসুং মতম্ অমদা শীনখুংলকপা য়ায়।

প্রাণগী পোক্তি দেহগী মথক্তা নির্ভর পুম্‌তৌ তৌদুনা লৈ। জল্লদৌনা মদু পাত্র অমদগী অতৈ পাত্র অমদা হৈবা য়াদে। দেহ অমসুং প্রাণ মহৈ মহৈ অমনা অমবু গৌরব ওইহন্দুনা একাত্ম (রান্ স্পিরিট্) ওইনা বিরাজ তৌই।

ভাব, বিষয়, তত্ত্ব সাধারণ মীগীনি। মদু মী অমনা পুখোক্তবদি করিগুম্ব মতম্‌দা অতৈ মী অমনা পুথোরক্কনি। অদুবু রচনাদি লেখকী সম্পুর্ণ (এণ্টায়ার) নিজগীনি। মদু মী অমগী ওইরিব মওং অদুমক্তা অতৈ অমগী ওইরোই। মরম্ অদুনা রচনাগী মনুংদাত লেখক্তা থাঙ্গশেংনা হিংদুনা লৈরি; ভাবকী মনুংদসু নত্তে, বিষয়গী মনুংদসু নত্তে।

অওইবমক্, রচনা হায়বদা ভাবকা লোয়ননা ভাব-প্রকাশগী উপায় অমি পুন্নপা থওনৈ; অদুবু বিশেষ ওইনা উপায়দুত লেখকীনি।

পুথ্রী হায়বদা জল অমসুং অতৌব তুংকম্ অমি পুন্নপা থওনৈ। অদুবু কীর্ত্তিদি করম্বনো? জল মীগী সৃষ্টি নত্তে মদু হান্নমা লৈজরবনি। জল অসিবু বিশেষ ওইনা মী খাইগী ভোগকীদমক্ য়াম্না ফুইনা থম্নবগী উপায় অদুমক্ কীর্ত্তিমান

মীগী নিজগীনি। ভাবস্থ মতৌ অদুগুম্না সাধারণ মীগীনি, অদুবু মদুবু বিশেষ মূর্ত্তি পান্দুনা সাধারণগী আমন্দগী বস্তু ওইহনবগী উপায় রচনাত্মক লেখক্কী কীর্ত্তিনি।

মরম্ অসিনা উরে, ভাবপু নিজগী ওইশিল্লগা খ্বাইগী ওইহন্না মসিমক্ সাহিত্যনি, মসিমক্ ললিত-কলানি। অঙ্গার (কার্বোন) হায়বসি ঈশিংদা কংফান্দা মুংশিল্লা পোৎ কয়াদা সাধারণ ওইনা সাধারণগী লৈ, উ-রানা মদুবু নিগূঢ় (সিক্রেট) শক্তিনা বিশেষ মওংনা অহাম্বদা নিজগী ওইথোক্লে, অমসুং উপায় অদুমক্না মদু মতম্ শাংনা বিশেষ ওইনা সাধারণ পুম্বগী ভোগকী পোৎ ওইরকই। শূপ্না মদু আকার অমসুং মৈশাগী থবক্তা শিজীন্নবা নত্তে; মদুদগী ফজবা, ছায়া, স্বাস্থ্য ফূদোরকই।

মরম্ অসিনা উনরে, সাধারণগী পোৎপু বিশেষ ওইনা নিজগী ওইরগা, উপায় অদুমক্না মদুবু অমুক্ হন্না বিশেষ ওইনা সাধারণগী ওইহন্না সাহিত্যগী কর্মনি।

মদু ওইরবদি, জ্ঞানগী পোত্তি সাহিত্য ওইবদা মথন্তদগী তোপ্না তাজরে। মরম্দি ইংরাজিদা ট্রুথ্ হায়বদু ঐখোয়না সত্য কৌই, হায়বদি ঐখোয়গী বুদ্ধিনা লাম্ব-ফংব বিষয় অদুবু বিশেষ মী অমগী নিজত্ব (ওউনেশ্) থাদোকহন্না দরকার পুম্ওই ওই। সত্যদি সর্বাংশদা (ভিরম্ পুম্বদা) মীগী মথা পোন্দে, দাগ লৈতব অভৌবনি। মাধ্যাকর্ষণতত্ত্ব (গ্রেভিটেশন্) ঐখোন্দা অমা অতৈদা অমা ওইদে। মদুগী মথক্তা বিচিত্র (মচু ময়াম্গী) হৃদয়গী নব নব রঙ্গী ছায়া তাবা যাদে।

অতৈগী হৃদয়দা সঞ্চার তৌনবগীদমক্ প্রতিভা লৈব হৃদয়গী মফম্দা সুর, রং, ইঙ্গিত প্রার্থনা তৌরিব, ঐখোয়গী হৃদয়না সৃষ্টি তৌদ্রবদি অতৈ হৃদয়গী মমূংদা প্রতিষ্ঠা ফংবা ওম্দব,—পোৎ পূম্নমক্ অদুতবু সাহিত্যগী সামগ্রীনি। মদু আকারদা, মথন্দা, ভাবতা, ভাষাদা, সুরদা, ছন্দদা তিন্নরবতদা হিংবা ওম্মি, মদু মীগী মশামক্তীনি, মদু আবিষ্কার নত্তে, অনুকরণ ( ইমিটেশন্ ) নত্তে, মদু সৃষ্টিনি। মরম্ অদুনা মদু অমুক্তং প্রকাশ তৌথোরক্লবদি মদুগী রূপ অমত্তুং অবস্থা হোংদোক্পা য়াদ্রে; মদুগী অংশ খুদিঙ্গী মথক্তা মদুগী সমগ্রতা ( হোলনেশ ) নির্ভর পূম্ওই ওই। মসিগী ওয়-তৈনবা উৎপ মফম্দা সাহিত্য অংশদা মদু হঙ্গরে।

রচনাগা মদুগী বিষয়গা মতৌ অসুম্না একাত্মতা (শিঙ্গল-শোল ) লৈব মফম্ অদুদা সাহিত্য জীব য়াওব মূর্ত্তিদা প্রকাশ তৌই। কুমারসম্ভবগী মনূংদা য়াওরিবা বিষয় অদুত খণ্ড্লগা কুমারসম্ভব পাবগী ফল ফংলে, মদু নত্তে। মদুগী ছন্দোবন্ধ (ফাইন্ ফ্রেজিওলোজি ), মদুগী মকোক্ময়ৈ পাগদবনি। কুমারসম্ভব নত্তনা অতৈ মফম্ অমদা কুমারসম্ভব পাবগী উদ্দেশ্য মহৈ য়াম্নবগী উপায় করিমতা লৈত্তে। উজ্জয়িণীদা কম্ছুনা শতাব্দী কয়াগী মমাংদা কলিদাসনা রাহৈ কয়া মরুম্ ইবিরম্মে, মদুগী অক্ষর অমত্তুং বাদ তৌবদা য়াররোই। মহাত্মক্কী ভাব মহাত্মক্কী ভাষানা মহাত্মক্কী রচনাগী ভঙ্গীনা ঐখোয়না সমগ্র আকার

( দি হোল ফোরম্ ) লৌগদধনি, নত্রবদি মতুগী প্রাণহানি ওইগনি। মসিমক্ থাঙ্গৈশেংনা হিংদুনা লৈবনি।

সৃষ্টিগী মূল উপাদান ( মচাক্ ) ময়াম্ নত্তে। অদুবু তোঙান্ তোঙাব আধারদা ( পাত্রদা ) তোঙান্ তোঙাব-ভাবনা প্রকাশ তৌদুনা সীমাদব বৈচিত্র্য ( ভেরাইটি ) রচনা তৌরি। সাহিত্যগীসু মুল উপাদান সীমা নাই। ভাব অমত্তবু চিত্ত লিশিং-দগী ভাব লিশিং থোক্লা মমি তাদুনা মীগী আনন্দলোক্তা নব নব বৈচিত্র্য দান তৌরি। ( অভিযোজিত )

---

# বিশ্বসাহিত্য

ঐখোয়গী অন্তঃকরণদা ( থমোইদা ) বৃত্তি ( ফেকল্টি ) খরদং লৈ, মদু শূপ্না পুম্নমক্না যোগ থম্নবগীদমক্নি। যোগ অসিমক্না ঐখোয় সত্য ওই, সত্যবু ফঙি। নত্রবদি ঐ লৈ অমদি খর লৈ, মসিগী অর্থমক্ লৈতে।

জগত্তা সত্যগা ঐখোয়গগী লৈনরিব যোগ অসি মথল্ অহুম্গীনি। বুদ্ধিগী যোগ, প্রয়োজনগী ( দরকারগী ) যোগ অদুগা আনন্দগী যোগ।

বুদ্ধিগী যোগবু প্রতিযোগিতা ( কোম্পিটিশন্ ) মথন্ অমা হায়বা য়ায়। মাদি ব্যাধগা শিকারগগী যোগ মতৌনি। সত্যবু বুদ্ধিনা প্রতিপক্ষগী ( ওপোনেন্টগী ) মতৌদৌনা মশানা শাজব

কাঠগড়া ( ব্ ইট্নেশ্ বোক্স ) অমদা লেপ্ হল্লগা জেরা ( ক্রোশ-একজামিন্ ) তৌদুনা মাগী মবুক্কী রা মচেং মচেং শেক্ত্না লৌথাক্পগুম্মি। মরম্ অসিনা সত্যগী সম্বন্দদা বুদ্ধিগী অহঙ্কার অমা মরৈরি। মানা যেসা চাংদা সত্যবু খঙবা, চাং অদুদা মশাগী শক্তিবু অনুভব ( ফিল্ ) তৌই।

প্রয়োজনগী যোগ—প্রয়োজন অসিগী হায়বদি কর্মগী যোগদা সত্যগা ঐখোয়গী শক্তিগগী সহযোগিতা ( কো-ওপারেসন্ ) অমা পোক্ই। গরজ ( ইণ্টারেষ্ট ) অসিগী সম্বন্ধদা সত্যনা অমুক্স্ হেন্না ঐখোয়গী নাক্তা লাক্ই। অদুবু অদুমক্তদা মাগা ঐখোয়গগী খেন্নবা কোক্তে ইংরেজ সৌদাগরনা নোংমা নবাবগী মফম্দা মাথা নোম্না খুদোল পীদুনা কাজ আদায় তৌশিল্লম্মী অমসুং মহৈ য়াল্লগা মমৈদা মশামক্তা সিংহাসন্দা চোংখত্ত্না কল্লম্মে; মতৌ অদুম্না সত্যবু শিজীন্নদুনা কাজ উদ্ধার তৌরগা মমৈথংদা খল্লি, ঐখোয়মক্তা জগৎকী বাদশাহী পদবি ফংলমাল্লে। মতম্ অদুদা ঐখোয়না হায়, প্রকৃতি ঐখোয়গী দাসীনি, ঈশিং, মুংশিৎ,. মৈ ঐখোয়গী বিনা তলবগী চাকরনি।

আনন্দগী যোগ—সৌন্দর্য্য ( বিউটি ) অমদি আনন্দগী যোগ অসিদা খেন্নবা পূৈন্ন লৈতে; মফম্ অদুদা অমুক্ অহঙ্কার লৈতে; অদুদা য়াম্‌-পীক্পগী-নাক্তা, মতুশোম্বগী নাক্তা, ইশাবু একদম্ শিন্নথোক্পদা ঐখোয়গী করিস্নু বাধা লৈতে। মদুদা মথুরাগী রাজানা বৃন্দাবনগী গোরালিনীগী মফম্দা মশাগী রাজমর্য্যাদা লোহ্নবগী অতৈ লপ্পী ফংদে। ঐখোয়গী আনন্দগী যোগ লৈব মফম্দা ঐখোয়গী বুদ্ধিশক্তিবুসু অনুভব তৌদে,

কর্মশক্তিবুম্ব অনুভব তৌদে, মকম্ অত্তুদা ইশেংশেংনা ইশাবুত্ত অনুভব তৌই ; মরক্তা করিগুম্ব পর্দা অমদি হিস্যাব লৈতে।

মাহৈ অমত্তুনা, সত্যগা বুদ্ধিগগী যোগ ঐখোয়গী স্কুলনি, প্রয়োজনগগী যোগ ঐখোয়গী আপিস্, আনন্দগগী যোগ ঐখোয়গী য়ুম্। স্কুলদাস্থ ঐখোয়দি মপুং ওইনা লৈতে, আপিস্‌দাস্থ মপুংফানা শিন্নথোক্তে, য়ুম্‌দাত ঐখোয়না বাধা লৈতনা ইশাগী গুক্সরুপু থাদোক্লগা হিঙি। স্কুল অলঙ্কার শূন্যনি, আপিস পোছাক শূন্যনি, অদুগা য়ুম্ সাজসজ্জা কয়া কয়ানা সাজাইনরি।

আনন্দ-যোগগী থোদো অসি করিনো? অশেংবু ইশাগী ওইনা খঙ্বা, ইশাবু অতৈগী ওইনা খঙ্বা—মসিনা? মতৌ অসুম্না খঙ্বা মতম্‌দা প্রশ্ন করিমতা লৈতে। মা অসি ঐখোয়না খক্ হংদে, ঐনা ঐবু করিগা নুংশি। ঐগী ইশাগী অনুভূতি-দাগনি আনন্দ। ঐগী অনুভূতি অদুবু অতৈগী মনুংদাস্থ ফংবা মতম্দা মা অসি অমুক্ হংবগী প্রয়োজন করিমতা ওইদে, মহাক্ ঐঙোন্দা করিগী ফনা অমদি নুংশিনা থোক্লিবা। যাজ্ঞ-বল্ক্যনা মৈত্রেয়ীদা হায়বিরম্মী—

"ন বা অরে পুত্রাণাং কামায় পুত্রাঃ প্রিয়া ভবন্তি,
আত্মনস্ত কামায় পুত্রঃ প্রিয়া ভবন্তি।
ন বা অরে বিত্তস্য কামায় বিত্তং প্রিয়ং ভবতি,
আত্মনস্ত কামায় বিত্তং প্রিয়ং ভবতি।"

(বৃহদারণ্যক ২।৪।৫)

মচানী প্রীতিগীদমক মপানা মচাবু নুংশিবা নত্তে, 'আত্মাগী (মশাগী) প্রীতিগীদমক্তা মপানা মচাবু' নুংশিরিবনি। মতৌ অসিগুম্না

ধনগী (শা-যণ্-লচিংবগী) প্রীতিগীদমক্ মীমা ধন-বু পান্নবা নত্তে, শুপ্পা আত্মপ্রীতিগীদমক্তা ধন-বু পান্নরিবনি। অসিনচিংবা। রাহৈ অসিগা অর্থ অসিনি, কনাগুম্বগী মনুংদা ঐনা ইশামক্পু থর হেন্না মপুং ফানা খঙ্বা ঙম্মি, ঐনা মহাক্পুত মুংশি। ইচানা ঐগী অভাব (নন্-এক্জিস্টেন্স) কোক্হল্লি, মদুগী অর্থদি, ঐনা ইচাগী মনুংদা ঐবু অমুক্তা ফঙি। মহাক্কী মনুংদা ঐনা থর হেন্না ঐ ওইশিন্নগুম্ তৌই। মরম্ অসিদগী মহাক্ ঐগী আত্মীয়নি; ঐগী আত্মাবু ঐগী মপান্দাসু মহাক্তা সত্য ওইহল্লে। ইশাগী মনুংদা সত্য অমবু য়াম্না অরেপ্পা ওইনা অনুভব তৌদুনা প্রেম অনুভব তৌই, ইচাগী মনুংদাসু সত্য অদুবু মতৌ অদুম্নমক্ য়াম্না অনুভব তৌবনা ঐগী প্রেম অদু হেন্গৎলক্ই। মরম্ অদুদগী মী অমা করিনো মদু খঙ্বা তারবদি মানা করি পাম্মি মদু খঙ্বা তায়। মসিমক্তদগী খঙ্নরি, বিশ্বজগত্তা করম্বগী মনুংদা মানা মশাবু ফংজরে, কয়া পাক্-চাউনা মশাবু শন্দোক্চরে। ঐগী প্রীতি লৈতব মকম অদুদামক্ ঐগী আত্মানা মাগী গণ্ডিগী (জুরিস্ডিক্সন্গী) সীমারেখাদা লাক্তনা থুংলে।

অঙাংনা মপান্দা মঙান্ উরগা অমদি করিগুম্ব অমা হঙৎ-হন্দা তৌবা উরগা হরাওনা নোক্লক্ই, লাউ-থোঙি মানা মঙান্ অসিদা তথক্-তথক্পা অসিদা মশামক্কী চেত্তনাবু (সেন্সে-শন্বু) য়াম্না হেন্না ফঙি, মরম্ অসিমক্তা মাগী আনন্দনি।

অদুবু ইন্দ্রিয়-জ্ঞান নত্তনসু মথং মথং মাগী চেত্তনানা হৃদয়-মনঃগী লৈরোন্ কয়াদা শন্দোরক্প মতম্দা শুপ্পা আন্দোলন

খজিক্কদুনা মাগী আনন্দ ওইদে। একদম্ ওইদে হায়বা নত্তে, খরদি ওই।

অসুম্ তৌনা মীগী বিকাশ (এক্সপান্সন্) বড়া ওই-হক্পা অদুক্কীমখৈ মানা মওং অদুক্ বড়া ওইনা মশাগী সত্যবু অনুভব তৌনিঙি।

মশাগী অন্তরাত্মাবু মপান্দা অনুভব তৌবা, মসি অহাম্বদা মীগী মনুংদামক্ মীনা য়াম্না লায়না অমম্বুং মপুং ওইনা তৌবা ঙম্মি। মিৎকী উবদা, নাকোঙ্গী তাবদা, মনঃগী খল্লদা, কল্পনাগী খেলাদা, হৃদয়গী লৌচিং কয়াদা মীগী মনুংদা মানা স্বভাব ওইনমক্ মশাবু পুরাপুরি আদায় তৌই। মরম্ অসিনা মীবু খঙ্দুনা, মীবু চিংদুনা মীগী কাজ তৌদুনা, অসুম্না শ্বাইপানা থন্গৎলক্ই। মরম্ অসিদগী দেশদা অমম্বুং কালদা মীনা অদুক্ য়াম্না মীগী মনুংদা মশাগী আত্মাবু মিলাইদুনা মশাবুত অনুভব অমম্বুং প্রকাশ তৌবা ঙম্মবদি মহাক্ অদুক্নক্ মহৎ ওইব মীনি। মহাক্ অশেংবমক্ মহাত্মানি। মীপুম্বগী মনুংদা ঐগী আত্মাগী সার্থকতা (সিগ্নিফিকেন্স), মসি কনাগুম্বনা যেসা সুযোগ অমদা খজিক্কংদা খঙ্বা ঙমদ্রবদি মাগী ভাগ্যদা মনুষ্যত্বগী (হিউমেনিটিগী) ভাগ কম ওইরে। মানা আত্মাবু মশাগী মনুংদাত খঙবমক্না আত্মাবু পীক্না খঙ্জরে।

পুম্নমক্কী মনুংদামক্ ইশাবু খঙ্বা—ঐখোয়গী মানবাত্মাগী (হিউমেন সোলগী) মসি স্বাভাবিক ধর্ম অমনি, স্বার্থনা মসিগী বাধা অমনি, অহঙ্কারনা মসিগী বাধা অমনি; সংসারদা বাধা থথন্মথা পুম্নমক্ অসিদা ঐখোয়গী আত্মাগী স্বাভাবিক গতি-প্রবাহ

( মোশন্ করেণ্ট ) অদু মচেৎ মচেৎ ওইরক্কই, মনুষ্যত্বগী সৌন্দর্য্য মপুন্নু ঐখোয়না বাধা লৈতনা উবা ফংদে।

অদুবু খণ্ডি, কনা কনানা তর্ক তৌবিগনি, মানবাত্মাগী (হিউমেন মাইণ্ড ) স্বাভাবিক ধর্ম ওইরিবা অদুবু সংসারদা অসুক্ তাথিবিবা করিগীনো? নংনা বাধানি হায়দুনা লংথোক্লিব, স্বার্থ ওইব, অহঙ্কার ওইব, মহাক্নকপু স্বাভাবিক ধর্ম হায়রোইদবা করিগীনো?

অওইবমক্ অয়াম্বনা মদু হায়বস্থ হায়নৈ। করিনা, স্বভাবদগী স্বভাবগী বাধাদুমক্ বেশি ওইনা উনৈ। চাকা অনিগী গাড়ীদা মীনা অহাম্ব-তোংবা অভ্যাস তৌবা মতম্দা চৎপদগী তাবা-ঙনা মাগী ভাগ্যদা হেন্না থোক্ই। মতম্ অদুদা কনানা হায়রে, মী অসিনা তোংবা অভ্যাস তৌদে, তাবা-ত অভ্যাস তৌরি, মদু ওইরবদি মদুগী মরম্দা তর্ক তৌবা মিথ্যানি। সংসারদা স্বার্থ অমসুং অহঙ্কারগী ধাক্কা ( থ্রাষ্ট ) খোংথাং খুদিংদা উবা ফণ্ডি, অদুবু মদুগী মনূংদাসু মাগী নিগূঢ় ( সিক্রেট ) স্বধর্ম রক্ষাগী হোৎনবা হায়বদি পুন্নমক্কা লোয়নন মিলন ওইননবগী হোৎনবা উবা ফংদ্রবদি, তাবা-তবু স্বাভাবিক ওইনা তকরার ( অর্গুমেণ্ট ) তৌরবদি, মদু থাঙ্গৈ-শেংনমক্ খৎনবা তায়।

অওইবদি, ঐখোয়গী পক্ষদা স্বাভাবিক ওইব ধর্ম্ম, মাবু স্বাভাবিক ওইনা খণ্ডনবগীদমক্তা, মঙোন্দা মাগী পুন্নাদম্দা থবক্ পীনবগীদমক্তা, মঙোন্দা বাধা পীবা তায়। উপায় অদুতনা মানা মশাবু সচেতন ( কোন্সিয়স্ ) ওইনা খণ্ডি, অমসুং মাগী চৈতন্যনা মপুংফাব অদুক্কী মথৈ মাগী আনন্দসু কৃংশিল্লক্ই। বিষয় পুন্নমক্তা অসিগুম্ব ওাক্কনি।

বুদ্ধিদা মহায়রসি। কার্য্য-কারণগী সম্বন্ধ ঠিক তৌবা বুদ্ধিগী ধর্ম্ম অমনি। সহজ-প্রত্যক্ষ। ইজিলি ভিজিবল্) চৌজ অমগী মনুংদা মানা মদু তরাই তরাইনা হেক্ তৌরিমখৈ মানা মশাবু পূরাপুরি উবমক্ ফংদবগুম্ তৌই। অদুবু বিশ্বজগত্তা কার্য্য-কারণগী সম্বন্ধশিং অস্নুক্সক্ লোম্না নৈখা তানা নৈ, মদু উদ্ধার তৌবদা বুদ্ধিবু তত্তনাস্নক্ প্রাণথানা নোম্বা তারিবনি। বাধা অসি লাম্থোক্নবগী নোম্বদাত বুদ্ধিনা বিজ্ঞান-দর্শনগী মনুংদা মশাবু য়াম্না কুংশিন্না অনুভব তৌই; মদুদাত মাগী গৌরব য়াম্না হেল্লি। অওইবদি মুম্না থন্দুনা য়েংলবদি বিজ্ঞান-দর্শন অতৈ করিস্নু নত্তে, বিষয়গী মনুংদা বুদ্ধিগী মশামকপু অনুভব তৌবনি। মানা মশাগী নিয়ম উবা মফম্দা বস্তু অদুবু অমস্তুং মশাবু পুল্লপ পুক্লিন্‌-দুনা য়েংঙি। মসিমকপু কৌই খঙ্বা ঙম্বা। য়েঙ্বা অসিদামক্ বুদ্ধিগী-আনন্দনি। নত্রবদি অপেল মহৈনা কারণ অমনা নৈপাক্তা তাই, সূর্য্যনা কারণ অদুমক্তা পৃথিবীবু চিঙি, ব্রা অসি পুথোরকপদা মীগী অস্নুক্ খুশি ওইবগী কারণ করিমতা নৈরম্দে। চিংলগা চিংলেদনা, ঐগী মদুদা করি? ঐগী মদুদা অসিনি, বিশ্ব-সংসারগী ব্যাপক ব্যাপার (পার্ভেদিং ওপেরেশন্) অসিবু ঐগী বুদ্ধিগা লোয়ননা উফুন্দগী চন্দ্র-সূর্য্য-তারা ফাওব পুন্নমক্না মিল ওইরে। অস্নুম্ তৌনা অরোইব নাইদব জগৎ-রহস্যনা মীগী বুদ্ধিবু মপান্দা চিংদুদা পুথোক্লগা মীগী নাক্তা মাবু বেশি ওইনা প্রকাশ তৌরি, নিখিল চরাচরগা (দি হোল্ ৱারল্ড্‌গা) মিলাইদুনা অমুক্ হন্না মদু মী মক্তদা হন্না পীরি। পুন্নমক্না বুদ্ধিগগী

মিলন অসিমক্ জ্ঞান্নি। মিলন অসিদাত ঐখোয়গী বোধ-শক্তিগী ( অণ্ডারষ্টেণ্ডিং পারারগী ) আনন্দনি।

মতৌ অসুম্না মী পূম্নমক্কী মনূংদা মপুং ফানা মশাগী মনুষ্যত্বগী মিলন্থ্ ফংবমক্ মানবাত্মাগী স্বাভাবিক ধর্ম্মনি অমসুং মদুদাত মহাক্কী আসল আনন্দনি। ধর্ম অসিবু পূর্ণচেতন ( ফুল কোন্সি-অস্নেস্ ) ওইনা ফংনবগীদমক্তা অন্তর-বাহিরদা শূপ্না বিরোধ অমসুং বাধাগী মনূংদামক্ মানা চৎপা তাবনি। মরম্ অসিদগী স্বার্থ অসুক্ কল্লি, আত্মগর্ব অসুক্ মরা চেৎলি, সংসারগী রাস্তা অমুক্ খুদোংথি। বাধা পূম্নমক্ অসিগী মনূংদা মানব-ধর্মনা ইরুংলংনা পূর্ণসুন্দর ওইনা পাঙ্গন্থোক্না মশাবু প্রকাশ তৌবা মফম্ অদুদা য়াম্না আনন্দনি। মফম্ অদুদা ঐখোয়না ইশাম্কপু বড়ো ওইনা ফঙি।

মহাপুরুষগী জীবনী মরম্ অসিদগী ঐখোয়না পানিঙি। মখোয়গী চরিত্রদা ঐখোয়গী ইশাগী বাধায়াওব কূপ্সিল্লব প্রকৃতি-মক্পু মুক্ত ওইনা অমসুং শন্দোক্না উবা ফঙি। ইতিহাসদা ঐখোয়না ঐখোয়মক্কী স্বভাববু নানা মীগী মনূংদা নানা দেশদা নানা কালদা নানা ঘটনাদা নানা চাংদা অমসুং নানা আকারদা ( মূর্ত্তিদা ) উদুনা রস ফংনরি। মতম্ অদুদা ঐনা ময়েক্লানা খণ্ডলবসু খণ্ডব্রবসু মন-মনূংদা স্বীকার তৌনরি মী পুম্নমক্ য়াওন-মক্ ঐ এক্লি— ঐক্য ( রাম্নেশ ) অদু মাত্রা কয়ামুক্ ঐনা ঠিক ওইনা অনুভব তৌগনি, মাত্রা অদুক্মথৈ ঐগী মঙ্গলনি, ঐগী আ-নন্দনি।

অদুবু জীবনীদা অমসুং ইতিহাসদা ঐখোয়না ভম্নমক্

মকোক্মমৈ ময়েক্‌শেংনা উবা ফংদে। মদুসু বাধা ময়াম্না সংশয় ময়াম্না কৃপ্তুনা ঐখোয়গী নাক্তা উৎলৈ। মদুগী মনুংদাসু ঐখোয়না মীগী অফংব পরিচয় অদু য়াম্না বড়োনি, সন্দেহ লৈতে; অদুবু পরিচয় অদুবু অমুক্‌ হন্না ঐখোয়গী মনঃগী অপাম্বা ওইহন্দুনা, মাবু ঐখোয়গী নীংবা থুংহন্না সাজ্জাইদুনা, মতম্‌ কুইনগী দোনা ভাষানা ফাদুনা থম্নবগীদমক্‌ ঐখোয়গী অন্তরগী হোৎনবা অমা লৈ। অদুম্না তৌবা ঙম্নবদি মদুদাত মানা বিশেষ ওইনা ঐগী ওইশিন্নগুম্মি। মদুগী মনুংদা সুন্দর ভাষানা নিংথিনা লেংব নৈপুণ্যনা ( স্কিলনা ) ঐগী প্রীতিবু প্রকাশ হেক্‌ তৌবদা মাদি মীগী হৃদয়গী সামগ্রী ( বস্তু ) ওইরক্‌ই। মানা অমুক্‌ সংসার অসিগী হঙ্গৎ-হন্দাগী ঈচেন্দা তাউথদরে।

মতৌ অসুম্না, মপান্‌গী অঙকপ প্রকাশ পূম্নমক্‌ মদু সূর্য্যোদয়গী রূপ ওইসনু অমদি মহৎ চরিত্রগী মঙান্‌ ওইসনু, অমদি ইশাগী অন্তরগী আবেগ ( ইমোশন্‌ ) ওইসনু, যেসা খরনা ক্ষণ খুদিংদা ঐখোয়গী হৃদয়বু জ্ঞান তাহল্লি, হৃদয়না মাবু মশাগী সৃষ্টি অমগা লোয়ননা য়েচিন্নদুনা মশাগী ওইনা মাবু চেজেৎ পায়-শিন্দুনা থম্মি। মতৌ অসুম্না উপলক্ষ পূম্নমক্‌ অদুদা মানা মশামক্‌পু বিশেষ ওইনা প্রকাশ তৌই।

সংসারদা মীনা মশাবু তৌনরি প্রকাশ; প্রকাশ অদুগী অপৌব ধারা ( সিস্টেম্‌ ) অনি লৈ। ধারা অমনা মীগী কর্ম, অতৈ অমনা মীগী সাহিত্য। ধারা অনিসি একদম খরাংননা চৎলি। মীনা মশাগী কর্ম-রচনাদা অমসুং ভাব-রচনাদা মশাবু হৈথজে। মখোয় অনিনা অনিবু মপুং ফাহন্‌-ফাহন্না চৎলি।

অনি অসিগী মনূংদামক্ ইতিহাসদা অমসুং সাহিত্যদা মীবু পূরা-পূরি খঙদবনি।

কর্মক্ষেত্রদা মীনা মাগী দেহ-মন-হৃদয়গী শক্তি অমসুং অভি-জ্ঞতা পুম্নমক্ য়াওনা য়ুম্, সমাজ, রাজ্য অমসুং ধর্ম সম্প্রদায় শেম্-গৎলক্ই। অশেম্বা অসিগী মনূংদা মীনা খণ্ডজব, ফংজব, পাম্-জব পুম্নমক্ প্রকাশ ফংলি। মতৌ অসুম্না মীগী প্রকৃতিনা জগৎকা লোয়ননা য়েচিন্নদুনা মখল্ কয়াগী রূপ লৌদুনা পুম্নমক্কী ময়ায়দা মশাবু লেপ্ খৎহল্লি। মতৌ অসুম্না, ভাক্কী মনূংদা মশেম্মরাং লৈরম্বদু ভবগী (ম্বাব্লড্) মনূংদা মূর্ত্তি-নাইব মপোক্ লৌরি, এক্কী মনূংদা খজিক্কুং লৈরম্বা অদু ময়াম্‌গী মনূংদা অক্ক কয়া য়াওব বড়া ঐক্য ফংনরি। অসুম্না মথং মথং অসুম্ ওইরক্ই, স্বতন্ত্র মী খুদিংনা মতম কুইনা মী ময়াম্না শাবা য়ুম্, সমাজ, রাজ্য অমসুং ধর্ম সম্প্রদায় অসিগী মনূংদা নত্তনা মশাবু ময়েক্ শেংনা পুরা ওইনা প্রকাশ তৌবমক্ ঙমদে পুম্নমক্ অসি মীগী-মকম্‌দা মীগী প্রকাশ-রূপ ওইরক্লে। অসুম্ব অবস্থা নত্রবদি মাবু ঐখোয়না সভ্যতা হায়বদি মপুং-ফাব মনুষ্যত্ব হায়বমক্ ঙম্‌দে। রাজ্যদারা, সমাজদারা, যেসা ব্যাপারদা ঐখোয় অমমম্না মপুং-ফাবা স্বতন্ত্রনি, অমগা লোয়ননা পুম্নমক্কী যোগ লৈতব মকম্ অদুদা ঐখোয় অসভ্যনি। মরম্ অসিনা সভ্যসমাজদা রাজ্যদা চৈনা পাল্লবদি রাজ্য অদুগী মী খুদিঙ্গী বড়া দেহদা চৈনা পাল্লি; সমাজনা করিগুম্বা মাইকৈদা খুজিল্লবদি সমাজ অদুগী মী আত্ম-বিকাশ (সেল্ফ্ এক্সপান্সন্) কূপ্‌শিল্লক্ই। মীগী সংসার-ক্ষেত্রগী রচনা পুম্নমক্ অসি যেসা চাংদা উদার (লিবারেল্)

ওইরবদি চাং অদুদা মানা মশাগী মনুষ্যত্ববু বাধা লৈতনা প্রকাশ তৌবা ঙম্মি। যেসা চাংদা মফম্ অদুদা চপ্সিল্লবদি প্রকাশগী অভাব-না মীনা চাং অতুক্ মফম্ অদুদা ত্তোম্না লৈ ; কারন্দি, সংসারদি থবক্কী উপলক্ষ ওইনা মীবু প্রকাশ তৌনবগীদমক্লি অমস্তুং প্রকাশমক্ অমত্ত-ঙায়ব আনন্দনি।

অদুবু কর্মক্ষেত্রদা মীনদি মশাবুত প্রকাশ তৌই, মসিদা প্রকাশ তৌবসিমক্ মাগী আসল লক্ষ্য নত্তে, মদু শূপ্না গৌণ ফলনি ( সেকেণ্ডরি রিজল্টনি )। গৃহিণীনা ( হাউস্ ৱাইফ্না ) য়ুমগী থবক্-থনাগী মনুংদা মশাবু প্রকাশ তৌবিদি হায়রবু, প্রকাশ তৌবসিমক্ মহাক্কী মনঃগী অশেংব উদ্দেশ্য নত্তে। ইমুঙ্গী থবক্-নোম্বগী মনুংদা মহাক্না মহাক্কী অভিপ্রায় ( অপাম্বা, অনীংবা ) মথন্মথা কয়া পাঙ্থোক্পিরি ; অভিপ্রায় পূন্নমক্ অদু থবক্কী মথক্তগী থক্তোরক্তুনা মহাক্কী প্রকৃতিবু ( স্বভাববু ) ঐখোয়গী মফম্দা পুথোক্পিরৈ।

অদুবু মীনা মূখ্য ওইনামক্ মশাবু প্রকাশ তৌনিংব সময় লৈ। খল্লু য়ুম্দা বিবাহ নোংমা থোক্লে ; হুমিৎ অদুদা মাইকৈ অমরোম্দা বিবাহগী কাজদু লোইথোক্নবগীদমক্ আয়োজন ( থৌরাং ) চত্থরি, অদুগা অতৈ মাইকৈদা শূপ্না থবক্ লোইথোক্-পদা নত্তে, হৃদয়দা খঙহন্নবগীসু প্রয়োজন থোক্লি ; মুমিৎ অদুদা য়ুম্গী মীনা য়ুমগী মঙ্গলবু অমস্তুং আনন্দবু খ্বাইগী মফম্দা শন্দোক্তুনা লৈবা ঙম্দে। শন্দোক্নবগী উপায় করিনো ? বাঁশি খোঙি, থাংমৈ থাল্লি, লৈ মনাগী মালানা য়ুম্ সাজাই। মুঙাইব ধ্বনি, মুংশিব গন্ধ, ফজব দৃশ্যনা, অরংবনা, হৃদয়না মশাবু থান্না

চাম্না ঈফুৎকী মতৌগুম্না মাইকৈ মরিদা ইচাই চাইথাইরি। অম্মম্ তৌদুনা মথন্-মথেন্ কয়াগী ইঙ্গিতনা মশাগী আনন্দবু মানা অতৈগী মনুংদা হৌদোক্পিদুনা আনন্দ অদুবু খ্বাইগী মনুংদা সত্য ওইহন্নিঙি।

মমানা মতম্বাক্কী অঙাঙ্গী সেবা তৌদনা লৈবা ঙম্দে। অদুবু মদুত নত্তে, শূপ্না কাজ তৌদুনা নত্তে, মমাগী স্নেহ (এফেক্সন্) মথন্তনা কারণ য়াওদনা মশাবু বাহিরদা ফোংদোক্লিঙি। মতম্ অদুদা মানা খেলা কয়াদা, কয়া আদর তৌনা মুংশিনা, ভাষা কয়ানা মনুংদগী খুম্দুনা থোরক্লি। মতম্ অদুদা মানা অঙাংবু রং কয়াগী সাজনা সাজাইদুনা, লীক্-কোন্ কয়া কয়া শিবিদুনা, থাঙ্গৈশেংনা প্রয়োজন য়াওদনা মশাগী প্রাচুর্য্যবু (প্লেন্টিবু) প্রাচুর্য্যনা, মাধুর্য্যবু সৌন্দর্য্যনা মপান্দা শন্দোক্তনা লৈবা ঙম্দে।

মসিদগী মসি খঙ্নরি, ঐখোয়গী হৃদয়গী ধর্মমক্ মসিনি। মানা মশাগী আবেগবু (ইমোশন্স্) মপান্গী জগৎকা লোয়ননা মিলাইহন্নিঙি। মাসি মশাগী মনুংদা মশামক্ পুরা ওইদে। অস্তরগী সত্যবু করিগুম্ব মওংনা মপান্দা সত্য ওইহল্লবদি মহাক্ হিংজৈ। মানা লৈরিব য়ুম্ অদু মাগী মফম্দা শূপ্না চেক্-উ-রাগী ব্যাপার ওইনা লৈতে; য়ুম্ অদুবু মানা বাস্তু (এ দ্বেলিং) ওইহন্দুনা মদুদা হৃদয়গী রং তৈশিল্লি। হৃদয় লৈব দেশ অদু মঙোন্দদি লৈপাক্-ঈশিং-আকাশ ওইনা লৈতে; দেশ অদুমক্না মঙোন্দা ঈশ্বরগী জীব-ধাত্রী-রূপ্স্ (লাইফ্-নার্শিং ফোর্মস্) জননী ওইনা প্রকাশ তৌরবদি মদুদা মানা আনন্দ ফঙি, নত্রবদি

হৃদয়না মশাবু মপান্দা উবা ফংদে। অসুম্ থোক্তবদি হৃদয় উদাসীন (ইণ্ডিফরেণ্ট) ওই অমসুং উদাসীনতাদি (ইণ্ডিফরেন্সদি—হৈনিংদবদি ) হৃদয়গীরোম্দা মৃত্যুনি।

সত্যগা লোয়নননা হৃদয়না মতৌ অসুম্না রসতগা সম্পর্ক লৈনহল্লি। রসগী সম্বন্ধ লৈব মফম্দা আদান-প্রদান ( ইণ্টার-মেরিয়েজ্ ) লৈ। ঐখোয়গী হৃদয়-লক্ষ্মীনা জগৎকী ভাইশেন্গী য়ুম্দগী ভেট ( প্রেজেণ্ট—খুদোল ) ফংবগুম্না মফম্ অদুদা মাগী ভেট থাবা ঙম্দ্রবদি মাগী গৃহিণীপনাদা ( হাউস্-ৱাইফেরীদা ) চৈ পাম্বগুম্মি। অসিগুম্ব ভেটকী ডালাদা ( লুক্লাইদা ) মশাগী কুটুম্বিতাবু ( কিন্স-মেন্শীপ্পু ) প্রকাশ তৌনবগীদমক্ মহাক্না মাল-মসলা কয়ানা, ভাষানা, স্বরনা, তুরিনা, নুংনা সৃষ্টি তৌবা তাবনি। মসিগা লোয়ন লোয়নননা মাগী মশাগী প্রয়োজন অমা পাঙ্থোক্লবদি ফবু কৈ, অদুবু অয়াম্ব সময়দা মানা মশাগী প্রয়োজন মাঙ্হন্দুনসু মশাবু ফোংদোক্লিঙি। মীগী প্রকৃতিগী মনুংদা প্রকাশগী বিভাগ ( দিপার্টমেণ্ট ) লৈরিবা অসে মসিমক্ মাগী প্রধান বাজে-খরচগী বিভাগনি; মসিদামক্ বুদ্ধি-খাজাঞ্চিনা ( কেশিয়ারনা ) বারবার মরাইবক্ শুবা তাবনি।

হৃদয়না হায়, ঐনা অন্তরদা লৈবদুক্ মপান্দাসু অদুক্ সত্য ওইগনি করম্না? অদুম্ব সামগ্রী, অদুম্ব সুযোগ মপান্দা কদায়দা লৈ? মানা কপ্তুনাত লৈ, —ঐনা ইশাবু উৎপা হায়বদি ইশাবু মপান্দা প্রতিষ্ঠা তৌবা ঙম্দ্রে। ধনীনা হৃদয়গী মনুংদা মশাগী ধনিত্ব (রীচ্মেন্শীপ্) অনুভব তৌই মতম্ অদুদা ধনিত্ব অদু মপান্দা প্রকাশ তৌবদা কুবেরগী ধন-বুসু মানা ফু কাম্থোক্পা ঙম্মি। প্রেমিক্না

হৃদয়গী মনূংদা আসল প্রেম অনুভব তৌব মতম্দা প্রেম অদুবু প্রকাশ হায়বদি মপান্দা সত্য ওইহল্লবগী দমক মানা ধন প্রাণ মনঃ পূম্নমক্ মিকুপ্ অমদা বিসর্জন তৌবা ঙম্মি। মতৌ অসুম্না মপাম্ অন্তরগী অমসুং অন্তরবু মপান্গী চৌজ ওইহন্নবগী চপ্ যুংব ব্যাকুলতা ! ইগার্নেশ ) হৃদয়গী করিমতা কোক্কে। বলরাম দাসিগী পদ অমা লৈ : নংবু, হৃদিগী মনূংদগী কনানা পুথোক্লম্বা মপান্দা !' হায়বদি প্রিয়বস্তুদি হৃদয়গী মনূংমক্কী বস্তুনি ; মাবু কনানা মপান্দা পুথোক্লমাল্লে, মরম্ অদুদগী মাবু অমুক্ হন্না মনূংদা পুশিন্নবগীদমক্ আকাঙ্ক্ষা ( দিজায়ার ) অসুক্নি। অদুগা অমুক্ মসিগী উন্টাসু লৈ। হৃদয়না মশাগী মনূঙ্গী আকাঙ্ক্ষা অমসুং আবেগবু মপান্গী করিগুম্ব থরদা প্রত্যক্ষ তৌবা ঙম্দ্রবা মতম্ অদুদা অন্তুতঃ ( এৎলিষ্ট ) মানা পোচ্চং মথন্মথা য়াওনা মশাগী মথুৎনা মাগী প্রতিমূর্ত্তি ( ইমেজ্ ) অমা শানবগীদমক্ প্রাণ থানা হোৎনৈ। মতৌ অসুম্না জগৎপু মশাগী অমসুং মশাবু জগৎকী ওইহন্নবগী দমক্ হৃদয়গী ব্যাকুলতানা শূপ্না কাজ তৌরি। মশাবু মপান্দা প্রকাশ্ তৌবা কাজ অসিমক্কী অঙ্গ অমনি। মরম্ অদুদগী প্রকাশ ব্যাপার অসিদা হৃদয়না মীবু সর্বস্ব মাঙহল্লদাসু রাজি ওইহল্লক্ই।

বর্বর সৈন্যনা লড়াইগী চৎপা মতম্দা মানা শূপ্না শত্রুপক্ষবু মায়থিহন্নবগীদমক্কা খোয়রাংদে। মতম্ অদুদা মানা দেহপুম্বদা রংফং তৈদুনা চীৎকার তৌদুনা পুং-শেন্ বাজাইদুনা তাণ্ডব-নৃত্য ( অঙাওব নিপা-জগোই ) তৌদুনা চৎলি ; মসি অন্তরগী হিংসাবু মপান্দা মূর্ত্তিমান ওইহল্লনি। মসি নত্রবদি হিংসা পূবা ওইদমাল্লে।

(হিংসানা অভিপ্রায়া দিজায়ার ) সিদ্ধিগীদমক যুদ্ধ তৌই ; অদুগা আত্মপ্রকাশকী তৃপ্তিগীদমক বাজেকাণ্ড পুম্নমক্কি তৌদুনা লৈরি।

আধুনিকী পাশ্চাত্য যুদ্ধদাস্তু জিগীষাগী ( জয় ওইনিংখগী ) আত্মপ্রকাশগীদমক পূং-শেন্, সাজ-সরঞ্জাম একদম লৈতে হায়রবা নত্তে। অদুবু আধুনিক যুদ্ধপুম্নসিদা বুদ্ধিগী প্রাধান্য ( সুপ্রিমেসী ) মখোয়ক্তে ; মথং মথংমক মানব-হৃদয়গী ধর্ম মসিদগী চখোরক্লি। ইজিপ্তা দরবেশগী ( পাওন্ লাইনিংবগী ) দলনা ইংরেজ সৈন্যবু আক্রমণ তৌরক্ল মতম্দা মখোয়না লড়াইদুতা জয় ওইনবগীদমক্তা পোলোই নিপা ফাওবা শিখিরম্মী। লড়াইদা জয়ত ওইনিংব মখোয়না অসুম বাজেকাণ্ড তৌদে। আত্মহত্যা ( সুসাইড্ ) তৌদুনসু মীগী হৃদয়না মশাবু প্রকাশ তৌনিঙি। অসুক্ চাউবা বাজে খরচগী বা কনানা নীংশিংবা ওগ্নি।

ঐখোয়না পূজা তৌনরিবসি বুদ্ধিমান্-শিংনা মওং অমদা তৌই, ভক্তিমান্-শিংনা অতৈ মওংদা তৌই। বুদ্ধিমান্না খল্লি, পূজা তৌরগা ভগবান্গী মফমদগী সুগদত্তি আদায় তৌদুনা লৌগে ; অদুগা ভক্তিমান্না হায় পূজা তৌদ্রবদি ঐগী ভক্তিগী পূর্ণতা ( কোম্প্লিট্নেশ্ ) ওইদে মসিগী অতৈ ফল করিমতা লৈতসনু. হৃদয়গী ভক্তিবু মপান্দা লৈফম্ পীরগা মচুমক্তদা পূরা আশ্রয়-পীরিবনি। অসুম্ তৌনা ভক্তিনা পূজাগী মতুংদা মশাবু প্রকাশ তৌদুনা মশামকপু সার্থক ইফেক্টিভ্ ) ওইহল্লি। বুদ্ধিমান্গী পূজাদি শেন্দোই লৌদুনা শেন্ পুথোক্পা ; ভক্তিমান্গী পূজাদি একদম বাজেখরচনি। হৃদয়না মশাবু প্রকাশ তৌবদা লোকসান একদম নীংথাবিদে।

বিশ্বজগৎকী মনুংদা ঐখোয়না ঐখোয়গী হৃদয়-ধর্ম অসি উবা মফম্ অদুদাত ঐখোয়গা হৃদয়না মশামক্তা মশাবু তাক্‌থোক্‌চে, বা করিমত্তা হংদে। জগৎকী মনুংদা বে-হিসাবি বাজে খরচ অসিগী মাইকৈসি সৌন্দর্য্যনি। লৈনা শূপ্না বীজ ওইনা হৌনবগীদমক্তা হাথু-হাথুদে, মশাগী প্রয়োজনপূম্ববু কূপ্সিন্দুনা সুন্দর ওইনা শাৎলি—নোংনা শূপ্না জল খীক্‌খরগা কাজ লোইথোক্লুনা হাথু-হাথুনা ছুটি লৌদে, ভাই-ভাইদুনা প্রয়োজন লৈতনা রঙ্গী মশেন্না ঐখোয়গী নয়ন মুন্দুনা লৌরি—পাম্বীশিংনা শূপ্না মচৈ শানা য়াঙ্গংব মতৌদোনা নোং অমসুং মঙানুগীদমক মথুৎ তিংথোক্লে, অশংব ফজবগী ঐশ্বর্য্য মপৈনা দিগ্বধূশিঙ্গী ( মাইগৈ-লাইরেম্বী-শিঙ্গী ) খুদোল্‌শেম্পাক্ থল্‌হল্লি — সমুদ্রসে শূপ্না ঈশিংবু নোং ওইনা পৃথিবীগী মাইগৈ মরিদা প্রচার তৌনবগী প্রধান আপিস অমনি, মদু নত্তে, মানা মশাগী মহৌ লাঙব নীলিমাগী ( ব্লুইশ্ কলারগী ) আ-মথা-য়োব অকীবনা ভীষণ ( হোরিবল্ ) ওইরে—অমসুং চীংজাওনা শূপ্না পৃথিবীদা তুরেনগী ঈশিং পীরগত্তা লেপ্লে, মানা যোগদা লুপ্ন রুদ্রগী মতৌগুম্না ভয়ঙ্করবু আকাশ থুংনা চেক্লোক্ লাউহন্দনা থম্মে—মসি উবা মতম্‌দা জগৎকী মনুংদা ঐখোয়না হৃদয়-ধর্মগী পরিচয় ফঙি। মতম্ অদুদা চিরপ্রবীণ ( এভার ওল্‌ড্ ) বুদ্ধিনা মাথা হাইদুনা প্রশ্ন তৌই, জগৎ থুংনা অসুক্ কায়দব থৌরাঙ্গী বাজে খরচ করিগীনো? চিরনবীন ( এভার নিউ ) হৃদয়না হায়, শূপ্না ঐবু ভুলাইনবগীদমক্তনি, অদুত্তে কারণ করিমত্তা উদে। হৃদয়মক্তা খঙ্‌জে, জগৎকী মনুংদা হৃদয় অমনা শূপ্না মশাবু প্রকাশ তৌজরি। নত্রবদি সৃষ্টিগী মনুংদা রূপ

অসুক্, গান অসুক্, হাব ভাব ( এমোরস্ গেস্‌চার ) অসুক্, আভাস-ইঙ্গিত অসুক্, সাজ-সজ্জা অসুক করিগী? হৃদয়দি ব্যবসাদারগী মরীক্তা ফুম্বংদে, মরম্ অদুদগী মাবু ভুলাইবদা চৈশিংদা-কংফান্দা আকাশদা খোঙথাং খুদিংদা প্রয়োজনবু লোত্তুনা কায়দব আয়োজন অসুক্নি। জগৎ রসময় ওইরমদ্রবদি ঐখোয়না থাঙ্গৈশেংনা অপীকৃপ ওইত্তুনা অপমান ফংত্তুনা লৈরম্মি; ঐখোয়গী হৃদয়না শূণ্যা হায়রম্মি, জগৎকী যজ্ঞদা ঐগীত নিমন্ত্রণ য়াওদে। অদুবু জগৎপুম্ব মাগী মশিং নাইদব কাজগী মনুংদাসু রস-না খনুগৎলক্তুনা হৃদয়দা মধুরবাণী অসি হায়রি, ঐনা নংবু পাম্মি; মওং কয়া কয়া ওইহন্দুনা পাম্মি; নোক্‌পদা পাম্মি, কপ্পদা পাম্মি, ভয়দা পাম্মি, ভরসাদা পাম্মি; শাউবদা পাম্মি, শান্তিদা পাম্মি

অসুম্না জগৎকী মনুংদাসু ঐখোয়না ব্যাপার অনি উরি, অমনা কর্মগী প্রকাশ, অমনা ভাবগী প্রকাশ। অদুবু কর্মগী মনুংদা প্রকাশ ওইরিব মদুবু পুল্লপ ওইনা উবা অমসুং খঙবা ঐখোয়গী কর্ম নত্তে। মসিগী মনুংদা অমেয় ( ইম্মেজরেবল্ ) জ্ঞানশক্তি লৈরি ঐখোয়গী জ্ঞান্না মদুগী সীমা ফংনদে।

অদুবু ভাবগী প্রকাশতি একদম প্রত্যক্ষ প্রকাশনি। সুন্দর অদু সুন্দরনি। বিরাট ( মাইটি ) অদু মহান্নি। রুদ্র অদু ভয়ঙ্করনি। জগৎকী রস অদু একদম ঐখোয়গী হৃদয় মনুংদা চঙলি অমসুং ঐখোয়গী হৃদয়গী রসবু মপান্দা টানিত্তুনা পুখোক্লি। মিলন অসিগী মনুংদা লুকোচুরি ( হাইড্ এণ্ড শিক্ ) অরৈমখৈ

লৈরম্, বাধাবিঘ্ন অরেঁমথৈ থোক্লম্, অদুগী প্রকাশ নত্তনা অমসুং মিলন নত্তনা মসিগী মনুংদা অতৈ করিমত্ থিবা ফংনরে।

অদুনদি উরে, জগৎ সংসারদা অমসুং মানব সংসারদা সাদৃশ্য ( সিমিলারিটি ) অমা লৈ। ঈশ্বরগী সত্যরূপ জ্ঞানরূপ জগৎকী কাজ কয়াদা প্রকাশ তৌরি, অদুগা মহাক্কী আনন্দরূপ জগৎকী রস কয়াদা প্রত্যক্ষ ওইরি। কাজগী মরক্তা মহাকী আনন্দবু অনুভব তৌবদা জটিলতা ( কোম্প্লেক্সিটি ) লৈতে। মরম্দি, রসগী মনুংদা মহাক্না মশাবু প্রকাশমক্ তৌবিরি।

মীগী সংসারদাসু ঐখোয়গী জ্ঞানশক্তিনা কাজ তৌরি-ঐখোয়গী আনন্দ শক্তিনা রসগী সৃষ্টি তৌদুনা চৎলি। কাজগী মরক্তা ঐখোয়গী আত্মরক্ষাগী ( সেল্ফ্-প্রোটেক্সন্গী ) শক্তি, অদুগা রসগী মনুংদা ঐখোয়গী-প্রকাশগী শক্তি। আত্মরক্ষা ঐখোয়গী প্রয়োজন ওই অদুগা আত্ম-প্রকাশ ঐখোয়গী প্রয়োজন্দগী বেশিনি।

প্রয়োজন্না প্রকাশতা অমসুং প্রকাশনা প্রয়োজন্দা বাধা পী, যুদ্ধগী উদাহরণ-দা মদু উৎখরে স্বার্থনা বাজে খরচ তৌনিংদে, অদুন্নদি ওইরগা বাজে খরচদাত আনন্দনা আত্মপরিচয় পী। মরম্ অসিদগী স্বার্থগী ক্ষেত্রদা আপিসদা ঐখোয়গী আত্মপ্রকাশ য়াবমথৈ থজিক্ত ওইবদা মদু অদুক্ শ্রদ্ধেয় (রেস্পেক্টেড্) ওইনরি, অমসুং মরম্ অসিমক্না আনন্দগী উৎসবদা স্বার্থবু য়াবমথৈ কাউনবা উবদা উৎসব অদুকী মতিক্ লংনরি।

অদুনা সাহিত্যদা মীগী আত্মপ্রকাশতা বাধা করিমত্তা লৈদ্রে। স্বার্থদি মদুদগী লাপ্লি। অরাবনা মফম্ অদুদা ঐখোয়গী

হৃদয়গী মথক্তা মিৎকী পিগী মণিন্ শেন্মী, অদুবু ঐখোয়গী সংসারগী মথক্তা থুং থিংজিন্দে ; ভয়না ঐখোয়গী হৃদয়বু খাই-ছন্থ্রল্লি, অদুবু ঐখোয়গী দেহদা চৈ থাদে ; মুঙাইবনা ঐখোয়গী হৃদয়দা পুলক-স্পর্শ ( রিজোইশিং তচ্ ) লক্কার তোই—থাজিল্লি, অদুবু ঐখোয়গী লোভবু—মিহৌববু নোম্বদুনা য়াম্না হৌদোক্পিদে। মতৌ-অসুম্না মীনা মশাগী প্রয়োজনগী সংসারদা ঠিক খরাংবনা প্রয়োজন-শূন্য-সাহিত্যগী সংসার অমা রচনা তৌদুনা চৎলি। মফম্ অদুদা মানা মশাগী বাস্তব ক্ষতি ( মেটিরিয়েল লোস্ ) কন্নিমতা তৌদনা রস কয়ানা মশাগী প্রকৃতিবু রূপ কয়াদা অনুভব তৌনবগী আনন্দ ফংঙি, মশাগী প্রকাশবু বাধাশূন্য ওইহনবুনা য়েঙি। মফম্ অদুদা দায় লৈতে, মফম্ অদুদা খুশি। মফম্ অদুদা দারোগা-পিয়ন লৈতে, মফম্ অদুদা স্বয়ং মহারাজা।

মরম্ অসিনা, সাহিত্যদা ঐখোয়না করিগী পরিচয় ফংঙি? নত্রা মীগী প্রাচুর্য্য ( প্লেন্টি ) ওইরিব, ঐশ্বর্য্য ওইরিব, মাগী প্রয়োজন-পুম্নবু পাথোক্হন্ব মদু ; মাগী সংসারগী মনুংদামক থোক্পা ওম্দব মদু।

অদুগা য়েংবিয়ু, ভোজন-রস পৃথিবীদা অঙাং শিশুগী খুত্তা কাওবা পুন্নমক্কী মফম্দা নীংথিনা খঙ্নরবনি অদুবু সাহিত্যদা মদু প্রহসন ( ফার্স্ ) নত্তনা অতৈ মফম্দা মদুম্না মফম্ ফংলদে। কারন্দি, রস অদুনা আহারগী তৃপ্তিবু কুপ্তুনা পাথৎলক্তে। পুক্ থল্হন্নগা নোঙ্গুম্ লুব—'আঃ' অমা হেক্ হায়দুনা মাবু হকথেংনবা মগদ বিদায় ( বেডি-কেয়ারলেল্ ) পীনরি সাহিত্যগী রাজদ্বারদা মতোন্দা দক্ষিণাগীদমক নিমন্ত্রণ পত্র পীদে। অদুবু ঐখোয়গী

ভাণ্ডারগী চক্ষু মনুংদা করিমত্তা চন্দব রস পুম্নমক্কুগী ঈচাওমক্ সাহিত্যগী মনুংদা ঈথক্ হৌদুনা রাব্রা লাউনা চেল্লি। মীনা মাবু কাজগী মনূংদাত লোইথোক্পা ঙম্দবমক্লা অথম্ব হৃদয়গী যেগনা সাহিত্যগী মনুংদা মাবু প্রকাশ তৌরগা মদুদা হিংজৈ।

অসিগুম্ব প্রাচুর্য্যদাত মীগী আসল প্রকাশনি। মীদি ভোজন প্রিয়নি মদু সত্যনি, অদুবু মী বীরনি মসিমক্ খ্বাইদগী হেম্ব সত্যনি। মীগী সত্য অসিগী জোর থিঙ্গনি কনানা? মদুনা ভাগীরথীগী মতৌগুম্না নূং থুগাইদুনা, ঐরাবত তাউথহন্দুনা গ্রাম, নগর, লৌবুক্কী খোরাংবা কোক্হন্দুনা সিধা সমুদ্রদা তারে। মীগী বীরত্বনা মীগী সংসারগী কাজপুম্ব লোইথোক্লগা সংসারবু পাথোক্হল্লে।

অসুম তৌদুনা স্বভাব ওইনা মীগী যেসা অচৌব খর, নিত্য যেসা খর, যেসা মানা থবক্-থনাদা লোইনা শিজিন্নবা ঙম্দব, মদুমক্ মীগী সাহিত্যদা খঙ্হন্দুনা মথন্তনা মীগী বিরাটরূপমক্পু শেম্গৎলি।

অতৈম্ব কারণ অমা লৈ। সংসারদা যেসাবু ঐখোয়না য়েংঙি, খর মাবু শন্দোক্তুনা য়েংঙি ;মাবু হৌজিক্ খর হোরেন্ খর, অসিদা খর মদুদা খর য়েঙি ; মাবু অতৈম্ব তরাগা লোয়ননা তিম্নহন্দুনা য়েঙি। অদুবু সাহিত্যদা ফাঁক পুম্বদু, মিশ্রণ পুম্বদু লৈতে। মক্তম্ অদুদা প্রকাশ তৌদোরিব মাগী মথক্তদা মঙান্পুম্ব কাপ্পিল্লি। মতম্ অদুগীদমক্তা অতৈ করিমত্তবু উহন্দে। মদুগীদমক্ কৌশল কয়ানা অসিগুম্ব স্থান অমা তৈয়ার তৌদুনা পীনৈ মদুদা মাত্ত শুম্বা ঙাল্লি।

অসুখ অথম্বাদা, অসুখ কহিলব স্বতিগ্রাদা, অসুখ অয়াবুগ মওান্দা চুনবোইদব মতুবু ঐখোয়না স্বভাব ওইনা জাগা অনিদা লেপ্ হন্দে। কান্নদি, অসুখ স্থান্দা অযোগ্যবু লেপ্ হল্লবদি মতোন্দা লজ্জা পীবা থোক্ই। সংসারগী কিথুম্ কয়াগী মনুংদা পুক্চাত্তব মতো অতুম্না উনদে অতুবু সাহিত্য মঞ্চগী ( স্টেজ্ গী ) মথক্তা মহাকপু অপাননা মচান্দা পায়দুনা উৎলবদি মা নোক্কম্ ওইরক্ই। মরুম্ অসিনা মীগী ভুচ্ছ নত্তব প্রকাশ, মতুবু মানব-হৃদয়না করুণাদা অমদি বীর্য্যদা, রুদ্রতাদা ( ফিউরিদা ) অমদি শান্তিদা মশাগী উপযুক্ত ( ভিজার্ভিং ) প্রতিনিধি হায়না স্বীকার তৌবদা চিংনববা, মতুনা কলা-নৈপুণ্যগী পরিখি মনুংদা লেপ্তুনা নিত্যকালগী মিৎ কৃগুব দৃষ্টি মাথা হাইগত্তুনা খাঙ্বা ভস্বা, মতুভবু স্বভাব ওইনা মীনা সাহিত্যদা জাগা পী ; নত্রবদি মাগী অসঙ্গতিনা ( ইন্কোন্সিস্তেন্সিনা ) ঐখোয়দা অরাবা পীবা ওইরক্ই। রাজা নত্তনা অতৈ কনাবু সিংহাসন মথক্তা উবদা ঐখোয়গী মনঃদা বিদ্রোহ হাজির ওই।

অতুবু মী পুম্নমক্কী বিচার-বুদ্ধি বড়ো নত্তে, সমাজ পুম্নমক্ বড়ো নত্তে, অমসুং সময় অমমম্ লাক্ই মতম্ অতুদা কণিক ( মোমেন্টরি ) অমসুং ক্ষুদ্র ( তুচ্ছ ) মোহ-না ( ওম্নাৎপনা ) মীবু পীক্হল্লি। মতম্ অতুদা কত্তব সময়অতুগী কিভম্ ওল্লব মিংশেন্দা পোৎ মচাবু চাউহল্লা উৎলি অমসুং মতম্ অতুগী সাহিত্যদা মীনা মশাগী অপীকপাবুত বড়ো ওইরলি, মশাগী কলঙ্কগী মথক্তামক্ পুর্থপা ( এরোগেন্সদা ) তোরজনা মতাম্ তাহরি। মতম্ অতুনা কনাগী

বদলিদা কৌশল, গৌরবগী জাগাদা গর্ব অমসুং টেনিসনগী আসন্দা কিপ্লিঙ্গী আবির্ভাব ওই।

অদুবু মহাকাল খিন্দুনা লৈবিরি। মহাক্লদি ঙম্নমক্পু নীক্থোক্লুনা লৌবিগনি। মহাক্কী চালুনিগী মনুংদা অপীকপ, অথুইবমথৈ লিপথদুনা উফুন্দা তাদুনা উফুন্ ওল্লি যেসাগী মনুংদা মী পুম্নমক্না মশাবু উবা ফঙি অদুগ্ব পোৎ পুম্নমক্ অদু কাল কয়া অমসুং মী কয়াগী মথুক্তা খাঙদুনা লৈ। অসুম্ তৌদুনা খন্দোক্লগা লৈহৌব অদু মীগী সর্বদেশগী সর্বকালগী ধন-নি।

মতৌ অসুম্না থুগাইদুনা—শাগত্তুনা সাহিত্যগী মনুংদা মীগী প্রকৃতিগী, মীগী প্রকাশগী নিত্যকালগী আদর্শ অমা মশানা পৈশিল্লকই। আদর্শ অদুমক্না নবযুগগী সাহিত্যগীসু হাল (স্তিয়ারিং) পায়দুনা লৈ। আদর্শ অদুগী মতৌগুম্নামক্ ঐখোয়না সাহিত্যগী বিচার তৌরবদি সমগ্র মানবগী বিচারবুদ্ধিগী সহায় লৌবা থোক্কই।

হন্দক্তি ঐগী আসল বাদু হায়নবগী সময় ওইরে; মদু অসিনি সাহিত্যবু দেশ-কাল-পাত্রদা পীক্লিন্না য়েংলবদি ঠিক ওইনা য়েংবমক্ ওইদরে। ঐখোয়না মসি খঙলবদি, সাহিত্যদা বিশ্ব-মানবমক্না মশাবু প্রকাশ তৌরি অদু ওইরবদি সাহিত্যগী মনুংদা ঐখোয়গী য়েঙ্গদবা অদু উবা ফঙ্গনি। সাহিত্যরচনাদা লেখক্না উপলক্ষত ওইদব মতাংদা মাগী লেখা মাঙি। লেখক্না মশাগী ভাবনানা মী ঙম্নমক্কী ভাব অনুভব তৌবা, মশাগী লেখানা মী পুম্নমক্কী বেদনা ( সেন্সেশন্ ) প্রকাশ তৌবা, মকম্ অদুদাত মাগী লেখা সাহিত্যদা জাগা ফঙি। অদুগ্নাত সাহিত্যবু মতৌ অসুম্না

য়েঙ্গদবনি, বিশ্বমানবনা রাজমিস্ত্রি ওইদুনা মন্দির অসি শাবিরে; লেখকশিংনা দেশ কয়া অমসুং কাল কয়াদগী লাক্কুনা মহাক্কী মজুরগী কাজ তৌরি। দোলান্ পুম্বগী প্লান করিনো মদু ঐখোয়গী কনাগীসু মাঙদা লৈতেদি হায়ববু ভুল ওইব খর অদুদি বার বার কায়দুনা তাই; মজুর খুদিংনা মাগী মশাগী স্বাভাবিক ক্ষমতা শিজিন্নদুনা, মশাগী রচনাদুবু পুল্লপ্‌কা লোয়ননা চুশিন্ন-হন্দুনা, অদৃশ্যপ্লান অদুগা মিলাইহন্বা তাই; মসিদামক্ মাগী ক্ষমতা প্রকাশ তৌই অমসুং মরম্ অসিদগী মঙোন্দা সাধারণ মজুরদোনা কনানা সামান্য তলব পীদে, মহাক্‌পু ওস্তাদকী মতৌ-দোনা সম্মান তৌনরি?

ঐঙোন্দা আলোচনাগী ভার শিন্নবিরিব অসিবু ইংরেজিদা আর্য্যখোয়না কোম্পেরেটিভ্ লিটারেচার কৌবি। ঐনা মসিবু বিশ্বসাহিত্য কৌজগে।

কর্মগী মনুংদা মীনা রা অমা হায়, মাগী লক্ষ্য করিনো, মাগী চেষ্টা করিনো, মসি খঙ্‌বা তারবদি ইতিহাস ওন্নমক্কী মনুংদা মীগী অভিপ্রায়গী মতুংইন্বা তাই। আকবরগী রাজত্ব গুজরাটকী ইতিবৃত্ত (হিস্টোরি) অমদি এলিজাবেথগী চরিত্র, অসুম্ তৌদুনা আলাদা আলাদা য়েংলবদি শূপ্পা খবর খঙ্‌বগী কৌতূহল (কিওরি-ওসিটি) নিবৃত্তি ওইবতনি। আকবর অমদি এলিজাবেথ উপলক্ষ-তনি হায়না খঙব মী, মীনা ইতিহাসপুম্বগী মনুংদা মশাগী থাইদগী গভীর অভিপ্রায়বু সাধনা কয়ানা ভুল কয়া অমসুং চুমথোক্‌পা কয়ানা সিদ্ধ ওইহন্নবগীদমক্ শূপ্পা হোৎনরি খঙব মী, মীনা মাইকৈ পুন্নমক্তা পুন্নমক্কা লোয়ননা বৃহৎ ওইনা তিন্নদুনা মশাবু মুক্তি

পীনবগী হোৎনরি-হায়না খঙব মী, স্বতন্ত্রনা মশাবু রাজতন্ত্রদা অমসুং রাজতন্ত্রদগী গণতন্ত্রদা সার্থক ওইহল্লবগীদমক্ লাম্বেংনদুনা শিরি—মীনা বিশ্বমানবগী মনুংদা মশাবু কোংদোক্লবগীদমক্, ব্যষ্টি ( ইণ্ডিভিজুয়েল্ ) সমষ্টিগী ( হোলগী ) মনুংদা মশাবু অনুভব তৌনবগীদমক্ মশা মাওনা শূপ্না থুগাই-শাগৎ তৌরি হায়না খঙব মী—মহাক্কনা মীগী ইতিহাসদগী, বিশেষ মীবু নত্তে, নিত্য মী অদুগী নিত্যসচেষ্ট ( এভার-এক্টিভ্ ) অভিপ্রায়বু খঙনবগীত চেষ্টা তৌই। মাদি শূপ্না তীর্থ-যাত্রীশিংবু উরগত হল্লক্তে; যাত্রীশিং পূম্নমক্না দেবতা অমত্তুবু দর্শন তৌনবগীদমক্ দিক কয়া কয়াদগী লাক্লিবনি, মহাক্পু দর্শন তৌরগা মতুদাত মাদি ময়ুম্দা হল্লি।

মতৌ অদুম্না সাহিত্যগী মনুংদা মীনা মশাগী আনন্দবু করম্ব তৌনা প্রকাশ তৌরি, প্রকাশ অসিগী বিচিত্র মূর্ত্তিগী মনুংদা মীগী আত্মানা মশাগী করম্ব নিত্যরূপ উৎনিডি, মদুতনি বিশ্ব-সাহিত্যগী মনুংদা য়েংনবগী আসল চীজদি। মানা মশাবু রোগীরা, ভোগীরা, যোগীরা যেসা পরিচয়দা খঙ্লমদা আনন্দবোধ তৌরি, জগৎকী মনুংদা মীগী আত্মীয়তা ( রিলেশন্‌শিপ্ ) কদায় ফাওব সত্য ওইরক্লে, হায়বদি সত্যনা কদায় ফাওব মাগী মশাগী ওইশিল্লে, মসিত খঙনবগীদমক্ সাহিত্যগী জগৎ অসিদা চঙ্গদবনি। মসিবু কৃত্রিম ( আর্টিফিসিয়েল্ ) রচনা হায়না খঙলগা ওইরোই; মসি জগৎ অমনি; মসিগী তত্ত্ব ঐখোয়গী কনাগুম্ব বিশেষ মীগী আয়ত্তগী ( কোন্ত্রোলগী ) মখা পোল্লে; বস্তু জগৎকী ( মেটিরিয়েল্ বারল্ডগী ), মতৌ অদুম্না মসিগী স্মৃষ্টি চথক্লিবনি,

অদুমদি ওইরগা সমাপ্ত-শূন্য সৃষ্টি অদুগী খ্বাইদগী অন্তরম্বান্দা সমাপ্তিগী আদর্শ অমা লেঙ্‌দনা লৈরি।

সূর্য্যগী মনুংলোম্‌দা বস্তুপিণ্ডনা মশাবু মহী লাণ্ডব-অকম্ব মওং কয়া কয়া ওইনা শারি, মদু ঐখোয়না উবা ফংদে, অদুবু মাবু কোয়শিন্দুনা মঙান্‌-মকোয়না সূর্য্য অদুবু শূপ্না বিশ্বগী মকম্‌দা ব্যক্ত (এক্সপ্রেস্‌ড্‌) তৌবিরি। মকম্‌ অসিদাত মানা শূপ্না দান তৌরি, পূন্নমক্না লোয়নননা মশাবু তিন্নশিল্লি। মীবু ঐখোয়না ওন্নমক্‌ ওইনা মতৌ অসুন্না দৃষ্টিগী বিষয় ওইহন্না। ওন্মম্নবদি মাবু অসুম্না সূর্য্যগী মতৌদৌনা উরম্মি, উরম্মি মাগী বস্তুপিণ্ডনা মনুং-মনুংদা তপ্না তপ্না মরোন্‌ কয়া কয়াদা শীন্দোক্লক্লি, অদুগা মাবু কোয়শিন্দুনা প্রকাশগী জ্যোতির্মণ্ডলী অমনা তন্দুনা মশাবু মাইকৈ মরিদা শন্দোক্‌পদাত আনন্দ ফংনরি; সাহিত্যবু মীগী মাইকৈ মরিদা ভাষানা শেম্ব প্রকাশ-মণ্ডলী অদুন্না অমূক্তং য়েঙু। অসিদা জ্যোতিগী ঝড় (স্টোর্‌ম্‌) শিৎলি, জ্যোতিগী ঈকুৎ কারি. জ্যোতিগী মনিন্‌গী সভ্ঘাত (কোলিশন) থোক্লি।

থুম্লক্নী লম্বীদা অসুম্‌ চৎপদা মী হাণ্ডবা লৈতবা উবা মতম্‌দা দোকান্দারনা দোকান চালাইরি. থাংজবনা য়োৎ যৈরি, মজুরনা পোৎ পুদুনা চৎলি, বিষয়ীনা মশাগী খাতাগী হিসাব মিলাইরি— মদুগা লোয়নননা অতৈ পোৎ অমদি মিৎনা উবা ফংদে, অদুবু অমুক্তং মনুং মনুংদা য়েঙু; রাস্তা অসিগী নাক্‌ অনিদা য়ুম্‌ খুদিংদা, দোকান্দা-বাজারদা, লৈরক্তা কোজাংদা মশামরেং কয়াদা রসগী ধারানা লম্বী কয়াদা অমোৎপা কয়া সংকীর্ণতা (নেরোনেশ) কয়া দারিদ্র্য (পোভার্টি) কয়াগী মথক্তা শূপ্না মশাবু শন্দোক্‌পিরি;

রামায়ণ মহাভারত, রারিরাতাই কীর্ত্তন-পাঁচালিনা (শৈরেং মচানা) বিশ্বমানবগী হৃদয়-অমৃতবু মানব খুদিঙ্গী মফম্‌দা য়েম্থোক্‌পিরি ; য়াম্না তুচ্ছ মীগী থবক্ মচাগী মতুংদা রাম-লক্ষ্মণ লাক্তুনা লেপ্লিরি ; অমম্ব য়ুম্‌গী মনুংদা পঞ্চবটীগী করুণা য়ান্নব হারা শিংলি ; মীগী হৃদয়গী স্থষ্টি, হৃদয়গী প্রকাশনা মীগী কর্মক্ষেত্রগী অকন্না ভামস্থং দারিদ্র্যবু মাগী সৌন্দর্য্য অমস্থং খুজিংশিব খুৎ অনিনা কোঞ্জিন্দুনা লৈরে। সাহিত্যপূম্ববু মানবপূম্বগী মাইকৈ মরিদা অমুক্তং মতৌ অস্থুম্না য়েঙ্গদবনি। য়েঙ্গদবনি, মীনা মশাগী বাস্তব সত্তাবু ( মেটিরিয়েল এক্‌জিস্টেন্সবু ) ভাবগী সত্তাদা মশাগী মাইকৈ মরিদা অমুক্ত য়াম্না লাপ্না পাক্‌থোক্‌রা পুখরে। মাগী বরিষাগী মাইকৈ মরিদা গান কয়াগী বরিষা, কাব্যগী বরিষা, মেঘদূত কয়া, বিদ্যাপতি কয়া শন্দোক্তুনা লৈ : মাগী য়ুম মচাদুগী অরা-মুঙাইববু মানা চন্দ্র সূর্য্যবংশগী রাজা কয়া কয়াগী অরা-মুঙাইখগী কাহিনীগী মনুংদা বড়ো ওইহল্লে ! মাগী ময়ুমগী মচানূপীবু কোয়শিন্দুনা গিরিরাজ-কন্যাগী করুণা সদাই হঙ্গৎ-হন্দা চংলি ; কৈলাসগী দরিদ্র-দেবতাগী ( মহাদেবগী ) মহিমাগী মনুংদা মানা মশাগী দারিদ্র্যদুঃখবু পাক্‌থোক্‌হল্লে ! অস্থুম্না বিরাম লৈতনা মীনা মশাগী মাইকৈ মরিদা অচাইবা স্থষ্টি তৌরি, মদুদা মপান্দা মশাবু লাম্থোক্তুনা, মশাবু মশানা পাক্‌থোক্‌হন্না চৎপগুম্ তৌরি। অবস্থানা সংকীর্ণ ওইব মী অদুনা মশাগী ভাব-স্থষ্টিনা মশাগী বিস্তার ( এক্সপান্সন্ ) রচনা তৌরিব, সংসারগী মাইকৈ মরিদা অনিশুব সংসার অমা ওইব, মদুমক্ সাহিত্যনি।

বিশ্বসাহিত্য অসিদা ঐনা আর্য্যখোয়গী পথ-প্রদর্শক গাইড) ওইগনি, অসিগুম্ব রা খগ্বিগনু। নিজ নিজগী সাধ্য মতুং ইম্না পথ অসি ঐখোয় পুম্নমক্না শেমদুনা চৎপা তাবনি। ঐনা শূপা অসিতং হায়র্জানিংলম্মী, পৃথিবী ঐগী লৌফম্ অমসুং নঙ্গী লৌফম্ অমসুং মাগী লৌফম্ নত্তে, মতৌ অসুম্না পৃথিবীবু খণবা য়াম্না গ্রাম্য রুরেল্) ওইনা খণ্ডবনি. অদুম্না সাহিত্য ঐগী রচনা নঙ্গী রচনা অমসুং মাগী রচনা নত্তে। ঐখোয়না সাধারণ ওইনা সাহিত্যবু মতৌ অসুম্নাত গ্রাম্য ওইনামক্ য়েংনরি। গ্রাম্য সংকীর্ণতা অদুদগী ইশাবু মুক্তি পীদুনা বিশ্বসাহিত্যগী মনুংদা বিশ্বমানববু য়েংনবগী লক্ষ্য ঐখোয়না স্থির (ফিক্স) তৌগনি, লেখক খুদিঙ্গী রচনাগী মনুংদা সমগ্রতা (হোল্নেশ্) অমবু লৌগনি অমসুং সমগ্রতা অদুগী মনুংদা মানবপুম্বগী প্রকাশ চেষ্টাগী সম্বন্ধ য়েঙ্গনি, সংকল্প অসি স্থির তৌনবগী সময় থুংরে।

(অভিযোজিত)

---

# কাব্য

আজকাল সমালোচকশিংনা কাব্যদগী অনৌবা রা খর অমা পুথোক্নবগী লাক্লে। কবিগী ভাবকা লোয়ননা মশাগী মন.বু তিঙ্গিম্নবগী হোৎনবদি তৌদনা মফি তাখত্তুনা খানাতল্লাশি (হাউস্-সার্চ) তৌনবা হোৎনৈ। বাক্তে চীজ (থিং) ময়াম্ মখুত্তা থেংনৈ, অদুবু অয়াম্ব মতম্দামক্ আসল চীজদুদি ফংনদে।

অদুবু তর্কমক্ মথুনি কনানা করমবু আসল বস্তু লৌরিবা। নুংগী মূর্ত্তি অমগী মনুংদা কনানা নুংত্রবু মাপল চীজনি খঙবা যায়, কনা অমনা মূর্ত্তিদুবু। মতাং অদুদা মীমাংসা ( ডিসিজন্ ) তৌবা তারবদি হায়রবা ঙায়, নুং নংদি নানা জাগাদগী খোমজিনব যায়, মদুগীদমক্ মূর্ত্তি থুগাইবগী দরকার লৈতে ; অংবু মূর্ত্তি অসিদি অদৈত-কৈদমত্ম কংলোই। মতৌ অদুগা কবিতাদগী তত্ব বাহিরে তৌরগা পেম্মিদব মীপিংদা হায়রবা যায়, তত্ব নংদি দর্শন, বিজ্ঞান, ইতিহাস-নচিংব নানা জাগাদগী সংগ্রহ তৌবা যায়, অদুবু কাব্য-রসমক্কি কবিতাগী বিশেষত্বনি।

কাব্যরস অসিদি কহিনো মতু হায়রবা শকনি। কারণ-দি, মতু তত্বগুম্না প্রমাণযোগ্য নত্তে, অনুভবযোগ্যনি ( ফিট্ টু বি পার্সিভ্ড্ )। প্রমাণ তৌব যাব অদুদি প্রতিপন্ন তৌবা ( টু দি-মোনস্ট্রেট্ ) লায় ; অদুগা অনুভব তৌব-যাব মদুদি অনুভব তৌহৌরবগী অরায়ব রাস্তা লৈতে, শৃপ্না ভাষাগী সহায়না সংবাদ অমা তাকপা যায় হায়বত্তনি। 'মুঙাইরে', মসিত হায়বদা খবর অমা পীবনি, মুঙাইবা পীবদি নত্তে।

থাইদগী হেম্না প্রকাশ তৌনিংব অমহিক্তুং মপুংফানা প্রকাশ তৌবা থাইদগী লুব বা পুম্নমক্ অদুগী মরম্দামক্ মানবগী প্রধান ব্যাকুলতানি ( ইগার্নেশনি )। ব্যাকুলতা অসি পোন্দা থম্ব চেক্লাগুম্না শক্তি পুম্নমক্কী মনুংদা ইথক্-থক্না মশা থম্মি। তত্ব-প্রচার তৌরগা মানবগী মপুংফাব অপেম্না এইদে, আত্মপ্রকাশ ( সেল্ফ্ এক্সপ্রেশন্ ) তৌনবগীদমক্ মাগী অমম মতম্ পুম্বদা লাঙ্তক্না লৈ। কারণগী মানবগী আত্মপ্রকাশ একুনী চেষ্টা

খরদি মহৈয়াম্বা ফঙি ; কাব্যগী মর্য্যাদামক্ মদুনি। প্রেমগী কবিতা মচা অমগী মনুংদা তত্ত্ব অমত্তম্ থাওদে, অদুবু লিরব মানব-প্রকৃতিগী ( হিউমেন্ নেচারগী ) আত্ম-প্রকাশদি থাওরি। মরম্ অসিনা মীনা পুন্সি চুপ্পমক্ মদুগী সমাদর ( রিগার্ড ) তৌনগনি। ছবি-গান-কাব্যদা মীনা মথং মথংমক্ নিজগী চির-অন্ধকারদা ( এভার-ডার্কদা ) হীপ্প মশামক্পু অরোম্বদগী উদ্ধার তৌনবগী চেষ্টা তৌরি। মরম্ অসিমক্না অকব ছবি অমা, অকব গান অমা, অকব কাব্য অমা ফংবদা ঐখোয় হিংজৈ।

আত্মপ্রকাশগী অর্থমক্ অসিনি, করম্বনা ঐঙোন্দা করম্না পাক্লৈ মদু প্রকাশ তৌবা। করম্বনা করিনো মদুনা বাহিরগী বস্তু লেপ্পরি। নক্ষত্র ( স্তার ) অগ্নিঙাক্কগী জ্যোতিষ্কনি ( প্লানেটনি ), মদু নক্ষত্রগী বিশেষত্বনি, অদুবু নক্ষত্রদি রহস্যময় সুন্দরনি ( মিষ্টি-রিয়স্ বিউটীনি ) মদু ঐগী আত্মাগী বিশেষত্ব ওইবননি। ঐনা নক্ষত্রবু জ্যোতিষ্ক ওইনা খঙ্বা মতমদা নক্ষত্রবুত ফংখিঙ, অদুবু ঐনা নক্ষত্রবু সুন্দরনি হায়না খঙ্বা মতমদা নক্ষত্রলোকী মনুংদা ঐগী ইশাগী হৃদয়বুত অনুভব তৌই।

মতৌ অসুম্না কাব্যদা ঐখোয়না ঐখোয়গী বিকাশ অনুভব তৌই। মদুগা লোয়ননা নব-তত্ত্বগী যোগ করিমতা লৈজে। বাল্মীকিনা প্রকাশ তৌবিরম্বা অদু বাল্মীকিগী সময়দাদু একাম্ পুরাতন ওইরম্মবনি। রামগী গুণ বর্ণনা তৌদুনা মহাক্না হায়-দিরম্মী অকব মীবু ঐখোয়না সুংলি। শূদ্র রাজাতাগী আদর্শগী ( রিজাইমগী ) তত্ত্ব অসি প্রচার তৌনবগীদমক্ সাতকাণ্ড রামায়ণ ইবগী দরকার করিদু লৈরম্দে। অদুবু অকবা কয়ামূক লৈ,

হায়বদি অফববু কয়ামুক্ ফনা থোক্ই মদু সাত-কাণ্ড রামায়ণ-দামক্ প্রকাশ তৌবা য়ায়, দর্শন্না বিজ্ঞান্না নত্রগা য়াম্না হৈ-শিংব সমালোচনানা প্রকাশ তৌবা য়াদে।

হে বিষয়ী, হে সুবুদ্ধি, প্রেমগী কবিতা মচা উরগা নংনা জ্ঞানীগুম্না অবজ্ঞা ( নেগ্লেক্ ) প্রকাশ তৌরি, হায়রি—'মদুগী মনূংদা নব-জ্ঞান করি য়াওরি, নঙোন্দা অনুরোধ তৌরি—নংনা নঙ্গী দর্শন বিজ্ঞান পুন্নমক্না মানবগী পুরাতন প্রেম অসিবু মতৌ অসুম্না লংলব মধুর ভাব-না ব্যক্ত তৌদে য়েংসি। করিমতা ফাহন্নিংদব অদু মন্ত্রশক্তিনা মসিগী মনূংদা ফাহল্লে।

হান্নমক্ হায়খরে বিজ্ঞান্না দর্শন্না ঐখোয়না জগৎপু খণ্ডি, কাব্যদা ঐখোয়না নিজবু খণ্ডি। মরম্ অসিনা করিগুম্ব কবিতাদা ঐখোয়না শুপ্পা মসিত খঙ্লবদি—নৈ ঐখোয়না পাম্মি, আকাশগী তারানা ঐখোয়গী হৃদয় আকর্ষণ তৌই, ঐগী প্রিয়জন অদু ঐগী খঙ্দে করিনো—মহুদা জগৎকী ক্রমবিকাশ ( ইভোলুশন্ ) অমদি করিগুম্ব ধর্ম মোৎকী উন্নতিগী সম্বন্ধদা করিগুম্ব রাহৈ য়াওদ্রবস্নু—অদুমক্তদা মদুবু অসম্মান তৌবা য়াদে।

'মসিগী উপকার করিনো' হায়রবদি, মসিগী উপকার লৈ। ঐখোয়না নিজবু নিজগী মনূংদা কাজিন্দুনা য়েংলিমথৈ নিজবু পুরা খঙ্দে। মাঙ্গোন্ অদুগী থোঙ্ হাংদোক্প-মতম্ অদুদাক্ত নিজ অধিকারগী বিস্তার ( মরাক্ ) খঙ্বা ঙম্মি। নৈ মচা অমনা বাহিরদা ঐবু চিংদুনা হেক্ পুব-মতম্ অদুদা ঐনা অসীমগী ( সীমা-নাইদবগী ) থোঙজিন্দা হাজির ওই। ঐগী প্রিয়জনগী মুখনা ঐবু কৌব মতম্দা মানা ঐবু ঐগী ক্ষুদ্রতাদগী ( স্মোল্নেশ্দগী )

কৌথোক্ইই। অদুক্কী মতিঙ্ক হেন্না ভুংশিরিমখৈ ঐগী মুংশিবগী প্রভাবগী মনুংদা নিজগী বিপুলতা (মেগ্নীট্যুড্) খঙবা ঙম্মি। প্রেমগী মনুংদা, সৌন্দর্য্যগী মনুংদা হৃদয়গী বন্ধন মুক্তি ওই।

অদুবু কাব্য প্রসঙ্গদা উপকারিতাগী (ইউজ্ফুল্নেশ্গী) ৱা মরম্ অসিদগী হৌদোক্পা য়াদে, কাব্যগী আনুষঙ্গিক স্বাভাবিক-নেচারেল্) ফল যেসাম্ব ওইসনু কাব্যগী উদ্দেশ্যদি উপকার তৌদুনা ফম্বা নত্তে। সত্য ওইব সুন্দর ওইব মদুনা উপকার ওইদৌবমক্কী ৱানি অদুবু ঙপকারিতা অদুগী পরিমাণগী (চাঙ্গী) মথক্তা মদুগী সত্যতা অমসুং সৌন্দর্য্যগী পরিমাণ নির্ভর (দিপেণ্ড) তৌদে। সৌন্দর্য্যনা ঐখোয়গী উপকার তৌই হায়দুনা সুন্দর ওইব নত্তে, সুন্দরনি হায়বমক্তা উপকার তৌই। উপকারিতা প্রসঙ্গনা কবিতাবু বিচার তৌবা তারবদি মতম্ পুম্বদা ভ্রমগী সম্ভাবনা লৈবা তায়। মরম্দি, উপকারদি নানা উপায়না ওই; কবিতাগী মনুংদা উপকার-থিব-স্বভাব-ওইবশিংনা কাব্যগী মনুংদা উপকার যেসা অমা হেক্ফংবদা পেঙৈ, বিচারদি তৌদে মহু অশেংব কাব্যগী প্রকৃতিরা নত্রা। অসিগুম্ব পাঠক ময়াম্ থেংনখরে, মখোয়না ছন্দোবন্ধনা (ফাইন্ক্রেজিওলোজিনা) অদৃষ্টবাদ (ফেটালিজম্) অমদি অভিব্যক্তিবাদগী (ইভোলুশনিজম্গী) সম্বন্ধদা করিগুম্ব ৱাহৈ হেক্ ফংবদা আনন্দনা চরাঙ্-খোয়রাংনরক্ইই, খল্লি মসিনা মানবগী পরম উপকার ওইরি। অদুগা মখোয়না করিগুম্ব বিশেষ কবিতাগী সৌন্দর্য্য স্বীকার তৌনম্ব মদুগী উপকারিতাগী অভাব লৌদুনা মুঙাইতবা পেন্দবা প্রকাশ তৌনরি। মদুদি, ব্যবসায়ী মীনা মুঙাইতে পৃথিবীগী ফুল বাগান ওম্মক্-

মহাক্কী মূলা থাকম্ ওইহ্রিবা করিননো। মানা স্বীকারদি তৌগনি লৈ সুন্দরনিদো, অদুবু করিমতা থঙ্‌বা ওম্মোই মচুদা কল করি লৈ।

সমাপ্তম্।

মিং-ঋষি-গ্রহ-থা খৃষ্টাব্দগী মাইকৈ থাগী
তেন্ তাংদা ইবা হোৌবা, অচুগা খৃষ্টাব্দ-থা
অদুমক্কী বেদ-পক্ষ তাংদা লোইরবনি। ইতি

ওঁম্ তৎ সৎ

শ্রীকৃষ্ণার্পণমস্তু। ওঁম্ শান্তিঃ! শান্তিঃ!! শান্তিঃ!!!

---

# পরিশিষ্ট

## রসধ্বনিগী সংক্ষিপ্ত ( এব্রিজড্ ) সংজ্ঞা

কাব্যগী বিভাব-অনুভাব-ব্যভিচারীভাব পুল্লপ্পা ভিন্নবদগী পাঠক্কী হৃদয়দা খোরক্‌প অমস্তুং পাঠকনা হক্‌থেংনব মহাক্কী মশামক্কী স্থায়ীভাব, স্থায়ী অদুমক্কী আনন্দময়ী চর্ব্বণা (জয়ফুল চিয়ুইং) হায়বদি প্রতীতিমক্লি ( জ্ঞান-মক্লি ) রসধ্বনি।

রসধ্বনি হায়েসি অভিনবগুপ্তগী সৃষ্টিনি। মূল ধ্বন্যালোক্তা অমদি আনন্দবর্ধনগী ব্যাখ্যাদা 'রসধ্বনি' গী নাম কদায়দামু য়াওদে, ধ্বন্যালোক্তা কাব্যগী সত্য আত্মা রস ওইরবসু অমসুং মদুগী প্রকাশ ধ্বনি ওইনা অদুগা রসমক্ ওইরবসু খ্বাইদগী অহেন্ন ধ্বনি। অভিনবগুপ্তনা অদুনা মসিগী নাম পীবিরম্মী রসধ্বনি অমসুং হায়বিরম্মী রসধ্বনি অসিমক্ কাব্যগী আত্মানি অদুগা ভাবধ্বনি, অলংকারধ্বনি প্রাণ তনি "রসধ্বনেঃ এব সর্ব্বত্র মুখ্যভূতম্ আত্মত্বম্" ; ব্যভিচারিণঃ প্রাণত্বং ভবতি" ; বস্ত্বলংকারধ্বনেঃ অপি জীবিতত্বম্"—ধ্বন্যালোক-'লোচন'। 'জীবিত—প্রাণ )। ( লামাগ্ন ২০-২ খ ২ গী ব্যাখ্যানি। )

### আচার্য্য অভিনবগুপ্তগী 'রস' গী

সংজ্ঞাগী * " শব্দসমর্প্যমাণ ....... রসনীয়রূপো রসঃ" ॥

শব্দোক্‌প ব্যাখ্যা :—

কাব্যগী মচাক্ শব্দনি। শব্দগী মচাক্ অসিনা কবিনা শেম্মি বিভাব অনুভাব চপ্‌চপ্‌চানা মহাক্কী অপাম্ব-অনীংব স্থায়ীভাবগী

* লামায় ৩০ অমসুং ৪০ দা য়াওরিবনি।

মতুংইন্না। পাঠকনা কাব্য অসি পাবা মতম্‌দা অহান্নদা বিভাব অনুভাবগী অর্থ খঙি। মতুংদা পাঠকনা সহৃদয় (সিম্পাথেটিক্) ওইরবদি, অর্থ-খঙবা অসিদগী হৃদয়-সংবাদনা হায়বদি হৃদয়গী ধর্ম্ম মান্নবনা মহাক্কী চিত্তদা কাব্যগী স্থায়ীগী সজাতিগী স্থায়ী য়াহৌরক্‌ই। য়াহৌরকপা অসিগী মহৈনা কাব্যগী বিভাব অনুভাব পাঠক্কী মশাগী হৃদয়গা তিন্নবদা নৌথোরক্‌ই, অদুনা ফজরকই। অনৌব ফজব বিভাব অনুভাব অসি পাঠক্কী হৃদয়দা অতৈ মপোক্তগী লৈরক্লব অমদি লোয়নরক্‌প সংস্কারগুম্ব বাসনাবু রং তৈবি (লংহল্লি)। ফজব বিভাব অনুভাবনা রংতৈরব বাসনা অসিনা পাঠক্কী স্ব-সংবিৎপু (সেলফ্ নোলেজ্‌বু) রং তৈবিদুনা মদুবু সুকুমার ওইহল্লি হায়বদি ইনোনৌনা মেংনা ফজহল্লি। রসদি সংবিৎ অমনি; অদুনা সংবিৎকা আনন্দগা অক্কানি, খেন্নদে। অদুবু অসিদা সংবিৎপুদি বিভাব-অনুভাবনা লংহল্লব বাসনানা মতুংদা লংহল্লব সুকুমারনি হায়বনিনা আনন্দস্‌মু বিশিষ্ট (এবসোল্যুট্ ওইদ্রে; কালিফাইড্) ওইরে। বিশিষ্ট আনন্দ-সংবিৎ অসিগী চর্ব্বণ-ব্যাপার শায়বগী থবক্, মসিনা মহাও তংব-য়াব মশক্ অদুবু 'রস' কৌই।

মসি ওইরে অভিনবগুপ্তনা শেম্ব রস মশক্ তাক্‌পগী শন্দোক্‌প মওংদি। খন্নিবা য়ায় লোইরম্‌দাইসি খরা মশেম্মরাং ওইরমাল্লে। অদুবু মশেম্মরাং করিস্নু ওইদে। পাঠক্কী 'স্বসংবিদানন্দচর্ব্বণ ব্যাপার' হায়বসিগী আসলদি মসিনি—বিভাব অনুভাবনা লংহল্লব (পাঠক্কী) বাসনা হায়বদি মহাক্কী মশামক্কী স্থায়ী। স্থায়ী অসিনাম ভুংদা লংহম্বদগী মেংনা নৌরব পাঠক্কী

সংবিৎ। স্থায়ীনা লংহল্লব মধুর সংবিৎমক্ সংবিদানন্দনি। হায়বদি পাঠকী হৃদয়দা ফোংদোরক্লব মহাকী মশামকী স্থায়ীভাব, মদুমকী প্রতীতিতবু ( জ্ঞান্তবু ) রস কৌই। ধ্বন্যালোক্তা প্রতীতি, রসনা, চর্ব্বণা, আস্বাদন অর্থ-অমত্তুদা তোঙান মফম্‌দা শিজোন্নৈ।

থাঙ্গৈশেংবদি, ফোংদোরক্লব স্থায়ী ভাব অদুমক্ রসনি— "ব্যক্তঃ স তৈর্বিভাবাদ্যৈঃ স্থায়ী ভাবো রসঃ স্মৃতঃ, মম্মটভট্টনা কাব্যপ্রকাশদা হায়।

রসগী সংজ্ঞাসি লোইরগা অভিনবনা হায়বিরম্মী— মসিনি রসধ্বনি মসিনি সত্যধ্বনি, মসিমক্তি মুখ্য কাব্যাত্মা ("স চ কাব্যব্যাপারৈকগোচরো রসধ্বনিঃ ইতি, স চ ধ্বনিঃ এব ইতি, স এব মুখ্যতয়া আত্মা ইতি"— ১।৪ )

---

# কোরিজেণ্ডম্

| অরান্ব | অচুম্ব | পেজ | লাইন্ |
|---|---|---|---|
| খুদমদগী | খুম্দগী | ২ | ১৯ |
| ভারতকী | ভরতকী | ১১ | ১৮ |
| ও হল্লি | ওল্হল্লি | ৩১ | ১১ |
| লিংখংলম্মী | লিংখৎলম্মী | ৩৮ | ৯ |
| শঙ্গরবু | শঙ্করবু | ৫৬ | ২৪ |
| তম্ | তম | ৫৯ | ১১ |
| কাবি | কবি | ৬৩ | ১৪ |
| নিরূপ্যমান | নিরূপ্যমাণ | ৬২ | ২১ |
| ব্যডিচারী | ব্যভিচারী | ৬৮ | ১৪ |
| অকিবগী | অকর্বিগী | ৮৮ | ৬ |
| ত কৃপ | তথকৃপ | ৯৬ | ১০ |
| চি দা | চিত্তদা | ৯৫ | ২ |
| কেমিলিনা | ফেমিলিনা | ১০৩ | ৪ |
| শিল্পগী | শিল্পীগী | ১০৪ | ১৬ |
| ধুমায়ম্ব | ধুমায়ম্ব | ৬৪ | ১৮ |
| সাহিত্যৌ | সহি ত্যৌ | ১২ | ৪ |
| ভরঙ্করনি | ভয়ঙ্করনি | ১৭৩ | ২০ |

## অথোইব রাহৈশিঙ্গী অমসুং সংস্কৃত শ্লোকশিঙ্গী
## ময়েক্‌-মথং-মনাওগী সূচী ( ইন্দেক্স )।

| রচিত-শ্লোক | | লামায় |
|---|---|---|
| ধ্বনিগী মখল্ | .... | ১৬ |
| ন বা অরে পুত্রাণাং | ... | ১৫৯ |
| ন ভাবহীনোঽস্তি | ... | ৪১ |
| ন হি তচ্ছূন্যং | .... | ২১ |
| নিষাদবিদ্ধাণ্ডজ | ... | ৩২ |
| পরস্য ন পরস্যেতি | .... | ৩১, ১৩৮ |
| পরুষবৃত্তি | ... | ৮৯ |
| পাদবন্ধোঽক্ষর | ... | ২ |
| পারমিত্যাল্লৌকিকত্বাৎ | ... | ৩১ |
| প্রতীয়মাণং পুনঃ | .... | ৬, ১৪ |
| প্রসিদ্ধেঽপি প্রবন্ধানাং | ... | ৩৬ |
| বস্তুধ্বনি | ... | ১৮ |
| বাক্যং রসাত্মকং | ... | ১০, ১১ |
| বাচ্যানাং বাচকানাং | ... | ৬৭ |
| বিভাব | ... | ৫৩ |
| বিভাব-রত্যাদ্যুৎ | ... | ২৯ |
| বিবক্ষিতান্যপরবাচ্য | ... | ১৭ |
| বিভাবানুভাব | ... | ৩৮, ৭৯ |
| বিভাবেনানুভাবেন | ... | ৩৭, ৪৭ |
| বিশিষ্টা পদরচনা | ... | ৫ |
| বীভৎস রস | ... | ৫৭ |

রাইহ-শ্লোক লামায়

*The expressed opinion of Dr. Suniti Kumar Chatterji, National Professor of India in Humanities. (His letter of Novr. 9, 1968.)*

'Your book on Rhetoric ( Alankara Jyoti ) seems to be a pioneer work of its kind, and it is most excellent, quite learned and lucid in its exposition ; and one great value in your book is in this that you have given examples from Manipuri literature.'

# ভূমিকা

মণিপুরী কাব্যালঙ্কারগী মরমদা ছাত্র-ছাত্রীশিঙ্গী অসুবিধা য়াব-মখৈ কোক্লনবগীদমক 'অলঙ্কার-জ্যোতিঃ' কৌব গ্রন্থ অসি ইজবনি। মসিগী যুমকম্দি—সাহিত্যদর্পণ, অলঙ্কার কৌস্তুভ, অলঙ্কার-চন্দ্রিকা অমসুং অলঙ্কার-জিজ্ঞাসা—গ্রন্থ মরি অাসনি। মসিদা পীরিব—উদাহরণশিংসি মথাগী মহাকবিশিঙ্গী ভাক্তনি :—

(ক) মহাকবি কালিদাস—রঘুবংশ মণিপুরী অনুবাদ—লোন্দা হোংবা-অলঙ্কারদি original অহুমক্ লেঙদনা লৈবা। করিনা—অর্থ মান্নবনা।

(খ) মহাকবি ভাস—স্বপ্নবাসবদত্তম্, প্রতিমা-নাটকম্, প্রতিজ্ঞা-যৌগন্ধরায়ণম্, উরুভঙ্গম্ কর্ণভারম্,—মণিপুরী অনুবাদ।

(গ) মহাকবি ভারবি—কিরাতার্জ্জুনীয়ম্--মণিপুরী—অনুবাদ।

(ঘ) মহাকবি ভট্টি—ভট্টিকাব্যম্--মণিপুরী অনুবাদ।

(ঙ) বঙ্গ কবি মাইকেল্—বীরাঙ্গনা কাব্য, মেঘনাদ—বধ কাব্য-অহাম্ব অমসুং অনিশুব খণ্ড (মনিপুরী)

(চ) ডাঃ কমল—মাধবী অমসুং খাই চাওবা-থাইনগী লৈরাং—অসিনচিংব অতৈ অতৈ লাইরিকশিং।

মওং—অলঙ্কারশিঙ্গী সংজ্ঞা (Definition) ছাত্রশিংনা ইরাই-লায়না খঙবা ঙম্নবগী মও'দা ইরি। অলঙ্কারশিঙ্গী মমিং অমসুং আলঙ্কারিক ভাষা (Technical terms) সংস্কৃতবাণী ওইরবস্থ খুদিংমক্কী মণিপুরী অর্থ অহুগা English synonym

পীরি। উদাহরণ থুদিংমক্ শব্দোঙ্গা ব্যাখ্যা তৌহুনা পীরি। য়াম্ন তোয়না শিজিন্নব-অকাঙবা অলঙ্কারগী থুদম্ মং-তরুক্তগী তাদে; করিগুম্বদা তরাদগী হেন্বা য়াওই। থুদম্‌শিংসি নিংথিনা পাবদা birds' eye-view দা ছাত্রশিংনা থঙ্বা ঙম্‌গনি।

সংস্কৃত অলঙ্কারদ নত্তনা মণিপুরীদা শিজিন্নবা ইংরাজী Figure of speech সু থুদম্ পীহুনা উৎলি।

মণিপুরী সাহিত্য ভাণ্ডারগী বস্তু অমা ওইননবগী শুধী শিঙ্গা মকমদা লাম্হোকচরি। লৌশিন্নিয়বদি নোম্‌জবা মহৈ য়ান্ ন।

অলঙ্কার-সমুদ্রদা ইরোইরি অপংব ঐনা।
মতিক্-মগুণ তাবদা ইথক্-থরা পাম্মুহনা।
গুণ-দোষ মুন্না খঙব জ্ঞানীশিংনা পাদোবনি।
অক-কত্তবা সনাগী মৈতদা চাংয়েনবনি॥

ইতি—

শ্রীলোরেম্বম ইবোয়াইমা সিংহ

# অলঙ্কার-জ্যোতিঃ।

## ওঁ নমো ভগবতে বাসুদেবায়।

### মঙ্গলাচরণ।

জয়জয় গণরাজ গণপতি গজানন।
ঙাম্বিয়ু ইমা ভারতি! নচাগী হৃদিন্নুংসিদা ॥
সরস্বতি মহাভাগে বিদ্যাকমল-লোচনে।
বিশ্বরূপি বিশালাক্ষি বিদ্যাংদেহি নমহস্তুতে ॥
কাব্য-দেহ-অলঙ্কার-মহাসিন্ধুনা কদায়দা।
বিষয়্খরত খঙজব ঐগী বুদ্ধিনা কদায়দা ॥
জ্ঞান তাদব মরম্না লান্ঙম্দব সাগরবু।
লাম্নিঙ্লি অপংব ঐনা থৌ-রা-শাদনা পোঙ্নবু ॥
বজ্র-বিদ্ধ-মণিন্নুংদা থোংপ-লংনা চঙ্বগুম্না।
জ্ঞানী-কৃপাতনা চঙ্গদৌরি সিন্ধু'সিদা ঐনা ॥

মীওইবনা কী-রোন্, লীক্-কোন্নচিংব শেক্চাবদা মপোকী মশক অহু লংনা অমস্নুং কজনা উই, অহুগা য়েংবদা মিৎ পেন্নি। লাংখৎহন্ন অমস্নুং কজহন্ন কী-রোন্নচিংব অসিবু খ্বাইনা অলঙ্কার (লৈতেং) কৌনৈ। 'অলম্ করোতীতি-অলঙ্কার—'অলম্' ভূষণ (লৈতেং) অর্থস্নু খঙনৈ। (অমরকোষ) লৈতেং—কজবা ওইহন্নি হায়হুনা অলঙ্কার কৌই। মমাঙৈগী আলঙ্কারিকশিংনস্নু হায়রম্মী—

'সৌন্দর্য্যমলঙ্কার' ( বামন ) হায়বা অলঙ্কারনি ; 'অলঙ্কারোহি-চারুত্বহেতুঃ' ( আনন্দবর্ধন ) হায়বগী মরমতু অলঙ্কারনি। অরায়ব অর্থদা—কাব্যগী মশাপুম্ব চমৎকার ওইনা হায়হম্ব মরম্ অদুবু অলঙ্কার কৌই।

অদুগা, মীগী দেহগী অলঙ্কারদি মপান্গী অতোপ্পা পোৎনি। অদুবু কাব্যগীদি কাব্য-দেহগা ইতোৎ-তোৎনদুনা দেহগী মচাক্কোনা লৈরবনি। কবিনা কাব্য শেম্বদা ইরোইননা অলঙ্কারসু অদুম য়াওরবনি।

কাব্য— 'বাক্যং রসাত্মকং কাব্যম্' —( সাঃ দঃ ১।৩ ) রস-না আত্মা ওইবা বাক্য কাব্যনি। আলঙ্কারিকশিংনা কাব্যবু অনি-থোক্না খায়দোকই :—দৃশ্য অমসুং শ্রব্য। দৃশ্যকাব্য—নাটক ; অভিজ্ঞান শকুন্তলম্, প্রতিমা নাটকম্। শ্রব্য কাব্য—মহাভারত, রামায়ণ, বীরাঙ্গনা কাব্য, মেঘনাদবধ, রঘুবংশ-নচিংব। দৃশ্য শ্রব্য কাব্য অনিমক্ পদ্য, গদ্য নত্রগা অনি-য়াম্বব ( চম্পু ) মওংদা ইনৈ। পদ্য কাব্য মথৈ ছন্দ য়াওনা ইনৈ। ছন্দ য়াওবদগী পদ্য কৌবনি। ছন্দ য়াওদ্রবদি পদ্য কৌনদে। যেসা লোল অমদা রাগ-রাগিনী পান্দুনা শক্পদা তাবা নুঙাই অদুগা ইরিব লোল অদুগী অস্তিত্ব ( existence ) মাঙদে। অদুগুম্না যেসা ছন্দ অমা ( সংস্কৃত, ইংলিশ, হিন্দি ) পান্দুনা পদ্য ইবদা করিগুম্ব লোল অমগী অস্তিত্ব অতমক্ লৈ। লোল অদুগী মশাগী হাম্না লৈজবা ছন্দ অদুগী মথক্তা অনৌব-অতৈ ছন্দ হাপচিম্বতনি। মহাম্দি তাদে। পদ্যগী ছন্দ ঈশৈগী সঞ্জগুম্বনি।

**কাব্য-দেহ**— মথক্তা হায়খ্রে, কাব্য-দেহদি বাক্যনি। মপুং-ফাব ভাব ( sense ) ফোংদোকপ শব্দশিংবু ( words ) বাক্য ( sentence ) কৌই। অদুনা বাক্যগী দেহনা শব্দময়াম্মি। শব্দ ময়েক কয়ামকুম্না শাই। অদুনা শব্দগী দেহ ময়েক ময়াম্মি।

কাব্যগী দেহ অমসুং লোয়নব অলঙ্কারদি শব্দনি। শব্দগী শরুক অনি লৈ—মপান্দা হায়দোকপগী মখোন্ অদুগা মনুংদা অর্থ,—হাযবদি মপান্দা খ্বাইনা তানরিব মখোন্ ( sound ), অদুগা মনুংদা মাগী অর্থ—খ্বাইনা খঙনরিব ভাব ( sense )।

## শব্দ অমসুং অর্থ

মীমাংসা শাস্ত্রদা হায়রি "শব্দ অমসুং অর্থগী সম্বন্ধ (মরী) নিত্যনি ( parmanent )।" হায়বদি শব্দ নত্তনা অর্থগী অমসুং অর্থ নত্তনা শব্দগী জ্ঞান ওংদে। অনি অসি মহৈ-মহৈ নৈ। শব্দ অমা ওইরবদি অর্থ শোয়দনা য়াওগনি, অদুগা অর্থ লৈরবদি শব্দ অমা শোয়দনা ওইগনি।

শব্দগী অর্থ ফোংদোরব শক্তি লৈ; শক্তি অসিবু আলঙ্কারিকশিংনা বৃত্তি কৌই। বৃত্তি অহুম শুই :— অভিধা, লক্ষণা অমসুং ব্যঞ্জনা।

**অভিধা**— শব্দগী মুখ্য অর্থ ( মরু ওইব অর্থ ) ফোংদোকপ বৃত্তিবু অভিধা কৌই। শব্দগী মুখ্য-অর্থ মপুং ওইনা য়াওব গ্রন্থবু অভিধান কৌনৈ।

অভিধা-বৃত্তিদা শব্দন্থ বাচক্নি ( Expressor ) অন্থগা অর্থনা বাচ্য ( মুখ্য অমদি অভিধেয় ) হায়বদি অভিধা বৃত্তিনা খঙহন্ব অর্থ। বাচ্যার্থ অহুম্নি :—

(১) রূঢ় ( খ্বায়না খঙনব )—মন্থদি, 'কাক্-কৈথেল' হায়বদা কাক্চী কৈথেলগী মরি লৈনদে; খ্বায়না কাক্‌কৈথেল কৌবা লম অন্থতা খঙনৈ।

(২) যৌগিক ( মচা খায়দোক্পদগী থোরক্প derivative ) মন্থদি :—লৌ-উই হায়ন্থনা লৌউব খঙনৈ। থাঙ্ শাই হায়ন্থনা থাংশাব অমদি থাংজব খঙনৈ।

(৩) যোগ-রূঢ় ( যৌগিক+রূঢ় ) মন্থদি— থাঙ্গোন্—থাঙ +অকোন্ব—যৌগিক বৃত্তিদা অকোন্ব থাঙবু খঙনরে। মসি লৌন-দনা রূঢ় বৃত্তিদা খ্বায়না খঙনব লৌখাওনব অমদি শজিক্ ফান্নব থাঙ্গোন্তবু মখঙনৈ।

লক্ষণা— বাক্যগী অমদি বাক্যাংশগী মনুংচন্ব শব্দ অমগী মুখ্য অর্থনা বাক্য অমদি বাক্যাংশগী অর্থ হায়বদা চানজ্রবদি হায়বদি মুখ্য অর্থন্থগা পুন্নমক্চী অর্থগা চুনজ্রবদি শব্দ অন্থগী গৌণ ( মরু ওইদব ) অর্থগা চুনবরা হায়না য়েংবা তারে। অম্মুম্না গৌণ-অর্থ পুথোক্পগী শক্তিশু শব্দগী লৈ; শক্তি অমদি বৃত্তি অসিবু লক্ষণা কৌই। অর্থনা লক্ষ্য ( খঙ্গদব ); শব্দনা লক্ষক ( খঙহন্ব-খোবু )। মন্থদি :—'রিক্সা, অসোম্‌দা লাউ'— মসিদা থরাইপান্দব রিক্সানি; মাবু কৌরবশু খুম্মোই, লাক্পশু ওম্মোই। রিক্সাগী মুখ্যার্থ লৌরবদি অর্থ য়াদ্রে। অন্থনা গৌণ-অর্থ

রিক্সারাবাবু খণ্ডনরে; হায়রবদি রিক্সারালা লক্ষ্যার্থনি, লক্ষণানা রিক্সাগা তিন্নব মী তাকৃই।

**ব্যঞ্জনা**—অভিধা অমসুং লক্ষণানা শব্দ অমগী অর্থ পুখোক-পদা মাগী মাগী শক্তিগী রাংমদা লৈগ্রবদা শব্দ অদুগী অনৌব অর্থ অমা উৎপা (suggest) তুম্ব বৃত্তি অমদি শক্তি অদুবু ব্যঞ্জনা কৌই। মদুদি ঃ—'সনা-খুত্তা সনাগী খুজি'—

অভিধাদা— সনানা শাব খুৎ—অর্থ য়াদ্রে, করিনা খুৎকী মচাক্ সনা নত্তে।

লক্ষণাদা— সনাগা খুৎকা মচু মান্নদে; অদুগা সনাদি লন্থম্ খণ্ডনৈ। অর্থ চানদরে। মহৌশানা ফজব সনা, হেন্না ফজনা খুজি শারে সনা-শাবনা। খুৎনা— বিশ্ব শাবনা ওক্সা-নিংথিনা শারে। অদুনা 'সনা' শব্দগী অর্থ নিংখিবা অমদি ফজবা তাক্লিব বৃত্তি অসিবু ব্যঞ্জনা কৌই। অর্থনা ব্যঙ্গ্য (an implied sense), শব্দনা ব্যঞ্জক (suggester)। ব্যঞ্জনাগী লোয়নবনা লক্ষণা।

ব্যঙ্গ্য অর্থনা মপুং ওইব মকমদা ধ্বনি কৌই। মপুং ওইদ্রবগা গুণীভূত ব্যঙ্গ্য কৌই। (secondary implication) অদুনা শব্দগী অর্থ মথক্কী বৃত্তি ময়াম্সিগী মতেংনা লেপ্লগনি।

শব্দগী অলঙ্কার মথক অনি তুই ঃ— শব্দালঙ্কার অমসুং অর্থালঙ্কার।

## শব্দালঙ্কার।

শব্দ উচ্চারণ তৌবদা মখোন্গী মতেং চঙিঙ; মখোল্লা মপুং ওইব-অলঙ্কারবু শব্দালঙ্কার কৌই। শব্দালঙ্কার মখল অনিনি; [১] শব্দ অমা অহুমক্তী ময়েক তোঙান-তোঙাদ্ব নত্রগা পুল্লপকী মখোন, অদুগা [২] অতৈ অর্থ য়াওদব শব্দ অমগা লোয়নব মখোন। অহাদ্ব মখলগী শব্দালঙ্কার মখল তরুনি:—অনুপ্রাস, যমক, শ্লেষ, বক্রোক্তি, ধ্বন্যুক্তি অদুগা পুনরুক্তবদাভাস (হন্না হায়বগুম মাদ্ব)। অনিশুব মখলগী শব্দালঙ্কার— শুমাং-থেলোং, য়েনখা-লুখা, নাপি-শীংবি, মনা-মশিং, হরাই-চেংরাই, তু-খোং, ঈশিং-মায়শিং, কবোক্-হৈবোক্. কী-রোন্. চরু-চনাই—অসিনচিংবা; মসিদা থেলোং, লুখা, শীংবি—নচিংবগী অর্থদি য়াওদে অদুবু মখোয়সিগা লোয়নবা হায়দোকপদা অতাবগী নাকোংদা মরিক্ চুন্না থোকঈ অদুগা উচ্চারণ তৌবদা চমৎকার অমা পোকহল্লি। অদুনা মসিগুম্বসি শব্দালঙ্কার অমনি।

### ১। অনুপ্রাস ( Alliterations )

ময়েক্ জাং অমা অমদি ময়েক্ কাংবু অমা হন্না হন্না শিজিন্নদুনা মখোন মান্ননা থোকহন্নবু অনুপ্রাস কৌই। 'অনু' তুংদা 'প্রাস' থম্বা, লেংবা, শিজিন্নবা। অনুপ্রাস ওইরিব ময়েক অদু অমদগী অমবু য়ান্না লাপ্না কান্ননা শিজিন্নরোই। নরুবনি অনুপ্রাসগী লক্ষণ মপুং।

ময়েকী মখোন্-মান্নবা শব্দ মান্নরগা ওই। শব্দ মান্নবা মখল অনি থোকই— মথং মনাও মান্নবা অদুগা মশক মান্নবা।

(ক) 'থরো-থম্বাল্ থারিক্ থানা।
শাংলি ঈয়াইদা, নিংথিনা ॥'

মসিদা অহান্ব পরেংদা — থ-থ-থ থ, অমস্নুং র র মথং মনাও মায়ৈ অতুগা অয়োইব অনিগী না-না মায়ৈ।

(খ) কনা খঙ্গিও মায়া-মায়া, মায়া-সংসারদা ? (মেঃ বঃ কাঃ
তপ্পা তপ্পা ওক্না বলী চৎলম্মী'মুক্ হন্না। ৫।৩১৩-১৪)

মসিদা মথং-মনাও অমস্নুং মশক্-মান্নবা—
মায়া-মায়া-মায়া অতুগা তপ্পা-তপ্পা।

(গ) তায়য়্, দেবি, বীণাপাণি, অমৃত বাণীনা,
সেনাপতি বরিত্রনা, করম্ব বীরবু,
থাখিবগে লান্দা অমুক রঘুবীর-বৈরী
রাবন্না ? (মেঃ বঃ কাঃ ১।৩-৫)

মসিদা অহান্ব পরেং — ব-ব-ব, ণ-ণ-ণ ; অনিশুব
পরেংদা — ন-ন, ব-ব ব-ব, র-র-র ; অহুম্শুব
পরেংদা — বীর, বৈরী ব ব, র-র।

(ঘ) × × × ডাকু রত্নাকর
কাব্য রত্নাকর কবি। × × (মেঃ বঃ কাঃ ১।২০-২১)

মসিদা রত্নাকর-রত্নাকর মশক্ মান্নবা, অতুগা
কাব্য, কবি— ক-ক, ব-ব ক্রম মান্নবা।

স্বর ময়েক্ হন্না হায়ববুদি অনুপ্রাস লৌনদে। 'স্বরমাত্র-সাদৃশ্যং তু বৈচিত্র্যাভাবাৎ ন গণিতম্,।' (সাঃ দঃ) স্বর মান্নবদি বৈচিত্র্য (অঙকপা) য়াওদে, অদুনা লৌনদে। ব্যঞ্জন ময়েকী

অনুপ্রাস লৌনৈ। ব্যঞ্জন ময়েকশিংদা তপ্লিবা স্বরশিংড় মাগ্নরক্রবস্থু অনুপ্রাস লৌনৈ। 'অনুপ্রাসঃ শব্দ সাম্যং বৈষম্যেহপি স্বরস্য যৎ।' ( সাঃ দঃ )

মথক্কী (গ) খুদমদা—'বীণাপাণি', 'অমৃতবাণীনা' মসিদা 'ব' দা ঈ, আ অদুগা 'ণ' দা আ, ই অমম্নুং ঈ—স্বর তপ্লি, স্বর খেন্নরবস্থু 'ব' অমম্নুং 'ণ' অনুপ্রাসনি।

অনুপ্রাস মখল মঙানি :— শ্রুতি, অন্ত্য, বৃত্তি, ছেক, লাট। মসিদা লাটানুপ্রাসদা শব্দ হন্না হন্না হায়, অতৈদনা শব্দশী ময়েক হন্না হন্না হায়।

## (১) শ্রুতি+অনুপ্রাস ( শ্রুত্যনুপ্রাস )

খোরি, ঙো, য়া-নচিংব যেসা মকম অমদগী হায়দোক্লকপদা ময়েক তোঙাম্বশিং মখোন্ মাগ্ননা নুংশিনা খোক্লবদি শ্রুত্যনুপ্রাস ওই। মথুদি :—

(ক) ক্রোং ক্রোং গ্রোং গ্রোং ওল্লি কাংখোংনা
ক্রীক্ ক্রীক্ ইঙ্গিন্না গ্রীক্ গ্রীক্ তকই।
খিং খিং লাউনা গ্রং গ্রং চেল্লি।
ঘম্-ঘম্ লাউনা গং গং খেংজিন্নৈ।
(খোরিদগী খোকপা)

(খ) চরপ, চরপ, চপ্পী ছর্ ছর্ নাম্বৈ।
শৃ-শৃ নাল্লি জ ্ জ ্ চৎলি।
ঝন্-ঝন্ লাউনা জর জর চৎলি।
(ঙোদগী খোকপা)

(গ) তরক্ তরক্ চৎলি থরক্ থরক্ নীঙ্গা।
দং দং য়াল্লি ধং ধং চৎলি।
তন্না তন্না থিন্না থিন্না শুকয়োই।

(য়াদগী থোকপা)

(ঘ) কর-করৎ হাইনা পর-পরপ, চৎলি।
পাক্-পাক্ থানৈ ফাক্ ফাক্ নোঙ্গৈ।
পীঙ-পীঙ লাউই ফীঙ ফীঙ চোঙিঙ।
ফ্রং ফ্রং কাপ্লি ব্রং ব্রং ঙাঙিঙ।

(চিন্বান্দগী থোক্পা)

## (২) অন্ত্যানুপ্রাস (অন্ত্য+অনুপ্রাস)

কবিতাগী অরোইবদা ময়েক মান্নরবদি অন্ত্যানুপ্রাস কৌই। মসিনা কাব্যগী নিংথিজবা অমসুং চমৎকার হেল্‌হল্লি। মতুংদি ঃ—

(ক) অকিব উৎপাৎ লৈতনা,
ঐহাক্কী প্রজা পূম্বনা,
মীওইবৈ পুন্সি ফংজনা,
লৈজরিবনি হিংজনা। (রঃ বং ১)

মসিদা 'না' অন্ত্যানুপ্রাসনি।

(খ) কনা হায়রিবা ভাই নংবু, শোক-য়াদে মাঙিঙ?
তত্তনা ইল্লি অশেংবা নহাক্কী নতুংদা;
নহাক্ লৈবদগী খাইনা য়ুম্বাম্বা হৈনিঙিঙ,
নত্রবদি চৎলম্লিদো কোয়না মীনা বন্দা।

মসিদা, 'মাঙিঙ', 'হৈনিঙিঙ', অদুগা দা—দা।

(গ) পামৃজৈ ঐদি লায়র-শংদা পুক্চেন্ চাউনা লৈবা।
রানা নোম্‌জবগী—ইচেং মুঙাইনা চাজবা ॥
× × × × ×
থবক শূরকৃই লৌবুক্তা অঙাং ওইরিভৈদা।
লেম্নবনি মত্তু ঐগী কৈ-ইকাইনি ‘ঢুদা।

(ঘ) লেঙ্‌শিন্‌খরে শ্রীরাম্না মাতঙ্গগী আশ্রম্‌দা।
উজখরে শ্রীরাম্বু শবরীনা অহুদা।
শবরীগী আনন্দ থিংবা ঙম্‌দে মহুদা।
য়াথং ইম্না হঙ্গচ্চে রঘুমণি চরন্দা ॥ (রামায়ণ)

(ঙ) কুণ্ডগুম্ব মখোম্‌পাম্বী অহুগুম্বী নন্দিনীনা।
মচাবু হেক্তা উবদা মখোম্ জরজর থাহুনা ॥
যজ্ঞতুংদা ঈরুনবা ঈশিংদগী হেম্না শেংবা।
চোৎহল্লম্মী পৃথিবীবু যঙ্গোম্না লুম্বু শারবা ॥ (রঃ বং ১)

(চ) রাগী অহোবা মথুন্দা নুংশিৎনা থম্না য়ৈবদা
খোক্লম্মী বাঁশী মখোন্নুংশিনা।
উমং লাইনা কুঞ্জশিংদা খোঞ্জেন্ রাংনা শকচবদা
তারম্মী মাগী মিংচৎ মহাক্না ॥ (রঃ বং ২)

(ছ) মচাপোক্নব ব্রতগী পাম্বোম্‌দগী লৌথরম্মী।
অরুম্ব ভার রাজ্যগী মন্ত্রিশিংদা শিন্নরম্মী ॥ (রঃ বং ১)

(জ) আশ্রম্ রাবা খন্দুনা লোয়নৈ মনাই খরদা।
কোয়বগুম্মী তেঙ্গোম্না মতিক্ মঙান্ উবদা ॥ (রঃ বং ১)

(ঝ) মকম অমদা মখোয়না য়েংথোক্লম্মী মরায় কাঙনা।
পরেং শাবা রাইমুশিংনা লৈরাং পরেং ওইরহুনা।
থোঙ-য়াওদবা সনখোঙ্গী খোংলম্মীনে খোয়থুম্বনা ॥
(রঃ বং ১)

## (৩) বৃত্ত্যনুপ্রাস ( বৃত্তি+অনুপ্রাস )

শব্দগী অমা নত্রগা ময়েক কয়ামরুম হন্না হন্না শিজিন্নরবদি বৃত্ত্যনুপ্রাস ওই। মহুদি :—

(ক) মশা কল্লি কিদনা ধর্ম্ম চৎলি নাদনা।
পৈশা লোই পামদনা বিষয় চায় লুপ্তনা॥ (রঃ বং ১)

মসিদা অহান্ব পরেংদা ক—ক, ল—ল, দ—দ, ন—ন। অনিশুবদা— প—প, ল—ল, ন—ন বৃত্ত্যনুপ্রাস অদুগা কিদনা, নাদনা, পামদনা, লুপ্তনা— ন—ন—ন—ন অন্ত্যানুপ্রাস।

(খ) × × × গুল্লৈব লম্লাম্ব
গুল্লৈতব ইশাগী মী, অনিগী মরক্তা
গুল্লৈতব ঐ-মীনা কৈ, লম্লাম্ব, লম্লাম্ব।" (মেঃ বঃ কাঃ)

(গ) মমাগী থাদা তূম্লিব, কপ্লম্মী খুদক্তা
অঙাংশিংনা নাহেত্থনা, কপ্লা মতৌগুম্না,
ব্রজদা ব্রজে অঙাংনা, ব্রজ মম্মান্দুনা,
ব্রজ মণিনা চৎপদা, মধুপুর তান্না॥ (মেঃ বঃ কাঃ)

মসিদা 'ব্রজ' মন্নিরক।

(ঘ) মন্ত্র খঙব মন্ত্র-হৈব নঙ্গী মন্ত্রগী-মতিক্তা।
অরাপ্লদগী য়েরুব মাঙ্‌হন্বিবনি নহাক্লা॥ ( রঃ বং ১ )

(ঙ) গুরু ব্রহ্মাগী-মচানি ঐহাক্‌মক্কীম্ভ গুরুনি।
অরুব-চিন্তা ঐহাক্কী তৌবিবসিদা গুরুনা।
রাব-নংদব-য়াইকবা করিগী ওইরোই তত্তনা॥ (রঃ বং ১)

বৃত্ত্যনুপ্রাস মখল্ অহুম্নি— উপনাগরিকা ( বৈদর্ভী রীতি ), পরুষা ( গৌড়ী রীতি ) অমুগা কোমলা ( পাঞ্চালী রীতি )। অহুম অসি মথংশিংনা মাধুর্য্য ( মেঙ্না-থুম্না-নিংথিজবা ), ওজঃ ( পাঙ্গল, থৌনা—spirit, vitality ) অমসুং প্রসাদ ( পেন্না-নুঙাইবা ) গুণশিং পোকই।

উপনাগরিকা বৃত্তিদা— টবর্গ য়াওদে ; অতৈ অতৈ অমসুং অনুনাসিক ময়েকশিং য়াওই। খুদম্ (ক), (খ)

পরুষা বৃত্তিদা— টবর্গ, ময়েক অনিথোল্ব (ক্ক, প্প, ত্ত নচিংব) ময়েক অনি তিন্নব ( ঙ্গ, ক্ত, দ্ধ নচিংব ), রেফ্ য়াওব ময়েক, শ, ষ-নচিংবা অকল্ব ময়েক অমদি সমাস অশাংব য়াওই। মতুদিঃ—

নুমিৎ তাবদা অকংব চরু-চনাই লোক্শিন্দুনা।
পর্ণশালাগী শূমাঙ্গী থম্বা মপৈ পৈশিন্দুনা।
ময়াঙুদা শজিশিংনা শগুপ্-শায়রি কুল্লতুনা॥ ( রঃ বং ১ )

মসিদা শ নিপাল্লক্।

কোমলা বৃত্তিদা— য, র, ল, ব, স, হ-নচিংব ময়েক, সমাস মচা মচা অমদি সমাস তৌদব শব্দ য়াওই। মতুদি মথক্কী খুদম (গ)।

## (৪) ছেকানুপ্রাস।

ব্যঞ্জন ময়েক অনি অমসুং অমুদগী হেন্না অনিরক্তং বাক্যদা য়াওরবদি ছেকানুপ্রাস ওই। (অনিরক্তগী হেল্লবদি বৃত্ত্যনুপ্রাসনি।) ছেক হায়বদি পণ্ডিত, মমাঙ্গৈদা পণ্ডিতশিংনা অসিগুম্ব অনুপ্রাস

য়াম্না শিজিন্নরম্বনা অলঙ্কার অসিগী মখিং অসি থোল্লম্মী। মতুদি ঃ—

[ক] মায়য়োক্লনা থেংনরগা, বীর বীরবাহু। ( মেঃ বঃ কাঃ )

[খ] হায়য়ু দেবি, বীণাপাণি, অমৃত বাণীনা। " "

[গ] হা ইবুঙো, বীরবাহু, বীর-চূড়ামণি। " "

[ঘ] তুমিন্‌খ্রে রবাব বীণা, মুরজ, মুরলী ; " "

[ঙ] × × দর্প তৌনা, কন্দর্পবু কৌব। ( বীঃ কাঃ ২।৩১)

[চ] খ্বাংজেৎ, নম্‌খাং, ফুরিৎ, কোক্‌ফা, কঙ্কণ কিঙ্কিণী।
(বীঃ কাঃ ২।৪৯)

[ছ] চিন্তাবিয়ু, চিন্তামণি, মাবু খঙলবরা ? ( বীঃ কাঃ ৩।৬৬)

[জ] লেঙথরগা রথদগী ইন্দ্র-ইন্দ্রাণীনা। ( মেঃ বঃ কাঃ )

[ঝ] × × × মায়াথবা পীহনা
নংবু লান্দা, কৃত্তিকাগী মবুঙো কার্ত্তিক। ( মেঃ বঃ কাঃ )

[ঞ] তাঙ্গা-তাঙ্গাগী থৌখঙবা ইন্দ্রিয় য়াম্না লাক্‌শিন্বা।
( বঃ বং ১ )

[ট] হংলম্মী কুশল্ রাজাদা মুনিনা মুনিগুম্মব……(রঃ বং ১)

[ঠ] কল্ল কল্ল তেল্লকই তল্ল তল্ল তুম্নকই,
তম্ন তম্ন হৈরকই শম্ন শম্ন শাংলকুই
মল্ল মল্ল শোল্লকই মেল্ল মেল্ল হোরকই ॥
(অভাঙ্গী ২শুব লাইরিক)

[ড] থাইনগী লৈরাং অময়, মল্ল মল্ল লৈনুংশি,
………………………………… ( থাঃ লৈ )

## (৫) লাটানুপ্রাস।

শব্দ অমস্তুং অর্থ অনিমক হল্লা হায়, অর্থদি অমত্তা ওইরগা তাৎপর্য্য তোঙাল্লি। মত্তুদি :—

[ক] অত্তুবু নমৌ **অসিনা** মচা পোক্তবা **অসিনা**।
পেল্‌হৎখা ঙমদে ঐহাকপু রত্নপোকপী মেদিনীনা। (রঃবঃ১)

মসিদা—অহান্ব 'অসিনা' গী অর্থ অমা হায়বদি 'নমৌ'গী বিশেষণ হায়বদি 'this', অত্তুগা অনিশুবগী 'অসিনা' গী অর্থনা 'মরম্না' ওই। অত্তুনা লাটানুপ্রাসনি।

## ২। যমক।

যমক শব্দগী অর্থ অনি ( তুমা ) হায়বনি। শব্দ অমা নত্রগা খোল্হোক অমত্তুগী শব্দ অনিরক নত্রগা অহুদগী হেল্লা তোঙান তোঙান্ব অর্থদা শিজিন্নরবদি যমক অলঙ্কার ওই। মত্তুদিঃ—

[ক] ঙা **চাই**, ফি **চাই**, কবোক **চাই**। অর্থ মান্নদে।
ঙা **চায়**, মতা **চায়**, মপা **চায়**। " "

[খ] মৈ কল্লে চাক্ **কারে**, কৈ শিরে ময়া **কারে**। অর্থ মান্নদে
চেং লিরে চাক্ **কারে**, চীং **কারে** কৈ **কারে**॥ " "

[গ] **বিধি-বিধি** ফব **বিধি** খণ্ডনরি জগত্তা। ( মেঃ বঃ কাঃ )
অহান্ব 'বিধি' ব্রহ্মা ; অনিশুব-অহুমশুব 'বিধি' নিয়ম।

[ঘ] চণ্ডজব মীবু নিংথিনা
পাল্লন **কম্ব** মীনা ফং **কম্বা** তৌদনা
**কম্বা** ঙন্মি ইন্নাই লাইনা। অর্থ মান্নদে।

[ঙ] তিংখৌ ময়োম্মুক্ লংলব নীলমণিনা থাম্লব।
সনাগী তাল্না লৈতেংব মরেং অনিস্থু ফল্লব॥
মহাসেন্না লেঙখোরক্লে মহাসেন্গুম্ শর-বন্দগী।
লৈহাউ-কোনানা থল্লব ৰন্গী নাকন্ অমদগী॥ (প্রঃ যৌঃ)

মসিদা অহান্ব 'মহাসেন' মগধগী মহারাজ মহাসেন; অতুগা অনিশুব 'মহাসেন্গুম্' সেনাপতি 'কার্তিকুম' খঙনৈ।

[চ] পাউথুম পীজৈদো, সতীনা, নিংথিদা, বাণীদো
খোম্থাংলে হন্ কর্ণদা বীণা-বাণীগুম্না
মধুচেন্বী। × × × × (মেঃ বঃ কাঃ)

অহান্ব 'বাণী' সতীগী ৱাঙাং অতুগা অকোন্ব 'বাণী' বীণাগী মখোন্।

[ছ] নাম অতু চিন্মণ্ডানা শোল্লি চিন্মণ্ডানা। (বীঃ কাঃ ৩।২১)

অহান্ব 'চিন্মডানা' মহাদেব, অনিশুব 'চিন্মণ্ডানা'— মচিন্ মঙানা।

[জ] তারানাথ! তারানাথ? কনানা থোল্লম্বা,
মিঙ্গৌসে— × × × (বীঃ কাঃ ২।২০)

তারা সতীনা চন্দ্রদেবদা হায়বনি। অহান্ব 'তারানাথ' তারা শিঙ্গী (থৱাম্মিচাকশিঙ্গী) নাথ (মপু) হায়বদি চন্দ্রদেব, অতুগা অনিশুবা 'তারানাথ'—তারাগী (তারা সতীগী) নাথ (মবুঙো) খংনৱে।

[ঝ] মুরারি-মুরলী মখোন্ মাল্লব মুরারি। (মেঃবঃ কাঃ ৪।১১)
—অহান্ব শ্রীকৃষ্ণ, অনিশুব 'অনর্ঘরাধব' লেংবং কবি।

[এও] "তারাগী যৌবন-বন ঋতুরাজ নংনি।" (বীঃ কাঃ)
—অমনা অর্থ য়াওদব, অনিশুবনা অর্থ য়াওবা।

## অনুপ্রাসগা যমকা খেন্নবা।

অনুপ্রাসদা শব্দ হন্না হায়রবস্থু অর্থ তোঙান্দে, অদুগা যমক্তদি শিজিন্নব খুদিংদা অর্থ তোঙান-তোঙাল্লি, অর্থ মান্নরবদি যমক ওইদে। অদুগা শব্দ অমগী স্বর মখোন্ খজিক্তং হোংদুনা শিজিন্নরবদি অনুপ্রাস ওই, যমক ওইদে। মথক্কী খুদমদা (চ) 'বীণা বাণী' অনুপ্রাসনি। অদুগা 'বাণী', 'বাণী' যমক্নি।

## ৩। শ্লেষ (Pun)

শব্দ অমা বাক্যদা অমুক্তং শিজিন্নবা অদুগা অর্থদি অনি নত্রগা অদুদগী হেন্না খণ্ডনবা—অদু ওইরবদি শ্লেষ অলঙ্কার কৌনৈ। শ্লেষ মখল অনিনি :— শব্দ শ্লেষ অমস্তুং অর্থ শ্লেষ। শব্দ শ্লেষদা শব্দ অমগী অর্থ ময়াম লৈ ; ময়ামদু কোংদোক্লবগী বক্তাগী ইচ্ছা লৈদৌবনি ; মদুগী মহুত্তা মদুগা মান্নব অতৈ রাহৈ অমা শিজিন্নবদা শ্লেষ লৈরোই। অদুগা অর্থ শ্লেষদা শব্দগী অর্থ অমত্তা লৈগনি অমস্তুং মদুগী মহুত্তা অর্থ মান্নব শব্দ শিজিন্নরবস্থু শ্লেষ অদুমক ওই। বক্তানা অর্থ ময়ামগী মরক্তগী বিশেষ অর্থ অমা তাক্লবা, শব্দ শিজিন্নবদা শ্রোতানা অতৈ অমা পুথোক্লনা শব্দ অদুবু অমরোমদা লৌবা মতমদা শব্দ শ্লেষ ওইদ্রে। অনিশুব অর্থদগী হোংদোক্লবদি শ্লেষ ওইদ্রে, শ্লেষ বক্রোক্তি ওইরগনি।

শ্লেষ অলঙ্কারদা শব্দনা মপুংনি, অদুগা শ্লেষ-বক্রোক্তিদা অর্থনা মপুংনি। আলঙ্কারিক অয়াম্বনা শব্দ মপুঙ্গী শ্লেষবু শব্দ শ্লেষ অদুগা অর্থ মপুংঙ্গী শ্লেষবু অর্থশ্লেষ কৌনৈ। মদুদি ঃ—

(ক) খ্বাইদগী য়াংব-কল্লব তেজপুঞ্জ-নম্ব দেহনা।
স্নুমেরু চীঙজাও মতৌগুম্ ভাল্লম্মী পৃথ্বী লাক্কুনা॥
(রঃ বং ১।১৪)

মসিদা—'খ্বাইদগী য়াংব-কল্লব-তেজ-পুঞ্জ-নম্ব-দেহ' বিশেষণ খুদিংমক দিলীপ অমসুং স্নুমেরু অনিমক্তা শিজিন্নগনি। পৃথিবীগী মরাইদা স্নুমেরু চীঙ লৈ। মসিগী অরৈব পুন্নমক মীরম্নেন য়াংমদনি। মসিদা রত্ন-মণি অগাধ লৈ—মসিগী খ্বাইদগী য়াংব মতোন আকাশ কাওই—মসিগী সনামঙাম্না তেজপুঞ্জ নম্মৎলি। শূপ্পা হায়রবদা পাক্ চাওরব-পৃথিবী অসিবু স্নুমেরুতনা পায়দুনা থম্মিরি। মহারাজ দিলীপকীসু মতৌ অদুগুম্না হিয়ম পুন্নমক খ্বাইগী য়াংমদনি। মহাক্কী খ্বাইদগী হেন্না কন্ব-য়াংব-দেহ অমসুং তেজপুঞ্জ-নম্ব মশাগী মঙান উয়গা মহাক্সু স্নুমেরুগুম্না পৃথিবীবু রক্ষা তৌবিরিমাল্লে নিঙিঙ। অদুনা 'শ্লেষ' অলঙ্কারনি অদুগা শ্লেষ য়াওনা স্নুমেরুগা দিলীপকা তুলনা তৌরি, অদুনা শ্লিষ্ট উপমানি।

(খ) প্রজাগী মপু হিংলবদি প্রজাপুন্নবু মপাগুম্না।
পুন্নমক্কী অরা-অনং কম্বিগনি ইতত্তুনা॥ (রঃ বং ২।৪৮)

মসিদা 'প্রজাপুন্নবু'—প্রজা=খ্বাইপ্রজা (subjects) অদুগা মচা ( offspring ) অনিমকপু খঙনৈ। মসিদা শ্লেষ অলঙ্কারনি।

(গ) লমচৎ ভাকপা য়োকপদগী প্রজাশিঙ্গী মপানি। (রঃবং১।২৪)

মসিদস্থ 'প্রজা' শ্লেষনি।

(ঘ) "বর-পীনরিব মহাদেবস্থ নহাক্লি।
ঐনা নিরিব বরসু নহাক্লি। —( মাধবী )

মসিদা— 'বর' অর্থ অনিনি ; বর=boon, gift, অদুগা বর=Bridegroom।

(চ) নহাক নত্তনা, সহায় ইরোইনব, শাগৈ—
জাত্তা চাউথোকপ, করম্ব নৃপতিনা, গুণ
পাম্বী, জাৎকী-মচা, মনঃহুবী মশামকী
নৃপীগুম্বী রাজশ্রীবু হুহন্দ্রা শক্রবু ? ( কিঃ আঃ ১।৩১ )

মসিদা—নৃপী উপমান— রাজশ্রী ( রাজলক্ষ্মী )—উপমেয়। বিশেষণ—গুণ-পাম্বী, জাৎকী মচা অমসুং মনঃহুবী—নৃপী অমসুং রাজশ্রী অনিমকী সাধারণ ( common ) নি। অদুনা শ্লেষ য়াওব উপমানি।

শ্লেষগা যমকা খেন্নবা— শব্দ অমা তোঙান্-তোঙাম্ব অর্থদা অনিরক্ শিজিন্নবা যমকা অদুগা শ্লেষদা অমুক্তা শিজিন্নবা।

## ৪। বক্রোক্তি।

শব্দ অমা অর্থ অমদা শিজিন্নবদা অহংবা অমদি খোন্ ওন্নদগী অতৈ অর্থ অমরোমদা লৌরবদি বক্রোক্তি অলঙ্কার ওই। বক্তানা, অসিদা অমা হায়নিংবা শ্রোতানা অতৈ-অমরোমদা অর্থ লৌবা—অসিগুম্বদা অশেংবা বক্রোক্তি থোকই।

বক্রোক্তি মখল অনিনি :— শ্লেষ বক্রোক্তি অমসুং কাকু

বক্রোক্তি। বক্তাগী রাইহৈ শ্রোতানা শ্লেষ তৌদুনা অতোপ্প অর্থ অমা লৌরবদি শ্লেষ বক্রোক্তি কৌই।

(ক) বক্তা। নিপামচা! নং করি তম্লি।
শ্রোতা। আছু, হৈনৌ অসে।

মসিদা বক্তানা খঙনিংলিবনা করি ক্লাসদা তম্বা,—শ্রোতানা হৈনৌ তেংপাক্লা তম্বা অর্থ পুথোক্তনা উৎলি। শ্লেষ বক্রোক্তিনি।

(খ) বক্তা। চাক্ কাখরেদা।
শ্রোতা। চেং অরিবনি।

মসিদা—বক্তানা হায়রিবনা চাক য়াম্না কায়ে; শ্রোতানা অর্থ পুখোক্তনা উৎলিবনা— চেং অরিবদি চাক য়াম্না কায়। অছুনা শ্লেষ বক্রোক্তিনি।

মন্তব্য :—শ্রোতানা বক্তাগী মতলব খঙনা খঙনা (knowingly) খুঁসনা লম্বি শেরান্নবা চৎপনি—উদ্দেশ্যদি কুৈম্ন তৌবা ( wits and humar ).

(২) কাকু-বক্রোক্তি— অলঙ্কার অসিদা বক্তাগী রাঙাং খোন্দাদা লৈরে। মসিদা-হংবদা খোন্থোক মখল অমনা য়াদববু ( negation ) অয়াবা ( affirmation ) অদুগা অয়াববু য়াদবা ওইনা শ্রোতানা লৌই ইঙ্গিৎনা। মতম অদুদা কাকু-বক্রোক্তি ওই।

(ক) শাৎপরা থম্বান্ কদোঁঙৈ অমোৎপ ঈশিংদা ?

( মেঃ বঃ কাঃ ৪।৬৭ )

মসিদা—'শাক্তে' হায়না লৌরে।

(খ) × × × লায়য়বনা রত্ন
কংলগা, কদৌডৈ মাবু মীয়াইত্রা, পামুবি ? (মেঃ বঃ কাঃ
মসিদা—'মীয়াইদে' হায়না লৌরে। ৪।৬৭৪-৭৫)

(গ) × × × পোক্কম্ চীং থাজ্রনা
চেন্থরকপদা তুরেন্না সাগর তমত্না
কনাগী শক্তি লৈবগে মাগী ঈচেল থিংবা ?
দানব মযোম্মি ঐদি ; হিংচ-শাগৈ মৌনি ;
রাবণ-ইকুনি ঐগী, স্বামী মেঘনাদ,
কিগদরা, সখি ঐনা ভিখারী রামছবু ? (মেঃবঃকাঃ৩।৭৫-৮০)

মসিদা 'থিংবা ঙমদে' অদুগা 'কিদে' হায়বা তাকই।

(ঘ) মূর্খ। পানিঙ্ডি কনানা, জীব মচা নংবু !
নঙ্গুম্ব জীবদা খুৎলাই থানদে ঐখোয়দি
খুসিনা। লমছুইগা চীংয়বনে সিংহীনা ? [মেঃবঃকাঃ৩।১৯৩]

মসিদা—'কনাস্থ পানিংদে' অদুগা 'চীংদে' হায়বা তাকই।

[ঙ] × × কনা শেগায় থস্বাঙ্গ মনা ? [মেঃ বঃ কাঃ ৪।৮১]

[চ] ঐঙোন্দা কৈদৌ পীরিবা, অরেম্ব মৈচাকৃসি।
গ্রহদোষ লৈব মীবু নিন্দানৈ কনানা ? (মেঃবঃকাঃ ১।৩৫৮)

[ছ] × × পদ্মিনী-শাৎপরা কদৌডৈ অনৈব
ঈশিংদা ? উবগে তারা কনানা কদৌডৈ
নোংনা কূপ্ত অতিয়াদা ? (মেঃ বঃ কাঃ ৬।৯৫-৯৭)

[জ] কৈরাং মন্নুংদা চণ্ডলব পাম্ববু কদৌডৈ
থাদোকপগে কিরাতনা ? × × (মেঃবঃকাঃ ৬।৪৮৭-৮৮)

[ঝ] × × লৈরাংনা লৈমন্‌চন্বদা
কদৌডৈ লুনা মহাকুপু তৌবগে কনানা ? (বীঃকাঃ১।৫৮-৫৯)

[ঞ] হিংবগী আশা, কনানা খাদোকপগে হেক্তা ? (বীঃকাঃ১।১৬৬)

[ট] অচাকপ-মৈবু কদৌডৈ কনা ঙম্মি লোৎপা ? (বীঃকাঃ২।২৬)

[ঠ] × × লৈ চামা চামা শাৎপ-বন্দা,
লুঙাইবা করিগী ফংলোই মমুপান্ন, সখা ? (বীঃকাঃ৬।১৯-২০)

[ড] খোইমু চামা ঙংলবস্থ খুসীনা মখোঙদা ;
তৌরবস্থ মনাকোংদা মিনতি লিশিংলক্‌
নামিবনা, শাৎপরনে কদৌডৈ থম্বাগা,
সনজিং উদয়গিরিদা মিাংর উদনা,
কিরীটি ? × × × ( বীঃ কাঃ ৬।৫৬-৬০)

[ঢ] কাউখরবদি নহাক্না, কাউববু ঙম্‌গন্দ্রা
দ্রৌপদীনা ? × × ( বীঃ কাঃ ৬ ১৩৫-৩৬ )

[ণ] সনা অলঙ্কার শিব মখোয়না, মকোক্তা,
খোরিদা, খুত্তা; মখোঙদা লূপা শিদবরা? (বীঃকাঃ৬।১৭৬-৭৭

[ত] × × নরমণি ! কনা কোয় বিদেশতা;
নুপী নহাবু ময়ুমদা থমগুনা মথন্তা ? ( বীঃ কাঃ ৬।২০৭-৮ )

[থ] × × × লমহুইনবু
ঙম্বরা থক্‌ মায়থিহম্বা শা-নিংথৌ সিংহবু ? (বীঃকাঃ ৭।৬৫)

[দ] হিঙিঙ কনা খায়াত্তগী কাল অজাগর ?
মবুক লাম্লব সিংহনা সিংহনাদ তৌনা
উমঙ্গী শা-যণ ফাবদা কনা কল্লি মাবু ? (বীঃকাঃ ৮।৮০-৮২)

(ধ) শজি অমোমগী মপিনা মুথৎপ্রা কদৌষৈ
লম্মৈবু ? নুংশিব-কুহু খোঙ্গাংনা কোকিলগী
মখোল হৌব মালংববু নঙ্কাংপ্রা কদৌষৈ ?
পাণ্ডবগী সাধনাবু তৌব্রা অকম্বনা ? (বীঃকাঃ১১।৯৭-১০১)

(ন) মতমগী ঈচেনবু থৎপিনবা কনা লৈবগে ? (মাধবী)

—'লৈতে' হায়বনি।

## শ্লেষ অমসুং বক্রোক্তি।

শ্লেষগা শ্লেষ-বক্রোক্তিগা য়াম্না খেন্নৈ। শ্লেষদা শব্দ অমা অনিরক নত্রগা অতুদগী হেন্না তোঙান-তোঙাম্ব অর্থদা শিজিন্নৈ, অতুগা শ্লেষ বক্রোক্তিদা বক্তা অমসুং শ্রোতানা মহৈ মহৈ অর্থ তোপ্পা লৌনবনি। মসিদা অনিনা লৌশিংশিংবা তাম্নবনি।

(আলঙ্কারিক ভামহগী মত— বক্রোক্তি য়াওদনা কাব্য অমতা ওইদে, বক্রোক্তিমক অলঙ্কারপুম্বগী মূলনি।)

## ৫। ধ্বন্যুক্তি।

শব্দ হায়দোকপদা অর্থ সামিন্ উৎলবদি, হায়বদি বাক্যগী মখোন্ অতুনা অর্থ খঙনরবদি—অতুগা মতুগা লোয়নননা পুক্নিংদসু শুর পাল্লগাদ ধ্বন্যুক্তি অলঙ্কার ওই। মতুদি :—

নোং খাক্লে নোং খোংলে নোং তারে
থ্রাক্ থ্রাক্ থ্রাক্ গ্রোং গ্রোং প্রোপ, প্রোপ, তারে
মালেম লৈমাই শীন্না চোৎলে
হোম্ হোম্ পেৎ পেৎ বৃৎ বৃৎ লাউরে। (লৈ-চরোং)

## ৬। পুনরুক্তবদাভাস ( হঞ্জিন্না হায়বগুম মাম্বা )

অর্থ অমত্তা থঙনব তোঙান্ন শব্দ শিজিন্নবদা অহান্নবদদি হঞ্জিল্লমাল্লে খন্না অদুগা মতুংদা অর্থ ময়েক শেংলবদদি হঞ্জিন্ন দোষ খল্লক্কব মতমদা পুনরুক্তবদাভাস ( হন্না হায়বগুম মান্ন ) অলঙ্কার ওই। মতুদি :—

× × × করিগীনো, হায়য়ু, চাগ্নবীও,
খঙহৌদনা লাংতক্লিবা জলপাও পাশী ? (মেঃ বঃ কাঃ ১ ৪৫২)

মসিদা—জলপতি অমসুং পাশী-পদ অনিসিগী অর্থ বরুণ-দেবনি। অদুবু 'পাশ' কৌব খুৎলাইগী মপু বরুণদেবনি, মগাক-পুনি 'জলপতি পাশী' হায়রিবা। অদু ওইরবদি জলপাতগী বিশেষণ পাশীনি। মসিদা হন্না হায়ব-দোষ লৈতরে, হন্না হায়বা মাল্লে নিংবতনি। খুদম খর তাঙিঙ।

## অর্থালঙ্কার।

শব্দগী অর্থদা যুম্ফম ওইব অলঙ্কার অদুবু অর্থালঙ্কার কৌই। মসিদা হান্না শিজিন্নব শব্দ লৌথোক্লুনা অর্থ মান্নব অতৈ শব্দ অমা ( Synonym ) শিজিন্নরবসু অলঙ্কার অদু মাঙদে। মরম অদুনা মসিবু অর্থালঙ্কার কৌরিবনি।

অর্থালঙ্কার চাউরাক্না মখল মঙা থোকপা য়াই :—১। সাদৃশ্য-মূল ( মান্নব-মপুং Similarity ), ২। বিরোধমূল ( য়ানদব-মপুং—contrary ), ৩। শৃঙ্খলামূল ( মথং-মনাও নাইব-মপুং

—order ), ৪। ন্যায়মূল ( কারণ-মপুং—Reasonability) অমসুং ৫। গূঢ়ার্থপ্রতীতিমূল ( মনুঙ্গী অর্থ খঙনব মপুং—based on underlying meaning )।

১। সাদৃশ্যমূল— উপমা, উৎপ্রেক্ষা, রূপক, উল্লেখ, সন্দেহ, দীপক, ভ্রান্তিমান, অপহ্নুতি, নিশ্চয়, নিদর্শনা, দৃষ্টান্ত, প্রতিবস্তূপমা, সমাসোক্তি, ব্যতিরেক, অতিশয়োক্তি, তুল্যযোগিতা, স্মরণ-নচিংবা।

২। বিরোধ-মূল— বিরোধাভাস, বিভাবনা, বিশেষোক্তি, অসঙ্গতি, বিষম, অধিক, অনুকূল, ব্যাঘাত, অন্যোন্য।

৩। শৃঙ্খলামূল—কারণমালা, একাবলী, সার, মালাদীপক।

৪। ন্যায়মূল— অর্থাপত্তি, কাব্যলিঙ্গ, অনুমান, পর্য্যায়, পরিবৃত্তি, সমুচ্চয়, পরি-সংখ্যা, উত্তর, সমাধি, সামান্য, তদ্‌গুণ।

৫। গূঢ়ার্থ-প্রতীতিমূল—অর্থান্তর-ন্যাস, অপ্রস্তুত-প্রশংসা, আক্ষেপ, ব্যাজ-স্তুতি, পর্য্যায়োক্ত, পরিকর, সূক্ষ্ম, ব্যাজোক্তি, স্বভাবোক্তি, ভাবিক, উদাত্ত।

## (ক) উপমা।

অখঙব-পোৎ অমগা খর-রাৎনা খঙব-পোৎ অতৈ অমগা চাংদম্নবা খর-রাৎনা খঙব-পোৎ অদুগী মশক-মতৌ খঙনবা হোৎনৈ। মসি মীওইবগী স্বভাবনি। কালিমুক মুব পোৎ অমা হায়বদা পোৎ অদুগী মচু অদুমক খঙনরে। 'য়াতাদি শাবিনিদনা' হায়বদা কনাগুম্বগী ময়াগী ক্বিভম অদুম্বক খঙনরে।

চাংদম্নবদা জাং মাম্নদব পোং অনিগী শক্-চু, গুণ, অবস্থা, থবক অদুগা মখোয় অসিনা অমগামগা য়াম্নদুনা সাধারণ ধর্ম্ম (common property) অমা লৈগনি। অস্নুম তৌদুনা বাক্য অমদা জাং তোঙাম্ব অদুগা গুণ-মাম্নব পোং অনিগী মাম্নবা উৎপদা ফজবা খোক্লবদি উপমা অলঙ্কার ( simile ) কৌই। হায়বদি সাধারণ ধর্ম্ম মাম্নব-জাং তোঙাম্ব পোং অনিগী মাম্নবা উৎপবু উপমা কৌই। চাংদম্নবদা অহেন্ব-অকাওব পোং অমগা হন্থব অতৈ অমগা মাইম্নে হায়ববু উপমা অলঙ্কার কৌই। অলঙ্কার অসিগী অঙ্গ ( factors ) মরি লৈ। মদুদি :—

[১] চাংদম্নরিব-পোং নত্রগা বিষয়বু উপমেয় কৌই। 'থম্বান্দৌনা ফজব মায়খোং'—মসিদা চাংদম্নরিব-পোং—মায়খোংনি,—অদুনা উপমেয়নি। মায়খোংতবু ঐনা বর্ণনা তৌরি, অদুনা 'মায়খোং' মপুংনি; মসিদা থম্বানগা চাংদম্নদনা থাগা চাংদম্নর-বদি—'মায়খোং' উপমেয় অদুমক লেঙদনা লৈনি। অদুনা আলঙ্কারিকশিংনা উপমেয়বু 'প্রকৃত', 'বর্ণনীয় বিষয়', 'প্রস্তুত'—নচিংব Technical terms শিজিন্নৈ।

[২] চাংদম্নবদা পোং অমগা তুলনা তৌনৈ; মদুবু উপমান কৌই। (হায়বদি, মকম অয়াম্বদা হকথেংননা অমদি ইমাঙদা লৈতব-পোং অমা হায়দুনা মহাক্কা তুলনা তৌনৈ—মদুবু উপমান কৌই)। মথক্কী (১) দা য়াওরিব খুদম অসিদা 'থম্বান' উপমান্নি। মরমদি মাঙদা লৈতব-থম্বানগা মায়খোঙ্গা চাংদম্নরি। উপমান হকথেংনদব, মপানগী পোংনি, অদুনা 'অপ্রস্তুত', 'অপ্রকৃত' নচিংব technical terms শিজিন্নৈ।

[৩] উপমেয়গা উপমানগা তুলনা য়াহল্লিব ধর্ম্ম হায়বদি গুণবু সামান্য ( সাধারণ ) ধর্ম্ম কৌই। 'থম্বান' অমসুং 'মায়থোং'—গী সাধারণ ধর্ম্ম ( গুণ ) 'ফজবা' নি। হায়বদি উপমেয় অমসুং উপমানগী সাধারণ পোং (common property) নি।

সাধারণ ধর্ম্ম অসি পোংকী—শকচু, গুণ, থবক, অবস্থা—দা মপুং ওই। 'থম্বান্দোনা ফজব-মায়থোং'—অসিদা উপমেয় অমসুং উপমান্দা ফজবা-গুণ লৈ—হায়বা তাকই। ফজবা-গুণ সাধারণ ধর্ম্মনি।

[৪] মান্নবা, মান্বা, গুম্বা, দৌনা—নচিংবসি মান্নব-খঙনব শব্দনি। মখোয়সিনা উপমেয়গা উপমানগা অমত্তদা শম্নহল্লি—মরি লৈনহল্লি। মখোয়সিবু সাদৃশ্য-বাচক ( মান্নব-খঙনব ) অমদি 'বাচক'-তা হায়নৈ।

খুদম—[ক] দময়ন্তী রতিগা মান্নবা ফজে, সীতাগুম্না মপুরোইব নিঙিঙ, অতুগা মাগী অঙ্গকান্তি থাবন্দোনা লঙিঙ।

| মসিদা— উপমেয় | উপমান | সাধারণ ধর্ম্ম | বাচক (খঙনব-য়াহৈ) |
|---|---|---|---|
| দময়ন্তী | রতি | ফজবা (গুণ) | মান্নবা |
| " | সীতা | মপুরোইব নিঙবা (গুণ) | গুম্না |
| " | থাবল | অঙ্গকান্তি (কুচু) | দৌনা |

[খ] শব্দার্থগুম্ পক্শিন্নবা শব্দার্থ মুন্না খঙনবা।

খুরুম্জে হর-গৌরীদা জগৎপুম্বে মমা মপা॥ (রঃবং ১।১)

| উপমেয় | উপমান | সাধা: ধঃ | বাচক |
|---|---|---|---|
| হর | অর্থ | } পক্শিন্নবা | |
| গৌরী | শব্দ | } থানদবা (অবস্থা) গুম্ | |

[গ] কিব-মেঙব রাজগুন্না লৈতেংলব মহাক্নি।
শা-ঙা-রত্নগী মরম্না সমুদ্রনা তৌ'গুম্বনি ॥
মথাপোন্ন প্রজাশিঙ্গী কিনকম্নি চঙজকম্নি ॥ (রঃবং১।১৬)

মসি 'উপমা কালিদাসগী'নি—হায়বগী অফাওব খুদম অমনি। উপমেয় 'মহাক্' ( দিলীপ ), উপমান 'সমুদ্র'। শা-ঙা লৈবনা মীনা কিহুনা সমুদ্রদা পাক্ চঙবা ঙমদে, অদুবু রত্ন পানৃদুনা চঙনৈ। অদুগুম্না প্রজাশিংনা নিংথৌদা পাক চঙবা ঙমদে, করিনা দিলীপকী অকিব-গুণ লৈ ; অদুমকপু অমেংব গুণ লৈবনা প্রজা-শিংনা মঙোন্দা চঙজে। হায়বদি দিলীপ ফত্তবগী কিনকম অদুগা অফবগী চঙজকম্নি। মসিদা—'কিব-মেঙব রাজগুণ' উপমেয়, 'শা-ঙা-রত্ন' উপমান। অদুনা পূর্ণোপমানি।

[ঘ] অনৌব ময়োল্ল মতৌগুম্ মেঙনা লংবী মচু ঙাঙবী,
মরাইবক্তা হায়রপ খোয়ব অঙৌব মতু হৌরিবী,
নিংথিরম্বী সন্ধ্যাগুম্না অনৌব থানা লৈতেংবী ॥ (রঃবং১।৮৩)

মসিসু কালিদাসগী চমৎকার উপমা অমনি :—মকম্-মতম্ নিংথিজনা চুনবা। নন্দিনী উপমেয়, সন্ধ্যা উপমান। নন্দিনী অমসুং সন্ধ্যা অনিমক আশ্রমদা থুঙজরে। অনিমক অঙাঙবীনি। নন্দিনীগী মন্নাইবক থা-মচেৎ শানা তাঙিঙ অদুগা সন্ধ্যাগী

আকাশগুম্ব মরাইবক্তা অনৌব-থা ( প্রতিপদগী থা ) থোকই। মসিদা সাধারণ ধর্ম্মস্ত্ব উপমেয় উপমান ওইরে। পূর্ণোপমানি।

[ঙ] × × × থাওমৈ অমগা, মঙোন্দৈ চুখিব
অতোপ্প থাওমৈগা, ওয়গুম্না চপ মান্নবা। (বীঃকাঃ৯।৫৯-৬০)

মসি জাহ্নবীনা শান্তনু রাজাদা হায়বনি। উপমেয়-শান্তনু অমসুং দেবব্রত ( ভীষ্ম ), উপমান মখংশিংনা 'থাওমৈ অমা' অমসুং 'অতোপ্প থাওমৈ'।

[চ] সমুদ্রগী ময়ায়দা লক্ষ্মী-সরস্বতী অনিনা খত্রাংনা লৈবগুম্না লতা কুঞ্জনুংদা নূপীমচা অনিখক······উরে।—উপমেয়— নূপীমচা অনি (উরীরৈ মাধবী) উপমান—লক্ষ্মী সরস্বতী।
(মাধবী)

উপমা-মখল কয়ামরুম শুই ;—পূর্ণোপমা, লুপ্তোপমা, মালোপমা, স্মরণোপমা, মহোপমা, প্রতিবস্তূপমা অমসুং বিম্ব-প্রতিবিম্বোপমা।

**পূর্ণোপমা**— উপমাগী অঙ্গ ( factors ) মরিমক য়াওব উপমাবু পূর্ণোপমা কৌই। মথক্কী (খ), (গ), (ঘ) অমসুং (ঙ) খুদমশিংসি পূর্ণোপমানি।

[ক] নুংশিবিন্থনা বিধাতা ঈশিং চাইত্থনা য়োকপিবা।
মহৈ য়ান্দবা আশ্রমগী পাম্বী মচা গুম খন্দুনা।
ইচা লৈতব ঐহাক্কী করিগী রারোই গুরুনা॥ (রঃবং ১।৭০)

| উপমেয় | উপমান | সাঃ ধর্ম্ম | বাচক |
|---|---|---|---|
| মচাপোক্তব | মহৈ য়ান্দব | অরাবা | গুম্ |
| দিলীপ | পাম্বী | (অবস্থা) | |

মসি কালিদাসগী উপমা অথোইবনি। দিলীপ্পা আশ্রমগী নাক্‌-য়েৎকী অবস্থাদগী ( environments ) উপমান অসি লৌবনি। মসিদা দিলীপ্পা হায়রি—হে ভগবন্‌! আশ্রমগী পাম্বী অমবু ঋতু মতমদা মহৈ য়ান্দবা উবদা গুরুনা কয়া রারি—পাম্বীসু ঐসু গুরুগী নচাগুম্বনি। অতুনা ঐগী ইচা পোক্কবনা গুরুদা করিগী অরাবা পীরোইদগে ?

[খ] চৎলি মতম খোঙলৈ ইন্না অরা-নুঙাইব পরেংনা।
উরু-উরু লৈবগুম্না কাঙখোঙ্গী মশা পরেংনা॥ (স্বঃবাঃদঃ১।৪)

| উপমেয় | উপমান | সাঃ ধঃ | বাচক |
|---|---|---|---|
| অরা-নুঙাইবা | কাঙখোং | মথং মথং | গুম্না |
| | মশা | চৎপা (গতি) | |

[গ] হিংচাব লান্দা হৈশিংব, লীকং বজ্রগা তরুব,
পাঙ্গল-থোনা-চাং লৈতব, জাৎকী চাব-মরিল্লৈব,
নিংথৌরেন রঘু অতুগুম্ব নং ওইরে' জগত্তা লংলব
গুণ পূম্নমক্কী তুংলফম্বু। (প্রঃ নাঃ ৪।১০)

মসি—ভরতকা উনবদা লক্ষ্মণনা ভরত্তা বরা পীখিবনি ;

| উপমেয় | উপমান | সাঃ ধঃ | বাচক |
|---|---|---|---|
| নং (ভরত) | নিংথৌরেন | হিংচাব··· | (গুণ) গুম্ব |
| | রঘু | ···মরিল্লৈব | |

[ঘ] ··· ··· ··· ··· রবি কায়নবদা,
পদ্মিনীনা রাবদগী মকা উম্‌শিন্বগুম্‌,
তম্‌থিব প্রাণ উম্‌শিল্লে নহাক লৈতবদা। (বীঃকাঃ৬।৫৩-৫৫)

| উপমেয় | উপান | সা: ধঃ | বাচক |
|---|---|---|---|
| নহাক (অর্জ্জুন) | রবি | অরাবা (অবস্থা) | গুম্ |
| দ্রৌপদী | পাদ্মিনী | | |
| প্রাণ | মকা | | |

[ঙ] × × নোংথাং কৃপ্লগুম্ ইরং ইরং লংনা
পাইরম্মী তেন্মপৈ মপৈ, আকাশদা হুইশ্
হুইশ্ লাউনা। (মেঃ বঃ কাঃ ১।১৬০ ৬২)

মসিদা—উপমেয় 'তেন্মপৈ'; উপমান—নোংথাং কৃপ্লা; সাধারণ-ধর্ম্ম—'ইরং-ইরং-লংনা'; বাচক—গুম্।

[চ] × × সিন্দুর বিন্দু নিংখিরে লাইবক্তা,
নুমদাংরাই-লাইবক্তা, কজে! তারা-রত্নগুম্না! (মেঃ বঃ কাঃ ৪।৮৫ ৮৬)

—সরমানা সীতাগী লাইবক্তা সিন্দুর নম্বনি।

উপমেয় 'সীতাগী লাইবক', 'সিন্দুর বিন্দু'; উপমান 'নুমদাংরাই-লাইবক (আকাশ), তারা-রত্ন। সাধারণ ধর্ম্ম 'নিংখিবা' বাচক—গুম্না।

[ছ] শাতাম্বগী লাং উরবদা শজী অমোম্না মমিৎ তথক তথক য়েংবগুম্ উপায় লৈত্রবী উরীরৈ অহু—তুংদা থোক্কদব অরাবকী রাখল খন্বদা থোইদোক্লা মিপাইরে। (মাধবী)

—উপমেয়—উরীরৈ, তুঙ্গী অরাব রাখল্,—উপমান—মথং-শিৎনা—শজী অমোম, শাতাম্বগী লাং; সাঃ ধর্ম্ম—মুংশাখিব দশা, বাচক—গুম্। অহুনা পূর্ণোপমানি।

[জ] অশংব-নাপীনা কূপ্পব পাৎশিং অত্থ করাংজি অশংব থাহ্নুনা থম্বগুম্না নিংথিজরি। ( মাধবী )

উপমেয়—অশংব-নাপী-কূপ্প পাৎ, উপমান—অশংব করাংজি থাব-লম্, সাঃ ধর্ম্ম—নিংথিজবা ( গুণ ) বাচক—গুম্।

[ঝ] গোমুখীগী নাপোম্‌দা
ভাগীরথী গঙ্গানা
ঈচেল্ কাংনা চেম্বগুম্
থমোই লকানুংত্থদা
শিন্থরকপ লাইজনা
মিৎলুগী নাপোম্ থূম্নরি। ( থাঃ লৈঃ )

উপমেয়—থমোইলকা, লাইজ, মিৎলু নাপোম ; উপমান—মথংশিৎনা গোমুখী নাপোম, গঙ্গা, অকাংব-ঈচেল্ ; সাঃ ধর্ম্ম—থম্বা ( অবস্থা ), বাচক—গুম্।

[ঞ] লোইদাম্-থাবুম কাবগা
রাঙ্গোন শংজিন্ তাবগা
অমং য়াইথোং কূম্বনা মিনা-হকচাং ইথগুম্
তাইবং থুত্থং লীরকই। ( থাঃ লৈঃ )
× × × ×

উপমেয়— অমং-য়াইথোং কুম্ব, তাইবং, উপমান— মিনা, হকচা,—সাঃ ধর্ম্ম—তুংইম্বা, বাচক—গুম্।

**লুপ্তোপমা**— উপমাগী-অঙ্গ অমা, অনি অমদি অহুম য়াওদব মতমদা লুপ্তোপমা অলঙ্কার ওই। মহুদি :—

[ক] নপাবি শরচ্চন্দ্র, নমৌ শরচ্চন্দ্রা
তারা লুহুপ থোন্বী অহিং মান্নবী নহাক্লা
রাক্ষসশিঙ্গী মবেম্মা ? ( মেঃ বং কাঃ ৫।৪৫৩-৫৫ )

—ইন্দ্রজিৎ-প্রমীলা অনিনা মন্দোদরীদগী বিদায় লৌগে চৎখি। মন্দোদরীনা শিব-মন্দিরদগী হেক থোরকৃপদা মঙোন্দা অনিনা থুরম্মম্মী। মসিদা কবিনা ঃ—

| উপমেয় | উপমান | সাঃ ধঃ | বাচক |
|---|---|---|---|
| নপারি (ইন্দ্রজিৎ) | শরচ্চন্দ্র | — | — |
| নমৌ (প্রমীলা) | শরচ্চন্দ্রা | — | — |
| নহাক্লা (মন্দোদরী) | অহিং | — | মান্নবী |

[খ] মাগী তুংদা শূল-পায়বী বীরাঙ্গনা রক্লা
প্রমীলা, তারা মপৈদা পূর্ণচন্দ্র গুম্না। (মেঃবংকাঃ৩।৩৮৪ ৮৫)

উপমেয়—'প্রমীলা', বীরাঙ্গনা'; উপমান—'পূর্ণচন্দ্র', 'তারা'; সাধারণ ধর্ম্ম য়াওদে ; বাচক—গুম্না।

[গ] মায়থোং শরৎ থাজ মান্বী প্রমীলা শুন্দরী। (মঃ বঃ কাঃ)

উপমেয়, 'মায়থোং' উপমান, 'শরৎ থাজ' বাচক—মান্বী ; সাধারণ ধর্ম্ম—য়াওদে।

[ঘ] মহুম্ শান্নুনা নুঙাইনা, মনঃ'সিদা চেক্লা
লৈজরম্মী; ব্যাধ শানা লাক্কুনা কারিগী
মাবু হাৎনৈ ? × × × ( বীঃ কাঃ ১।১৪৯ ৫১ )

* মালোপমা— উপমেয় অমগী উপমান অমদগী হেল্লবদি মালোপমা কৌই। হায়বদি উপমেয়না অমা, উপমান্না ময়াম্। মহুদি :—

(ক) প্রলয়গী মত্তমদা লেঙবগুম্ মেরুনা,
গুম্বখক্ অমৃদব কংবগুম্ সাগরনা,
মকোইত মউব তাবগুম্ সূর্য্যনা,
নিংথৌগী দেহ-মন্ পত্থরে রাবনা ॥ (প্রঃ নাঃ ২।১)

মসিদা—উপমেয়, নিংথৌ ; উপমান, মেরু, সাগর, অমুগা সূর্য্য।

(খ) × × মাননীয়া বৈদেহী লৈরে অসিদা—
হাইহৎলে নাপী নিঙেঙাল্গুম্,
হাইরে লৈশাৎপী উরীগুম্ ॥
নক্কৎলে পাপী রাবন্না।
হুখ্রে বন্দে তপ্‌কী ফল্গুম্ ॥ ( প্রঃ নাঃ ৬।২ )

মসিদা উপমেয়—বৈদেহী (সীতা), উপমান—নাপী নিঙেঙাল, উরী অমসুং তপকী ফল।

(গ) ... ... ... ... মহিষ নৈহৎপী
দুর্গাগুম্না সিংহথক্তা, ঐরাবত্তা শচী
ইন্দ্রানী; গরুড়-থক্তা রমা উপেন্দ্রগী
প্রিয়া, ঙাল্লি থৌনা ফবী সতী বড়বাদা। ( মেঃ বঃ কাঃ
৩।৩৯০-৩)

---

*যদোপমেয়স্যৈকস্যোপমানং বহু দৃশ্যতে তদা মালোপমা। সাঃ দঃ

মসিদা—উপমেয়—সতী ( প্রমীলা ), উপমান—দুর্গা, শচী, রমা।

(ঘ) দময়ন্তী কজে রতিগুম্না,
মপুরোইব নিঙিঙ সীতাগুম্না,
অঙ্গকান্তি লঙিঙ থাবলগুম্না।

উপমেয়—দময়ন্তী ; উপমান—রতি, সীতা, থাবল।

(ঙ) মায়থোং মকুশিল্লে দেবীগী, আহাহা, মাৈরদা
খনি-অমম্ব-গর্ভদা ( কংদব মকমদা
সূর্য্যগী মঙান্ করিশু ) সূর্য্যকান্ত মণি,
নত্রে তয়াল্ চিম্বান্-রমা সমুদ্র গর্ভদা। (মেঃবঃকাঃ৪।৫৩-৫৫)

উপমেয়—দেবী (সীতা), উপমান—সূর্য্যকান্ত মণি, রমা।

(চ) দীনবন্ধু, শোকুখি নাথ মকম্ কত্তবদা!
খনি-গর্ভগী মণিগুম্; কোঙ্গেং নুঙ্গী মুক্তা! (বীঃকাঃ৩।৩০-৩১)

উপমেয়, নাথ (দ্বারকানাথ), উপমান, মণি অমসুং মুক্তা।

(ছ) অহিঙ্গুম্বী, কজবীগ, থাগা তিন্নবদা
মমুদবী ; অহিঙ্গী মৈরীগুম্বী মৈখু মপৈ
য়াওদবী ; × × × (বীঃ কাঃ ১০ ৫০-৫২)

উপমেয়, কজবী ( উর্ব্বশী ), উপমান,—অহিঙগী মৈরী।

(জ) বীরেন অত্ত মক্সনা শুম্মাংলব মীগুম্না অমদি কিনা শাব
লাইকদিবীগুম্না·········চপ লেপ্তুনা লৈরে। (মাধবী)

—উপমেয়—বীরেন, উপমান—(১) মক্সনা অহং মী, (২) কিনা শাব লাইকদিবী।

(খ) মচা ক্যাপ্তৰী শক্তি অমোম্না,
মৈচাক্ খাঙবগুম্ চেখোংচুনা,
উনাথক্তা ভাগুম্ অহিং লীক্লানা,
পি শিন্দ্ৰী; মৈচাক্ খাঙলি ওন্না থোইনা। (মাধবী)

মসিদা—উপমেয়—উরীরৈ মমা (understood)—উপমান (১) শক্তি-অমোম্, (২) অহিং লীক্লা।

(ঙ) নারক্তা শাৎপ লৈরাংনা
নম্বিনবা য়াওদনা
অরেম্বদা কেম্বগুম্
ঈরাইদা লোৎপ মণিনা
য়েংবিনবা লৈতনা
অরেম্বদা ঙাম্বগুম্,
... ... ... ... ...
মণিপুর সনা লৈপাক্লা
অরেম্বদা ঙাল্লম্মী
অরেম্বদা শাৎলম্মী
খঙবিনবা লৈতনা। (খাঃ লৈঃ)

মসিদা—উপমেয়—মণিপুর, উপমান—(১) লৈরাং, (২) মণি। মসিদা 'কেম্বগুম্' গী মহুত্তা 'শাৎপগুম্' হায়রম্নবদি 'অরেম্বদা শাৎলম্মী' বাক্যাংশ অসি নিংথিজগদবনি। মসিদা ভাব কায়বা দোষ লৈরে। করিনা—'কেম্বগুম্' হায়রবনিনা 'কেল্লম্মী' হায়বা ভাবনি। তশেংবদি মহুদি নত্তে।

(ট) লাইজ-ঈপাকৃনুং'হুদা লোত্তুনা লৈব মণিগুম্,
শোংলব নায়ক্ মমুংদা লোম্না শাৎপ-লৈরাঙ্গুম্,
উবিননবা য়াওদনা খণ্ডবিননবা লৈতনা,
অরেম্বদা মাঙখরে মতম ঈপাক্তা তিন্দুনা।
... ... ... ... ... ... ... (থাঃ লৈ:)

মসিদা উপমেয়—পলেম-পন্থৌ, (উহ্য) উপমান—(১) মণি, (২) লৈরাং।

(ঠ) নোংদোন্ অতিয়া থক্তুদা
... ... ... ... ...
নোংথাংনা জগোই শাবগুম্ অয়ুকী য়ুরান্না পাইবগুম্
তাইবং লীলাগী কম্বাক্তা
উৎলম্নগা মাঙেংডাইদ্রা ? (থাঃ লৈ)

মসিদা—উপমেয়— মীওইব (understood), উপমান—(১) নোংথাং, (২) য়ুরান্।

**মহোপমা**— মহোপমা অলঙ্কার অমা নত্তে, অহুনা আলঙ্কারিক অয়াম্বনা উপমাগী মখল অমা ওইনা লৌনদে। উপমানগী কজবা য়াম্না হেল্হন্দুনা মপুং ফানা অনৌব মশক্ অমা ওইহন্ব উপমা অহুবু মহোপমা কৌই। মহাকাব্যতদা বিশেষ ওইনা অলঙ্কার অসি শিজিন্নৈ। অসিগুম্ব জাৎকী উপমা ইংরাজীদা Homeric simile অমদি Epic simile কৌনৈ। উপমেয় থাদোক্তুনা উপমানবুত্তা বিশেষ ওইনা সাজাই; অয়াম্ব মফমদা উপমানগীস্থ অনৌব উপমা পীনৈ।

× × থূনা য়াঙনা খোক্লম্মী অনিনা।
পাম্ব-অমোম্ লৈত্রিভৈদা, শাদাম্ব মতৌগুম্,
মচা হাৎলগা, সুংশিংমুক্ য়াঙনা স্বর থবেৎ
হোন্না প্রাণ পুন্থনা চেম্ব, খন্দুনা, থুদক্তা
হাৎলরনি তম্থিবীনা, উবদা অশিব
মচা, গতি লৈতন্থনা রাবনা। অমদি
দ্রোণপুত্র অশ্বত্থামা রথীগুম্, হাৎলগা
অতুম্ব অঙাং মঙাবু পাণ্ডব-লাঞ্জংদা
অহিংদা, মপান্থোক্লগা, মোন্মুক্ য়াঙনা চেম্ব,
অথুক্-হরাওনা খোয়রাংব, দুর্য্যোধন-তান্না
ফৈগন্ তেক্প কুরুরাজ কুরুক্ষেত্র লান্দা। (মেঃ বঃ কাঃ ৬।৭০৫-১৫)

মসিদা— [ অনিনা ( বিভীষণ অমসুং লক্ষ্মণ ) উপমেয়, অদুগা উপমান অনিনি— শাদাম্ব অমসুং অশ্বত্থামা। ] অদুনা মালোপমা ওইনা লৌই। মালোপমামক্তি, অদুবু মহোপমাগী মশক্-মওং মসিদা য়াওরি। শাদাম্ব অমসুং অশ্বত্থামা উপমান অনিগী বর্ণনাদা অনৌব-নিংথিবা অমা কাবনা শেম্মিরে। অদুনা মহোপমাগী থুদম্নি।

## স্মরণ অমসুং স্মরণোপমা।

করিগুম্ব পোৎ অমা থেংনবদা অমদি নিংশিংবদা ধর্ম্ম মান্নব অতৈ পোৎ অমা নিংশিংলক্লবদি স্মরণোপমা অলঙ্কার ওইগনি। পোৎ অমা নিংশিংবদা মতুগুম্ব অতৈ পোৎ অমা—মান্নরবসু—মান্নরবসু, মান্নদ্রগনা সাধারণ ধর্ম্ম মান্নবদগী, নিংশিংলক্পদা

স্মরণোপমা গুইনি। মসিদা উপমেয়-উপমানগী লক্ষণ য়াওগনি।

অদুগা পোৎ অমা নিংশিংবদা অতৈ অমদি মান্নদব পোৎ অমা নিংশিংলকপদা চমৎকার ওইনা নিংথিরবদি স্মরণালঙ্কার ওই। মসিদা উপমাগী লক্ষণ য়াওরোই। মথুদি—

[ক] ... ... ... সতী সাধ্বীনি মহাক্কি,
'দুনা অশুক্ রারি মহাক। মাবু থল্লুবদা
নিংশিংলকই পূণ্যবতী সতী সীতাগী রা।

মসিদা উপমাগী হৌনবা য়াওদে, অদুগা অমা নিংশিংবদা অতৈ মান্নব পোৎ অমসু নিংশিংলকই। অদুনা স্মরণালংকারনি।

[খ] মকারাম্ব-মায়থোংনঙ্গী, রাজন, উবদা।
অশাংপ-থম্বান্ চামানিপান্ নিংশিংলকইদা।

মসিদসু উপমাগী লক্ষণ য়াওদে। মান্নদব পোৎ নিংশিং-লকপদসু স্মরণালঙ্কার ওই। (বিশ্বনাথ)।

## স্মরণোপমাগী থুদম্ঃ—

[ক] বৈরীভস্ব মহারথী পার্থনা, যজ্ঞগী
শগোল্ লোয়নদুনা নারী-দেশদা চত্তবদা,
দেবদত্ত মোইবুং খোন্দা শাউদুনা, হয়াওনা
সাজিগুম্না বীরাঙ্গনা লান্-কুম্মৈ তৌনবা,
ইহুন্ কারে মাইগৈ মরি দুন্দুভি ধ্বনিনা;
নুপী তেজোল্ বীর মৎনা ঙাওদুনা খোরক্লে। (মেঃ বঃ কাঃ ৩৪৫-৯০)

মসিদা—প্রমীলানা লানূগী সাজন্ তৌবা মতম্‌দা কবিনা 'বীরাঙ্গনা' (নারীদেশগী প্রমীলা) না মমাঙৈদা পার্থগা লান শোক্লনবগী সাজন্ তৌখিবহু নিংশিংলক্কুনা—মহুগা উপমা তৌরি। উপমেয়—সতী প্রমীলা—উপমান—নারীদেশগী প্রমীলা। অহুনা স্মরণোপমানি।

[খ] রাবনা ক্হিংব রথীনা, লামহুনা পায়, থুনা
শঙ্খ, ঘণ্টা, খুদোন্-পাত্র, লৈরম্বমখৈদো
যজ্ঞ শংদা, হুক্লিরম্মী অমমম্ শাউহুনা;
অভিমন্যু রথীগুম্না, রথী তরেৎ পুন্না
খূংলাই পায়হন্দব লান্দা, অমুক্না থুদেক্পা
রথচূড়া, রথচক্র; অমূক্ থাং থুদেক্পা,
চুঙ্গোই ককই, লান্কী শেগাই, কংব-মখৈ খুং... ...বংকাং
...১-০৭।

মসিদা— রথীনা (মেঘনাদ—উপমেয়) ... ...কংব পোচ্চৈ লক্কন্দা লংশিম্বদা কবিনা মমাঙৈদা অভিমন্যুগী (...মান) অবস্থা নিংশিংলক্কুনা তুলনাতৌহুনা বর্ণবিরি।—অহুনা স্মরণোপমানি।

## প্রতিবস্তূপমা।

উপমেয় অমস্তুং উপমান অনিগী মরী তোঙান-তোঙাখ... ক্যদা অতোপ-অতোম্ম শব্দনা সাধারণ ধর্ম্ম অমত্তনা তুলনা ... এবাদি প্রতিবস্তূপমা অলঙ্কার ওই। মসিদা অঙ্গ (factor) ...হুম লৈগদবনি।

[১] উপমেয় অমসুং উপমানগী মরী লৈনব বাক্য অনি।

[২] বাক্য অনিগী সাধারণ ধর্ম অমত্তুদি ওইরগা তোঙান-তোঙাব শব্দনা মশক্ তোঙান্না উৎলগা তাৎপর্য্যদা অর্থ মান্নবা।

[৩] সাদৃশ্য-বাচক শিজিন্নদবা। সাধারণ ধর্ম্ম তোঙাব ভাষাদা উৎপবু বস্তুপ্রতিবস্তুভাব কৌনৈ।

[ক] গুণ-দোষ মুন্না খঙব জ্ঞানীশিংনা তাদৌবনি।
অক-কত্তবা সনাগী মৈতদা চাং-য়েংনবনি ॥ (রঃ বং ১।১০)

মসিদা—'গুণ-দোষ মুন্না খঙব জ্ঞানীশিং'.........উপমেয় 'সনা অক-কত্তবা য়েংকম্ মৈ'.........উপমান 'তাদৌবনি' অমসুং 'চাং-য়েংনবনি'—ভাষা তোঙাব অনিসিনা তাৎপর্য্যদা সাধারণ ধর্ম অমা তাক্লি। হায়বদি মৈনা সনা অক-কত্তবা লেপ্পি। জ্ঞানী-শিংনসু গুণ-দোষ লেপ্পি। অদুগা সাদৃশ্যবাচক শব্দ য়াওদে। অদুনা প্রতিবস্তূপমানি।

[খ] প্রজাশিঙ্গী উন্নতিগী লৌই কর মখোয়দগী।
নুমিৎনা য়াম্না পীনবৈ রস চুপ্পী পৃথ্বীদগী ॥ (রঃ বং ১।১৮)

মসিদা— প্রজাশিং ... ... ... উপমেয়
পৃথিবী ... ... উপমান

'কর লৌই' অমসুং 'রস চুপ্পী' তোঙাব শব্দনা তাৎপর্য্যদা অর্থ মান্নব-সাধারণ ধর্ম্ম অমা উৎলে। বাচক-শব্দ য়াওদরে; অদুনা প্রতিবস্তূপমানি।

[গ] থুঙ্গম্মী রঘুনাথনা, "মহা বৈরী ঐগী,
হে সারণ, নবুঙোদা ; 'হুবু মাই-রাবদা
রারে থোইনা হেন্না ঐনা, হায়রিসি নঙোন্দা !
উবদা রবি রাহুনা উম্ব, কায়দে কনাই
থম্মোই ? পামেন্নিংথৌ চাকুপা মহাকী তেজনা
উমংদা, মক্‌শিল্লি মমায় মাম্ম মতম্ 'মদা ! (মেঃ বঃ কাঃ
৯।৯১-৯৬ )

মসিদা—উপমেয়—ঐনা ( রান্না ) বাক্য অমদা ; উপমান—[১] কনা ( রাহুনা উম্ব রবি উব-মী ) অদুগা [২] মহাক (পামেন্-চাক্‌প) ; 'রারে', 'থমোই কায়' অমসুং 'মমায় মক্‌শিল্লি' রাহৈ তোঙাম্বনা অর্থ অমত্তা ফোংদোকপনি। বাচক শব্দ য়াওদে ; উপমান অনিনি—অদুনা মাঙ্গা-প্রতিবস্তূপমানি।

[ঘ] ·········পতি নিংবী রমণীনা, মনাই—
মশল্ লোয়নহুনা পতি নাক্তা চৎপরনে ?
মথন্তা অয়ুক্তা, প্রভু, নূজা চক্রবাক্কা
চৎলি মবুঙো নাক্তা ! × × [মেঃ বঃ কাঃ ২।৪০৯-১২]

মসিদা উপমেয়— রমণী ( উমা ) ; উপমান— চক্রবাক ; 'লোয়নহুনা চৎপরনে' হায়বদি 'চত্তে' হায়বা কাকু—বক্রোক্তিনা তাকুই, অদুনা 'মথন্তা চৎলি'—হায়বগা রাহৈ তোঙাম্বনা অর্থ মান্নবা উৎলে। অদুনা প্রতিবস্তূপমানি।

[ঙ] লঙ্কাগী বিভব মথৈ, হায়বা কনা ঙম্মি—
লাইনা পাম্মৈ, কল্পরুরি দৈত্য ? কনা ঙম্মি
সমুদ্রে রত্ন শিংখাবা, অতিয়াগী তারা ? [ মেঃ বঃ কাঃ
৬.৩৩৮-৪০ ]

উপমেয়—লক্কাগী বিভব. উপমান 'সমুদ্রে রত্ন, অমুগা 'অতিয়াগী তারা'। 'হায়বা', 'শিংথাবা'— তাৎপর্য্য মাশ্নে হায়বদি 'ওমথৈ লেপ্পা' হায়বনি। অমুনা মালা প্রতিবস্তূপমানি।

প্রতিবস্তূপমাগী মরমদা মমন্ য়াম্লব রা অনিদং লৈ :— অহান্নদা—প্রকৃত (উপমেয়) অমস্যুং অপ্রকৃত (উপমান) দা সামান্য-বিশেষ ভাব (general-particular-idea) স্থৈক্লে লৈতে। অনিমক সামান্য ওইবা মত্রেগা বিশেষ। সাদৃশ্য মূল অলঙ্কার মথৈগী মসি সাধারণ লক্ষণনি। অনিশুবদা— বাক্য অনিদা উপমেয়—উপমান অমস্যুং বস্তুপ্রতিবস্তু ভাবকী সাধারণ ধর্ম্ম লৈরবস্থু প্রতিবস্তূপমা অলঙ্কার মফম পূমনক্কা ওইদবা য়ায়। মহুদি :—

শম্লাং-চবুন তম্না তারি নঙ্গী নরাংবক্তা।
নুঙাইনা উইরি খ্বাংজেংব স্না থম্বাম্লৈকাদা॥

— 'তম্না তারি' অমুগা 'নুঙাইনা উইরি'—তাৎপর্য্য মাশ্নে— বস্তু প্রতিবস্তু ভাবকী (মশাগা-মামগী ওইবা) সাধারণ ধর্ম্মনি; উপমেয়—'শম্লাং-চবুন্', উপমান — 'খ্বাংজেংব'। অমুনা 'প্রতিবস্তূপমা' নি হায়না খল্লি ; অদুবু হেক্ য়েংবদা বাক্য অনিনি; অদুবু 'মাল্লে' হায়ব রাহৈনা আনবু মিলাইরি—'মাল্লে'-উহ্য-নি। ( understood )—'শম্লাং চবুন্ নরাংবক্তা তারিবদু খ্বাংজেংবনা স্না থম্বাম্লৈকাদা তোংবা মাল্লে'— অমুনা প্রতীয়মান-উৎপ্রেক্ষা অলঙ্কারনি।

## (খ) উৎপ্রেক্ষা।

উৎপ্রেক্ষাগী অর্থ চিংনবা। উপমেয়বু য়াম্না মান্নবদগী উপমান্নি হায়না চিংনববু উৎপ্রেক্ষা অলঙ্কার কৌই। অমরোমদা উপমান্দা উপমেয় ওইরমাল্লে লৌনবুসু উৎপ্রেক্ষা অলঙ্কার কৌই। মসিদা চিংনব-ভাব লৈগনি, চিংনবা অসিদা উপমান্না হেন্না কন্‌গনি।

উৎপ্রেক্ষা মখল অনিনি—বাচ্য-উৎপ্রেক্ষা অমসুং প্রতীয়মান (গম্য) উৎপ্রেক্ষা। অনি অসি নত্তবা মাল্লোৎপ্রেক্ষা কৌব অমা আলঙ্কারিকশিংনা হায়রি।

বাচ্যোৎপ্রেক্ষা (বাচ্য+উৎপ্রেক্ষা) 'গুম্', 'মাল্লে', 'গুম্মী', 'ওইরমাল্লে'— অসিনচিংব—ওইবয়াবা (সম্ভাবনা) খঙনব-রাহৈ য়াওবদা বাচ্যোৎপ্রেক্ষা অলঙ্কার ওই।

[ক] 'গুণ পুম্ব ওন্নব গুণগা পোক্‌মিন্নগুম্ কায়নদে'। (র:বং১।২২)

মসিদা 'গুণগা ওন্নব গুণগা'—উপমেয়, 'পোকমিন্নব মচিন্‌মনাও'—উপমান—উপমানগী 'পোকমিন্নব' হায়বসি উপমেয়দা ওইরমাল্লে হায়না চিংনরে। অদুনা উৎপ্রেক্ষানি।

[খ] আশ্রমগী রাবা খন্দুনা লোয়নৈ মনাই খরদা।
কোয়শিন্নগুম্মী তেঙ্গোন্না মতিক্ মঙান্ উবদা। (রঃবং ১।৩৭)

মসিদা—উপমেয়—রাজা দিলীপ—মনাই য়ামদ্রবসু মতিক্‌মঙান্ উবদা; নিংথৌ (উপমান) তেঙ্গোন্ ময়াম্না কোয়শিন্দুনা চৎপমাল্লে লৌরে। অদুনা উৎপ্রেক্ষা।

[গ] চুমথ্রিং চুম্না ইশন্ শল্লা মতৎ মতৎ ইচাই চাইনা,
অমুক্ পাইখৎ অমুক্ পাইথ লৈথোক্-লৈশিন তৌরম্লনা
সপ্তর্ষিমণ্ডল্ মতৌগুম্ খোইদ্রিং খোইত্রাং তৌন পাইবা,
মকু হুবত ঙায়রিবা লীল্গী মবুক্কুম্ লংলবা,
অতিয়াগী সীমানাবু অনিথোক্লা খায়গুম্লিবা। (স্ব: বাঃ ৪।২)

মসিদা উপমেয় উরোক ময়াম পাইরিবতু উপমান অতিয়া—অনিথোক্লা খায়বমাল্লে হায়না চিংনরে। ‘খায়গুম্লিবা’ য়াওবনা বাচ্যোৎপ্রেক্ষানি।

[ঘ] চাক্হন্নবৈ নিয়তিগুম্মী মরোল্ অহুম্মক্।
লক্ষ্মণগী লাইবক্কী অশুক্প পিশুম্দো। ( প্রঃ নাঃ ১।২১ )

মসিদা লক্ষ্মণগী অশুক্প পিশুম (উপমেয়), নিয়তি (উপমান) গুম্ লৌরে।

[ঙ] তাহুনা লৈ কনাগুম্ব নিংথৌ মাম্ব নহা অমা। [প্রঃনাঃ৩ ১৪]

নহা অমা ( উপমেয় ) নিংথৌ ( উপমান ) ওইনা চিংনরে।

[চ] মখোন্নো কনাগী মখোন্গুম ইপাগী।
নোং খোংববু নক্সংপ গম্ভীর মওংনি।
খল্হন্ব থমোইদা ওইরম্মি মরূপ্পু।
স্বর নুংশিব চঙখ্রে চঙ্নিঙ্ন ইনাদা॥ [ প্রঃ নাঃ ৪।৬ ]

[ছ] × × × ×
খোন্থোক্ফম্ চপচানা শেংনা ময়েক্ ময়াম্ হায়দোকপনা।
নীঙহল্লে কিদব পীব থৌরাঙ্গুম্ বর্ণ মরিদা॥ [প্রঃ নাঃ ৪।৭]

[জ] তারম্মী অকপ্প মখোন্; ইমা বনদেবী,
মনাই দশাদা রাবনা কপ্পিরম্ব মাপ্লে ॥ [মেঃব:কাঃ৪।৩৬৭-৬৮]

সীতানা রানা কপ্পিৌদা অকপ্প খোন্ তারম্মী; মহু বনদেবীনা কপ্পি মাপ্লে লৌরম্মী।

[ঝ] মহুদা বীর মঙাখক্ অরাব ঈপাক্তা
লূপ্পগুম্না লৈরম্মীদো। × × [মেঃ বঃ কাঃ ৪।৪৬৭-৬৮]

[ঞ] উরম্মী মাঙদা বল্লীনা, লৈরাং লৈকোম্নংদা,
বামাময়াম্, তারা ময়াম্ তাবগুম্ লৈপাক্তা। [মেঃ বঃ কাঃ
৫।২৬০-৬১]

উপমেয় 'বামাময়াম্' উপমান তারা ময়াম্গুম্ লৌরে।

[ট] রাজাদুগী মনাক্তা পামেঙ্গিংনা হৌরিবা।
জয় লাউবগুম্ তৌরম্মী উচেক্শিংনা খোংবন। ॥ [রঃবং ২।৯]

উপমেয়—পামেঙ্গিংনা, উপমান— কনাগুম্ব প্রজা; উচেকশিংনা উখক্তা খোংবহু পামেন্না জয় লাউবগুম্ লৌরে।

[ঠ] খোঙমুনা ঙংবা তাবদা খল্লি-মখোন্ নেম্না
কপ্পিমাপ্লে বনদেবী ঐগী অরাবদা। [বীঃ কাঃ ১।৩৬ ৩৭]

[ড] মানস-মনাক্তা ঙাল্লি নিংখিব কৈলাস
ইরংলংনা; শিব-সঙ্গাই, মহাক্কী মতোন্দা,
রাহোং মতু চূড়াগুম্না কেশবগী কোক্তা।
শংবাম্নে চীংজাও নিংথিনা, সনা লৈরাং পরেং
ঙাল্লি'হুদা; ফজখ্রেদা, পীত ধড়া গুম্মী।
ঈফুক্তে চেন্থব ঈশিং মফম্ অম-মদা—
অঙোব চন্দম্না তৈবগুম্মী দেহ অদো। (মেঃবঃকাঃ২।১২৬ ৩২)

[ট] মসি হায়রগা হন্নামুক কম্জরে যুবতী
থ্যাখাদা। নিংগিজৈদা, সনাগী দেউটী
থম্বিগুম্না তুলসীগী মখোংদা, জাল্হল্লে
মাইদৈগে মরি! × × × [মেঃ বঃ ৪।৯০-৯৩]

[ণ] করিগুম্ব কান্দা সাধ্বী ঋসি শাদৈগে-মমৌ
সুহাসিনী লেঙ্বিরকই দাসীগী থাংপোক্তা,
চন্দ্রমা চন্দ্রিকাগুম্না অমম্ব মক্ষমদা। (মেঃবঃকা ৪।১৮৩ ৮৫)

(ত) ঐনা লৈ হকৃপদা···খোইমুগীনা ভংহনা পাইথোক্‌পগী
খোঞ্জেং আসবু নূপীগী খোঞ্জেল ওইনা তারমাল্লে।

—খোইমুগী ভংব খোঞ্জেল (উপমান) বু নূপীগী খোঞ্জেল (উপমেয়) ওইরমাল্লে চিংনরে। [মাধবী]

[থ] থেংলব অহিংদা······অতিয়াদা থা······মথন্নতা থোক্লুনা
লাইবক থীবী দমক্ অরাবা ফোংদোক্লিমাল্লে।

—লাইবক থীবী (উরীবৈ) উপমেয়গীদমক, থানা (উপমান) —অরাবা ফোংদোক্লিমাল্লে। (মাধবী)

## প্রতীয়মান অমদি গম্যমান উৎপ্রেক্ষা।

মসিদা সম্ভাবনা খণ্ডনব-শব্দ য়াওদে, অদুবু অর্থদগী সম্ভাবনাগী ভাব শেংনা খণ্ডবা য়ায়। হায়বদি উৎপ্রেক্ষা খণ্ডনব-রাহৈ য়াওদে, অর্থনা সম্ভাবনাগী ভাব খঙনব-মতাংদা প্রতীয়মানোৎপ্রেক্ষা অমদি গম্যমানোৎপ্রেক্ষা কৌনৈ।

[ক] পরেং শাব-রাইনুশিংনা লৈরাং পরেং ওইরবুনা।
খোঙ-য়াওদব সনখোঙ্গী খোংলম্মীনে খোয়থুম্বনা।
( র: বং ১।৪১ )

মসিদা রাইনুশিং (উপমেয়), লৈরাং পরেং (উপমান) ওইনা লৌরে। গুম্বা অমদি গুম্—সম্ভাবনা শব্দ য়াওদে; অদুনা প্রতীয়মানোৎপ্রেক্ষানি।

[খ] × × × ×
য়েংবা চৎকে তপোবন্দা তিন্ন পুক্‌চেল্ অশেংবনা।
থাজবুনা রাম কৌব অনিশুব জগৎ্াসগী॥ (প্রঃ নাঃ ৪।১)

মসিদা রাম্বু (উপমেয়), অনিশুব থাজ (উপমান) ওইনা লৌরে। উৎপ্রেক্ষা বাচক শব্দ য়াওদে।

[গ] খাঙলাক্ মণি মুক্তা ভাক্ত, কবচ সনানা
হৎলি ;—ইমক্ মক্লে অনি। খাঙলাক্বা, অচেংব
খাঙ, অত্থ, অাঃ, নিংশিংবুনা! কবচ, খঙ্গুনা
য়াম্-তোঙব-খোঙ্লাং-তুমা চৌং মতোন্নাব! (মেঃবঃ৯।২৪৪-৪৭

খাঙলাক্, কবচ—মখোয়গী অককব মক্ষমদা হৌজিক্তি লৈতরে, অদুনা অচেংব-খাঙ, অমম্লুং অতোঙব-খোঙ্লাং নিংশিংবুনা ইমক্ মক্লিমাল্লে লৌরে।

(খ) বিধিনা মাবু শেম্মম্মে মঙ ভূৎ-শাব-মচাক্লা।
মীগী ফনবৈ গুণমখৈ শিংজম্মবদৈ শোয়দনা॥ (র:বং ১।২৯)

উপমেয়—দিলীপ, উপমান—মহাভূত। মহাভূত মীগী ফনবা তৌই; দিলীপসু তৌই। অদুনা মহাভূত-শাব-মচাক্লা দিলীপপু শারম্বা য়াই লৌরে।

(ঙ) ঈরাও-খোন্ তাবদা খল্লি—অরান্ব মখোয়্না
নিন্দারি বনদেবনা নহাক্‌পু,………(বীঃ কাঃ ১৩৮-৩৯)

(চ) … … … সূর্য্য নীংবী সরোজিনী,
'তুবু নিতি নামিবনা হায়দো মনাকোংদা
নুংশিবগী অথ্‌প্প রা ! × × (বীঃ কাঃ ৬।৪৫-৪৭)

নামিবনা তুম্বদা সরোজিনীনা (থম্বাল্লা) হাই-তুম্বতুবু কবিনা—নামিবনা নুংশিব-অথ্‌প্প রা হায়রিমাল্লে লৌরে। মসিদা উপমেয়—সরোজিনী, নামিব অতুগা উপমানদি ফুমত্তুনা থল্লে।

মালোৎপ্রেক্ষা— উপমেয় অমত্তদা মপুং ওইত্তুনা উপমান অমদগী হেন্বনা উৎপ্রেক্ষাগী মালা (পরেং) শাবদা মালোৎপ্রেক্ষা ওই। মত্তুদি ঃ—

(ক) … … … খুদক্তা মায়ানা
পুখোক্তুনা সনা মচু লৈচিন্, মায়াময়ী
মায়ানা, কৃপশিল্পম্মে হেক্, নিংথিজব রূপ্তো।
হাই হাই, পদ্মিনীনা থাজ-মমায় খুম্বগুম্না
পদ্মবন্ধু থুপখিবদা। নত্রে উৎ মরক্তা
চণ্ডতুনা মৈতাল্ অরাব নিংথিনা লোৎপনি।
নত্রে, চন্দ্রমানা, চন্দ্রমণ্ডলদা চক্র
লৈহন্দুনা কোইাশন্বগুম্ দেব-বৈরীশিংবু। (মেঃ বঃ কাঃ ২।৩৬০-৬৭)

মসিদা উপমেয়—মায়ানা; উপমান—পদ্মিনী, মৈতাল্-অরাব, চন্দ্রমা—মখোয়না তৌবগুম্নে হায়না লৌরে।

## (গ) রূপক

উপমেয়গা উপমানগা তুলনা তৌবদা মখোয় অনিমক খেন্নদে হায়না লৌবদা রূপক অলঙ্কার ওই। পোৎ ওইনদি উপমেয়গা উপমানগা তোঙাল্লবস্থ মখোয়গী খেন্নদবা উৎনবগীদমক কল্পনানা খেন্নদে হায়না লৌববু রূপক অলঙ্কাক কৌই। মসিদা উপমেয় গৌণনি—মপুং নত্তে অদুগা উপমান প্রধান্নি। উপমান্না উপমেয়-বুদি উম্‌শিন্দে। রূপক খেন্নদব-মপুঙ্গী অলঙ্কারনি, পুমখেন্‌-খেন্নদবদি নত্তে। উপমাদনা উপমেয় প্রধান, অদুগা রূপক্তনা উপমান প্রধান।

'মায়থোং' অদুগা 'থা'— অনিসিনা সাদৃশ্যমূল-অলঙ্কার কয়ামরুম্ পুথোক্তুনা থম্মসি :—

(১) মায়থোং-থা মাল্লব অমদি মাম্ব, (২) মায়থোং-থা, (৩) মায়থোং নত্তে, থানি, (৪) মায়থোং থা মাল্লে, (৫) মায়-থোংলা? থারা? অসিনচিংবা।

(১) উপমা, (৩) উপমেয় লৌদরে, উপমান্বু কল্পনানা লৌরে—অপহ্নুতি। (৪) উপমেয়বু উপমান ওইনা চিংনরে—উৎপ্রেক্ষা। (৫) উপমেয়—উপমান—অনিমক্‌পু চিংনরে—সন্দেহ।

(২) শুবদা "মায়থোংমক্ থানি' হায়রবদি অনি খেন্নদে হায়না কল্পনা তৌরে। মায়থোং-থা—মসিদা রূপক কর্ম্মধারয় সমাসনি—(মায়থোং থাগী মশক্); সমাস অসিগী বিশেষত্বদি (peculiarity) উপমেয়—উপমানগী ভেদ-জ্ঞান (খেন্নব-জ্ঞান) লৈতবনি

অদুগা ক্রিয়া [verb] উপমানগী মতুং ইল্লি। *ক্রিয়ানা মতুং ইবদি কর্ত্তানি [subject], অদুনা উপমান্না প্রধান ওই। উপমেয় গৌণ ওইনা লৈতবনি। হায়বদি থানা মশাগী মশক্কা মায়থোংবু শক্ ওইহল্লে। অমুম্ ওইরবতদা রূপক অলঙ্কার ওই।

[ক] রাজচন্দ্র দিলীপ কোবা ক্ষীরনিধিগী থাগুম্বা। [র:বং১।১২]

রাজা-চন্দ্রগী মশক—হায়বদি চন্দ্রগা মান্নরে। রূপক কর্ম-ধারয়নি; অদুনা চন্দ্রগা খেন্নদনা লৌরে। রূপকনি।

[খ] উজরে লায়না নথোং-থম্বাল অতাডবা। [রামাঃ শৈরেং ৩।১৯ ১৮]

[গ] থম্মোই-থম্বালদি ফুগাইনা শাংলে।

[ঘ] নপারিনা শরচ্চন্দ্র, নমৌ শরচ্চন্দ্র।
[ঙ] ... ... ... মিংকী াপ ধারানা
লীক্লা, চেম্থুনা চাইরুং-লৈকাদা লৈতেংলি } মেঃ বঃ কাঃ ৫ ৪৫৩-৫৬

[চ] ... ... ... জাতি চেক্লা-মোম্না
পাইখরে মাজাংব লম্‌দা, ফারোলাউ মহাকুপু, (বীঃ কাঃ ২।১৮-১৯)

[ছ] 'চৈদ কঙ্গনি নাথবু, বলী-মণি মানি। [বীঃ কাঃ ৬ ৮১]

[জ] আশা-গীত অসি শকুই নিতি আশ্রম্‌দা। [বীঃকাঃ৬।১৯৭]

[ঝ] মেদিনী-গৃহগী রমা দ্রুপদ-নন্দিনী। (বীঃ কাঃ ৭।৩৭)

---

*ব্যাকরণকৌমুদী-বিদ্যাসাগর।

[ঞ] লৌশিঙ্গী থাওমৈ থানসনু। (থাঃ লৈ)

[ট] ভক্তিগী আসন মথক্তা

লেংশিন্থিয়ু পলেমৃও। (থাঃ লৈঃ)

রূপক মথল্ মথা য়াম্মী; অদুবু নিরঙ্গ, সাঙ্গ অমসুং পরম্পরিত—অহুম্ অসিনা প্রধানি।

নিরঙ্গরূপক—মসিবু সাধারণ রূপকসু কৌনৈ। উপমেয়-উপমান—অমমম্তগী খেন্নদব-মতমদা নিরঙ্গ-রূপক ওই। মসিদা রূপকী মমুংচয় উপমেয়গী অমদি উপমানগী—করিগুম্ব অঙ্গগী (factors) শব্দোকৃপ ব্যাখ্যা য়াওদে, রূপক অদুতা হায়। নিরঙ্গরূপক মথল্ অনিনি;—কেবল অদুগা মালা।

[ক] মথক্তা হায়খিব [ক] দগী [ঝ] কাওব খুদম্‌শিংসি কেবল-রূপকনি।

[খ] ঈথক্‌-শগোন্ কনানা খোবগে?
জোয়ার-শামু কনানা তোংবগে?

[গ] ... ... ... থক্লি নোঙ্গ নোঙ্গা
নঙ্গী বাণী-সুধা, দেবী, দেব সুধা-নিধি। [মেঃ বঃ কাঃ ৪।২৩২-৩৩]

মালারূপক—উপমেয় অমত্তগা উপমানময়াম্‌গা খেন্নদব উৎপদা মালা রূপক কৌই।

[ক] ... ... ... কমল্মী মহিষী।
রাইদকো, ইমাগী প্রাণ, প্রেমগী পুকৈনি
নং তাইবংদা, ... ... ... [মেঃ বঃ কাঃ ৫।৪৫০-৫১]

মসিদা মন্দোদরীনা হায়রি—নং ( ইন্দ্রজিৎ ) উপমেয়, প্রাণ অমসুং পুকৈ—উপমান অনি।

(খ) মরুভূমিদা ঈচেন্নি নংনি, ঐভোম্দদি,
থিংচামমে। নুংশা-মৈনা চান্নবী ঐহাক্নি,
ঈংলবী ছায়ানি নংসে, পেল্হল্লোদো ঐবু।
দয়াগী মূর্ত্তিনি নংসে, দয়া লৈত'সিদা
লৈনাং অসিগী পাদ্মনী। ফণিনী-মান্নবী
কাল সনালঙ্কা'সিগী কোক্কী মণিনি নং। ( মেঃ বঃ কাঃ
৪।৬৬৭।৭২ )

মসিদা সীতানা সরমাদা হায়রি :—নং (সরমা) উপমেয়—ঈচেন্, ঈংলবী ছায়া, দয়া, পাদ্মনী, কোক্কী মণি—উপমান ময়াম্নি।

(গ) ... ... ... গুণী অতৈ লৈতে,
মাগুম্ব ! হিমালয়নি চীঙজাওশিঙ্গী মপু ;
তুরেন্মপু সিন্ধুনদ ; বনশিঙ্গী মপু
খাণ্ডব ; রথী অথোইবা মপু দেবব্রত
রথী—বশিষ্ঠগী শিষ্য মকোক্। (বীঃ কাঃ ৯।৩২-৩৫)

মসিদা জাহ্নবী দেবীনা শান্তনুদা হায়রি :—মাগুম্ব (মহাক্কী মচা ভীষ্ম) উপমেয়— হিমালয়, সিন্ধুনদ, খাণ্ডব, দেবব্রত রথী অমসুং শিষ্য মকোক্—উপমান ময়াম্।

(ঘ) নুংশি ঈপাক্কী থম্বান্নি। আশা-আকাশগী
পূর্ণিমানি ! ... ... ... ( বীঃ কাঃ ৯।৪১-৪২ )

জাহ্নবীনা শান্তনুদা হায়রি ;—(নচা—উপমেয় understood ), থম্বান অমসুং পূর্ণিমা—উপমান অনি।

## সাঙ্গ-রূপক।

উপমেয়গা উপমানগা খেন্নদবা উৎপদা মখোয়গী অঙ্গশিঙ্গীস্থ ( factors ) খেন্নদবা উৎলনদি সাঙ্গ-রূপক অলঙ্কার ওই। হায়বদি উপমেয়গী অঙ্গশিঙ্গস্থ উপমানগী অঙ্গশিঙ্গা লোয়ননা খেন্নদবা ওইনা খন্দুনা অমতা ওইবদা সাঙ্গ রূপক ওই। মতুদি :—

(ক) ··· ··· রাব-নোং নুংশিৎ শিৎলক্ষ্মী সভাদা।
ভাল্লক্ষ্মী মাইকৈ মরিদা সৌদামিনীগুম্না
বামাশিংনা; অকব-শম্, নোং পরেং, প্রলয়
নুংশিৎ, ফূইনা হোম্ব স্বর; পি ধারা পাংখক্লি
নোং মরি; নোংখাকৃপা ওইরে হাই হাই খোম্না। (মঃবঃ
কাঃ১।৩৩৪-৩৮)

মসিদা— র বা— উপমেয় অদুগা নোং-নুংশিৎ উপমান। রাবগী অঙ্গ -বামাশিংনা ( অরাবগী ভূংকম্ ), অকাব-শম্, ফূইনা হোম্ব স্বর, পি-ধারা অমসুং হাই-হাই-মখোন্। অদুগা নোং-নুংশিৎকী অঙ্গ—সৌদামিনী ( নোংখাং ), নোং পরেং, প্রলয়-নুংশিৎ, নোংমরি, অমসুং নোং খাকৃপা। উপমেয়-উপমানগী রূপক্লি— অনি অমগী অঙ্গগা নিংখিজনা অতৈগী অঙ্গগা ক্রম নাইনা ( in order ) খেন্নদনা উৎলে; অদুনা সাঙ্গ রূপক্লি।

(খ) ··· ··· ··· ··· ··· করম্না,
কবিতা রস-ঈপাক্তা রাজহংসশিঙ্গা
শাম্নজনি ননাই ঐনা, ··· ··· ? (মেঃবঃকাঃ ৪।১৩-১৫)

মসিদা ‘কবিতা রস’—উপমেয়, ‘ঈপাক’—উপমান; উপ-মেয়গী অঙ্গ—ঐনা ( কবিনা ) করম্না বর্ণন তৌনি—হায়বসি

শেংনা য়াওদ্রবস্থু উপমানগী অঙ্গ রাজহংসনা শান্নবা অসিনা তাক্লে। অসিগুম্বসিবু একদেশ বিবর্ত্তি সাঙ্গ-রূপক কৌনৈ। হায়বদি উপমানশিঙ্গী অঙ্গ অমা অমদি করি করিগুম্ব অঙ্গ-ময়েক্ শেংনা লোন্দা কোংদোক্তু বস্থু অর্থদা অমদি ব্যঞ্জনানা উৎলবদি-এক-দেশবিবর্ত্তি (নামত হায়বা, সাঙ্গ রূপক ওই।

## পরম্পরিত রূপক।

উপমেয়-উপমান অমনা অতৈ উপমেয়-উপমান অমগী কারণ ওইরবদি পরম্পরিত রূপক কৌই। হায়বদি রূপক মশেন্ কার্য্য-কারণ (cause-effect) ওইনা পরম্পরা হায়বদি মরি (link) লৈরবদি পরম্পরিত রূপক কৌই।

[ক] "করম্ন বিদাইনি, পারি, ইবুঙো নহাক্পু।
থমোই-অতিয়া মম্নান্না, নংদি পূর্ণিমানি
ঐহাক্কী? ... ... ... [মে: ব: কা: ৫।৪৬৮-৭০]

নংদি [ইন্দ্রজিৎ] 'পূর্ণিমা' হায়বদগী থমোই-অতিয়া হায়-রক্পনি।

[খ] চরণ-কমল খাদা গুংলি ভক্ত খোইমুশিংনা।

চরন্না কমল ওইরবনিনা ভক্তশিংনা খোইমু ওইবা তারে। পরম্পরিত রূপক্তা অহাব রূপক্তু্বু ফজনবা অমসুং রাম্না মকা-রায়বগীদমক অনিগুব রূপক শিজিনৈ।

## (ঘ) উল্লেখ।

গুণ ময়াম্ লৈবদগী পোৎ অমত্তবু [ক] তোঙাম্ব মীনা তোঙাম্ব মওংদা লৌনরবা নত্রগা। [খ] মী অমত্তনা মিৎয়েং কয়াদগী পোৎ অত্তুগী গুণ কয়া হায়রুনা উৎলবদি উল্লেখ অলঙ্কার ওই। লক্ষ্যাদি ফজবা হেল্‌হরুনি।

[ক] হে ফজবি! কামীশিঙ্গী নং অপাম্ব লম্নি,
লাইনিংবৈ অকিব শক্তি কবিশিঙ্গী মঙ্নি।

মসিদা—"ফজবি" [ নূপীবু ] তোঙাব মীনা [ কামী, লাই-নিংব, কবি ] তোঙান্ তোঙান্না লৌরে।

[খ] মহিমাদা মহাসিন্ধু চীং-লেম্বদা হিমালয়নি।
তেজদা বজ্রনি, রাজা, চাম্বিবদা ঈশিং চেম্ব নোংনি।
পোৎ অমগী গুণ ময়াম্ উৎপনি।

## (ঙ) ভ্রান্তিমান।

য়াম্না মান্নবদগী পোৎ অমবু অতৈ পোৎ অমনি হায়না ভ্রম তৌরবা অত্তুগা ভ্রম অত্তু সাধারণ [ common ] ওইদনা কবি কল্পনাদা [ imagination ] চমৎকার ওইরবদি ভ্রান্তিমান অলঙ্কার ওই।

[ অতিংদা থৌরিবু লীন্ ওইনা ভ্রম তৌবদি অলঙ্কার নত্তে, করিনা থাইগী ভ্রম্নি। ] উপমেয়বু উপমান্নি হায়না ভুল তৌবসি তৌগে হায়না তৌবা নত্তে, করিগুম্ব মরম অমদগী [ধর্ম্ম মান্নবনা—

similarity of attributes) মথন্তগী (automatic) ওইজবনি। মতুদি:—

[ক] লৈপরেং থোঙ্দা য়াল্লম্বা
শাংনা তিংনা লৈদা-তাবা
জীন্নি লোয়ে মূর্খ ননা (ক) [স্বঃ বাঃ ৫।৩]

মসিদা লৈপরেং [উপমেয়] বু জীন [উপমান] ওইনা ভুল তৌরে; অহুনা ভ্রান্তিমান্নি।

[খ] ... ... থৌদোক্লক্কুনা য়াঙবা দেবযান
ভাল্হল্লে আকাশ ইভক্ভক্না হোয়ে জগৎ,
সূর্য্যদেব থোক্লেদনা উদয়-গিরিদা
থন্দুনা। খোংলক্লে চরোই; চেক্লা অতৈ কয়া;
নিংথয়ে নিকুঞ্জ পুম্ব অয়ুক্কী ঈশৈনা।
লৈরাং-শয্যা থাদোক্কুনা ইকাংথীবী মৌনা,
ইমুঙ্গী থবক্ নোম্লবা হৌগচ্চরে থুনা।'(মেঃবঃকাঃ২।১১৯ ২৫)

মসিদা—দেবযান হায়বদি ইন্দ্রগী লংলব রথবু সূর্য্যদেবনি হায়না খাইনা ভুল তৌরে। চিংনবা নত্তে, তশেংনা ভুল তৌবনি। অহুনা উৎপ্রেক্ষা নত্তে, ভ্রান্তিমান্নি। 'থোক্লেদনা থন্দুনা'—হায়বসিনা খাইনা শুমিৎ থোরক্লে হায়না ভুল তৌয়ে। মসি কবি কল্পিত ভুলনি। অহুনা ভ্রান্তিমান অলঙ্কারনি।

[গ] ঈশিং লৈর-গিরি কুঞ্জনুংদা নোংশা'মনা,
মথন্ত-ভংবগী থোম্লাং তাবদা, অতোপ্প
নোংশানা ভংবা ওইরবোই নিংহুনা তৌরম্মী
থোরাং চোংশিন্দুনা লারবগী য়াম্না শাউনা। (ভাঃকাঃ২।৯)

—মথন্তগী খোন্থাং মান্নবদগী য়েরুবগী ওংবা ওইনা ভুল তৌবনা ভ্রান্তিমান্ অলঙ্কার ওইরে।

## উৎপ্রেক্ষাগা ভ্রান্তিমানগা খেন্নবা।

উৎপ্রেক্ষাদা সংশয় ( চিংনবা ) মপুং, উপমেয়বু উপমান ওইরমাল্লে সৌবা ; অদুগা ভ্রান্তিমান্দা ভ্রম্না মপুং, উপমেয়বু কবিনা উপমাননি হায়না ভুল তৌবা। উৎপ্রেক্ষাগী মূলদি—সংশয়, ভ্রম নৈতে, অদুবু ওইব-যাবনা মসিদা শেংনা উৎলি। উৎপ্রেক্ষাদা কবিনা খঙনা খঙ্না সংশয়গী মরম হায়, অদুগা ভ্রান্তিমানগী ভ্রম কবি কল্পনাদা মহৌশানা ওইনা থোরকই।

## (চ) সন্দেহ।

কবিনা চমৎকার ওইহন্নবগীদমক উপমেয় অমসুং উপমান অনিমক্তা সংশয় ওইহন্নদা হেক্ সন্দেহ-অলঙ্কার ওই। 'সন্দেহ' অলঙ্কারদা সংশয় অদু সাধারণ ওইনা অহংবা মওংদা ওইনৈ।

(ক) মঙান্না কোয়শিন্ব তেজ মপৈশুম্ব,
জগৎ পুম্নমক্তা য়েংনবা নুংশিনা,
মসিবু নিংথৌরা স্বর্গগী ইন্দ্ররা ?
নত্রগা শংশংব মধুসূদন্নরা ? ( প্রঃ নাঃ ৪।৮ )

মসিদা—'মসিবু' ( ভরতপু ) উপমেয়—নিংথৌরা (রামলা), ইন্দ্ররা, মধুসূদনলা (উপমানশিং)—অনিমক্তা চিংনবা থোক্হল্লে।

(খ) "ভৈরবী মাম্বী রামাসে, হায়রকৃই রাঘব্না,
দেবীরা, দানবীরা, হে সখা, য়েঙঙু মুম্না।" ( মেঃ বঃ কাঃ ৩।২৯৫-৯৬ )

মসিদা উপমেয়—'রামা', উপামান—দেবী অমসুং দানবী—অনিমক্তা সংশয় ওইরে।

(গ) "তাবিয় স্না মিৎয়েং, লাঞ্জং মপান্দা, রাঘব !
অথেংব অহিংদা উষা লাক্লবরা অসিদা ?" (মেঃবঃ৩।২৯২ ৯৩)

মসিদা—উপমেয়দি মসিদা য়াওদে ( understood )। হায়বদি প্রমীলাগী দূতী নৃ-মুণ্ড-মালিনী অদুগা উপমান—উষা অনিমক্তা চিংনবা থোক্লে।

(ঘ) তাইবংলা মঙলা অদুবু, উরিবসি ঐনা মাবু।
অমুম্না উখি হায়সু, লৌনম্নী মতুদসু॥ ( স্বঃ বাঃ ৬১৭ )

উপমেয়—'মাবু' ( বাসবদত্তাবু )—থাঙ্গৈশেংব বাসবদত্তাদুরা, অদুগা মঙ্গী বাসবদত্তারা—চিংনরে।

(ঙ) ঐনা লৈ অপোম্ব হেক্কে···উবদা বনগী লাইরেম্বীনা···
ঐবু খায়বরা ? নত্রগা বারুণী খুরুম্ব চৎপদা পুনলবা
কনাগুম্বী লৈশাবীশিংনা লৈখিবা য়াওরিব্রা ? (মাধবী)

মসিদা—ঐনা ( বীরেন্দ্র ) লৈহেক্কে তৌবদা নুপীগী খোল্লেন্ তারম্বী—মতুবু কনাগুম্বী লৈশাবীরা ( উপমেয় ), বনগী লাই-রেম্বীরা ( উপমান )—চিংনরে।

(চ) রারক্তা পাম্ব তয়াল্লা ?
লৈখোক্তা য়েৎপ লীন্‌খাক্লা ?
অমুম্ব হৈদা চঙ.ব [illegible] ?
অথেংবদা খোংব [illegible] ? [ মাঃ বাঃ ]

—উপমেয়—অথেং[illegible] ব কোকিল (বীরেন), উপমান—তম্বাল, লীন্‌খাক্‌ অমসুং [illegible]—সংশয় ও[illegible]। হায়বদি—অশেংব বীরেনলা নত্ত্রগ [illegible] য়রা ?

(ছ) [illegible]পহ্নুতি।

উপমেয়বু লৌদনা [illegible] [illegible]ত্তুনা থম্ম[illegible] উপমাস্তা উৎপবু অপহ্নুতি অলঙ্কার কৌই [illegible]হ্নুতিগী অর্থাদ স্বীকার তৌদবা (য়াদবা)। মহুদি :—

[ক] লৈপরেং খোঙদা [illegible]
শাংনা তিংনা লৈদা তাবা
লীম্নি লৌরে মূর্থ নংনা। [ স্বঃ বাঃ ৫।৩

মসিদা উপমেয় 'লৈপ[illegible]' লোত্তুনা উপমান 'লীন' ওইনা উৎলে। মসিবু গণপতি শাস্ত্রীন. ভ্রান্তাপহ্নুতি' অলঙ্কারনি হায়।

[খ] ······ অতিয়ানা কপ্পম্মী নোং ওইনা। (মেঃবঃকাঃ৬।২৮৫)

মসিদা নোং উপমেয় আসবু লৌদনা অতিয়াগী কপ্পা ওইনা লৌরে। কপ্পা উপমান্নি।

[গ] ··· ··· ··· "লীক্লা মরিক্‌ কপ্পা
লৈরাংশিংদা পক্লিবদো, হে অমৃত চেম্ব,
অভাগীগী পি-মরিক্লি।"··· ··· [ বীঃ কাঃ ২।৯৭-৯৯ ]

—সোমগী মফমদা তারানা হায়বা। মসিদা 'নত্তে' হায়ব রাহৈসি understood লৈবনা 'গূঢ়অপহ্নুতি' নি। উপমেয়— 'পি' লৌদনা উপমান 'লীক্লা মরিক্'।

## রূপক অমসুং অপহ্নুতি।

রূপকতা—উপমেয় গৌণ উপমান প্রধান—অনিবু কল্পনানা ভেদ লৈতনা লৌবা। অতুগা অপহ্নুতিদা উপমেয় লৌদনা উপমান প্রকাশ তৌবা। মতুদি—'মায়থোংমক্ থানি'—রূপক— উপমেয়-উপমান খেন্নদনা লৌবা অতুগা—মায়থোং নত্তে, থানি— অপহ্নুতি। উপামান্ত লৌরে।

## (জ) নিশ্চয়।

উপমান লোংলগা উপমেয় উৎপবু নিশ্চয় অলঙ্কার কৌই। মসি অপহ্নুতিগা ওন্ন তৈনবনি। মতুদি:—নোং নত্তে হিমালয়নি। মীত্তা মমি তাহন্বা—নোং নত্তে, নঙ্গী শম্নাংনি।

[ক] ... ... ... নীক্লি পুরী অসি
হিংচা-বীর-খোঙদাবনা, মুহারাবা নত্তে। (মেঃ বঃ কাঃ ৭।২০৩৪)

[খ] প্রলয়গী মৈদৈ পোক্পী বিভা নত্তে, শুন্দা
উবিরিব, সীতানাথ, সনা-লান্ফী-মঙান্, . . . .
তিম্নহনা খুৎলাইশিঙ্গী তেজগা লংলিয়ে। [মেঃ বঃ কাঃ ৭।২০৫৭]

[গ] মাইকৈ তরা ! ফুংগল্লিব নাকোং মখুন্ হৌজিক্,
লাউ খোংবদু, দেব, ন'ও স ,দ্রগী ধ্বনি
বীরগী ময়ায কাহনা, ভ'লি হিংচা-লাম্মী। (মেঃ বঃ কাঃ ৭।২০৮-১০)

মসিদা—[ক] উপমান যতাবাবা, [খ] প্রসযগী মৈদৈ পোকপী বিভা, [গ] সমুদ্রগী ধ্বনি—লাংবা, অদুগা মযংশিংনা মখোযগী উপমেয—হিচা বীব খে ভদাব , সনা লাম্পা মডান্ অমসুং হিংচা-লাম্মীনা ভংবা—উৎলে।

[ঘ] ... ... "নক্কোস না' নুংশিং; 'তুনু নোং-নুংশিংকুম্
সাজিরি রাবণ রাভ সনা লম্পানুদা,
যৈথেরবৈ বাযবা বীর গ দল লান্দ " (মেঃবঃকাঃ১।৪৭০-২)

উপমান 'নো নুংশিং' লোদবে , উপমেয—বাবণগী লান্গী সাজন উৎলে। নিশ্চয অলঙ্কারনি।

## [ঋ] ব্যতিরেক।

উপমান্দগী উপমেযনা হেন্না অমদি রাংনা হাযবদা ব্যতিরেক অলঙ্কার ওই। মতম অযাম্বদা অরাং-অখোইগী মরম্ উৎপন্ন যাওই, অদুগা অয়াম্বদা উত্তবগু লৈ। 'থাজ ভমজব-মাযথোং'। থাজ উপমান্দগী-মাযথোং উপমেযনা হেন্না হাযবে। মাস উৎকর্ষাত্মক (হেন্না হাযবা) ব্যতিরেকনি। অসিগুম্ব ব্যতিরেক অলঙ্কারনা প্রধান ওইনা সাহিত্যদা শিজিন্নৈ। উপমান্দগী উপমেয়না রাংনা অমদি হন্থনা হায়বনা অপকর্ষাত্মক ব্যতিরেক নি। মুস্নি কুয়া শিজিন্নবা উনদে।

[ক] মখোল্তাবদা বজ্রনা ইকাই। উপমেয়-মখোয়া হেল্লে।

[খ] সনা উরী ওমজবা পাইরক্ মঙান্ ওম্‌জবা
খম্‌থেংব-শাক্ল বিধিনা শেম্বা।

উপমেয় 'শক্লা' উপমান -সনা উরী, পাইরক্-মঙান্‌দগী হেল্লে।

[গ] যুম্ অসিনি প্রতিমা থম্ব নিংথৌগী।
রাংব হেল্লি মসি নিংথৌ সঙ্গাযদগী ॥
অপম্ব লৈতনা খোংঙাকপ ঙাইদনা।
পথিক্‌শিংনা ইরাংনৈ প্রণাম্ তৌদনা ॥ (প্রঃ নাঃ ৩৷১৩)

—উপমেয়—'প্রতিমা-যুম্'—না উপমান—নিংথৌ-সঙ্গায়দগী হেন্না হায়রে। মরম্‌দি—খ্বাইনা অপম্বা লৈতনা চঙিঙ।

[ঘ] রাদে হৌজিক্ চক্রবাক্লা মহাক্লুম্
রূপ গুণ লৈবী কাযনবা মী অতৈনা ॥
নূপীদি নুংশিবিব য়াইক্ববনী মরানা।
চাক্কেন-চাক্রবস্থ নুংশিবদৈ মরানা ॥ (স্বঃ বাঃ ১৷১৩)

'চক্রবাক্লা মহাক্লুম্ (বাসবদত্তা) রাদে'। উপমেয়না (বাসবদত্তা) উপমান্দগী (চক্রবাক্) হেন্না হায়রে; অচুনা উৎকর্ষাত্মক্ ব্যতিরেকনি।

[ঙ] তাজপ্রে, রাক্ষসপতি, মেঘনাদ, সিংহ—
নাদ, সমুদ্র-ঈরাওখোন্, উজপ্রে বিজলী—
অথুব মঙান্দো, দেব, পাইব আকাশদা,
অচুব্ তাখিজ্রি মরোল্ অহুম্‌দা কদৌডৈ,
অসুক্ থীনা রাকৃপ-লীরুং টঙ্কারগী শব্দ।
উখিজ্রি কদৌডৈ অসুক্ পাখিনা কিব তেন্। (মেঃ বঃ কাঃ ১৷১৫০-৫৫)

মসিদা—উপমেয় 'লীরু-টঙ্কারগী শব্দ' অমসুং 'তেন্' না উপমান—মেঘনাদ, সিংহনাদ, সমুদ্রঈরাওখোন্ অমসুং বিজলী মঙান্—দগী হেন্না উৎলে।

[চ] ... ... য়েঙ্ঙো লাউ সুঙাইনা
রোহিণী নিন্দিৎ নমৌ, নচা মাগী রূপনা
চন্দ্রনা কালি কারিবা।" ... ... [মেঃ বঃ কাঃ ৫।৪৪২-৪৫)

উপমেয়—নমৌ (প্রমীলা) অমসুং নচা (ইন্দ্রজিৎ)—অনিনা মথংশিংনা উপমান—রোহিণী অমসুং চন্দ্রদগী হেল্লে।

[ছ] ... ... "তাজরে ননাই বীণা-মখোন্,
কোকিলগী কুহু য়েন্নিং অনৌব মরক্তা
সুঙাহব মধু-মতম্দা, অতুবু তাজত্রি
মধু চেন্ব অসুম্ব রা কদোইগে জগত্তা। (মেঃবঃকাঃ ৪।২২৭-৩০)

উপমেয়—'অসুম্ব-মধু-চেন্ব রা' (সীতাগী) উপমান—বীণা মখোন্ অমসুং কোকিলগী কুহু—দগী হেল্লে। ননাই (সরমা)।

[জ] য়েংবিযুদো; আকাশদা থানা, মাগী মঙান্
মরুবা নহাক্কী রূপনা, ... ... ...(মেঃ বঃ কাঃ ৪।২৩১-৩২)

উপমেয়—'নহাক্কী রূপ' না উপমান-থাগী মঙান্দগী হেল্লে।

[ঝ] মুক্তা-লংলব-থবাক্তা চাইথরে নয়ন্না
হেন্না 'মুক্ লংলব মুক্তা'। ... ... (মেঃবঃকাঃ ৫।৫৫৪-৫৫)

উপমেয়—'নয়নগী মুক্তা' (পি-মরিক্) না হেল্লে উপমান মুক্তা (অশেংব) দগী।

[ঞ] থোংজব-থপাল নিন্দিব শ্রীঅঙ্গ-নহাক্কী। (বীঃ কাঃ ২।৮৪)

উপমেয—শ্রীঅঙ্গনা হেল্লে উপমান—থম্বান্দগী।

[ট] ... ... শিবমদাইদা ফব-বাণীশিংদো।
শিগনি লোন্দুনা, দেব, মহামন্ত্র ওইনা। (বীঃকাঃ৬ ১৩৬ ৩৭)

উপমেয—'যব-বাণী' না উপমান—'মহামন্ত্র' দগী হেল্লে।

[ঠ] বজ্রীগীদে হৌবা বীর্য্য নহাক্কী লানফমদা। (বীঃকাঃ১০ ৬৯)

উপমেয—'নহাক্কী বীর্য্য' না বজ্রীগীদগী—হেল্লে।

[ড] মক্লব মদন্না হকাচ, ফজবা উবদা। (বীঃ কাঃ ১০।৭০)

উপমেয 'নঙ্গী শক্' না উপমান—মদন-দগী হেল্লে।

[ঢ] থম্বোমক্লম্ব তম্জনবগী মশক্ ওইরব
নৌবব পাম্বেম অনি। (মাধবী)

মসিদা—উবাইরেগী পাম্বোম্না (উপমেয) থম্বোদগী (উপমান) হেল্লে।

**অপকর্ষাত্মক-ব্যতিরেক**— কয়া শিজিন্দে; অহুবু মখাদা খুদম অমতং পীরি: (হারেশচন্দ্র কবিরত্নগী পদ্যগী অনুবাদ)

[ক] নুমিৎ খুদঙ্গী থাজনা মাওংখিদো পিক্‌শিল্লক্লুনা
'হুবু পূর্ণিমা ওহ অমুক্ হন্না।
অমাওংব হক্‌চাং তাইবঙ্গী মথং মথং হন্থবদা
ওইরক্তে অনৌবা অমুক্ হন্না॥

মসিদা—উপমেয়—'তাইবঙ্গী হকচাং', উপমান-থাজা। অনি-মক্ ময়েং তারক্‌ই—অহুবু উপমান্দি অমুক্ পূর্ণিমা ওইরক্‌ই,

অত্তবু উপমেয়দি অমুক্ নৌরক্তে; অদুনা উপমেয়দগী উপমান্না হেল্লে, হায়বদি উপমেয়বু হন্থনা উংলে। অদুনা অপকর্ষাত্মক ব্যতিরেকনি।

[খ] লমচৎ-ব্যবহারদা মাদি পাপীবুম্ন নক্কৎলি।

পাপী— উপমান অদুগা উপমেয়—মাদি; লমচৎ-ব্যবহারদা পাপীনা হেম্না ক্ষনা উংলে। অদুনা উপমান্না হেল্লে। উপমেয় হন্থরে।

## (ঞ) সমাসোক্তি।

থরাই পান্দব পোত্তা (উপমেয়) থরাইপাম্ব পোৎকী (উপমান) থবক, মগুণ, মশক্ অমদি বিশেষণ-নচিংবা হাপচিন্বদা সমাসোক্তি অলঙ্কার ওই। মসিদা উপমেয় হায়, উপমান হায়দে। উপমেয় অদু উপমানগী গুণ নত্রগা কর্মনা উৎলি। মদু সংক্ষেপ্না (শম্না) হায়গদবনি। সংক্ষেপ্ন সমাস কৌই; অদুনা মমিং সমাসোক্তি কৌই। মদুদি :—

[ক] … … … লেঙ্লি নিদ্রাদেবী
খোঙ খুদিংদা, চঙ্হন্নিংত্রে কনাম্ন ময়ম্‌দা
মাবু, … … … … … [মেঃবঃকাঃ ৪।৩৪-৩৫]

[খ] … … নহাকী নমিত্তা, হে হিংচাব-পুরী,
পিগী মরিক্; নশম্ ইক্কা-কারে রাবদগী;
লৈপাক্তা তাহনা হাই হাই, রত্নগী মুকুট
নহাকী … … … … … [মেঃ বঃ কাঃ]

মসিদা—ৱাবনা চাক্লবী নুপীগুম্না লঙ্কাপুৱীবু লৌৱি।

[গ] হে লাইৱব, নংনা ঐবু চাউহল্লে।

মথকী খুদমশিংসিদা থৱাই পান্দববু থৱাই পাম্ব ওইনা লৌৱে। অদুগা থৱাই পাম্বদা থৱাই পান্দব ওইনা লৌবদমু সমাসোক্তি অলঙ্কার ওই। অসিগুম্বসি সাহিত্যদা পংনা থোক্কে।

[ঘ] চৈথুনা হডিঙ লৈশিংদা, নিকুঞ্জ লৈতেংশা,
করি খন্দুনা নোক্লিবা? ... ... [বীঃ কাঃ ১।২৭ ২৮]

[ঙ] ... ... তারো উনা; তদেক্লা উবদা
নংবু, শামিন্নরৈ জগোই নামিবনা নঙ্গা। [বীঃকাঃ১।৪১-৪২]

[চ] ঐনা ইবসি হুমৃথুনা, হা নুংশিৎ নিংথৌও,
সনা চরন্দা থাদক্ল। ... ... ... (বীঃকাঃ১।৬৮-৬৯)

[ছ] চাম্বিহুনা পোথাহম্বি নিত্রানা, কদৌৱৈ
মাগী মেঙলব তম্বাক্তা পম্বিহুনা ঐবু। (বীঃকাঃ১।১১২-১৩)

[জ] হে-স্মৃতি! কুকর্ম্ম তৌব মবুক্ ফত্তবনা,
খাংমৈ মুথৎপাগুম্; ঙসি পামুজরে মুখৎপা,
নংবু পাপিনী তারানা। ... ... (বীঃ কাঃ ২।১১-১৩)

[ঝ] অথোইব নিপা অহুদা, মতেক্ অনিথোক্লা,
থুদেক্পিব নহাক্পু, হে লীরুং, মপাঙ্গম্না। (বীঃকাঃ৬ ৭৯-৮০)

[ঞ] তারো নহাক্ বজ্রগুম্না তম্থিব কোক্থক্তা
হে লক্ষ্য! ... ... ... ... (বঃ কাঃ ৬।১১৩ ১৪)

[ট] স্মৃতি-দূতীগা লোয়নন৷ কোয়বদা ইতোমতা। (বী: কা: ৬'১৯১)

[ঠ] হা দয়া, করিগী ইমা ! পাপ সংসারদা
মীগী থমোইদা নহাক্না লৈবিরাম্মবনো ! (বী:কা:৭।৫৮ ৫৯)

## রূপক-সমাসোক্তি থেন্নবা—

রূপক্তা—উপমেয়দা উপমান হাপ্পুনা অমত্তা ওইবা অদুগা সমাসোক্তিদা উপমেয়দা উপমান হাপচিন্দে, শূপ্না উপমানগী থবক্ অমদি গুণ হাপচিন্বা। অদুগা থেন্নবা অমনা রূপক্তা উপমেয় উপমান অনিমক য়াওবা, সমাসোক্তিদা উপমেয়তা হায়—উপমান য়াওদে— উপমানগী থবক অমদি গুণ লৌদুনা উপমেয় হায়নৈ।

## (ট) অতিশয়োক্তি। (Hyperbole)

উপমেয় হায়দনা উপমান্বুত উপমেয় ওইনা উৎপবু অতিশয়োক্তি কৌই। অলঙ্কার অসিদা উপমেয় লোৎলি অদুগা উপমান্না মপুংনি। মতুদি :— 'খীক্থৈ অমৃত চিন্দগী'—মসিদা—অথুম্ব-রাঙাঙ্গা অমৃতগা থেন্নদনা লৌরে, অদুবু 'রাঙাং' (উপমেয়)দি উত্তনা উপমান 'অমৃত' উৎলি ; অদুনা মসি অতিশয়োক্তি অলঙ্কারনি। মসিদা উপমেয় শুকৃহায় হায়দনা উপমাস্তবু উপমেয় ওইনা তাক্লি—অদুনা অতিশয়োক্তিনি।

মসিদা—উপমেয়—'রাঙাং'বু উপমান 'অমৃত'না উমৃথরে। উম্বা হায়বদি মাঙখিবদি নত্তে, বাক্যদা চমৎকার হাপ্নগা মাবুনা ব্যঞ্জনাদা অমদি তাৎপর্য্যদা থম্বা। উম্লিবসি মপুং ফাবা অমস্তুং

শোয়রব্রবদি—মহুবু অলঙ্কার শাস্ত্রদা "সিদ্ধ অধ্যবসায়" অমদি "অধ্যবসান" কৌনৈ। 'অমৃত' হায়বদা 'রাঙাং' উমৃখরে, অহুবু মাঙদি মাঙদে ; অর্থ—ব্যঞ্জনানা হেক্কা লৌবা ঙম্মী।

## রূপকা অতিশয়োক্তিগা খেন্নবা।

অতিশয়োক্তীগা রূপকা চয়েৎননা লৈরবস্থ অনিগী মরক্তা খেন্নবা লৈ। রূপক্তা উপমেয় উপমান খেন্নদে অমস্থং অনিমক্ য়াওই, অহুগা উপমান্না মপুংনি ; অতিশয়োক্তিদদি অস্থম্ তৌদে, উপমেয় উপমান অস্থক খেন্নদে—হায়বদি উপমান্না উপমেয়বু উম্-হুনা মথন্তা হাজিব ওই। উপমেয় য়াওদে। অহুনা রূপকা খেন্নদব-মপুং অহুগা অতিশয়োক্তিনা পুমখেন্-খেন্নদবা। "থীক্থৈ অমৃত চিন্দগী" মসি হায়বদা চিন্দগী অমৃত থীক্থদে, রাঙাং খোরকই, খঙনৈ। মসিদা 'রাঙাং' উপমেয়, অমৃত উপমান। রাঙাঙ্গা অমৃতগা খেন্নদবে অমস্থং খেন্নদবসিনস্থ লোইদ্রি ; (লোই-রবদি রূপক ওইদৌবনি, মহুদি—'চিন্দগী অমৃত রাঙাং খোরক্লে—হায়নৈ)। 'অমৃত' উপমান অসিনা 'রাঙাং' উপমেয় অসিবু পুম্কুপ, কুপশিন্দুনা মথন্তমক্ বাক্য, অসিদা উৎলে—হায়বদি 'সিদ্ধ অধ্যবসায়' থোক্লে, অহুনা অতিশয়োক্তি অলঙ্কার ওইরে।

## উৎপ্রেক্ষাগা অতিশয়োক্তিগা খেন্নবা।

উৎপ্রেক্ষাগা অতিশয়োক্তিগা খরস্থ মান্নৈ খরস্থ মান্নদে। অতিশয়োক্তিদা 'সিদ্ধ অধ্যবসায়' ওই হায়বদি উপমান্না উপমেয়বু

পূম্-উম্-উম্থুনা মথন্ত কম্থুনা লৈ ; অদুগা উৎপ্রেক্ষাদা (Benifit of doubt) উপমান্না উপমেয়বু পূম্উম্ উম্বদি নত্তে, উমগদৌনা উৎপনি ; অমদি উম্গদৌরমান্নে হায়না চিংনরে ; ('মান্নে' অমদি 'উমদৌইদা' হায়বা ভাব লৈবনা উম্বসি 'সিদ্ধ অধ্যবসায়' হায়দনা 'সাধ্য অধ্যবসায়' হায়নৈ, ) অদুনা উৎপ্রেক্ষাদা অনিমক্ য়াওই। অশম্বিদা অতিশয়োক্তিদা উপমেয়বু উম্বাসিদ্ধ হায়বদি শোয়দ্রবনি, অদুগা উৎপ্রেক্ষাদা মদু সাধ্য হায়বদি উম্বা য়ায়।

অতিশয়োক্তি মখল মঙানি :—(১) ভেদদা অভেদ (খেন্নবদা খেন্নদবা), (২) অভেদদা ভেদ, (৩) সম্বন্ধদা অসম্বন্ধ (মরী লৈনবদা লৈনদবা), (৪) অসম্বন্ধদা সম্বন্ধ অমসুং কার্য্য কারণগী (cause and effect) অকোন্ অহান্ ওন্নবা (order কায়বা)।

## (১) ভেদদা অভেদ-অতিশয়োক্তি।

ভেদ হায়বদি বিষয় (subject) খেন্নবা, অভেদ হায়বদি খেন্নদব জ্ঞান [ sense ]। হায়বদি খেন্নব-পোৎপু অমত্তা ওইনা লৌবা। রূপক-অতিশয়োক্তিদা অতোপ্পা পোৎ অনিবু অমত্তা ওইনা লৌনৈ—মরমদি উপমান্না উপমেয়বু পূম্উম্ উম্শিন্দুনা মথন্ত উৎলি। মদুদি :—

[ক] … … … … হাই, হাই, শূর্পণখা,
করি কত্ত-খেন্দা, নংনা উরম্বা, অভাগী,
কাল পঞ্চবটী বন্দা, কাল কূট থম্ব
কালদৌনবু ? … … … (মেঃ বঃ কাঃ ১৯৯-১০২)

( মসিদা লক্ষ্মণ-নত্রগা রাম্ উপমেয়, অদুগা উপমান লীন, অদুবু উপমান্না উপমেয়বু উম্ত্তুনা পোৎ অনিগী ভেদ মাঙ্খয়ে, অদুগা অভেদস্নু ( অমত্তস্নু ) ওইরে।

[খ] খীকৃথৈ অমৃত চিন্দগী নংনা। [ বী: কা: ২।৬৩ ]
আঃ! রাহুনা

[গ] উমগ্রে পুরু বংশ-ইন্দু মতম্ চাত্রিথৈদা।
( বী: কা: ৮।৩৮ )

মসিদা উপমেয়-'অভিমন্যু' বু 'পুরু বংশ-ইন্দু' উপমান্না পুম্-কৃপ কুপশিন্খরে।

[ঘ] × × যমুনাগী নুংশিব ঈশিংদা
লুপ্তুনা লৈ কাল-ফণী, শাখিনা চিকয়।
মুঙাইনা লৈ বিশ্বপুম্ব, × × (মে:ব:কা: ৩।৪২৮-৩০)

মসিদা—'যমুনাগী নুংশিব ঈশিংদা' অমস্নুং 'কাল-ফণী' উপমান-শিংনা 'প্রমীলাগী মধুরপ্রেম্' অমস্নুং 'ইন্দ্রজিৎ' মথংশিৎনা উপমেয় অনিবু ফুম্জিন্দুনা থমে।

[ঙ] মুথৎলি তত্তনা নুংশি মপাউনা সতীনা
কালাগ্নিসি। × × × (মে: ব: কা: ৩ ৪২৭ ২৮)

মসিদা উপমান—'কালাগ্নিসি' না উপমেয়-মেঘনাদবু ফুমে।

[চ] × × জগৎ নাকোংদা অমৃত ধারানি। ( মে: ব: কা: ৩।২২ )

উপমেয় 'নাম্বু' 'অমৃত ধারা' উপমান্না উমে।

## (২) অভেদদা ভেদ—অতিশয়োক্তি।

পোৎ অমত্তবু তোঙাম্বনি হায়না খম্ববু অভেদদা ভেদ কৌই। খুদম্ তাঙ্খিও।

## (৩) সম্বন্ধদা অসম্বন্ধ।

পোৎ অনি মহৌশানা সম্বন্ধ লৈনৈ—হায়না খ্বাইনা খঙনৈ; সম্বন্ধ অদু য়াদববু—লৌদববু সম্বন্ধদা অসম্বন্ধ অতিশয়োক্তি কৌই। খুদম্—তাঙ্খিও।

মথক্তা অনি অসি মণিপুরী সাহিত্যদা থেংনদরি। অদুনা খুদম্ পীজদরে।

## (৪) অসম্বন্ধদা সম্বন্ধ।

মহৌশানা সম্বন্ধ লৈতব পোৎশিংদা সম্বন্ধ লৈ হায়না কল্পনা তৌববু অসম্বন্ধদা সম্বন্ধ অতিশয়োক্তি কৌই। অসিগুম্ব-সিদা চমৎকার য়াম্না ওই।

[ক] কলঙ্ক লৈতনবগী আশাদৈ চন্দ্রনা।
চরণ-খুজিন্দা লৈরে মশক্ তরা থোক্লা॥

কবিনা—অন্নদাগী ( দেবীগী ) মোহিনীরূপ বর্ণন তৌরি; চন্দ্রনা অন্নদাগী চরণ খুজিন্দা লৈররে—মরমদি মদুদা লৈরবদি মাগী মশাদা কলঙ্ক লৈররোই। মসিদা চন্দ্রনা খোঙ্গী খুজিন্দা লৈবা অসম্ভবনি। অদুমক্পু কবিনা কল্পনা তৌরি। অদুনা অসম্বন্ধদা সম্বন্ধ ওইরে। অসিগুম্ব বর্ণনাদা কবিনা চমৎকার

ওইহন্দুনা য়াম্না ফজ্জহল্লি। অহুনা আলঙ্কারিক্ দণ্ডীনা অতিশ-য়োক্তিবু—'অলঙ্কারোত্তমা' (উত্তম-অলঙ্কার) কৌই।

[খ] রাঙাংদা পঞ্চম স্বর তম্নবৈ আশানা।
কোকিল-কোকিলা সঙ্গু সঙ্গু ইকোই-কোইনা॥

অন্নদাগী মোহিনী রূপ বর্ণন্নি। মসিদা কোকিলনা অন্নদাগী রাঙাংদগী পঞ্চম-স্বর তম্নিঙিও। মধুর পঞ্চম স্বর কোকিলগী মশামকী লন্নি। কবিনা কোকিলবু অন্নদাগী শিষ্য ওইহন্দুনা উৎলিবদি—অন্নদাগী রাঙাঙ্গা (খোঙ্গেন্‌গা) কোকিলগী পঞ্চম স্বরগা তুলনা য়াদে। অন্নদাগী খোঙ্গেন্‌গী মাধুর্য্য অঙকপনি হায়বনি।

## (৫) কার্য্য-কারণগী মথং-মনাও ওন্নব-অতিশয়োক্তি।

কার্য্য-কারণগী মহৌশাগী মথং-মনাও লৈবহ্নু ওন্নবদি অসি-গুম্ব অতিশয়োক্তি অলঙ্কার ওই।

[ক] হান্না লাকৃই প্রাণ মতুংদনা জ্ঞান।
'হুবু মাঙিও জ্ঞান হান্না, কোন্না প্রাণ।"

প্রাণনা হান্না লাক্‌পনিনা হান্না চৎকম্ খোকৃই; অহুবু মসিদা মাং-তুং ওন্নয়ে।

## (ঠ) দৃষ্টান্ত।

অমগামগা ধর্ম মান্নব-পোৎ অনি মান্নবগী বর্ণনাবু দৃষ্টান্ত কৌই। মসিদা উপমেয় অমসুং উপমান থংনব-বাক্য অনিদা লৈবা,

সাদৃশ্য ( মাগ্নবা ) উৎনবগীদমক তুলনা বাচক শব্দ য়াওদবা—অদুগা সাধারণ ধর্মগী অর্থ অমত্তা ওইদবা, অমস্তুং তোঙাম্ব ওইবনা তোঙান্-তোঙাম্ব রাইহেনা হায়বা—শব্দরগদি মনুংদদি উপমেয়-উপমান মাগ্নবা। মদুদি :—

[ক] আশাগুম্না ঐগী নাক্তা লেপ্লেদো, কঞ্জবি !
চন্দ্র-মুখদু উবদা দ্বিগুণগনি পাঙ্গল্,
চন্দ্রমুখি। লৈরিমখৈ ফণীন্দ্র দেহদা
প্রাণ, কনাগী মতিক্ লৈ হূবা, কোক্কী মণি ? [ বীঃ কাঃ ৬।১৩৯-৪২ ]

মসিদা—"আশাগুম্না······পাঙ্গল্"—উপমেয়—বাক্য (ঐ—উপমেয়), অদুগা—'লৈরিমখৈ ·····কোক্কী মণি'—উপমান—বাক্য ( ফণীন্দ্র—উপমান ) ; পাঙ্গল্ দ্বিগুণবা, অদুগা 'কোক্কী মণি হূবগী মতিক্'—অর্থ তোঙাম্ব সামান্য-ধর্ম্ম ( common-property ) অনিনি, অদুবু তাৎপর্য্যদা সাদৃশ্য মরি অমা থাগুক্লা লৈ। হায়বদি পাঙ্গল্ দ্বিগুণবনিনা ঐঙোন্দগী নংবু পাক্ হেক্ মুম্বা ঙম্মোই, ফণীন্দ্রদগী মণি মুম্বা ঙম্মদে। বাচক-শব্দ য়াওদে।

[খ] ··· ··· সভাপূম্ব রায় নিংথৌ রাবদা,
জগৎ মমুত্থ্রে, ওন্থোক্পনি, নোংনা খঞ্জিবদা
নুমিৎপু ! ··· ··· ··· ··· [মেঃ বঃ কাঃ ১।৭৬-৭৮]

মসিদা—'সভাপূম্ব···রাবদা'—উপমেয় বাক্য ( সভাপূম্ব—উপমেয়), অদুগা 'জগৎ মমুত্থ্রে···নুমিৎপু'—উপমান-বাক্য (জগৎ—উপমান) ; সামান্য ধর্ম্ম-রাবা অমস্তুং মম্বা—অর্থ মাগ্নদবা, অদুবু

তাৎপর্য্যদা মাপ্পব-মরি অমা মনুংদা লৈ। বাচক শব্দ য়াওদে।

[গ] ভানুগী মঙাপ্পা, দেবি, চঙ্‌বদা উমংদা
শূক্র-মম্ব, মঙান্দুগী মগুন্না ঙাল্‌হল্লি—
উমংদো। ... ... ... ...
নংনা খোঙ্‌দাবিব লম্‌দা, মধু চেম্বি!
করিগী নুঙাইয়োইদগে মীপুম্‌ খুদিং শুনা? [মেঃ বঃ কাঃ
৬।২১৯-২৪]

মসিদা—'ভানুগী...উমংদো' উপমেয় বাক্য (ভানু উপমেয়), 'নংনা...শুনা'— উপমান বাক্য (উপমান-নং-সীতা)—সাধারণ ধর্ম্ম 'ঙালহম্বা' অমসুং 'নুঙাইহম্বা' অর্থ মাপ্পদব রাহৈশিং; অদুবু তাৎপর্য্যদা মাপ্পব মরি উৎলি। বাচক শব্দ য়াওদে।

[ঘ] ... ... হিংচাব রথি, করম্না কাউরিব।
কনানো নং? মহাকুল করিদা নং পোক্‌পা?
কনানো অধম রাম? অরূব পুষ্টীদা
শাপ্পবনি রাজহংস খম্বানগী কানন্দা;
চৎপরা থক্‌ মানা, প্রভু, অনৈব ঈশংদা,
কঙ্‌-চরাং মপৈগী লৈফম্‌? শা-নিংথৌ সিংহনা,
কদৌঙৈ, হে বীরসিংহ, তরাম্মী লম্‌হুইবু
বন্ধুগুম্না? × × × × [মেঃবঃকাঃ ৬।৫৪১ ৪৯]

মসিদা—উপমেয় অমগী উপমান অনি, অদুগা বাক্য অহুমদা সাধারণ ধর্ম্ম—বিম্ব প্রতিবিম্ব ভাব—(হায়বদি অর্থ মাপ্পদ্রগা মনুংদা মাপ্পব ভাব লৈবা) য়াওরে। মহাকুলদা পোকপ নং অদুগা অধম রাম—উপমেয়;—উপমান (১) 'রাজহংস' অমসুং কঙ্‌-চরাং

লৈকম্; (২) শ'নিংথৌ সিংহ অমত্তুং লমহুই। মথোয় অসিগী গুণ থবকাশঙ্গী সাদৃশ্য তাৎপর্য্যনা উৎলি। উপমেয় অমগী উপমান অমদগী হেল্লে—অচুনা মসি মালা দৃষ্টান্তনি।

[৬] রাহু উম্ব-থাগী তুংইল্লি থরান্মিচাক্।
পামেন্তু বদা ওল্লি লৈমাইথক্তা উরীনা॥
লৈথোম্ পুখৈব শামুবু থাদোক্তে অমোম্না।
ইন্দুনু তৌসনু ধর্ম্ম পাতি-তনি নূপীগী॥ [ প্রঃ নাঃ ১।২৫ ]

মসিদা—উপমেয় পাতি ( রাম ) অদুগা নূপী ( সীতা )—উপমান অহুম্ বাক্য অহুম্দা— [১] থা অমত্তুং থরান্মিচাক, [২] পামেন্ অমত্তুং উরী, [৩] শামু অমত্তুং অমোম্। সাধারণ ধর্ম্ম—তুংইন্বা, লৈমাইদা ওন্বা, থাদোক্তবা অমত্তুং ইন্দুনা ধর্ম্ম তৌবা—তাৎপর্য্যদা সাদৃশ্য উৎলি। উপমেয় অমগী উপমান অহুম্নি; অচুনা মসি মালা দৃষ্টান্তনি।

[৮] কনাবু কন্বা ভম্বগে মৃত্যু কালদা কনানা ?
থৌরী তৎলগা ভম্বগে চকু ফাবা কনানা ?
অঙ্গানি নিয়ম্ মাগীপা পাম্বিগীগা অস্থুম্না।
অমুক কাডিঙ অমুক হৌই মতম্ ইকাই কায়দনা॥ [স্বঃ বাঃ ৬।১০ ]

উপমেয়—অহাম্ব বাক্যদা—কনাবু (মী); উপমান—অনিশুব বাক্যদা—চকু; সাধারণ ধর্ম্ম—উপমেয়গী শিবা কন্বা, উপমানগী তাদনবা ফাবা—অর্থ—ভাষা তোঙাম্বা—খন্থরগা শোয়দনা মাডিঙ থঙনৈ। বাচক শব্দ—য়াওদে। অচুনা মসি দৃষ্টান্ত-অলঙ্কারনি।

## দৃষ্টান্ত অমসুং প্রতিবস্তূপমা—

অনি অসিগী মায়ব ধর্ম্ম (factors)—উপমেয়-উপমান বাক্য অমমমদা লৈবা, সাদৃশ্য বাচক শব্দ য়াওদবা, সামান্য-ধর্ম্ম অনিরক (অমুক্তা উপমেয়গা অমুক্তা উপমানগা হায়বদি বাক্য অনিদা অনিরক) অমসুং উপমেয়-উপমানগী সাদৃশ্য খন্থরগা বুদ্ধিনা পুথোকপা।

অনিগী খেন্নবা— সাধারণ ধর্ম্মগী (common property) মতাংদনি। প্রতিবস্তূপমাদা—সাধারণ ধর্ম্ম অমত্তনি ;—তোঙান তোঙান্ন রাহৈনা অনিরক হায়দুনা অর্থ অমত্তা ফোংদোকপদনি; অমগী মহুত্তা অতৈনা বদলী তৌবা য়ায়, মতুদা সাধারণ ধর্ম্মগী অর্থ মাঙদে। অদুগা দৃষ্টান্তদা—সাধারণ ধর্ম্ম অমতা নত্তে ; তোঙান-তোঙান্ন উপমেয়গী সাধারণ ধর্ম্ম অমমম্, উপমানগী সাধারণ ধর্ম্ম উপমেয়দগী তোঙান্না—অদুনা সাধারণ ধর্ম্ম অনি—তোঙান্ন রাহৈনা উৎপা। মাগী হায়বা পাক্ হেক্ ঙমদবা—খন্থরগা তাৎপর্য্যদা সামান্য ধর্ম্ম অনি মান্নবা লৌনৈ। অসুম্ তৌনা বুদ্ধিনা সাদৃশ্য উৎপ উপমেয়-উপমানগী সম্বন্ধবু **বিম্ব-প্রতি-বিম্ব ভাবগী সম্বন্ধ,** অদুগা সামান্য ধর্ম্মবু **বিম্ব-প্রতি-বিম্বগী সাধারণ ধর্ম্ম** 'কৌই। সাধারণ ধর্ম্মসি অতৈনা বদলী তৌবা য়াদে। চপচানা য়াওনি, অমসুং তাৎপর্য্যনা, ইঙ্গিতনা সাধারণ ধর্ম্মদা মান্নবা পুথোক্কদবনি। মথক্তা খুদম্ তরুক্তা 'করম্না মান্নবা' তাক্পগে হায়বদু ময়েক শেংনা ব্যাখ্যা তৌদুনা হায়খরে।

## (ড) নিদর্শনা।

পোৎ অনিগী 'অসম্ভব' ( absurd ) অমদি 'সম্ভব' (possibility) সম্বন্ধ ব্যঞ্জনানা ( by implication ) উপমেয়-উপমান-ভাব ওইহন্দুনা সাদৃশ্য উৎপবু নিদর্শনা অলঙ্কার কৌই। মসিদা পোৎ অনি মান্নবা উৎপা অমসুং অনি অসিগী সম্ভব অমদি অসম্ভব সম্বন্ধ ব্যঞ্জনানা পুথোক্নুনা অমনা উপমেয় অহুগা অতৈ অমনা উপমান্নি হায়নালৌরবা মতমদা নিদর্শনা অলঙ্কার ওই। নিদর্শনা বাক্য অমগী অলঙ্কার, স্বাধীন বাক্য অনিগী নত্তে। মহুদি :—

[ক] সূর্য্যদগী পোক্লকুব ব শ অহুনা কদায়দা।
বিষয় খরত খঙজব ঐগী বুদ্ধিনা কদায়দা।
জ্ঞান-তাদব মরম্না লান্থমদব সাগরবু
লান্গে নিঙ্লি ঐহাক্তুম্ টরাই লায়না পোঙনবু।
( রঃ বং ১।২ )

মসিদা—'ঐগী বুদ্ধিনা সূর্য্যবংশ বর্ণন তৌবা'— উপমেয় 'পোঙনা সাগর লান্বগী মতৌগুম্বা' উপমান অর্থ মান্নদব রাহৈ অনিনা 'ওইথোক্তব মহৈ ফংবগী' সম্বন্ধ উত্নুনা মান্নবা উৎলি। মসিদা উপমানগী ধর্ম্ম উপমেয়দা পাঙ্খম্বা য়াদে। অহান্বগী পরেং অনিসি বিষম অলঙ্কারনি। য়েঙভু বিষম অলঙ্কারদা।

[খ] য়েরুব ৎহেল্তন্না লান্থম্বা — উপমেয়
ছু চাহুনা হিংহুনা লৈবা — উপমান

অমগামগা মরী অমতা লৈতে, অহুবু অর্থ তোঙাল্লবসু তাৎপর্য্যনা উপমেয়-উপমানগী সাদৃশ্য উৎলি।

[গ] ৱাং চাউরব মীশিংনা ফংনক্ষম্ খোক্প মহৈদো।
থীঃক্লম্বদি ওইরগা খুৎ থাঙ্গত্তুনা লাম্মীদো ॥ (ৱঃ বং ১।৩)

[ঘ] হোৱো, য়েঙঙু, বিধুমুখি, করম্না শাৎলিবা,
হূত্তুনা নহাক্কী কুচু লৈরাংনা নিংথিব
কুঞ্জবন্দা। ... ... ... ... (মেঃবঃকাঃ৫।৩৮৭-৮৯)

উষা মতমদা প্রমীলাদা ইন্দ্রজিৎনা হায়। লৈনা প্রমীলাগী কুচু হূবা অসম্ভবনি। প্রমীলাগী কুচুগুম্ব লৈ পূন্নমক। লৈগী মচুগুম্ব প্রমীলাগী কুচু নত্তে, প্রমীলাগী কুচুগুম্ব লৈরাং মচুনি—উপমানগী মতৌগুম্ব উপমেয় নত্তে, উপমেয়গী মতৌগুম্ব উপমান্নি।

## নিদর্শনা—দৃষ্টান্ত থেন্নবা।

নিদর্শনাগী অর্থ-- শোয়দনা উবা হায়বদি অসম্ভব-সম্বন্ধগী মরক্তা সাদৃশ্য থিত্নুনা পুথোকপা। বাক্য লোইত্রিবৈদা নত্রগা লোইবগা লোয়না লোয়ননা সাদৃশ্যহ খঙবা ঙম্মি! অত্নু দৃষ্টান্তদদি বাক্যনা হান্না লোই, মতুংদা বুদ্ধিনা বিচার তৌহনা সাদৃশ্য অত্নু পুথোক্ই ( খন্থরগা থোরকই )। নিদর্শনা বাক্য অমদা মপুং ওই অত্নুগা দৃষ্টান্তদা তত্তনা বাক্য অনি লৈ, অমসুং উপমান-উপমেয় সম্বন্ধ সম্ভবনি, নিদর্শনাগুম্না অসম্ভব নত্তে।

## নিদর্শনা—অতিশয়োক্তি।

নিদর্শনাদা—অসম্ভব পোৎকী সম্বন্ধনা উপমেয়-উপমান খঙনবা শেম্বা অত্নুগা অতিশয়োক্তিদা উপমেয়বু মীরম্নেন্ ৱাংমগী

( super-human ) মতিক ওইহন্বা ; অদুগা নিদর্শনাদা উপমেয় উপমানগী মরক্তা চাংদম্নব ভাব লৈ অমসুং অনিমক্কী মর্য্যাদা অমসুং মমন্ মান্নবা লৌনৈ নম্বা, অতিশয়োক্তিদা মীথোই-মীহেন্না ফজবা শেম্মী।

## (চ) প্রতীপ।

উপমানবু উপমেয় ওইনা লৌবা অমদি উপমেয়না উপমানবু অরেম্ব-তাহন্ববু প্রতীপ অলঙ্কার কৌই। প্রতীপ হায়বদি ওন্ন-তৈনবা।

প্রতীপগী অনিশুব লক্ষণ অসিদা ব্যতিরেক অলঙ্কারগী রারম্ লাক্পা য়ায়। প্রতীপদা উপমানবু অরেম্বদা তাহল্লি ( উপমেয়না হেন্বনা মনাক্তা উপমান লৈবা য়াদে ) অদুগা ব্যতিরেকদা উপ-মেয়না হেন্বা অমদি রাংপা লৌনৈ, উপমান লৈ।

[ক] চীন্গী অমৃত পাম্তনা কাউরম্মী, অমৃত
সুরাসুর ; মরুল্লক্লে লীন্না ইকাইড়না
নঙন্দা বেণী উবদা ; মন্দর মশামক্
চপ্ লেপ্খরে উরুবদা অতোঙব থবাক্তো। ( মেঃ বঃ কাঃ ২।৩৫৩-৫৬ )

মসিদা উপমান—অমৃত, লীন, মন্দর— অরেম্বদা তাহল্লে, উপমেয়না য়াম্না হেল্লে—চীন্গী অমৃত, বেণী, অতোঙব-থবাক্।

[খ] খঙিড ঐন্সু কৈদৌ নংনা শূরুব-উমংদা
কোয়রিবনো গজরাজ ! শাক্রন্তু উরগা,
ইকাই খাঙদগী উৎকপে করন্না নমায়ন্থ
চাউথোকপ ? ... ... ... (মেঃবঃকাঃ ৫।৫৭৯-৮২)

মসিদা 'শাজত্তু'—ইন্দ্রজিৎকী শাজৎ—উপমেয়না উপমান গজরাজদগী হেল্লে। মসি প্রমীলানা হায়বনি।

## FORMULA

অর্থালঙ্কারগী মনুংদা সাদৃশ্য-মূল অলঙ্কারনা খাইদগী অ-থোইবনি। অদুনা কাউদনবগী অলঙ্কার খরগী ফোরমূলা (Formula) অমা মখাদা পীরি।

থাগুম্ব-মায়থোং—উপমা॥ জাৎ মাম্নদব অনিগী তুলনা।

মায়থোংমক্ থানি—রূপক॥ উপমেয়-উপমান খেন্নদবা।

মায়থোং থা মাল্লে। উৎপ্রেক্ষা—উপমেয়বু উপমান ওইনা লৌবা।

থা নিদনা॥ অতিশয়োক্তি। উপমেয় উমৃগ্রে, উপমান্তু লৈরে।

মায়থোঙ্গুম্ব থা॥ প্রতীপ। উপমানবু উপমেয় ওইনা লৌবা।

থা ভমৃজব-মায়থোং॥ ব্যতিরেক॥ উপমান হন্থরে, উপমেয়না হেল্লে।

মায়থোংলা? থারা? সন্দেহ। উপমেয় উপমান—মান্নবা চিংনবা।

মায়থোং নত্তে, থানি। অপহ্নুতি। উপমেয় লৌদরে।

মায়থোংনি—থা নত্তে। নিশ্চয়। উপমান লৌদরে।

হা মায়থোং। মোংবিররন্নু ইমাঙদা।—সমাসোক্তি। জীবপাম্ব ওইনা লৌরে।

থানা-মায়থোং ওইদুনা ভাল্লরে ইমাঙদা। পরিণাম। উপমান্না উপমেয় ওইবা।

ভাম্বিরে নুংশিব মায়থোং ঐগী মিত্তা 'তুদৈ থমোয়দা } পর্য্যায়। মতম্ অমদা মক্ষম অহুম্‌দা লৈবা।

মায়থোং থাজগুম্মী।
থাজ মায়থোংগুম্মী॥ } উপমেয়োপমা।

Consolidated statement showing the distinction between pair of অলঙ্কার's by comparison and contrast.

| | |
|---|---|
| ১। উৎপ্রেক্ষা<br>সংশয় মপুং। উপমেয়বু উপমান ওইরমাল্লে লৌবা। কবিনা খঙনা খঙনা চিংনবা, ভ্রম য়াওদে। | ভ্রান্তিমান<br>ভ্রম মপুং। উপমেয়বু উপমাগি হায়না কবিনা ভ্রম তৌবা। কবি কল্পনাগী স্বভাবিক ভ্রম। |
| ২। উৎপ্রেক্ষা<br>উপমেয়-উপমান অনিমক বাক্যদা য়াওবা। সম্বন্ধদি সাধ্য অধ্যবসায় ( benefit of doubt ) 'উম্‌দৌবমাল্লে' 'উমদৌইদা' হায়ব-ভাবনি। | অতিশয়োক্তি<br>উপমান্না উপমেয়বু উম্‌থুনা মথন্তা বাক্যদা য়াওবা। সম্বন্ধসিদ্ধ অধ্যবসায়। পুম্‌উম্ উম্বা। |
| ৩। রূপক<br>উপমেয়—গৌন, উপমান প্রধান—অনিবু কল্পনানা অভেদ লৌবা। | অপহ্নুতি<br>উপমেয়— লৌদবা।<br>উপমান— লৌবা। |
| ৪। রূপক<br>উপমেয়দা উপমান হাপ্তুনা | সমাসোক্তি<br>উপমেয়দা উপমানগী খবক, |

অমত্তা ওইবা, অনিমক ৱাক্যদা য়াওবা।

৫। রূপক

উপমেয় উপমান খেন্নদব মপুং।

অনিমক্ ৱাক্যদা য়াওই। উপমান্না প্রধান্নি।

৬। নিদর্শনা

অর্থ শোয়দনা খঙবা — অসম্ভব সম্বন্ধগী মরক্তা সাদৃশ্য থিত্থনা পুখোক্পা ৱাক্য লোই-রিবৈদা নত্রগা লোইবগা লোয়ন-লোয়ননা সাদৃশ্যত্থ খঙবা ঙম্বা। ৱাক্য অমত্তনি।

৭। প্রতিবস্তূপমা

ৱাক্য অনি, অমনা উপমেয় অমনা উপমান।

উপমেয়-উপমান অনিমক সামান্য নত্রগা বিশেষ ওাক্ত ওইবা। বস্তু প্রতিবস্তু-ভাব সম্বন্ধ।

গুণ হাপচিন্বা; ৱাক্যদা উপ-মেয়ত য়াওবা; উপমানগী গুণ ক্রিয়া লৌত্থনা উপমেয় হায়নৈ।

অতিশয়োক্তি

উপমেয় উপমান পুম্খেন্ খেন্নদবা।

উপমান্না উপমেয়বু উম্থনা মথন্তা ৱাক্যদা য়াওবা।

দৃষ্টান্ত।

ৱাক্য লোইরবা তুংদা বুদ্ধিনা বিচার তৌত্থনা সাদৃশ্য পুখোক্পা। ৱাক্য অনিনি। উপমেয়-উপমানগী সম্বন্ধ সম্ভব নি।

অর্থান্তর-ন্যাস

ৱাক্য অনি; অমনা উপ-মেয়, অমনা উপমান। অমনা সামান্য অমনা বিশেষ নত্রগা অমনা কারণ, অমনা কার্য্য সমর্থন তৌবা। বস্তু-প্রতিবস্তু ভাব লৈতে।

## ৮। দীপক।

প্রস্তুতকা অপ্রস্তুতকা ধর্ম্ম (ক্রিয়া) অমত্তুনা নত্রগা কারক অমগী ক্রিয়াময়াম্না মরি লৈহন্বা।

## তুল্য-যোগিতা।

প্রস্তুত অমদি অপ্রস্তুত কয়ামরুম্ ধর্ম্ম (গুণ-ক্রিয়া) অমত্তুনা তাইশিল্লি। প্রস্তুত+প্রস্তুত নত্রগা অপ্রস্তুত+অপ্রস্তুত হায়বদি তুল্য=সমান যোগ। তিন্নরবস্থ প্রস্তুত প্রস্তুত অত্তুম্ লৈ; অপ্রস্তুত অপ্রস্তুত অত্তুম্ লৈ।

---

## ৯। দৃষ্টান্ত

## প্রতিবস্তুপমা

অনিমক্কা—মান্নবা

বাক্য অনি, বাচক্ য়াওদবা, সমাস্ত ধর্ম্ম অনিরক—উপমেয়দা অমুক্, উপমান্দা অমুক্। সাদৃশ্য খল্লরগা বুদ্ধিনা (ব্যঞ্জনানা) পুথোক্পা।

খেন্নবা

সাধারণ ধর্ম্ম অমত্তা নত্তে। different উপমেয়গী সাধারণ ধর্ম্ম অমমম্, উপমানগী সাধারণ ধর্ম্ম উপমেয়গীগা তোঙান্বা—অত্তুনা সাধারণ ধর্ম্ম অনিনি; different রাইনা উৎলি। মান্নে হায়বা পাক্ হেক্ ঙম্‌দবা খল্লরগা তাৎপর্য্যদা সামান্য ধর্ম্ম অনি মান্না লৌনৈ।

সাধারণ ধর্ম্ম তোঙান্ তোঙান্ রাইনা অনিরক হায়রবস্থ অর্থদি অমত্তা; অমগী মহুত্তা অমনা বদলী তৌবা য়াই অর্থদি মাঙদে।

| | |
|---|---|
| **১০। দৃষ্টান্ত**<br>বিষয় অনিনি—উপমেয় উপমান অদুগা সাদৃশ্যগীদমক্ সাধারণ ধর্ম্মগু বিম্ব—প্রতিবিম্ব ভাব ব্যঞ্জনানা লৌনৈ। | **অর্থান্তরন্যাস।**<br>সামান্যনা বিশেষবু (vice versa) নত্রগা কারণনা কার্য্যবু (vice versa) সমর্থন তৌনবা মহৈ মহৈ। |
| **১১। অপ্রস্তুত প্রশংসা**<br>অপ্রস্তুত হায়দুনা ব্যঞ্জনা-না প্রস্তুত উৎলি। | **অর্থান্তর-ন্যাস**<br>সামান্য-বিশেষ নত্রগা কার্য্য কারণ অনিমক য়াওই; মহৈ-মহৈ সমর্থন তৌনৈ। |
| **১২। সমাসোক্তি**<br>প্রস্তুত (উপমেয়) হায়দুনা অপ্রস্তুত (উপমান) তাক্পা। বাক্যদা উপমেয় য়াওবা। | **অপ্রস্তুত-প্রশংসা**<br>অপ্রস্তুত হায়দুনা ব্যঞ্জনানা প্রস্তুত তাক্পা। বাক্যদা অপ্রস্তুত য়াওবা। |

অনি অসি অমনা অমগী বিপরীতনি।

| | | |
|---|---|---|
| **১৩। একাবলী**<br>মতুঙ্গী পোৎনা মমাঙ্গী পোত্তা ফজবা হাপ্পা।<br>Each succeeding thing adds to the beauty of cach preceding thing. | **কারণমালা**<br>মমাঙ্গী পোৎ মতুঙ্গী পোৎকী কারণ ওইনা উৎপা।<br>Each preceding one is represented as the cause of each succeeding one. | **মালাদীপক।**<br>মমাঙ্গী পোৎনা মতুঙ্গী পোৎকী charm হেন্নবা<br>Each preceding tbing enhances the charm of each succeeding thing. |

## ২। বিরোধমূল অলঙ্কার

মতম্ অয়াম্বদা হায়গদব বিষয়শুবু কজনবগীদমক নত্রগা থোইদোক্লা কন্‌শিন্না হায়নিংবদগী বক্তা নত্রগা লেখক্লা মাগী উক্তিদা মপান্থোংদা বিরোধ ( contradiction ) অমা ওইহল্লি। বিরোধ অসিদা কেন্দ্র ওইদুনা অলঙ্কার শেম্মী—মতম অদুদা অলঙ্কার অদুবু বিরোধমূল হায়নৈ। অসিগুম্বা অলঙ্কারগী মখুংদা মকোক্ ওইরিবদি অসিনি :— বিরোধাভাস, বিষম, বিভাবনা, বিশেষোক্তি অমসুং অসঙ্গতি।

### (ক) বিরোধ অমসুং বিরোধাভাস।

পোং অনি হেক য়েংবদা বিরোধ ওইনা উবা অদুগা বিরোধ অদুদা চমৎকার অমদি কাব্যদা নিংখিজবা য়াওবা অমসুং তাৎপর্য্যদদি বিরোধ অদু মাঙাখবা মতম্‌দা বিরোধাভাস অলঙ্কার ওই। থাঙ্গৈশেংনা বিরোধ ওইরবদি বিরোধাভাস অলঙ্কার ওইদে। মদুদি :—

(ক) লাইথুং কজব মীদি চঙনা শিবা পাংখল্লি।

(খ) নিংখিদা কুচুদি মুনা লভিঙ।

(গ) থোৎনা চগনৈ রাষ্ট্রহ রাতা।
পেৎনা চেংজংবা মরমচল্লা।

(ঘ) অঙাংসিদি লিখৎখরে, মপাদগী হল্লি।

(ঙ) শাথিনা কজব হনুব-অঙাংশিং।

(চ) ধর্ম্ম চেল্লবা দিলীপ্পি হনুদনা হনুরবা। (রঃবংঃ ১।২৩)

## (খ) বিষম।

মান্নদবা পোৎ চমৎকার ওইনা বর্ণন তৌববু বিষম অলঙ্কার কৌই। মসিদা কার্য্য (effect) অমসুং কারণ (cause) অনিদা খেন্নবা লৈরবা, অমদি অহৌব থবক অমা মহৈ য়ান্দবা নত্ত্রগা খল্লুদব (unexpected) পোৎ অমা ফংবা— হায়বদি মরম্দগী ফংকম্ থোক্পা মহৈ অতুগী মহুত্তা পাম্দব, খল্লুদব মহৈ অমা থোরকপা, নত্ত্রগা বিরুদ্ধ (contradictory) পোৎ অমা থোরকপা (মকম্ অমত্তদা অসম্ভব ঘটনা অনি তিন্নবা থোক্-পন্ন বিরুদ্ধ পোৎ থোক্পা কৌনৈ)— মসি ওইরবদি বিষম অলঙ্কার ওই। পুম্নমক অসিদা বি-ষম-মান্নদব পোৎকী বর্ণনা তৌই।

(ক) ইখোঙ-থোংনমক্ চত্তুনা উজ্জয়িনীগী কোন্নুংদা।
অবন্তিরাজ কুমারীবু ইমিৎ পেন্না উজবদা॥
হায়ব-থোক্কব দশা'মা ঐগী ওইখিব মতম্দা;
থাবিরম্মী কামদেবনা তেকৈঙ্গ মঙানা ঐঙোন্দা।
মতুগী দাগ্ হৌজিক্ ফাওবা কোক্তিৈভনা হুদিন্নুংদা।
থাবিররে অমুক্ হন্না রতিপতিনা ঐঙোন্দা।
তেন্নঙাত লৈজব করম্তৌনা মহাক্না।
থারক্পগে ঐঙোন্দা তেকৈঙ্গ তরুক্ শুবনা (স্বঃবাঃ৪।১)

মসিদা—'থাবিরম্মী .. হুদিন্নুংদা'—বাসবদত্তাবু নিংশিঙ্ভ। "থাবিররে . ঐঙোন্দা" অসিনা পদ্মবতীদা প্রেম লৈবা তাক্লে। "তেন্নঙাত . তরুকশুবনা"—অমদনা মেন্নঙানা পুক্লপ-থাবা-হায়-বদি বাসবদত্তাবু নুংশিবনা, অতৈদনা তরুক্শুব-তেন্ অমত্তনা

থাবা—হায়বদি পদ্মাবতীবু মুংশিবদগী হেম্ব ধ্বনি ( implied sense ) ওইরে। মফম অমত্তদা অসম্ভব ঘটনা অনি তিন্নবা থোক্লরে ; অদুনা বিষম-অলঙ্কারনি।

(খ) ... ... ... ... কণীসি উবদা
চেন্‌খি কিদুনা, অউব যম দূতশিংনা ;
কণীসি উবদা, হাই হাই, কনানো মসিবু
য়েৎনিংলোইদবা মওক্তা, ... ... (মেঃবঃকাঃ৫।২৭৭-৮০)

কণীসি = হিংচা নূপীগী বেণী ( শম্‌জি-মতোন্ )। কণী — কারণ (অউব-মীগী) কিদুনা চেন্বা স্বভাবনি (কার্য্য)। কণীবু ওক্তা য়েৎ-নিংবা স্বভাবিক নত্তে ; অদুনা কার্য্য-কারণ মান্নদরে ; বিষম অলঙ্কারনি।

(গ) ঈংননবা দিবানিশি চন্দন তৈবদা।
বিধিগী খুজিন্না মদু হুবু ওইরক্লেদা॥

চন্দন্দি ঈংউ, অদুবু চন্দন তৈবদা হুগুম্ ওইরক্লে। unex-pected মহৈ কংলে ; অদুনা বিষম অলঙ্কারনি।

(ঘ) যঙ্গোম্ পীথক্কুনা য়োক্লম্মে লীলমচা,
কাম্‌থোরক্লে হৌজিক্ হু মপৈ মপৈ ;
কন্দোক্কুনা অমুব-মতোক্,
উশিত্তনা চীক্লবা অয়োক্‌পগী লেম্ফুদা।
( পৃথ্বীরাজ নাটককী দৃশ্য অমা )

মসিদা unexpected effect থোরক্লে। বিষমনি।

(ঙ) কুচু নিংথিবৈ করম্না বিপদ তম্‌থিব থোক্‌খিবা
খোয়থুম্নববু মায়থোঙ্গী মাঙহন্‌খিবা করম্ মৈনা।
(স্বঃ বাঃ ৬।১৩)

(চ) পাউতাক্ পীবদি মূর্খদা অশাওবা হেন্‌চম্বতনি।
ষঙ্গোম্ থৱগা লীঙ্গুঙ্গী মহূদ মহেল্লক্‌পনি।
মসিদসু-খল্লুদব মহৈ থোরক্লে। অর্থান্তর ন্যাসম্নি।
(হিতোপদেশ)

(ছ) সীতাগী মরমৃগীদমক্তা য়াইবী থরাই মাঙনরে।
সনা তাম্বা হায়ববু মণি মাঙবা তারেদো! (থাঃলৈঃ)
সীতা ফংনবগীনা— থরাইমাঙবা— বিরুদ্ধ মহৈ ফংলি;
অদুনা

সনা তাম্বদা মণি মাঙবা বিরুদ্ধমহৈনি।

(জ) সূর্য্যদগী পোক্লবা বংশ অদুনা কদায়দা।
বিষয়খরত খঙজবা ঐগী বুদ্ধিনা কদায়দা। (রঃবংঃ১।২)

(ঝ) মহৌশানা খঙব লুব রাজচরিতনা
কদায়দা, ঐগুম্ব জীব অপংবনা কৈদা? (কিঃআঃ১।৬)

(ঞ) ··· মহা ঋষি বংশদা পোকপনি,
'হুবু চণ্ডালিনীনি ঐ! ··· ··· ··· (বীঃকাঃ ২।১৩৩।৩৪)

## বিরোধ—বিষমগী খেন্নবা।

বর্ণন তৌরিব পোৎ অনিদু অমগামগা মান্নদবা বিষমগী মূল হৌফম্নি; অদুগা পোৎ অনি অমগ মগা বিরোধ ওইবা (ante) বিরোধগী মূলনি। মতুদি:— উ'চগা হৌদোঙ্গা মহৈ মহৈ বিরোধীনি, বিষম নত্তে; অদুগা তিংথঙ্গা গুলাপ্‌কা— বিষম্নি, বিরুদ্ধ নত্তে।

## (গ) বিভাবনা।

মরম লৈতনা থবক থোক্‌পবু বিভাবনা অলঙ্কার কৌই। 'মরম' হায়বদি অফাওব খ্বাইনা খঙনব মরম্ খঙনগনি। বিভাবনাদা

অক্ষাওব মরম্না থবক থোক্কে, কল্পিত ( implied ) মরম্না থোক্ই। কল্পিত মরম য়াওরগা উক্তনিমিত্ত বিভাবনা, য়াওদ্রগা অনুক্তনিমিত্ত বিভাবনা হায়নৈ। মতুদি :—

(ক) মশা কল্লিকিদনা, ধর্ম্ম চৎলি নাদনা।
পৈশা লৌই পাম্‌দনা বিষয় চাই লুপ্তনবা। (রঃ বং ১।২১)

মসিদা--কিবদগী খ্বাইনা মশা কনৈ, অকিবগী মরম্ লৈতনা দিল্লীপ্না মশা কল্লি ; খ্বাইনা না-য়েক্লগা ধর্ম্ম চৎলি হায়বদি লাই নিংনৈ। অনা-অয়েক লৈতনা দিল্লীপ্না ধর্ম্ম চৎলি। অপাম্বগী মরম্ লৈতনা পৈশা লৌই, বিষয় চাই। অদুনা (মরম্ হায়দোক্তব) অনুক্তনিমিত্ত বিভাবনা অলঙ্কারনি।

(খ) মতম্ মতুংইন্না লুহোংবদা অমুক্ হন্না।
উন্ন-হাৎপ থম্বাল্‌গুম্ লাবাণকী খাম্বীনা।
মশা চাক্‌পিখিব ধর্ম্মচেন্বী মতিক্ চাবী।
অবন্তিরাজ কুমারীবু নিংশিংলক্লে ঐনা। (স্বঃ বাঃ ৫।১৪)

'অবন্তিরজ কুমারীবু নিংশিংলক্লে'—নিংশিংবা অসি কারণ য়াওদনা হায়বদি লুহোংলুরিবীগী মশা চাক্‌পা তোদনা ওইরক্লে। অদুনা অনুক্তনিমিত্ত বিভাবনানি।

(গ) অঙাক্‌প-রাজা অদুনা চৎপদুদা বন্দা কোয়না।
মূৎলম্মী লৈম্নে নোংচুদনা পীকৃথল্লম্মী-হৈ-লৈশুনা।
তুহৎলম্‌দে শাশিংলক্ত: অশোম্ববু অকন্বনা॥ (ররং ২।১৪)

মসিদা-নোংচুবা—মরম য়াওদনা লৈম্নে মুংপা, হৈ-লৈ পীকৃথন্না

অদুগা অশোম্ববু অকম্বনা তুহন্তবা—অসিগী য়াজানা বন্দা কোয়বনা—ব্যঞ্জনানা ( by implication ) মরম ওইরে অদুনা—বিভাবনা অলঙ্কারনি। উক্তনিমিত্ত মখল্লি।

## (ঘ) বিশেষোক্তি।*

কারণ লৈরগা কাজদি অমদি মহৈদি করিম্সু থোক্তব মতাংদা বিশেষোক্তি অলঙ্কারনি। থাঙ্গৈশেংনা। কাব্যবু নিংথিজব অমদি চমৎকার ওইহন্বা মতম্দা বিশেষোক্তি অলঙ্কার ওই। মসি বিভাবনাগা চপ্‌চানা ওম্নতৈনবনি ( Just opposite )। বিশেষোক্তি মখল্ অনি শুই। থবক থোক্হন্দবগী অমদি মহৈ য়াল্হন্দবগী মরম্ য়াওরগা উক্তনিমিত্ত বিশেষোক্তি, অদুগা য়াওদ্রগা অনুক্তনিমিত্ত বিশেষোক্তি কৌই।

(ক) মশক্-রাশী লম্চৎ বেভারদদি।
য়াম্না পামজৈ পদ্মাবতীবুদি॥
বাসবদত্তাদা লুপ্‌খিবা মোন্দি।
হূবা ঙম্ত্রি হৌজিক্ কাওবতদি॥ ( স্বঃবাঃ ৪৪ )

মসিদা—'মশক্ রাশী লম্চৎ-বেভার'—কারণদি লৈরে অদুগা মসিগী ফল—'বাসবদত্তাদা লুপ্‌খিব মনঃ—হূবা' লৈত্রে। অদুগা ঙম্দবগী মরম্সু য়াওদরে। অদুনা অনুক্তনিমিত্ত বিশেষোক্তিনি।

---

*"সতি হেতৌ ফলাভাবে বিশেষোক্তি স্তথোদ্বিধা" সাঃ দঃ।
These is the cause but no effect.

খ) × × × × ×

মশা চাকৃপিখিব ধর্ম্ম চেন্বী মতিকৃচাবী।
অবন্তিরাজ-কুমারীবু নিংশিংলক্লে ঐনা। (স্বঃ বাঃ ৫।১)

'মশা চাকৃপিখিব' কারণ অসিনা নিংশিংলরোইদবনি। অদুবু 'নিংশিংলক্লে ঐনা' (রাজানা)। নিংশিংলকৃপগী মরমস্থু য়াওদে; অদুনা অনুক্ত-নিমিত্ত বিভাবনাগা অনুক্ত-নিমিত্ত বিশেষোক্তিগা সঙ্কর ওইরে। সঙ্কর অলঙ্কার য়েঙ্ক্ষু।

(গ) রাইহেসিনা মমন্ হেল্লে রাজ্য কংবা ময়ামদগী।
দোষ লৈরবস্থু ঐহাকৃপু নুংশিবিবদি কাউবিদে॥
(স্বঃ বাঃ ৬।১২)

মসিদা 'দোষ, লৈরবস্থু'—কারণ লৈরে, থবক্তি থোক্তরে; 'নুংশিবিরে কাউবিদরে' অদুনা অনুক্তনিমিত্ত বিশেষোক্তিনি।

(ঘ) কনবগী মহারাজগী মহারাণীবু লোৎলগা।
মসি তৌখি ইনিঙ্তৌনা ঐনা কবনি খল্লুনা।
ঐঙোন্দা করি রাজানা হারগনি মহু খল্লুনা।
পুক্লিংদা চিংনরে য়াম্না য়াল্লবস্থু থবক্ মহৈ॥
(স্বঃ বাঃ ৬।১৫)

'থবক মহৈ য়ান্বা' কারণগী মহৈ লৈক্ত্রে; অমরোমদা পুক্লিংদা চিংনবা পোক্লে। 'ঐনা ইনিঙ্ তৌনা তৌখিবদগী' চিংনবা পোক্লিবনি। অদুনা উক্ত-নিমিত্ত বিশেষোক্তিনি।

(ঙ) মধু চুম্নগী ঈশৈদা মুল্লব-লেঙজ্রব
শজি হাৎনিংব ব্যাধনা, শান্নরিবা হংস
শিঙ্গী মধুর-স্বরনা শুম্বনা, ঙমৃখিদে
লাক্ষ্যদা পুক্লিং চপয়ুংনা লেঙহন্দনা থম্বা। (ভঃ কাঃ২।৭)

মসিদা—হাৎনিংবা কারন্দি লৈরে; অদুবু লক্ষ্যদা পুক্নিং লেপ্পদি ( attention of mind ) লৈত্রে—হংস মখোম্বাবদগী—অদুনা উক্তনিমিত্ত বিশেষোক্তি অলঙ্কারনি।

## (ঙ) অসঙ্গতি।

কার্য্য-কারণগী থোক্ফম্ তোঙান-তোঙাল্লবা হায়বদি কারণনা মফম্ অমদা অদুগা কার্য্যনা অতৈ মফম্ অমদা থোক্পা মতম্দা অসঙ্গতি অলঙ্কার ওই। মদুদি ঃ—

(ক) ... ... ... ইতা! কায়খরে হৃদিসে
ঐহাক্কী, য়েঙজ্দো সখি, ঈ ধারা উবদা
ইচাগী মেঙ্গ্ব হক্চাংদা।... ...(মেঃ বঃ কাঃ ৭।৫৫৯-৬০১)

কারণ—ইচাগী ( কার্ত্তিকী ) হক্চাংদা ঈ-ধারা, অদুগা কার্য্য ঐহাক্কী ( উমাগী ) হৃদি কায়বা। কার্য্য—কারণ মফম্ ভিন্নদরে;—অদুনা অসঙ্গতি অলঙ্কারনি।

(খ) ... ... ... ... ... ঙংলক্নে লাইবক্তা
চিত্রভানু, মৈরি ফ্রংফ্রং হৌনা ইরং লংনা!
কিরদুনা লৈরাং-লীরুং চঙ্খরে খুদক্তা
ভবানীগী মথবাক্তা, ... ... ... (মেঃ বঃ কাঃ ২।৩৯২-৯৫)

কারণ—( শিবগী ) লাইবক্তা চিত্রভানুনা ( মৈনা ) ঙংবা, অদুগা কার্য্য—লৈরাং-লীরুংনা [কামদেবনা] ভবানীগী থবাক্তা লোৎপা। কারণনা অমদা কার্য্যনা অতৈদা; অদুনা অসঙ্গতিনি।

(গ) নোংমা চায়রুং তক্পদা উমঙ্গী শামু অমনা।
মাগী মকু হুদোক্পদা চীঙ্নিংথৌমচানুপীনা।

রাবিরন্সী মতুইদমক্ অসুরাশঙ্গী খুৎলাইনা
সেনাপতিদা পাম্বদা রাবিবা মতৌ অদুম্না ॥ (রঃবঃ ১।৩৭)

মসিদা—মাগী (দেবদারুপাম্বী) মকু হুদোক্পা কারন্না—মফম্ অমদা, রাবনা (কার্য্য) চাউ্নিংথৌ মচানুপীনা (উমানা) মফম্ অতৈদা। অদুনা অলঙ্কৃতিনি। মসিদা উপমাসু রাওরি।

## ৩। শৃঙ্খলা মূল অলঙ্কার।

অয়াম্ব মতম্দা বাক্য অমগী থবক্ অমনা অতৈ বাক্য অমগী মরম্ ওই, অমসুং মরম্ অদুমক্কা থবক্কুনা অতৈ বাক্য অমমুক্কী কারণ ওই। অসুম তৌরনা বাক্যশিংডু মথং-মনাও কায়দনা লৈ। অদুগা বাক্য মগং মথং অদুনা পোৎকীশুন মথং মগং হেল্হন্দুনা অক্বনা থাউগী মনৈদা লৈব-মতম্দা শৃঙ্খলা মূল অলঙ্কার ওই। অলঙ্কার অসিদা অহুম্না মকোরি—কারণ মালা, একাবলী অমসুং সার।

### (ক) কারণ-মালা।

কারণ অমগী থবক্পু মতুঙ্গী বাক্যগী কারণ ওইনা উৎপা, মথংদা কারণ অদুগী থবক্না মতুংগী কারণ ওইরবদি (হায়রবদি মতৌ অসুম্ তৌনা কার্য্য-কারণ মথং মগং ওইরবদি) কারণমালা অলঙ্কার ওই। মতুদি ঃ—

(ক) বিদ্যাদগী জ্ঞান, জ্ঞানদগী ভক্তি,
ভক্তিদগী মুক্তি, সারনি যুক্তি ॥

মসিদা—বিদ্যা-কারণ ; জ্ঞান-থবক, মতুংদা জ্ঞান্না ভক্তিগী

কারণ ওইররে। অহুদগী ভক্তিনা মুক্তিগী কারণ ওইরে। অহুনা কারণমালা অলঙ্কারনি।

(খ) বিষয় খন্নদগী পোক্লকই সঙ্গ।
সঙ্গদগী লাকুই কাম্ কাম্দগী ক্রোধ।
ক্রোধদগী ফুম্বংনবা ফুম্বংনবদগী স্মৃতি মাঙবা
স্মৃতি মাঙবদগী ওইরকই বুদ্ধিনাশ
বুদ্ধিনাশদগীদ ওইরে সর্ব্বনাশ। (গীতা)

| মাসিদা—কারণ | কার্য্য |
|---|---|
| বিষয়খন্না | সঙ্গ |
| সঙ্গ | কাম্ |
| কাম্ | ক্রোধ |
| ক্রোধ | ফুম্বংনবা |
| ফুম্বংনবা | স্মৃতিমাঙবা |
| স্মৃতিমাঙবা | বুদ্ধিনাশ |
| বুদ্ধিনাশ | সর্ব্বনাশ। |

Climax গুম্মী।

## (থ) একাবলী।

মথং-মনাও (ক্রম) অমদা বাক্য অমগী বিশেষ্য পদনা (noun) মাগী মমাঙ্গী বাক্যদা বিশেষণ (adjective) ওইনা শিজিন্নবা হায়বদি মমাঙ্গী বাক্যগী বিশেষণ না মতুঙ্গী বাক্যদা বিশেষ্য ওইনা শিজিন্নবা নত্রগা য়াওহল্লবদি একাবলী অলঙ্কার ওই। অহুনা একাবলী মখল্ খনি গুই ......when among a number of things each succeeding thing is represented as affirmed as a qualification of each

preceding thing or denied as such, i.e. when the absence of each succeeding thing would indicate the negation of each preceding thing, the figure is একাবলী ( মল্লীনাথ )

N B. মালাদীপক্তা preceding পদনা succeeding পদ থুদিংঙ্গী charm হেন্‌হল্লি ; অদুগা একাবলীদনা succeeding পদনা preceding পদনা beauty হাপ্প। অদুগা কারণমালাদনা—preceding না succeeding গী cause ওইনা লৈ।

(ক) ঈশিং লৈরম্‌দে থম্বাল্ শাত্তব।
থম্বাল্ লৈরম্‌দে খোইমু তোংদব॥
খোইমু লৈরম্‌দে ভুং ভুং ভংদব।
ভংবা লৈরমদে পুক্লিং হূদবা। ( ভট্টিকাব্য ২।১৯ )

মসিদা—'থম্বাল্ শাত্তব' বিশেষণ অসিনা মথঙ্গী বাক্যদা য়াওদরে ; অদুগা থম্বাল্‌গী বিশেষণ 'খোইমু তোংদব' অসিনা মথঙ্গী বাক্যদা য়াওদরে অসুম তৌদুনা মথং মথং বাক্য মরি ফাওবদা য়াওদরে অদুনা একাবলীনি।

(খ) পার্থ নত্তে অস্ত্র থাদোক্‌পদি।
অস্ত্র নত্তে বৈরী হাত্তবদি॥
বৈরী নত্তে বীর্য্য লৈতবদি।
বীর্য্য নত্তে মিংচৎ লৈতবদি॥ ( নিবাতকবচ )

মসিদশু মমাঙ্গী বিশেষণ মথৈ মতু'দা য়াওদরে।

(গ) ফজৈদা পুখ্রি অসি থম্বাল্ থল্লব।
থম্বাল্ লৈরাং অপুম্ব খোইমু লৈতেংব॥

খোইমুশিংনা ছংলিদা ঈশৈ তৈরব।
পুক্লিং হূরি ঈশৈনা শৈহেক্ নুংশিব॥ (নিবাতকবচ)

(ঘ) সভা কৌনদে অহন্ য়াওদ্রবদি।
অহন্ কৌনদে ধর্ম্ম তাক্ত্ৰবদি॥
ধর্ম্ম কৌনদে সত্য য়াওদ্রবদি।
সত্য কৌনদে লৌনম্ য়াওরবদি॥ (মহাভারত বিদুরনীতি)

(ঙ) মাগী সামনীতি দান য়াওদবা ওইরম্‌দে।
দান ময়াম্ তৌবদুস্ সন্মান য়াওদব ওইরম্‌দে।
সন্মান্ তৌব মখৈদুস্ মগুণ, য়াওদব ওইরম্‌দে।
(কিঃ আঃ ১।১২)

মসিদা—each succeeding না preceding দা beauty হাপ্লে।

(চ) কাব্যদি বাক্য ময়াম্না শাবনি।
বাক্যদি শব্দ ময়াম্না লেংবনি॥
শব্দদি ময়েক্ ময়াম্না পূম্বনি।
বাক্য-শব্দ-ময়েক্ কাব্য দেহনি॥

মসি একাবলী অমসুং অর্থান্তর-ন্যাস অনি তিন্নবনি। মতুঙ্গীনা মমাঙ্গীদা beauty হাপ্লি। অদুনা বিশেষ অদুম্না last line সামান্য সমর্থন তৌরে। অদুনা অর্থান্তর ন্যাসনি।

## (গ) সার।

পোৎ মথং মথং কগৎলক্পবু সার কৌই। 'অলঙ্কার সর্ব্বস্ব' দা মসিবু উদার অলঙ্কার কৌই।

(ক) লাই-খুৎশেম্‌গী মচি পৃথিবী ;
মসিগী মনুংদা ভারত, মহুদা মণিপুর।
মণিপুরগী মনুংদা ইম্ফাল সহর ॥

(খ) স্বর্গগী সার ধর্ম্মনি ধর্ম্মগী অখোইব তপঃ।
তপঃগী লাইনা পেম্বা, লাই পেন্নি ইপানা পেল্লবদি।

## ৪। ন্যায়মূল অলঙ্কার।

বর্ণন তৌগদব বিষয় অমগী মনুংদা ন্যায় ( reason ) উৎপ-উক্তি ( রাঙাং ) য়াওবা অমসুং উক্তি অদুনা বক্তব্যদুবু বল্‌হল্লবদি ( emphasised ) ন্যায়মূল অলঙ্কার ওই। অসিগুম্ব ভাংকী অলঙ্কারগী মনুংদা বিশেষ ওইনা শিংথানব-য়াবা অনিতনি—অর্থান্তর-ন্যাস অমসুং কাব্যলিঙ্গ।

### (ক) অর্থান্তর-ন্যাস।

সামান্য সত্যনা ( general truth ) বিশেষ সত্যবু ( particular truth ), অদুগা বিশেষনা সামান্যবু অমসুং থবক্না ( effect ) কারণবু (cause) অমদি কারণনা থবকপু সমর্থন ( support ) তৌবদা অর্থান্তর-ন্যাস অলঙ্কার ওই।

(ক) "চৎলি মতম্ খোঙলৈ ইন্না অরা-নুঙাইব পরেংনা।
উরু উরু লৈবগুম্না কাংখোঙ্গী মশা পরেংনা ॥ (স্বঃবাঃ ১।৪)

'কাংখোঙ্গী মশাপরেংনা উরু উরু লৈবগুম্না'—হায়ব বিশেষ অসিনা—"অরা-নুঙাই পরেং......চৎলি' হায়বা বিশেষ সামান্য অসিবু সমর্থন তৌরে ; অদুনা অর্থান্তর ন্যাসনি। মসিদা উপমাসু য়াওরি।

(খ) থোক্লক্লি তাকৃপিখিবশিংনা অরাব-পুম্ব
নিংথৌগী মহিষী হায়গ্রে পদ্মাবতী ওইনি।
ঐনা'ছু থাজবদগী অসি তৌই, তৌদে,
লান্থোক্তুনা বিধিনা চৎপিব সিদ্ধ বাক্য॥ (স্বঃবাঃ ১।১১)

'পদ্মাবতী নিংথৌগী রাণী ওইগনি'—হায়ব থাজবদগী কারণনা, 'ঐনা অস্তুম্ তৌবনি,—কার্য্যসিবু সমর্থন তৌরে। অদুগা অমুক্সু—খ্বাইনা লৌনবব সিদ্ধবাক্য ( পাঞ্জিগী রাহৈ ) অসি লান্থোক্তুনা (রাংমদা) বিধিনা চৎপিরোই' হায়ব সামান্য অসিনা নিংথৌগী রাণী ওইরকপগী থাজবা—বিশেষ অসিবুস্তু সমর্থন তৌই। অদুনা অর্থান্তর-ন্যাসনি।

(গ) ... ... ... ... "ইপা পোক্মিরব!
সঙ্গ'ছুদৈ বর্ব্বরতা করিগী তম্মক্লোই?
'নীচসঙ্গ তৌব মীদি ওইবনি অতোম্ব।" ( মেঃ বঃ কাঃ
৬।৫৯০-৯২ )

'নীচসঙ্গ.........অতোম্ব'—সামান্য অসিনা 'সঙ্গ'ছুদৈ...... তম্মক্লোই'—বিশেষ অসিবু সমর্থন তৌরে।

(ঘ) রাহু-উম্ব থাগী তুংইল্লি থরাম্মিচাক্লা।
পামেস্তুবদা ওল্লি লৈমাই-থক্তা উরীনা।
লৈখোম্ পুখব-শামুবু থাদোক্তে অমোম্না।
ইন্সনু তৌস্নু ধর্ম্ম পতি-তনি নুপীগী॥ (প্রঃনাঃ ১।১৫)

১ম্ব, ২শুব, ৩শুব বাক্যগী বিশেষ অহুম্না মরিশুব বাক্যদা য়াওব সামান্য সমর্থন তৌরে; অদুনা অর্থান্তর-ন্যাসনি।

(ঙ) ... ... ... "হাই, হাই, খুড়া, হৌনবরা নঙ্গী

থোদোসে, নিকষা সতী জননীনি নঙ্গী,
পোক্‌মগ্লব হিংচানিংথৌ ?—ত্রিশূলী মান্নব
কুম্ভকর্ণ ? ইন্দ্র ওন্ব নয়াশ্বৈ মচানা ?" (মেঃ বঃ কাঃ ৬।৫২৩-২৬)

মসিদা লক্ষ্মণ্ন নিকুম্ভিলা যজ্ঞশংদা পুরক্কুনা নিজবংশ-ধ্বংশ তৌবা থোদোগী হৌনদবন্থ সমর্থন তৌনবা ইন্দ্রজিৎনা বিভীষণদা 'নিকষা .....মচানা'—হায়ব বংশ-সম্মান ওইব কারণ উৎলি।

(চ) সুঙাইবনা অরাবগী মৈচাক্‌ খণ্ড বিবরা ?
করম্‌ খণ্ডনি হূগী মৈচাক্‌ লীন্না চিক্কিব মীনা ?

'সুঙাইবনা অরাবগী মৈচাক্‌ খণ্ডদে'—সামান্য সত্য অসিবু 'লীন্না চিক্কিব মীনা লীনগী হূ খণ্ডদে'—বিশেষ উক্তি অসিনা সমর্থন তৌরে। অচুনা অর্থান্তর-ন্যাসনি।

(ছ) তরা চৈগু লেংথোং কায়।
লংলাগী থৌরীনা পুরৈ।

'লংলাগী থৌরী' বিশেষনা 'তরা-চৈগু লেংথোংকাবা' সামান্য সমর্থন তৌই।

(জ) ব্রাহ্মণগী মচন্‌ ওইরবদি ওইরমগনি অতৈ অমা।
অমগামগা খ্বায়মক্কা শক্‌-মান্নবা উনৈ কয়া॥ (স্বঃবাঃ ৬।১৪)

'খ্বায়মক্কা শক্‌-মান্নবা উনৈ'—সামান্য অসিনা বাসবদত্তাগা শক্‌মান্নব ব্রাহ্মণগী মচন্‌ ওইরম্‌গনি—হায়ব-বিশেষ অসিবু সমর্থন তৌরে।

(ঝ) ঙসি শিনি পাউচেন্দে
হয়েং শিনি পাউতাক্কে
... ... ... ... ...
... ... ... ... ...
শিবগী মতম খঙবরা ? ( খাঃ লৈঃ )

মসিদা—'ঙসি......পাউতাক্কে'—বিশেষ ( particular ) অসিনা 'শিবগী মতম্ খঙদে'—হায়ব সামান্য ( general ) অসিবু সমর্থন তৌরে। অদুনা অর্থান্তর-ন্যাসনি। 'শিবগী মতম্ খঙবরা ?' কাকু বক্রোক্তিনি। অনিগী সংসৃষ্টি ওইরে।

(ঞ) পোম্বি য়েঙ্ঙিঙ রাস্তেদো
চেক্লা য়েঙ্ঙিঙ নোপ্তেদো
কবি রাৎপা হৌনদে ! ( খাঃ লৈঃ )

—'পোম্বী...রাস্তেদো', চেক্লা...নোপ্তেদো'—বিশেষ অনি-সিনা—'কবি—হৌনদে'—সামান্য অসিবু সমর্থন তৌরে।

(ট) য়েঙঙ্ কাঞ্চী লাইরেম্বীগী মচাশিংসে,
মমায় মায়থোং লাংশিল্লিবা অসে।
মমাগী মিত্তগী পি শিন্থবা মরম্না
মপানা কুইনা ছন্দোক্পিবনা। ( মাধবী )

—'মমাগী... ..মরম্না' অমসুং 'মপানা......ছন্দোকপিবনা' বিশেষ ( cause ) অনিসিনা—'কাঞ্চী .....লাংশিল্লিবা' সামান্য (effect) অসি সমর্থন তৌরে।

[ঠ] খরনা পোম্শাৎনবা

হেক্কনি হায়বগী কিবনা
মরুম্‌দা উনা পুংবা,
য়েংজরি মূনা মূনা। ( মাধবী )

'খরনা......কিবনা' বিশেষনা 'মরুম্‌দা ··· মূনা মূনা' ··· সামান্য—সমর্থন তৌয়ে।

## দৃষ্টান্ত—অর্থান্তর-ন্যাস—খেন্নবা।

অর্থান্তর-ন্যাসগী মরু ওইব অঙ্গ (factors)—অমনা সামান্য অমদি সাধারণ ( general ) অদুগা অমনা বিশেষ ( particular ) নত্রগা কারণ অমসুং কার্য্য ( cause and effect )—অনিসিনা অমনা অমবু লেপ্পবগীদমক যুক্তি ওইনা মরৈ মরৈ সমর্থন তৌনবনি। অদুগা দৃষ্টান্তগী বিষয় অনিনি—উপমেয় অমসুং উপমান—অদুগা সাদৃশ্যগীদমক সাধারন ধর্ম্মদু বিম্ব প্রতিবিম্বগী ভাব ( মশাগা-মমিগা ) ব্যঞ্জনানা লৌনৈ।

## অর্থান্তর-ন্যাস—প্রতিবস্তূপমা—খেন্নবা।

প্রতিবস্তূপমা—বাক্য অমদা উপমেয় অতৈদা উপমান, অমসুং অনিমক্ সামান্য ওইবা নত্রগা বিশেষ ওইব'; অদুগা অমনা সামান্য অতৈনা বিশেষ-মসুম্ তৌদে। অর্থান্তর-ন্যাসদা—অমনা সামান্য-সত্য, অতৈনা বিশেষ-সত্য, নত্রগা কারণ অমনা, কার্য্য অতৈনা—অসুম্না অমনা অমবু সমর্থন তৌই ; প্রতিবস্তূপমাগী—বস্তুপ্রতিবস্তুভাব (পোৎ-মদুগী মমিগী ভাব ) অর্থান্তর ন্যাসদা লৈদ্রে।

## (খ) কাব্য লিঙ্গ।

পদ নত্রগা বাক্য অমগী অর্থ ব্যঞ্জনানা বর্ণন তৌদৌরিব বিষয়গী কারণ ওইনা উৎসবদি কাব্যলিঙ্গ অলঙ্কার ওই। ( পদ =word, বাক্য=sentence ) পদ=সমাস তৌশিন্ব [ compounded ] নত্রগা তৌশিন্দব [ un-compounded ] হাইে অমা। ব্যঞ্জনা [ suggestion or implication ] হায়বগী অর্থদি অপানব কারণ [ direct cause ] ওইরবদি অলঙ্কার ওইরোই। মরমদি মতুদা করিগুম্বা চমৎকার ওইরোই। মতুদি—

(ক) শব্দার্থগুম্ শকৃশিন্নবা শব্দার্থ-মুন্না খঙনবা।
খুরুম্জে হর-গৌরীদা জগৎপুম্বে মমা-মপা॥ [রঃবং১।১]

মসিদা কবি কালিদাসনা শব্দ অমসুং অর্থগী মপুংফাবা জ্ঞান নিজরি, মরমদি হর-গৌরী শব্দার্থমক্কি হায়বদি হর গৌরীদা খুরুমজবনা মরম্ ওইরগা 'শব্দার্থ-জ্ঞান' হায়ব পোৎ অসি থোক্ত দৌরিবনি। কারণ 'হর-গৌরী'না ফঙদৌরিব [effect] শব্দার্থমক্ ওইরে। অদুনা কাব্যলিঙ্গনি।

(খ) নপুক্কিং খুজ্জনা হায়রু; হনুমাম্নি ঐদি
রামদাস; রঘুমণি দয়া-সাগরনি। [মৈঃ বঃ ৩.২২৯-৩০]

'রঘুমণি দয়া সাগরনি' বাক্য অসিগী ব্যঙ্গার্থ [implied meaning] কিফম্ লৈরে হায়বনি; অদুনা 'নপুক্কিং খুজ্জনা হায়রু' [ effect ] গী কারণ ওইরে। অদুনা কাব্যলিঙ্গনি। হনুমাম্না প্রমীলাগী মজিনদা হায়বনি।

(গ) নিংথৌগী প্রাণ নংনা লৈপাক্ পাম্বদে খন্‌খিজ্রেদো।
বন্দা চৎলো হায়না থারম্বী মচাহন্বু নংনি॥
শেগাক্ কায়দে থম্মোই নঙ্গী সীতা বক্কল্ শেৎমক্কা।
আঃ শেম্লে থম্মোই ধাতানা বজ্রগুম্না নহাক্কী॥

( প্রঃ নাঃ ৩।১২ )

'নিংথৌগী প্রাণ খন্দবা, মচাহন্ বন্দা থাবা অমস্তুং সীতা বক্কল্ ( উকু ) শেৎপদা নঙ্গী (কৈকেয়ীগী) থম্মোই কায়দে। মসিগী ব্যঞ্জনানা মরম্ ওইনা লৌহুনা 'ধাতানা নঙ্গী থম্মোই বজ্রগুম্ শেম্লে'—কার্য্য অসি থোক্লে। অহুনা কাব্যলিঙ্গ অলঙ্কারনি।

(ঘ) মাগী মখুৎ পায়বদ রাব মিংশেন্,
রাদরে গুসিদি পায়বদা চফু,
জঙ্গন্দা নুপী নহাগী অথোৎপা,
রাগ্রেদা! কল্‌হল্লি উরী মতৌগুম্॥ [ প্রঃ নাঃ ৫।৩ ]

'জঙ্গন্দা নুপীগী অথোৎপা উরীগুম্ কল্‌হল্লি'—ব্যঞ্জিত কারণ [ suggestive cause ] লৌহুনা 'মিংশেন পায়বদ রাব মাগী [ সীতাগী ] মখুৎ চফু-পায়বদা রাদরে' হায়ব কার্য্য [effect] থোক্লে। অহুনা কাব্যলিঙ্গনি।

(ঙ) + + + +

পুকচেন্ তম্লী জ্ঞান-ধর্ম্ম চেম্বী মহাক্কা
ভাক্পা ভম্বী লমচৎ ইচন্‌গী তশেংনা॥ [স্বঃ বাঃ ১।৯]

ইচন্‌গী লমচৎ ভাক্পা ভম্বগী'—কার্য্য অসিগী 'পুকচেন্ তম্ল-জ্ঞান-ধর্ম্ম চেম্বনা'—কারণ [implied cause] ওইনা উৎলে। অহুনা কাব্যলিঙ্গনি।

(চ) পোত্থাবা য়ায় ঐগী দায়দি অরাবা ঙাক্নি মাগীদি।
নিংখৌ থম্বনা মখাদা ঙম্লমক্ মাগী মখাদা ॥ [স্বঃবাঃ১।১৫]

[ছ] মশম্মনা পুন্দব মিংস্না কাজল থাদব।
লমৃচৎ ঙাকপা—মায়খোংদো উখি মঙ-হেক্ কাওবদা ॥
[স্বঃ বাঃ ৫।১০]

[জ] নংনা খোঙদাবিব লমদা, মধুচেন্বী সতি,
করিগী নুঙাইরোইদগে মীপুম্ খুদিংগুনা,
সংসার আনন্দ নংনি, ... ...[ মেঃ বঃ কাঃ ৪।২২৩-২৫]

নংনা [ সীতা ]। রাঙাংসি সরমাগীনি। সীতানা খোঙদাবিবদা মফম্ পুম্নমক্তা খ্বাইমক্ নুঙাই—করিনা-সংসার আনন্দ নংনি,—বাক্য অসিনা ব্যঞ্জনা উৎলে। অদুনা কাব্যলিঙ্গনি।

(ঝ) লৈছী ময়ায়না ঙংব লৈছী চুপ্পবু।
চেজেৎ কোল্লি কাম্না ঙাওবী চান্নবীনা।
খংহন্বদা মখোয়বু খোঙথাং শউম্না।
চান্নবীগা কায়নগনি ঐখোয়গুম্না ॥ [স্বঃ বাঃ ৪।৩]

মসিদা রাজানা বিদূষক্তা হায়রি—বাসবদত্তা কায়নব ঐখোয় (উপমান), লৈগী চুপ্প ( হয়িংখোই ) -উপমেয়—অদুনা উপমা। অদুগা 'চান্নবী কায়নবা ওইগনি' গী কারণ "খোঙথাং শউম্না"—suggest তৌরে। অদুনা কাব্যলিঙ্গনি।

(ঞ) উরীরৈনা মপুক্লিংদা খল্লকই—"বর পীনরিব মহাদেবস্মু নহাক্নি ঐনা নিরিবা বরস্মু নহাক্নি।"

মহাদেব অদুমক্না কঙ্গদৌরিবা 'বর' ওইররে, কাব্যলিঙ্গ। মসিদা 'বর' শ্লেষনি।

## ৫। গূঢ়ার্থ মূল অলঙ্কার।

হায়নিংব অর্থন্থ মন্নুংদা ফুম্বগা অতৈ রাঙাং অমা হায়ববু গূঢ়ার্থ মূল অলঙ্কার কৌই। অসিগুম্ব অলঙ্কারশিংদা শিংথানবা য়াবা তরুক্রি—ব্যাজস্তুতি, অপ্রস্তুত-প্রশংসা, সূক্ষ্ম, অর্থাপত্তি, স্বভাবোক্তি অমস্থুং আক্ষেপ।

### (ক) ব্যাজস্তুতি।

নিন্দা ওইনা থাগৎপা (স্তুতি) অমদি থাগৎপা-শানা নিন্দা উৎলবদি ব্যাজস্তুতি অলঙ্কার ওই। মসিগা Irony গা (থাগচ্ছিন্নহুনা নিন্দা তৌবগা) খর মান্নৈ। চানব— Irony মাক্ত নত্তে। করিনা, Irony দদি বক্তাগী খোন্না অমদি রাঙাংনা মাগী উদ্দেশ্যহু অমুক্ হেন্না য়ান্না অমদি চং-কংনা খোক্হল্লি। অসিগুম্ব শাথিব ভাব ব্যাজস্তুতিদা লৈতে।

(ক) "কয়াদ ফজব মালা শিরেদো নঙক্তা,
হে প্রচেতঃ! + + + (মেঃবঃকাঃ ১।২৯৭-৯৮)

মসি—থাগচ্ছিন্নহুনা নিন্দাবগী খুদম্নি। রামচন্দ্রনা সমুদ্রবু সেতুনা বন্ধন তৌরে। বন্ধনদব মহাসিন্ধু বন্দী ওইরে। সেতুবু 'ফজব মালা' হায়বদা থাগৎপহু ব্যঞ্জনানা বন্ধন-খণ্ডনব-নিন্দা উৎলে। অহুনা ব্যাজস্তুতি অলঙ্কারনি।

(খ) চণ্ডালগী পদধূলি ব্রাহ্মণ—লাইবক্তা? (বীঃকাঃ ১১।৯৬)

জনানা মপুরোইব নীলধ্বজদা হায়বনি—'ব্রাহ্মণ' হায়হুনা

থাগচ্ছিন্নরগা 'চণ্ডালগী পদধূলি' না নিন্দা উৎলে। মসি Irony নি। বক্তাগী নুঙাইতবহ্ন চংক্লংনা উত্তুনা শ্রোতাগী থমোইদা পাল্হল্লে।

(গ) ··· ··· ইবুঙ্গী স্বকীর্তিমখৈ, খঙব্রা নংনা?
ইবদা ইকাইজ্জে নাথ, চত্তরে লেখনী।

(বীঃ কাঃ ৮।১২৩ ২৪)

দুঃশীলানা জয়দ্রথদা হায়ব-রাহৈনি। 'ইবুঙ্গী' (দুর্য্যোধনগী) 'স্বকীর্তি মখৈ' হায়বসিনা 'কুকীর্তি' গী অর্থ মনুংদা ফুম্বা উৎলে। —হায়বদি—ইবুংদি মিৎচৎথি, অদুনা ইবদা ইকাইজ্জে। কলম চত্তরে।

## (খ) অপ্রস্তুত প্রশংসা।

হায়রোইদব-বিষয় (অপ্রস্তুত) হায়দুনা হায়গদব আসল বিষয় (প্রস্তুত) তাক্‌পবু অপ্রস্তুত-প্রশংসা অলঙ্কার কৌই। থাঙ্গৈশেংনা হায়গদব-নত্তব বিষয় [উপমান] অদুবু অপ্রস্তুত কৌই। অদুগা থাঙ্গৈশেংনা হায়গদববু [উপমেয়] প্রস্তুত কৌই। ইশম্‌-শম্না—হায়রোইদব হায়দুনা হায়গদব তাক্‌পবু অপ্রস্তুত প্রশংসা কৌই। মসিদা প্রশংসাগী অর্থ বর্ণনানি, থাগৎপা (praize) নত্তে।

অপ্রস্তুত হায়দুনা প্রস্তুত উৎপা মখল্ মঙানি।

(ক) সামান্য বিশেষ ভাব (general-particular sense)

(খ) বিশেষ-বিশেষ-ভাব, (গ) কার্য্য-কারণভাব [effect-cause-sense], (ঘ) কারণ-কার্য্যভাব অমসুং (ঙ) সাদৃশ্য-ভাব [similarity-sense]। অসি নত্তনা অসম্ভব-সম্ভব-ভাব ওইরবসু—অপ্রস্তুত অলঙ্কার ওই।—মতুদি :—

(ক) মতিক্-মগুণ অচৌব-চেন্না।
তত্তনা মীবু সন্মান্ তৌব।
হোঙবনি মীদি সংসারসিদা।
গুণ খঙবদি য়ান্না তাঙবনিদা। [স্বঃ বাঃ ৪।৯]

মসিদা—'মীদি সংসারসিদা হোঙবনি'—উপমান হায়রোই-দবসি হায়দুনা, উপমেয়—মগধরাজ অমসুং উদয়নবু ব্যঞ্জনানা [ভাবনা] খঙহল্লি। অদুনা অপ্রস্তুত প্রশংসানি। মসিদা তুল্য-যোগিতাসু য়াওরি। তুল্যযোগিতাদা য়েঙঙু। মসি—সামান্য-বিশেষ-ভাব নি।

(খ) 'মুবু খন্দুনা য়েংবদা, পুক্নিংদা কিরকই।
ভাদুগী মঙান্না, দেবি, চঙবদা উমংদা
শূক্র-মম্ব, মঙান্দুগী মগুন্না ঙাল্হল্লি—
উমংদো; অহিংনা চঙঙু চঙঙুবা মক্কমদা,
খাইগী মমায় ইমক্ মকুই মানা হেক্‌য়োবদা।
[মেঃ বঃ ৪।২১৮-২২]

—সরমানা সীতাদা হায়খিব রাফম্নি। মাসিদা অরোইব-শরুক্না উৎলি—'অহিংনা হেক্ চঙখিব মক্কমদা পুম্নমক্ মম্মী'—সামান্য অপ্রস্তুতনি—সরমানা থাঙ্গৈশেংনা হায়নিংলিবদি মানা সীতাদৌনা বন্দা চৎপদা উমঙ্গী কক্সবসু মাঙখিনি—মসিনি বিশেষ

প্রস্তুত ব্যঞ্জনানা উৎপা। অদুনা সামান্য-বিশেষ ভাবকী অপস্তুত প্রশংসানি।

(গ) ... ... ... সনাবুদ্ধি তৌবিয়ু, অদুবু,—
শিংকুপ্-শানা থুগাইবদা নোংদোন খেৎপা-চূড়া
বজ্রনা, পাখন্তে লোইবী কদৌডৈদা মৈচাক্
অদুদা।... ... ... ... ... (মে: ব: ১।১২৪-২৯)

'বীরবাহু শিবদা রারবস্থ রাবন্না তঙ্-তাদবা উৎকম্ থোক্কে' —বিশেষপ্রস্তুত হায়বদি হায়গদৌরিব বিষয় অসিদি হায়দে, মসিগী মহুত্তা হায়রোইদব (বিশেষ অপ্রস্তুত) বিষয়—'শিংকুপ্ ... ... মৈচাক্ অদুদা, হায়রি। মসিদা—প্রস্তুত-অপ্রস্তুত অনিমক্ বিশেষ ওাক্তনি; অদুনা সাদৃশ্য ভাবকী অপ্রস্তুত প্রশংসানি।

(ঘ) অবলা, শাগৈ-নূজানি ঐখোয় পূম্নমক্সি;
অদুবু, খন্বিয়ু, বীর, বিজুলী মঙান্না
মিৎ থক্লে, মী শিনৈ, হেক্তা শোক্পদা মহাক্না।
পুশিন্খরো বীর, নংনা ঐগী দূতী'সিবু।
[মেঃ ব: ৩ ২৫২ ৪৫]

'বিজুলী মঙান্না......মহাক্না'—সামান্য অপ্রস্তুতসিনা বিশেষ প্রস্তুত—'নূপী ঐখোয়না রামগী তেঙ্গোল নম্থেক্তুনা লঙ্কাদা চঙ্গনি' হায়বা ব্যঞ্জনানা উৎলি। অদুনা সামান্য-বিশেষভাবনি।

(ঙ) হুইনা খোঙ্দা চীক্লে হায়দুনবু।
হৌনবরা মীনা চীক্পা মাবু?

'অতোপ্পগী লম্চৎ-শাজৎ অচৌবনা তম্নদে'—সামান্য প্রস্তুত

অসিবু 'হুইনা চীক্লগা মাবু চীক্কদরা'—বিশেষ অপ্রস্তুত অসিনা ব্যঞ্জনানা উৎলি। বিশেষ সামান্য-ভাবনি।

(চ) পোক্কবনি উৎসাহ থরায়-পাঙ্গল্ শোম্বদা।
চঙনবনি রাজলক্ষ্মী উৎসাহ লৈব মীদা। (স্বঃ বাঃ ৬।৭)

মসিদা—'উৎসাহনা সিদ্ধি ওই'—উপমান—সামান্য অপ্রস্তুত অসিনা উপমেয় বিশেষ প্রস্তুত উদয়ন্বু ব্যঞ্জনানা তাক্লে। অদুনা সামান্য-বিশেষ ভাবনি।

## অপ্রস্তুত-প্রশংসা—অর্থান্তর-ন্যাস-থেন্নবা।

অর্থান্তর-ন্যাসদা—সামান্য-বিশেষ-কার্য্য-কারণ অনিমক্ য়াওই অমম্লং অমবু খঙনবগীদমক অতৈম্ম বাক্যদা য়াওই, অদুগা অপ্রস্তুত প্রশংসাদা অপ্রস্তুত অমদি হায়বোইদব বিষয় হায় অদুগা ব্যঞ্জনানা প্রস্তুত উৎলি।

## সমাসোক্তি—অপ্রস্তুত-প্রশংসা

সমাসোক্তিদা হায়গদব বিষয (উপমেয়—প্রস্তুত) হায়দুনা হায়রোইদব বিষয় (উপমান-অপ্রস্তুত) তাক্ই। উপমেয় য়াওই, উপমান য়াওদে। অদুগা অপ্রস্তুত উপমান হায় প্রস্তুত উপমেয় দ হায়দে, ব্যঞ্জনানা উৎলি। অলঙ্কার অনিসি অমনা অমগী বিপরীতনি।

## (গ) সূক্ষ্ম।

শেংনা হায়দোক্তব—অর্থ অমা ভাব-ভঙ্গীনা নত্রগা আকার ইঙ্গীতনা অমদি সঙ্কেতনা (খুদম্না) উৎপা মতম্দা সূক্ষ্মালঙ্কার ওই। সঙ্কেত—ব্যঞ্জনানা হায়বদা চমৎকার ওই।

লুপা খীংবগী মতৌ উৎপদা শেন্থুম খঙনৈ চিন্না লুপা পন্দনা, অদুনা মসিগুম্বসি সূক্ষ্ম অলঙ্কারনি। বস্ গ্রং গ্রং চে- ল্লিঙৈদা নাকন্দা লেপ্তুনা খুং হেক্ থাঙ্গৎপদা বস, চপ, লেপ্লি। রা ইঙাং ঙাংদনা।

## (ঘ) অর্থাপত্তি

বিষয় অমা হায়বদা বিষয় অতুগীনে, লোইন-লোইননা বিষয় অতুগী মতিক্লা মাগা মরি লৈনবা অতৈ বিষয়শিঙ্গীসু অর্থ ঙাক্লবদি অর্থাপত্তি অলঙ্কার ওই। 'দণ্ডাপূপি কান্যায়' মতুংইন্না অর্থ ফংনৈ।

দণ্ডাপূপিকান্যায়—দণ্ড=ঙারেংজৈ, অপূপ=চেংতল্। তল্ কয়ামরুম্ ঙারেংজৈদা লেংহনা থম্মী। 'উচিনা ঙারেংজৈ চারে' হায়বদা ঙারেংজৈদা লেংলিব তল্শিংহুসু চাখ্রে খঙনৈ। ঙারেংজৈ অমস্তুং মহুদা লেংলিব তল্ অনিমক্ উচিনা চাখ্রে—হায়দে, হায়রিবদি উচিনা ঙারেংজৈ চাখ্রে।'—মসিনা ঙারেংজৈদা লেং- লিব তল্ চাবগী বিষয়সু খঙনরে হায়বদি ঙারেংজৈদা লৈবা তল্গী মরমদা জ্ঞান অমা ওইরে। অস্তুম তৌনা অমা হায়বদা মাগা মরি লৈনব অতৈ বিষয়গী জ্ঞান ওইরবদি "দণ্ডা-পূপিকা" ন্যায়" গী অর্থ খঙবা হায়নৈ। মহুদি :—

(ক) নংনসু ইমা ইবেম্মা, থাংশাং পায়রবদি,
নরৈ হাহা তম্লবদি, তাইবং মম্লেদনা।

জগৎকী মমামক্লা মরৈ তম্না থাঙপায়হুনা হিংসা তৌরবদি

সাধারণ মীনা হিংসা করিদি তৌরোই ; অদুনদি তাইবং মম্বা মশিন্নি। অহান্ব বাক্যগী মতিক্না অনিশুব বাক্যগী অর্থ শেংনা উৎলে—অর্থাপত্তি অলঙ্কারনি।

(খ) ভীষ্ম, দ্রোণ, কর্ণমক্না ভম্দ্রব মহাক্পু
ভমগনি করম্ নহাক্না, হে অঙাং অপংব !

ভীষ্ম, দ্রোণ, কর্ণগুম্ব অচৌ অচৌব বীরনা মায়থিবা পীবা ভম্দব মাবু মায়থিহন্বা অপংব অঙাংনা ভম্মোই—হায়ব অর্থসি অহান্ব বাক্যগী বিষয়না দণ্ডাপুপিকান্যায়”গী মতুংইন্না খঙনরে। মসি অর্থাপত্তি অলঙ্কারনি।

## (ঙ) স্বভাবোক্তি।

করিগুম্বা পোৎ অমগী রূপ গুণ-নচিংব চপচানা, কূপ্না অমদি চমৎকার ওইনা বর্ণন তৌববু স্বভাবোক্তি অলঙ্কার কৌই। পোৎকী স্বাভাবিক (natural) গুণ অমসুং ধর্ম্ম পুন্নমক্ সাধারণ মীনা পাক্ হেক্ উবা ফংদে ; অদুবু মনুং হন্দুনা কবিনা কূপ্না থিবদা উবা ফঙিঙ। আচর্য্য দণ্ডনা মসিবু আদ্যালঙ্কার কৌই। মরমদি অলঙ্কার পুন্নমক্না স্বাভাবিক ফজবা অমসুং মহিমা লৈ। কবিগী স্বাভাবিক ফজবনা বস্তু জগৎপু (material world) হেন্না নিংথিজহল্লি। বস্তুজগৎপুম্বগী ফজবা অমসুং চমৎকার বর্ণনবু স্বভাবোক্তি কৌনৈ।

(ক) অখঙব লম্দা লাক্পনা চিংনদনা শজিশিংনা
কোয়চৎ চৎলি মনিংমখা তৌনা।

মহৈ মপান্ন থল্লব          মশা-মরেংনা লৈতেংব
পাম্বী হৌহল্লি লুনা ভাক্তুনা ॥ (ক)
যণ অঙাংবী মপৈ য়াম্মী লম্মাং খোইদব কোয়না লৈ।
শোয়ক্লে মসি তপোবন্নি মৈথু খুরি অয়াম্বদা। (খ)
(স্বঃবাঃ ১।১২)

তপোবনগী রূপ-গুণ বর্ণন তৌরি অদুনা স্বভাবোক্তিনি। অদুগা বর্ণনাময়াম্ অসিনা 'তপোবন' ওইরম্গনি হায়বগী সম্ভাবনা (suggestion) পীরি; অদুনা কাব্যলিঙ্গম্নি।

শ্লোক অসিদা 'সমাপ্ত পুনরাত্তত দোষ' (লোইখ্রব হন্না হায়বদোষ) লৈ—'শোয়ক্লে তপোবন্নি' হায়রগা মতুংদা 'মৈথু খুরি অয়াম্বদা' হায়বনা—বাক্য সমাপ্ত ওইরগা অমুক্ হন্না হায়। অদুবু গণপতি শাস্ত্রীনা অমরোমদা ব্যাখ্যা তৌই—'অতৈ মরম অমমুক্ হায়দুনা নিশ্চয় ওইবদুবু হেন্না চেৎনবা (re-affirm) তৌবনি।'

(খ) লৌথোকপদা থুনা লীক্লোন্ নাকোং মখাদু পৈরীদো।
লৌথোক্লুবদগী লৈতেং ভাঙলি নঙ্গী খুবাক্ অদো।
লীক্লোন্ লৈতেং অস্থুক্ য়াম্ব নশাদুদা শিরম্বগী।
দাগশিংদো কুত্তুনা লৈরি হৌজিকসু মান্নব্রিদনা॥
(প্রঃ নাঃ ১।৮)

(গ) ঈরা শিন্থৈ চিঞ্জাক্ চাক্লে। লাঙ্গোই য়াঙ্গোই হেহে খোংক্লে।
পুরবাসী পুন্নমক্লা নূপী অঙাং অহল্ য়াওনা।
কপ্পী হৌনা চাক্লে ভাঙক্লে লাঙেঙ মায়র্থোং হন্থে তুকৃথৈ।
নূপীগা লক্ষ্মণগা য়াওনা য়েঙিঙ চৎপা মাইকৈ রাম্মা॥
(প্রঃ নাঃ ২।২)

(ঘ) উপাম্বী চেন্‌শুম্নে রথগী গতি য়াঙবৈ উদ্‌বনা।
ঈশিং পাথোরক্‌পগুম্না তুরেনগী,
লৈপাক্লা কালোক্‌ মখা চঙ্‌লি য়াওনা,
কাঙ্খোং কালোক্‌ লৈব কম্মম্মরম্না,
শেংনা উত্রে, লেঙদ-গুম্নে মশাশিং,
মাঙ্‌দা তারে শগোম্মখোঙ্‌-উফুন্‌,
ইন্না ঙম্‌দ্রে'দুবু রথ-মতুং ॥ ( প্রঃ নাঃ ৩।২ )

(ঙ) কোইরৈ লৈরী পামেল্‌ খোঙ্গী কোম্‌দা ঈশিং কোঙ্গোন্‌ য়াওব।
থক্কে ঈশিং মোৎপা পাইথ্‌গা চেক্লাশিংনা খোরাংব ॥
চেন্‌খৎলী তীন্‌-কাং লৈকংদা কোঙ্গুৎ ঈশিং তেক্‌ থন্নদা।
ঈশিং চুপ্‌শিন্বে খুজিগুম্‌ লৈরে'নৌব দাগ উখোংদা।
( প্রঃ নাঃ ৫।২ )

(চ) অরাবনি থাদোক্‌পা মরা-চেৎপ-সুংশিবা।
নিংশিং-নিংশিংলুরগা নৌথোরকই অরাবা ॥
খ্বাইগী হৌনবনিদো মীত্তা ঈরা চেম্মুনা।
লম্মন্‌ শিংথোক্‌চবনা শান্তি কংনৈ শোরদনা ॥ (স্বঃবাঃ৪।৬)

মরিশুব পরেংদা—'লম্মন্‌শিংবা'-না suggestive cause ওইরে শান্তি কংবগী। অহুনা কাব্যলিঙ্গনি। স্বভাবোক্তি অমসুং কাব্যলিঙ্গ অনি য়োম্নরে; অহুনা সংসৃষ্টিনি।

## (চ) আক্ষেপ।

হায়নিংব বিষয়দু কজহন্নবগীদমক্‌ বক্তানা বিষয় অদুদা অথিংবগী (অখায়বগী) মতৌ হায়ববু আক্ষেপ অলঙ্কার কৌই।

অথিংবসি অশেংব অথিংব নত্তে, হায়গদব রাকম্‌দা চমৎকার হাপ্পবগী অথাম্ব-মতৌ তৌবতনি।

হায়বদি হায়গ্রে, অমুক্ হায়নিংঙ্গ্রে—অসিগুম্ব বিষয়দা অথিংবগী মতৌ হায়রবদি উক্ত বিষয়ক আক্ষেপ ওইগনি; অদুগা হায়বদি হায়ত্রিব অমস্থং হায়গদৌরিব—মতুদা অথিংবা উৎলবদি বক্ষ্যমাণ বিষয়ক আক্ষেপ ওই। অহাম্বগী থুদম্ মথাদা পীরি।

১। (ক) নয়ুম্-য়োৌব-লম্বি, খুডা, তাক্পা হুরাম্বদা?
চণ্ডাল্ কৌহুনা লৈহন্বা, রাজাগী সঙ্গায়দা?
অহুব্ চৈরোই নহাক্পু, গুরুজন্নি নংদি
পিতাগুম্ব। ... ... ... ... ... ..

(মেঃ বঃ কাঃ ৬.৫২৭ ৩০)

[ইন্দ্রজিৎনা বিভীষনদা হুরাম্বদা লম্বী তাক্পা অদুগা চণ্ডালবু রাজাসনদা ফম্‌ন্বা—নচিংব হায়দুনা চৈরগা মতুংদা 'চৈরোই মহাক্পু' হায়হুনা চৈথ:ংব-রাহৈদা অথিংব-মতৌ উৎলা, অদুনা চৈবগী অশাবহু হেল্ হল্লে। মসিদা উক্তবিষয়ক আক্ষেপনি।]

(খ) শক্তি অমোম্‌গী মপিনা মুথংপ্রা কদৌঙৈ
লম্মৈবু? নুংশিব কুহু খোম্থাংনা কোকিল্‌গী
মখোল্ হৌব মালংববু নক্ষংপ্রা কদৌঙৈ?
পাণ্ডবগী সাধনাবু তৌব্রা অকম্বনা?
অহুবু চৈবা বৃথানি। গুরুজন্নি নংদি;
তম্থিব পাপ পুগনি চৈরবদি নংবু।

(বীঃ কাঃ ১১ ৯৭-১০২)

'শক্তি অমোম্‌গী ··· ... অকম্বী'—হায়ব কাকু বক্রোক্তি

অহুম্না চৈরগা "অহুবু চৈবা······নংবু" অরোইব বাক্য অসিনা অথিংবগী মতৌ উংলি ; অহুনা উক্তবিষয়ক আক্ষেপনি।

অনি অসি Paraleipsis জাংকী Figure of speech নি।—'Passing over what is really meant to be strongly declared, for the sake of effect?

২। বক্ষ্যমাণ বিষয়ক আক্ষেপ। (Aposiopesis)

(ক) চাক্লব থমোইসি ঈংহল্লগা,
হায়নিঙিঙ অরাব-রা অমতং,
য়েঙঙু হম্না লেপ্‌খো ঙহাক্—
হায়ররোই, চংখ্রো, নূঙ্গী মফমূদা
করিস্থু লৈতে হায়নিঙঙাই।

মসিদা—হায়গে হায়ঙুনা ঙহাক্ লেপ্লু হায়রগা-মতুংদা 'হায়নিঙঙাই লৈতে' হায়রুনা বিদায় পীবদা মপুক্কিঙ্গী অভিমান অহু অমুক্ হেল্লে।—Aposiopesis='sudden break in an utterance leaving the sentence incomplete for the sake of effect'

(খ) ... ... ... ... ... ...অমম্ব ইমুংদা
হোচ্চিরম্মী কম্না, থরো মনাক্তা উবদা
নহাক্‌পু! লৈপাক্তা তুইদো, ইচোচ্চোংলি পিনা,
অভিমান্ তৌনা হায়রম্মী,—তম্থিব বিধাতা,
লৈতরা যৌবন ঐগী—ইশকী সুংশিবা?

'তুদি করিগী,—' নিঙ্‌শিঙ্ডিও 'তবু অরেম্বদা
মমাঙ্গী ঋা ! হঙ্গচ্চগে তাঙ্গা পীবা কান্দা।
(বীঃ কাঃ ২।১২০-২৬)

—তারানা চন্দ্রদেবদা হায়বনি। মাগী যৌবন, মশক্কী নুংশিবা; মথংদা 'তুদি করিগী', হায়রগা—হায়গদৌবত্তু হায়দনা খংলেপ্‌ লেপ্‌লে। হায়বদি মাগীম্তু রূপ যৌবন লৈ, করিগী মাগী মনাক্তা লাক্‌পিদে হায়বা মথরাই নুঙাইতবা উৎলে।

## ১। তুল্যযোগিতা।

প্রস্তুত (উপমেয়) অমদি অপ্রস্তুত ( উপমান ) পোৎশিংবু ধর্ম্ম (গুণ নত্রগা ক্রিয়া) অমত্তনা তিন্নহল্লবদি তুল্যযোগিতা অলঙ্কারনি। প্রস্তুতময়াম্‌ নত্রগা অপ্রস্তুত ময়াম্‌ হায়বদি তুল্য=মান্ন-মান্নবা গুণ অমদি ক্রিয়া অমত্তনা তিন্নবদা তুল্যযোগিতা ওই। মসিদা প্রস্তুত প্রস্তুত অত্তুম্‌ লৈগনি ; অপ্রস্তুত অপ্রস্তুত অত্তুম্‌ লৈগনি।

(ক) মতিক্‌-মগুণ অচৌব চেম্ব,
তত্তনা মীবু সন্মান্‌ তৌব,
হোঙ্‌বনি মীদি সংসারাসদা। ( স্বঃ বা ৪।৯ )

'মতিক্‌ মগুণ অচৌব চেম্ব' অমসুং 'মীবু সন্মান তৌব' সাধারণ গুণ অনিসিবু 'হোঙ্‌বনি' ক্রিয়া অমত্তনা মরি লৈনহল্লে ; অদুনা তুল্য-যোগিতানি।

(খ) শ্রীগী মিংচৎ পীবা, রাম্না উকুৎশংদা।
রাজা গুমদা শিবা, প্রজাগীগ কপ্প।
লক্ষ্মণ শাঠা লৈবা, মনা চাম্বীরাবা।

শাগৈগী মৌ লম্শাং চৎপদা চোক্থব ॥
নশাদা তীও শোক্পা, অচ্চা-অচ্চা হায়বা।
পুম্নমক্ ঙাক্তনি নংনা তৌহল্লিবা ॥ (প্রঃ নাঃ ৩।১৭)

(গ) নোং মুই, অহিং মুই, মুই অমশ্ব লৈপাক্।
'হুদগী হেন্না মুই, তোম্বি, নকোক্কী শম্না ॥

মসিদা 'মুবা' গুণ অসিনা নোং, অহিং, লৈপাক্ অমস্নুং শম্-মরি অসিবু তিন্নহল্লে। অদুনা তুল্য-যোগিতানি।

(ঙ) থীল্লক্লে লাম্বুং য়াম্ হৌনা, ঙক্নরে স্বর্গদা
অমর, পাতালদা নাগ, নর, নরলোক্তা।
(মেঃ বঃ ৩।১১৩-১৪)

'ঙক্নরে'—ক্রিয়া অমত্তসিনা স্বর্গদা অমর, পাতালদা নাগ, নরলোক্তা নর—মরী লৈনহল্লে।

(ঙ) তাজখ্রে, রাক্ষসপতি, মেঘনাদ, সিংহ—
নাদ, সমুদ্র ঈরাওখোন্, ... ... ...
+ + + + +
অদুবু তাখিদ্রে মরোল্ ঙঙ্গম্দা কদৌঙৈ,
অস্নুক্ থীনা য়াক্প লীকুং টঙ্কারগী শব্দ।
( মেঃ বঃ ১।১৫০ ৫১, ১৫৩-৪)

মসিদা—'লীকুং টঙ্কার' প্রস্তুত (উপমেয়) অমস্নুং ব্যঞ্জনানা উপমান ওইরিব—মেঘনাদ, সিংহনাদ, অমস্নুং সমুদ্র ঈরাওখোন্—অপ্রস্তুত অদুম্সিবু 'তাজখ্রে' ক্রিয়া অমসিনা মরী লৈনহল্লে।

(চ) অঙাংব ব্লাহোং; অঙাংব কোকিল্ অঙাংব চোঙা,

অঙাংব তেন্নুরা, অঙাংব গোপীশিঙ্গী ময়ায়দা রাধাকৃষ্ণস্ন পুম্ঙাং ঙাংলে। (হোলি-ঈশৈ) মসিদা—'অঙাংব' গুণ অসিনা রাহোং, কোকিল্, চোঙা, তেন্নুরা, গোপী, অমসুং রাধাকৃষ্ণ—তরুক অসিবু তিন্নহল্লে।

## (২) দীপক।

প্রস্তুত অদুগা অপ্রস্তুত অনিবু গুণ অমত্তনা হায়বদি ক্রিয়া অমত্তনা মরী লৈহল্লবদি দীপক অলঙ্কার ওই। অদুগা কারক অমগী ক্রিয়াপদ ( verb ) ময়াম্ লৈরবস্ন দীপক অলঙ্কার ওই। মদুদি:—

(ক) যম অমসুং প্রেম অনিমক্তী
মিৎয়েং চপ্ মান্নে জীবপুন্নদা। (রবীন্দ্রনাথ)

প্রেম-প্রস্তুত; যম অপ্রস্তুত—অনিবু 'মিৎয়েং মান্নবা' গুণা তিন্নহল্লে।

(খ) শক্তী মউন্ (কজৈ, মচু কয়ানা লৈতেংব!)
থাদুনা কম্মী উখোঙ্দা করিগুম্ন কান্দা,
নুঙাইনৈ মরূপ্ ওইদুনা ছায়াগা, নুঙাইনা
জগোইরম্মী কুরঙ্গীগা করিগুম্না কান্দা,
ঈশৈ শরুম্মী তাবদা কোকিলগী কুহু।
উরী তনৌবীগা, সতি; লুহোংবিরম্মীদো
পামেন্গা; য়েন্নিং হুন্নদা, মতৈ-মনাও'নিনা,
চুপ্পম্মী মঞ্জুরীশিংবু, হরাওনা কৌদুনা
ইও-হায়না পূন্নমক্পু। খোইমু ঙংলবদা,
ইও-নিঙোন্-বর ওইনা ববিরম্মী মাবু।

করিগুম্বদা প্রভুগা কোয়রম্মী মুঙাইনা
তুরেন্ মপান্দা, উরম্মী অরূব লাইজদা
অনৌব অতিয়াগুম্না, অনৌব তারাশিং,
অনৌব চান্দ চান্দনি। করিগুম্বা কান্দা
কাহুনা চীংথক্তা সখি, কম্জরম্মী ঐনা
নাথগী চরণ নাক্তা, × × × (মেঃ বঃ ৪।১৮৬-২০১)

মসিদা 'ঐনা' কর্ত্তাগী ক্রিয়া ময়াম্নি।

(গ) উরম্মী অনৌব থম্বাল্ থম্ব ঈপাক্ ময়াম্,
তারম্মী খ্বাংজেংবশিংঙ্গী ভরং ভরং ভুংবা,
নম্লম্মী মনম্ নুংশিব থম্বাল্ শম্লবদৈ
মুংশিরব নামিবনা লিরি-লিরিবদৈ। (ভঃ কাঃ ২।১০)

মসিদা—(মহাক্না) understood ক্রিয়া—উরম্মী, তারম্মী অমসুং নম্লম্মী অহুম্নি।—অহুমা দীপক্নি।

(ঘ) মতম, নুংশিৎ, ঈশিং, য়েঙঙ্, লেপ্পা নাইদে।

—প্রস্তুত 'মতম্' অহুগা অপ্রস্তুত 'নুংশিৎ' 'ঈশিং'; 'লেপ্পা নাইদে'—ধর্ম্মনা তিন্নহল্লে।

## দীপক-তুল্যযোগিতা।

তুল্যযোগিতাদা—প্রস্তুত কয়ামরুম্ অমদি অপ্রস্তুত কয়ামরুম্ গুণ অমসুং ক্রিয়া অমনা তাইশিনৈ। মান্ন-মান্নবা তিন্নহম্বা।

দীপক্তা—প্রস্তুত+অপ্রস্তুত—গুণ অমদি ক্রিয়া অমনা তিন্নহম্বা নত্রগা কারক অমগী ক্রিয়া ময়াম্ লৈবা।

## ৩। সহোক্তি।

সহার্থক (লোইনবা খঙনবা) ৱাহৈগী মতেংনা ৱাহৈ অমনা পোৎ অনি তাক্লবদি (তিন্নহল্লবদি) সহোক্তি অলঙ্কার ওই। মসিদা অতিশয়োক্তিদা মপুং ওইগনি। (when one word signifies two things through the force of a word denoting সহ (along with), the figure is সহোক্তি provided it is based upon অতিশয়োক্তি।

অতিশয়োক্তিদা মপুং ওইবগী চমৎকারিত্ব (charm) দি মসিনি—অতিশয়োক্তিদা অভেদ অধ্যবসায় (খেন্নদব-মপুং—identification of the sequence of cause and effect—কার্য্য-কারণগী থক্-খা ওন্নবা) লৈ।

(ক) 'চৎলি অশংব-শাড়ী শুম্-শুমহুনা ঐগী প্রাণগা।'

(চণ্ডীদাস)

রাধানা স্নান মতুংদা অশংব-শাড়ী শুম্-শুমহুনা চৎলি—মহুগা লোষ্ট্রনা কৃষ্ণগী-প্রাণ নোইহৎ নোইহৎনা চৎলি। নোইহৎপা অর্থসি শুম্বদগী খঙনরে—'গা' য়াওবনা।

(খ) মমাঙৈদা নরমণি! ব্রাহ্মণ-প্রসাদ
ফংবদগী নোই-পেল্লম্মী নিংথিনা স্না-হকচাং,
হৌজিক্তদি বন্গী-উহৈ-ৱাহৈ চাবদগী,
স্না-হকচাং য়াম্না কংশিল্লে, মিংচৎকা লোইননা।

(কিঃ আঃ ১।৩৯)

মসিদা—'লোইননা' ৱাহৈ অসিনা 'স্না-হকচাং' অমসুং 'মিংচৎ' অনিমক্ কংশিল্লে-ময়েং তারে তাক্লে। অদুনা সহোক্তিনি।

## ৪। অনন্বয় অমদি অনন্বয়োপমা

পোৎ অমত্তনা উপমেয়-উপমান অনিমক্ ওইরবদি অনন্বয় (অনন্বয়োপমা) ওই। মহুদিঃ—

(ক) রাম্-রাবণ্গী লান্ রাম-রাবণগীগুম্মী।

(খ) ঈশ্বর-ঈশ্বরগী মতৌনি।
সমুদ্র সমুদ্রগী মতৌনি।

## ৫। বিনোক্তি।

নত্তনা (য়াওদনা) খণ্ডনব-শব্দগী মতেংনা করিগুম্ব বিষয় অমগী উৎকর্ষ (হেন্‌গৎপা) অমদি অপকর্ষ (হন্থবা, ময়েং তাবা) খণ্ড্নরবদি বিনোক্তি ওই। মহুদি:—

(ক) উরুবদা কুচুপাম্ব, হে রোহিণী কান্ত,
মক্লে কুচুপাম্ব অহু নহাক্ য়াওদবদা! (২।১০৫-০৬)

মসিদা নহাক্ (চন্দ্র) য়াওদবদা কুচু পাম্ব (তারাসতী) মক্লে—ময়েং তারে। অদুনা অপকর্ষ খণ্ডনব—বিনোক্তিনি।

(খ) পোন্ তেক্লগা পাইশিশ্বগুম্ নিকুঞ্জদা চেক্লা
অমোম্মা! করি তৌগনি স্বর্গ নং য়াওদনা?
(বাঃ কাঃ ২৮-২৯)

উর্ব্বশীনা পুরুরবাদা হায়বনি—নং (পুরুরবা) য়াওদনা স্বর্গ কান্নদরে—ময়েং তারে।

(গ) 'হুব্ ইশূক্-শূকৈথ খাইমক্ নহাক্ লৈতবদা।
(বী-কাঃ ৬।১৮৬)

মসি দ্রৌপদীনা অর্জ্জুনদা হায়বনি। নহাক্ [পার্থ] লৈতবদা

[য়াওদবদা] মচিন্মনাও মরিগা দ্রৌপদীগা শূক্থৈ—নুংঙাইবা ময়েং তারে। অদুনা অপকর্ষ-খণ্ডনব-বিনোক্তিনি।

## ৬। ভাবিক।

হৌখিব অমদি লাক্কদব থোথোক্ অমবু প্রত্যক্ষ [শংশংনা] উবদৌনা বর্ণন তৌববু ভাবিক অলঙ্কার কৌই। মত্থাদি:—

(ক) আশ্রমগী রাবা থন্দুনা লোয়নৈ মনাই খরদা।
কোয়াশন্বগুম্মী তেঙ্গোন্না মতিক্ মঙাল্ উবদা॥
[রঃ বঃ ১।৩৭]

মসিদা—'মনাই খরদা লোইনবা'—'তেঙ্গোন্ ময়াম্না কোয়ব নিংথৌ' মমাঙৈদা তেঙ্গোন্ ময়াম্না কোয়ত্নবা চৎপগী নিংথৌ অদু হৌজিক্ দিলীপ্না মনাই খর লোয়নহুনা চৎপগুম প্রত্যক্ষ ওইনা হায়রি। অদুনা ভাবিকনি।

(খ) + + কনানু নাংনা কিরিবা, জানক?
সাজিরে সুগ্রীব রাজা কম্নবগী নংনু।
[মেঃ বঃ ৪।৪৮২-৮৩]

থোক্কদবা ঘটনা হৌজিক প্রত্যক্ষ ওইনা হায়বা।

## ৭। তদ্গুণ।

মশাগী গুণ থাদোক্লুনা অকব-গুণ লোরবদা তদ্গুণ অলঙ্কার ওই। মত্থদি:—

(ক) নিংশিং-নিংশিংলুনা নাম নঙ্গী।
ওইখরে শ্যাম কুচু সনাগী॥ [চণ্ডীদাস]

মসিদা শ্যাম্না [কৃষ্ণ] রাধাগী নাম নিংশিংলুনা অমুব কুচু থাদোক্লুনা সনাগী কুচু [ রাধাগী কুচু ] লোরে।

## ৮। পরিবৃত্তি।

পোৎ অনি 'ওন্নববু (মান্নব, অরাৎপ, অহেন্ন) অতৈ পোৎ অমা লৌববু পরিবৃত্তি অলঙ্কার কৌই। ওন্নবসিদা ফজবা অমদি চমৎকার লৈগদবনি। নুমিৎ খুদিঙ্গী বাজাবদগী পৈশাগা পোৎকা ওন্নবদি পরিবৃত্তি কৌদে। মত্তুদি :—

(ক) শুন্মী-মানা পৃথিবীবু লাই পেন্ননবা যজ্ঞগী।
শুন্মী ইন্দ্রনা স্বর্গবু পৃথ্বীগী মহৈ-মরোঙ্গী।
মরন্মথুম্ ওন্নত্তুনা মহৈ মহৈ অনিমক্কা।
স্বর্গ-মর্ত্ত্য অনিম্কপু য়োক্পিরম্মী নিংথিজনা॥
[রবং ১।১৬]

মসিদা মান্নব-পোৎ—দিলীপ্না 'যজ্ঞ তৌবা' অত্তুগা ইন্দ্রনা 'নোংচুহন্ব'—অসি ওন্নবনি। অত্তুনা পরিবৃত্তিনি!

(খ) লৈরেদো রঘুকুলবু ঙসি নিজগুন্না
গুণমণি। + + + + [মে: বঃ ৬।৭৩৭-৩৮]

রান্না বিভীষন্দা হায়বনি। রঘুকুল্গা বিভীষণগী নিজগুণগা ওন্নবা—ব্যঞ্জনানা তাকুই।

(গ) + + নুংশিব মমল্লা নখোয়না
লৈরে রাম্ন ; + + + [মেঃ বঃ ৭।২৪২-৪৩]

রান্না য়োং তেঙ্গোন্দা হায়বা—রাম্গা য়োংশিঙ্গী নুংশিবগা ওন্নবা।

## ৯। অনুকুল।

প্রতিকুল (বিরুদ্ধ—ante) কারন্না অনুকুল (pro) ওইরবদি অনুকুল অলঙ্কার ওই।

(ক) পেল্‌হন্নবগী নহাকপু হে-পরমেশ্বর
হঙ্গৎহন্দা চচ্চরিদো সংসার অসিদা।
পেন্নিকৌবা নাইত্রবদি মতুমক্তুদম্মু,
খিংবিয়ো খিংবিরো হঙ্গৎহন্দা চৎপা হন্না।

মসিদা সংসারদা হঙ্গৎহন্দা খিংবিবা হায়বদি মুক্তি পীবা হায়বনি—অত্তুনা অনুকুল ওইররে।

## ১০। পরিণাম।

পোৎ (উপমান) অমনা অতৈ পোৎ (উপমেয়) ওইরক্ল-বদি পরিণাম অলঙ্কার ওই। মতুদিঃ—

(ক) রাহুনা নোং ওইদুনা উম্লে সূর্য্যবু।
মসিদা উপমান রাহুনা উপমেয় নোং ওইদুনা সূর্য্য উমখরে।

(খ) গৌরাঙ্গ লীন্ ওইদুনা চীক্লে ঐগী হক্‌চাংদা।
গৌরাঙ্গ—উপমান, লীন উপমেয় ওইদুনা চীক্লে।

## ১১। বিচিত্র।

অনিংব-অক্ষব মহৈ ফংনবগী মতুগী বিরুদ্ধ ( contrary ) কাজ তৌববু বিচিত্র অলঙ্কার কৌই।

(ক) অচৌব ওইনিংলবদি হান্না ওইয়ু অপিক্‌পা।

(খ) চাওখৎনবগী নোল্লকুউ হান্না।
নুঙাইনবগী নঙাঙ্ অরাবা।
প্রাণ কন্নবগী কথোকুউ থরাই।
সম্মান্‌গীদমক্ নংখো ইকাইবা॥

## ১২। পর্যায়োক্ত।

বাক্য মওংনা অর্থ অমত্তা খওনরবদি পর্যায়োক্ত অলঙ্কার ওই। মতুদি ঃ—

(ক) রানা গর্ভদগী পোক্লকৃপব অমুক্
থম্‌খিগেরা নুংশিবগী গর্ভদা ?

(খ) পুম্নমক্ মাঙনরি মায়াময় সংসারদা।
নহাক্কী যৌবন'ত্থত লৈগন্দ্রা লেঙদনা
পুন্সিচুপ্প মফম্'মদা ?—

## ১৩। পর্যায়।

পোৎ অমত্তনা (ক) মতম্ অমত্তদা অমদগী হেন্ব মফমদা লৈবা, (খ) তোঙান্-তোঙান্ব মতম্‌দা অয়াম্ব মফম্‌দা মথং মথং লৈবা, অতুগা (গ) তোঙান্-তোঙান্ব পোৎনা তোঙান্-তোঙান্ব মতম্‌দা মফম্ অমত্তদা লৈরবদি পর্যায় অলঙ্কার ওই। মতুদি ঃ—

(ক) + + + +
—নম্‌তুনা ফারকৃপ মমোম্ব
কন্‌খিদে ঐগাক্লা মহাকৃপু। (ক)
মচাশিঙ্গ্রে, তানা—খঙনা নুংশিবিরি হান্নাদোনা।
নিংথৌমক্কী মপান্ননি বৎসরাজ্য ফংবা ঐনা (খ)
[স্বঃ বাঃ ৬।৮]

মসিদা—মচানুপী—অহান্বদা—মপাম্‌দা, অতুদগী ঐগীদা মমৈদা—লাইরৈবাক্তা—পোৎ অমত্তনা মতম্ অমম্লং মফম্ তোঙান্-তোঙান্বদা লৈরে। অতুনা পর্যায় (খ) নি।

(খ) উগনি ঐবু মনাক্তা মানা অরাব তাবদা
য়েক্রব-নিংথৌ কোনুংদা কৈশুম্‌শং জঙ্গল্‌যম্‌গীদা।
ভম্লে কম্বা নিংথৌহবু লৌনম্‌হনা অমুক্ হন্না
উগনি ঐবু মনাক্তা রাজ্য ফংলব স্বামীনা॥

[ প্রঃ য়ৌঃ ১।১৪ ]

মসিদা—ঐনা (যৌগন্ধরায়ণ মন্ত্রিনা) তোঙান্ তোঙান্ব মতম্ অমস্তুং মফমদা মবুঙোগী মনাক্তা লৈবনি।

## ১৪। সমাধি।

অতৈ কারণ অমগী মতেংনা অনিংব থবক লায়না পাঙ-থোক্লবদি সমাধি অলঙ্কার ওই। মতুদি :—

(ক) ঈরুনিংবগা থোং তেক্‌পগা মান্নরে।
—থোং তেক্‌পদা ঈরুজবা লায়না পাঙ্‌থোক্‌খরে।

## ১৫। সমুচ্চয়।

কারণ অমত্তনা থবক পাঙ্‌থোক্‌পা য়ানা য়ানা কারণ অমদগী তেন্না হায়ববু সমুচ্চয় অলঙ্কার কৌই। মতুদি :—

(ক) রাজপত্নী য়াম্লংস্তু পৃথিবীপতি দিলীপ্না।
লৈবদগী বাজলক্ষ্মী প্রুক্‌চেল্ চাওবী সুদক্ষিনা,
মশামক্‌পু খজ্ঞরম্মী ভার্য্যা লৈব মীনি হায়না॥

[ রঃ বঃ ১।৩২ ]

মসিদা—ভার্য্যা লৈবগী মরু ওইব কারণদি সুদক্ষিণানি। মহাক্ নত্তনা রাজলক্ষ্মী অমস্তুং পৃথিবী—কারণ অনি অসিস্তু তাক্লি—অদুনা সমুচ্চয় অলঙ্কার ওইরে।

## ১৬। সামান্য।

মাগুব গুন্না প্রস্তুতকা অপ্রস্তুতকা খেন্নদনা বর্ণনা তৌববু সামান্য অলঙ্কার কৌই। হায়বদি গুণ সাদৃশ্য ওইবদগী প্রস্তুত অপ্রস্তুত ভেদ লৈতনা উৎলি। মহুতদা সামান্য অলঙ্কার ওই। মহুদি :—

(ক) অমুব ঈশিংদা অমুব-দেহ খঙ্নদরেদো,
শোক্লুবদা হেক্ জাতি মাঙ্খবেদো।

মসিদা প্রস্তুত (উপমেয়) অমুব-দেহ (কৃষ্ণ) অপ্রস্তুত (উপমান) অমুব ঈশিং (যমুনাগী) খেংদনা তিন্নখরে।

## ১৭। অন্যোন্য।

পোং অনি অমগামগা ক্রিয়া অমগী কারণ ওইরবদি অন্যোন্য অলঙ্কার ওই। পোং অনিহু অমনা-অমগী কারণ ওইরবসু অন্যোন্য অলঙ্কার ওই। মহুদি :—

(ক) সনাখুত্তা সনাগী খুজি
কনানা কনাগী লৈতেংনো?

(খ) অতিংদা থাগী ফজবা, থাজদা অহিঙ্গী।
রাজাদা প্রজাগী নুংাইবা, প্রজাদা রাজাগী॥

## ১৮। ব্যাঘাত।

থবক পাঙ্থোকপ উপায় অহুমক্না থবক অহুম্কপু অরেম্বদা তাহল্লবদি ব্যাঘাত অলঙ্কার ওই। মহুদি :—

(ক) শিবগী মিৎয়েংনা কাম চাক্হন্খিবদগী
মিৎয়েংনা মাবু হিংহন্দুনা শিব জয় তৌব
নূপীশিংহুদা মতিক্ চায় স্তুতি তৌব।

—মিৎয়েংনা কাম্বু চাক্খি; নূপীশিংনা মিৎয়েংনা মাবু অমুক্ হিংহল্লি।

## ১৯। পরিসংখ্যা।

অহংবা অমসুং মদুগী পাউখুম্ পীবদা অতৈ সম্ভাব্য (possible) পাউখুম্ খিংবা নত্রগা অরাই-অখুম্ তৌনবা করিম্ব লৈতে অদুগা সম্ভাব্য পোৎ অনিগী মরক্তা অমবু লৌশিম্বা অতৈবুনা থাদোক্লবদি পরিসংখ্যা অলঙ্কার ওই। মদুদি :—

(ক) য়েন্থোক্লবনী লম্ভাম্বা সত্যগীত রাভাঙ্‌শম্বা।
মিংচৎকীদমক্ ওল্লিংবা মচাগীদমক্ য়ুম্বাম্বা॥ (রঃবং ১।৭)

মসিদা—'য়েন্থোক্লবগী'—রাহৈনা 'লন্-ভোগ তৌবা থিংলে; 'সত্যগীত'-না মপু ওইবা অমদি মকোক্ ওইবা থিংলে, 'মিংচৎকীদমক্'-না জয় ওইরগা অর্থ ফংবা থিংলে; 'মচাগীদমক্'-না কামভোগ থিংলে; অদুনা পরিসংখ্যা অলঙ্কারনি।

(খ) প্রজারক্ষাগী দণ্ড পী দণ্ড ফংকম্ থোক্পমীদা।
মচাগীদমক্ লুহোঙ্ভিও ধৰ্ম্ম কায়দে অর্থ-কামদা॥
(রঃ বং ১।১৫)

মসিদা—'প্রজারক্ষাগী'না অর্থ ফংবা থিংলে; অদুগা 'মচাগীদমক্'-না কামভোগ থিংলে।

(গ) [illegible] [illegible] [illegible] ভাবা নাইদ্রা নত্তে।
[illegible] [illegible] [illegible] [illegible] তৌবা খুজিনা নত্তে।

[illegible] ভাবা—[illegible] অহুগা—দান তৌপা—থাদোকপা।

## ২০। রশনোপমা।

উপমেয়না উপমান [illegible] মথং ওইরবদি রশনোপমা অলঙ্কার ওই। মহুদি :—

(ক) মূর্ত্তি চানবা [illegible] মৈ বুদ্ধি চানবা শাস্ত্র থডিঙ।
শাস্ত্রনা [illegible] থো [illegible] থৌ হৌব চানা পাঙ্খোক্ই।

[বঃ বং ১।১৫]

| উপমেয় | উপমান |
|---|---|
| [illegible] | মূর্ত্তি |
| শাস্ত্র [illegible] | বুদ্ধি |
| [illegible] | শাস্ত্র খডবা |
| থৌ-[illegible] | থৌহৌবা। |

(খ) মৈগুম্ উই অশাঙব অঙাংব মিৎ মাগী।
মিৎ অহু[illegible] [illegible] ঙাল্লি থাংমৈ মুম্লিদা।

| উপমেয় | উপমান |
|---|---|
| অঙাংবমিৎ | মৈ |
| থাংমৈ | অঙাংবমিৎ। |

## ২১। উপমেয়োপমা।

অহাণ্ব বাক্যগী উপমান-উপমেয়না মথঙ্গী বাক্যদা ওন্-তৈননা

(হায়বদি উপমেয় উপমান) ওইরবদি উপমেয়োপমা ওই।

মথুদি :—

(ক) নঙ্গী ঈশৈ, প্রভু; বজ্রগুম্মি।
ব্রজ নহাক্কী ঈশৈ মতোনি।

| উপমেয় | উপমান |
|---|---|
| ঈশৈ | ব্রজ—অহাম্ব বাক্য। |
| ব্রজ | ঈশৈ—অনিশুব বাক্য। |

## ২২। উদাত্ত।

মীথোই-মীচেয় সম্পাত্তিগী বর্ণনা অমসুং মহৎকী চরিতকী মরমদা চমৎকার বর্ণনাবু উদাত্ত অলঙ্কার কৌই। মাহুদি :—

(ক) লেশ্রীশিংঙ্গী শগোল্দোলাই ব্রক্ ব্রক্ ইন্নরব,
মাগী সভা মাণ্ডপকী শুমাং অত পুম্‌চোৎ
চোৎলি, সপ্তপর্ণ লৈনম্বা মচুম্‌তনা
শামুশঙ্গী, রাজাশিংনা খুদোল্ পীবিরকপ
[কিঃ আঃ ১।১৬]

মসিদা—দুর্যোধন মহারাজগী সম্পত্তি-ময়ামগী বর্ণনা তৌরি। অদুনা উদাত্ত অলঙ্কারনি।

## ২৩। উত্তর।

পাউখুম্ পীবগী কায়দাদগী রাহঙ্গী আন্দাজ লাক্‌পা মতাংদা উত্তর অলঙ্কার ওই। মথুদি :—

করম্বা লৈগনি শ্যাম, ঐহাক্কী ইয়ুম্‌দা।

চৎখরে ইপুরোইবসু যমুনা মপান্দা ॥
নুপী ইথন্তা লৈরিদো ইকু-মিৎ তাডিঙ, না পডিঙ,
রারৌবিনু, লেংবিরো অতৈদা।
—পাউথুম্ অসিদা করি রাহংনো হায়বতু খঙ্লে।

## ২৪। পরিকর।

করিগুম্ব অমা বর্ণন তৌবদা উদ্দেশ্য (object) অমা য়াওনা বিশেষণ হায়বতু পরিকর অলঙ্কার কৌই। (উক্তির্বিশেষণৈঃ সাভিপ্রায়ৈঃ পরিকরঃ স্মৃতঃ—সাঃদঃ) মতুদি :—

য়ৈব-পেম্ব-লৈরিক্-হুম্বা, শাল্মনম্নম্ব নুংশিৎনা
সেবা তৌরম্মী অনিবু বম্ময়াম্ তপ্পা হুমুত্না ॥
[রবঃ ১।৩৮]

মসিদা—'য়ৈব-পেম্ব' বিশেষণগী উদ্দেশ্য—অঙ্গংবা
'তপ্পা হুম্ব' " " —অতপ্পা
'শাল্মনম্নম্ব' " " —মনমনুংশিবা

নুংশিৎকী বিশেষণ মখৈ উদ্দেশ্য উৎলি। অতুনা পরিকর অলঙ্কারনি।

মন্তব্য :—পীরিব খুদম্ অসিদা কবিনা মনুংহন্না থিব-লক্ষণ য়াওনা বর্ণন তৌরি। অতুনা স্বভাবোক্তিসু য়াওরে। অতুনা স্বভাবোক্তিগা সঙ্কর ওইরে।

## ২৫। যথা সংখ্য।

হান্না হায়খিব বিষয়গা মতুংদা হায়ব বিষয়গা মথং-মনাও নাইনা বিশেষণ অমদি করিগুম্ব মওংনা মরি থম্নবদি যথা সংখ্য অলঙ্কার ওই। মতুদি :—

(ক) নংনি ইন্দ্র, নংনি-চন্দ্র, নংনি বায়ু, নংনি সূর্য্য, নংনি অগ্নি অমসুং নংনি যম। হে ইংরাজ, রেলওয়ে, তোপ্ নঙ্গী বজ্র, ইন্‌কম্ টেক্স নঙ্গী কলঙ্ক (লাইসেন্সিং) রেলওয়ে নঙ্গী শাদোং, সমুদ্র নঙ্গী রাজ্য, নঙ্গী মহাত্মা ঐখোয়গী অজ্ঞানগী অমম্বা কোক্‌থাল্ল; পোৎ পূমমক নঙ্গী চিঙ্খাক্লি, ঐখোয়গী প্রাণ-নাশনী পাওয়ার লৈ; বিশেস ওইনা অফিসারশিঙ্গী, হে ইংরাজ ঐনা নহাক্‌পু প্রণাম্‌ত্তরি। ( বঙ্কিমচন্দ্র )

(খ) বনশিঙ্গা ঈপাক্কনা মমিৎ-মাম্ব খোঊম্ব—
তোংব লৈরাংশিংনা 'তুগা থম্বালশিংনা মহৈ-
মচৈগী কজবা য়েংলিমাল্লে কপ্পা-লুনা। (ভট্টি—২।৫)

মসিদা—'য়েংলিমাল্লে' উৎপ্রেক্ষা অসিনা বন অমসুং ঈপাক অনিগী বিশেষণ অমসুং ক্রিয়া মায়কৈ—তুল্যযোগিতা অমগা 'খোঊম্ব তোংব-মমিৎ-মাম্ব'—বিশেষণনা কারণগী মহৈ বনগা মতুঙ্গী বিষয়—ঈপাক্কা মরি লৈরে; অদুনা যথা সংখ্যা নি। অহুম্‌সিনা তিম্ব সঙ্করনি। করিনা, বন অমসুং ঈপাক—অনীং ওইনা লোরে।

## ২৬। পরাবৃত্তি ( Chiasmus )

অমুক্ হন্না হায়বদা পদশিঙ্গী মখং মনাও লোতৈত্তেনরবদি পরাবৃত্তি অলঙ্কার ওই। মতুদি ঃ—

(ক) নঙ্গী ঈশৈ বজ্রনি।
বজ্র নঙ্গী ঈশৈনি।

(খ) কজবদি অচুম্বনি।
অচুম্বদি কজবনি।

## ২৭। অনুমান।

অদৈত্তে অলঙ্কার অমগা তিন্নবদগী চমৎকার ওইনা কারন্দগী কার্য্য-জ্ঞান ওইরবদি অনুমান অলঙ্কার ওই। মতাদঃ—

কমুংসু কুথদে মায়থকি কুশন্দে
থারম্বগা মাম্না লৈ।
অত্তোৈব কোক্কী মোন্ কোক্তেব হিদাক্সা
মোৎহন্দনা কায়দনা লৈ।
অনাইশ পোত্থাকম্ ওইনব নিংথিব
থুমদে'সিদা করিমতা।
নারিক্তে মরুন্দা কমুংবু কংবদা
থাদোক্লিংদে হেক্ মথন্তা॥ (খঃ বাঃ ৫।৪)

মসিদা—কবিনা 'অনাব মীনা কমুংদা চিপ্রংদি মথো কুপ শিল্পা য়েংহনা বর্ণনা তৌরি। অহুনা স্বভাবোক্তিনি; অদুগা 'কমুং কুথদব নচিংবা-কারন্দগী' মী চিঙ্গমৃদমাগে হায়বসি থকুলে। অদুনা অনুমান অলঙ্কারনি।

## ২৮। ব্যাজোক্তি।

অরোম্ব বিষয় অমা থভনরবসু ওইদব অমা চায়জিন্দুনা মহু লোৎপা মতাংদা ব্যাজোক্তি অলঙ্কারনি।

ভৌমোক্ ভোব শরৎথাঙুম্ নুংশিৎনা হুম্ব ভামিনি।
কাশ লৈরাঙ্গী লৈরিক্তা ইপি শিন্থব মায়নিদো॥
( স্বঃ বাঃ ৪।৭ )

মসিদা—রাজানা বাসবদত্তাগীদমক্ নুঙ্কাইতহুনা মমিত্তা মপি তাবহু পদ্মাবতীদা ওইদবা অমা 'নুংশিৎনা হুম্থনা কাশ-লৈরিক্

চঙ্‌বনা পি ত্তাবনি।' হায়কুনা অয়োন্ন রা অহু লোৎলি। অহুনা ব্যাজোক্তিনি। মসিদা কাব্যলিঙ্গস্থ য়াওরি। কাশ লৈরিক্‌পু পি তাবগী মরম ওইনা লোরে। Verse অসি ভামহগী কাব্যালঙ্কার সূত্রবৃত্তিদা ব্যাজোক্তিগী খুদম্ ওইনা quote (উল্লেখ) তৌই।

Dandin quotes instance of লেশালঙ্কার (কাব্যাদর্শ II, 267)

"আনন্দাশ্রু প্রবৃত্তং মে কথং কন্যকাম্।
অক্ষিমে পুষ্পরজসা বাতোদ্ধূতেন দূষিতম্।"

## সঙ্কর অমসুং সংসৃষ্টি।

তিল (থোইদিং) অমসুং তণ্ডুল (চেং) য়াম্ভিন্নরবস্থ তোঙান্ তোঙান্ খন্দোকপা য়ায়। ক্ষীর (যঙ্গোম্) নীর (ঈশিং) য়াম্ভিন্নরবদি তোঙান্না খাইদোকপা য়াদে। মওং অনিসিবু ন্যায় শাস্ত্রদা মথংশিংনা 'তিল-তণ্ডুল-ন্যায়' অমসুং 'ক্ষীর-নীর ন্যায়' কৌনৈ।

অলঙ্কার অয়াম্বদা য়াম্ভিন্নবা থেংনৈ।—য়াম্ভিন্নবা অসি 'তিল-তণ্ডুল ন্যায়' নত্রগা 'ক্ষীরনীর-ন্যায়' মতু ইন্না ওই। অহান্ন মওংদা তিন্নববু সংসৃষ্টি অমসুং অনিশুব মওংবু সঙ্কর কৌই।

**সংসৃষ্টি**—অলঙ্কার অমদগী হেন্না য়ান্নরবস্থ তোঙান্-তোঙান্ খাইদোক্তনা স্বাধীন ওইনা উৎপা য়ায়।

(ক) মিত্তাকবী মনাইশিংনা থোগল্লি চামর,
হাইহুম্‌হুনা খম্মৌ-পান্মোম্ চন্দ্রমুখী হরাও

হুরাওনা। × × × (মে: বং ১।৪৮-৫০)

—মিক্তাফবী-মনাইশিংনা—অনুপ্রাস—ম—ম,
হাই-লম্‌তুনা — " —হ—হ,
হরাও-হরাওনা — "—হরাও—হরাও।

—থম্বো পাম্বোম্, চন্দ্রমুখী—উপমা। শব্দ অলঙ্কার অমুম্ অমুগা অর্থালঙ্কার—অনি—অমুনা সংসৃষ্টিনি। অলঙ্কারশিং অমগামগা স্বাধীন্নি।

(খ) মতম্-মতুং-ইন্না লুহোংবদা অমুক্ হন্না।
উন্না-হাৎপ থম্বাল্‌গুম্ লাবানক্কী খাম্বীনা।
× × × × (স্বঃ বাঃ ৫।১)

অহাংবি পাদেদা:—ম—ম, ত—ত, হ—হ, ন্না—ন্না—অনুপ্রাস।
অনিশুবা পাদেদা—খ—খ অনুপ্রাস ; না—না অন্ত্যানুপ্রাস।
অমসুং উন্না-হাৎপ-থম্বাল্‌গুম্—উপমা ; অমুনা সংসৃষ্টি।

সঙ্কর—অলঙ্কারশিং খাঙ্গদোক্পা-য়াদনা তিন্নবনি, ক্ষীর-নীর-ন্যায়গুম্না। মতুদি :—

(ক) × × × ×
মশা চাক্‌পিশ্বিব ধর্ম্মচেন্নী-মতিক্‌চাবী।
অবন্তিরাজ কুমারীবু নিংশিংলক্লে ঐনা। (স্বঃ বাঃ ৫।১)

'অবন্তিরাজ কুমারীবু নিংশিংলক্লে'—মসিদা 'নিংশিংবা—কারণ য়াওদনা' ওইরক্লে। অমুনা অনুক্তনিমিত্ত বিভাবনা নি। অমুগা অমরোম্‌দা—'মশা চাক্‌পিশ্বিব' হায়ব—কারণ অসিগী নিংশিং-লোইদব-কার্য্য ( effect ) ওইগদৌবনি, হায়বদি মাওঙ্গ্রবনিনা

নিংশিংকম্ খোক্লেং অদুবু নিংশিংলকই ; অদুনা বিশেষোক্তিনি। অদুনা বিভাবনাগা বিশেষোক্তিগা সঙ্করনি। অদুগা অনুপ্রাস — ম—ম—ম, চ চ চ, ব—ব—ব। অদুনা সঙ্করগা তিলব-সংসৃষ্টিসু ওইরে।

(খ) শব্দার্থগুম্ন পক্‌শিল্লবা শব্দার্থ মনা শঙ্করবা।
খুম্নমৈ হর-গৌরীদা জগৎ-পূষে মমা-মপা।
(রঃ বং ১।১)

মসিদা অনুপ্রাস, উপমা অমসুং কাব্যলিঙ্গ—অহুম্গী সঙ্কর ওইরে। —উপমেয়—গৌরী, হর—উপমান মখং শিংনবা শব্দ, অর্থ।

হর-গৌরী—শব্দার্থনি। হর—গৌরী—কান্না হর—গৌরীগী মশক্ শব্দার্থ (ঐক্য) ওইরে। অদুনা কাব্যলিঙ্গনি।

অনুপ্রাস—শব্দার্থ—শব্দার্থ, ন—ন—ন, ব—ব। র—র—র, জ—জ, গ—গ, ম—ম—ম, প—প।

(গ) সনা-লঙ্কাগী খল্লাল-নুমিৎ তাখি অস্তাচলদা।
(মেঃ বঃ ৬।৬৬৯)

মসিদা লঙ্কাগী খল্লাল—রূপক, লঙ্কামক্ খল্লাম্নি। নুমিৎ তাবদা খল্লান্ খুউথে, অদুগুম্না মেঘনাদ শিবদা লঙ্কা রাবনা ফুল্লংনরে। মসিদা নুমিৎ অপ্রস্তুত (উপমান) মেঘনাদ প্রস্তুত (উপমেয়), অদু ওইরবদি—অপ্রস্তুত প্রসংসারা? অদুগা নুমিৎ উপমানা মেঘনাদ উপমেয়বু উম্‌শিন্‌খ্রে; অদু ওইরবদি অতিশয়োক্তিরা? অদুনা সঙ্কর অলঙ্কারনি।

## মণিপুরীদা শিজিন্নরবা অথোইব ইংরাজী অলঙ্কার খরগী খুদম।

১। ASYNDETON—তাইশিন্নব অব্যয় (conjunction) য়াওদবা।

(ক) × × সীতা-হুব-রাবন্না উরম্মী,
মহুদা সন্ত্রীরি রথ, রথী, শগোল্-শামু,
খোংমী ময়াম্। × × (মেঃ বঃ ১।২২২-২৪)

(খ) × × লম্‌হুই সঙ্গু, হূই সঙ্গু, লাংজাশিং,
পিশাচশিং কয়া কয়া কোয়রি ইনিন্নিন্না।
(মেঃ বং ১।২৪৪-৪৫)

(গ) × × নীরুক্কে লঙ্কা মিপাইনা ; নীরুক্কে
শামু-তোংব শামুথক্কা ; রথীনা রথদা,
শগোল্তোংব শগোল্থক্কা, সিংহাসন্দা রাজা ;
ইমুংদা মৌশিংনা, নীক্কে মহুম্দা উচেক্‌শিং ;
গিরিগুহাদা নোংশানা ; বন্দা বন্‌গী শামু।
( মেঃ বঃ ৩।১৭০-৭৪)

## ২। SIMILE

জাৎ তোঙাম্ব পোৎ অনি মান্নবা শেংনা তাক্পা। মসিদা গুম্না, দৌনা, মতৌগুম্—নচিংব রাহৈ য়াওই। মহুদিঃ—

(ক) উখোংনা য়ুম্ পুবদৌনা পণ্ডিত নেহরুনা কোঙ্গ্রেশ পুরম্মী। (খ) মহাক্ নোংশামুক্ কল্লি।

(গ) × × সনা নৈরাং পরেং
ভাল্লিহুদা ; কজাগ্রেদা, পীত-ধড়া গুম্মী। (মেঃ বঃ ২।১৩০)

## ৩। METAPHOR

তোঙাম্ব পোৎ অনি মাম্নৈ হায়না কল্পনানা লৌবা অদুগা মায়ব-রাহৈ য়াওনা শেংনা তাক্কবা।—মতৌদি :—

(ক) পণ্ডিত নেহরু কোঙ্গেশকী উখোংনি। (খ) নংদি পাঙ্গন্দা নোংশানি। (গ) 'ছুদৈ কঙ্গনি নাথবু, বল্লী-মণি মানি। (বীঃ কাঃ ৬'৮১) (ঘ) মেদিনী গৃহগী য়মা—দ্রুপনন্দিনী। (বীঃ কাঃ ৭।৩৭)

## ৪। OXYMORON

বিরুদ্ধ ভাব (contrary idea) অনি মহৈ (effect) হেন্-গৎনবগী থত্রাংননা থমৃহুনা বাক্যদা শিজিন্নবা।

(ক) বিষয়গী মখাপোন্দবা বিদ্যা পুম্নমক্ হৈরবা।
ধর্ম্ম চেল্লব দিল্লীপ্নি হন্নুদনা হন্নুরবা। (রঃবং ১।২৩)

(খ) আইন্ য়াওদব আইন্ চৎকরোক্ই।

## ৫। ANTITHESIS

কন্‌শিন্নবগীদমক্ (for Emphasis) ভাব অমনা অতৈ ভাব অমগী বিরুদ্ধদা শিজিন্নবা। অঙৌব অমুবগী মনাক্তা থম্নবদি হেন্না ঙৌরকই। অহিং অমম্বনা বিজুলী মঙান্ হেল্‌হল্লি। খুদম্ঃ—

(ক) মরাম্ পুঙ্গিল্লগা চাওখৎপা খাইদোক্লগা লৈখাতাবা।

## ৬। EPIGRAM

রাঙাংদা বিরুদ্ধ মান্না উৎপদা ওহাক্কং পাখৎহন্দুনা মম্নুংদা কুম্নিব মরু ওইব অর্থদা পুরিং চঙ্হন্বা—

(ক) য়েরুবদি ঐখোয়গী।
তেংবাংবনি ঐখোয়গী॥

(খ) মী-পল্লব পৃথ্বী অসি, হাইরে, হাই ঙসিদি,
ইচীক্ চীক্লে জনাদদি। (বীঃ কাঃ ১১।১১০-১১)

৭। CLIMAX (অনুলোম)

ৱাহৈ নত্রগা ৱাখল্—মথং মথং অস্তম্ হেন্‌গৎলক্কনা পুক্নিংদা পাম্বা ময়েক লাহম্বা।

তাজখে, রাক্ষস্পতি, মেঘনাদ, সিংহনাদ,
সমুদ্র ঈরাওখোন্, ... ... ... (মেঃবঃ১।১৫০-৫১)

মসিদা মখোন্-মেঘনাদ-দগী সিংহনাদ অমুদগী সমুদ্র-ঈরাও-খোন্না হেন্না উৎলি।

৮। ANTI-CLIMAX (বিলোম)

মসিদা ৱাহৈ নত্রগা ৱাখল মথং মথং হন্থরকপা climax গা ওন্নতৈনবা। মহুদিঃ—

হৌখিব আন্দোলনদা শিখে নুপী-মিনাই।
করি হায়গনি শরাক্ হৈরব-হৌদোং ফাওবা॥

৯। METONYMY.

পোৎ অমগী মমিং মরি লৈনব অতৈ পোৎ অমগী মমিংনা মহুৎ-শিন্বা ঃ—

১। অশাবনা মাগী পোৎকী, অমুগা মকম্না অখোক্‌প পোৎকী।

(ক) ঐদি বঙ্কিমগা মাইকেলগা তম্বনা পাই।

২। খুৎলাই নত্রগা ইন্দ্রিয়না মপুগী—

(ক) থাঙদগী কলয়া কম্বা হেল্লি।

(খ) মহাক্কী মরৈ নাল্লি।

(৩) খুদম অমদি চিহ্ননা অতাকৃপ পোৎকী—

(ক) চহি তরামন্নিগী মতুংদা রাম্না সিংহাসন্দা কাখি।

৪। আধারনা (হাপ্ফম্-container) হাপ্লিব-পোৎকী (the contained)

(ক) × × × রাঙা চরণ'দু
কংনিংলিবনি বিশ্বনা, × × (মেঃ বঃ ২।৪১-৪২)

(খ) হন্দক্ ফুটবলদা মণিপুরনা নাওগাওবু থোইরে।

(গ) —তুম্নদরে লঙ্কা ঙসি অহিং অথেং ক্বাওবা—
[মেঃ বঃ ৪।৩৩৩-৪]

## ১০। HYPALLAGE OR TRANSFERED EPITHET.

বিশেষণ অমবু মাগা চপ্ চানব-রাহৈদগী মাগা মরি লৈনব অতৈ রাহৈ অমগী বিশেষণ ওইনা বাক্যদা শিজিন্নবদা অলঙ্কার [Figure] অসি ওই। মহুদি :—

(ক) × × × থুনা ঙাল্লগনি
নঙ্গী অরাব-অহিংসে। × [মেঃ বঃ ৪।৬৫৩-৫৪]

(খ) পোত্থারন্নুসি অরাব লমৃশাং লোইদৌরে।

## ১১। PERSONIFICATION.

থরাই-পান্দবা পোৎ অমম্বুং Abstract ভাবপু থরাই-পাম্বা

অমসুং জ্ঞান লৈবদৌনা হায়নবনু Personification কৌই।

(ক) × × × × বিশ্রাম্ পীনবী
নিদ্রাদেবী মোংলদরে; নাথ, সনানাক্তা।

[মেঃ বঃ ৫।১৩-১৪]

(খ) × × × × তুম্নদরে লঙ্কা
ঙসি অহিং অথেং কাওবা, মেঙলি নিদ্রাদেবী
থোঙ্ খুদিংদা × × [মেঃবঃ ৪।৩৩-৩৫]

(গ) লেঙশিল্লক্নে নিশাদেবী, নুঙাইব-লৈকোন্দা। [মেঃ বঃ৩।৭]

(ঘ) বিধুবু অমূক্ উবদা-তারাগা লোয়ননা
নোক্লক্নে সনা লঙ্কানা। অক্সব ঈশিংদা
চঙ্ত্রনা, কৌমুদিনীনা অমূক্ ঈরুজরে
লূপা-হকচাং; কুমুদিনী নোক্লক্নে হরাওনা।

[মেঃ বঃ ২।২৩-১৬]

মসিদা—সনা লঙ্কা, কৌমুদিনী (থাবল), কুমুদিনী (থরো) নোক্লক্নে, ঈরুজরে, হায়বদি মী অমগুম্না লোরে।

## ১২। APOSTROPHE.

শিগ্রব, নত্রগা ইমাংদা লৈতব মীবু নত্রগা পোৎ নত্রগা রাখল অমবু মীওইনা লৌহনা খঙ্হৌদনা অমদি তুলনা তৌ-বোইনা শম্না কৌবনু Apostrophe অলঙ্কার কৌই। মথুদি:—

(ক) তারো নহাক্ বজ্রগুম্না তম্াথব কোক্থক্তা,
হে লঙ্ক্য। × × × [বোঃ কাঃ ৬ ১১৩-১৪)

(খ) হা দয়া ; করিগী, ইমা ! পাপ সংসারদা
মীগী থমোইদা নহাক্লা নৈবিরম্রিবনো !

[বীঃ কাঃ ৭।৫৮-৫৯]

(গ) × × কদায়, বারে নুংশিব মনোক্তো
চিম্বান্ অথুম্বদা নিত্তি ভাল্লম্ব, নুমিৎকী
মভান্-মপৈগুম্বা নঙ্গী তয়াল্-চিম্বান্ ভাম্ব
হা থম্বাল্ ও ! × × × [মেঃ বঃ ৯।২৭৮-৮১]

(ঘ) ঐনা ইবসি হুম্‌হনা, হা নু শিৎ নিংথৌও,
সনা চরন্দা থাদরু । × × × [বীঃকাঃ ১।৬৯-৬৯]

## ১৩। HYPERBOLE OR EXAGGERATION.

হেক্লিন্না হায়হনা বাক্য অমা emphasise তৌবা—

(ক) ঐ রাবনা শিরে ।

(খ) য়েংখি য়েংখিবদা নংবুত্তা উরে,
ইবেম্মা ! বিশ্বপূম্ব শিন্‌খরে ।

## ১৪। IRONY [ বক্রাঘাত ]

হায়বনা অমা অথনা ওন্নতৈনবা—হায়বদি ওন্নতৈনবা থাগৎপ-রাহৈ হায়হনা কল্লা অমুক্ হেন্না য়াক্না থোক্‌হল্লি । মহুদিঃ—

চণ্ডালগী পদধূলি ব্রাহ্মণগী লাইহক্কো ? [বীঃকাঃ ১১ ৯৬]

জনাকা মপুরোইব নীলধ্বজদা হায়বনি—ব্রাহ্মণ হায়হুনা থাগচিন্নরগা 'চণ্ডালগী পদধূলি' না নিন্দা উৎলে । মসি Irony নি । বক্তাগী পুভাইতবহু চংশংনা উত্তুনা শ্রোতাগী থমোইদা পাল্লহল্লে ।

## ১৫। CHIASMUS

রাহৈ নত্রগা বাক্যাংশ ওন্নতৈননা হন্না হায়বা বাক্য অমদা

(ক) নঙ্গী ঈশৈ বজ্রনি।
বজ্র নঙ্গী ঈশৈনি।

(খ) ফজবা অচুম্বনি, অচুম্বা ফজবনি।

## ১৬। ALLUSION

(ক) "রক্তবীজবু হাৎলগা হৌজিক্, বিধুমুখি,
লাক্লবোইনা কৈলাসদা? য়াথংবিরবাদ,
তুপে'ত্তুদি থুয়া-খাদা; পুন্সি চুপ্পা ঐদি
ননাইনি, চামুণ্ডে!" × × × [মেঃ বঃ ৩৫২৪-২৭]

প্রমীলাগী লান্গী ফীজেং উবদা ইন্দ্রজিৎনা কুম্মৈ তৌহনা হাতা অসি হায়বনি। শুম্ভনিশুম্ভ-সেনাপতি রক্তবীজবু চামুণ্ডানা হাৎখি-হায়বা পুরাণগী রারী মতাংহ্র অসিদা তাক্লি।

(খ) বৈরী গুম্ব মহারথী পার্থ লাক্কুনা; যজ্ঞগী
শগোল্ লোয়নত্থুনা নারী দেশদা চঙ্বদা,
দেবদত্ত মোইবুং খোন্দা শাউত্থুনা, হরাওনা
সাজিগুম্বা বীরাঙ্গনা লান্-কুম্মৈ তৌনবা;
টহূন্ কারে মাইগৈ মরি দুন্দুভি ধ্বনিনা;
নূপী তেঙ্গোলু বীর-মৎনা ঙাওত্থুনা থোরক্লে।
[মে বঃ ৩৮৬-৯০]

যজ্ঞগী শগোল্ ফাত্থুনা অর্জুনগা লান্ তৌনবা নারী দেশগী প্রমীলানা লান্গী সাজ তৌবগী প্রসঙ্গহ্র উৎলি।

## ১৭। SARCASM (পরীবাদ)

মসিদা থাগৎ-রাহৈনা নিন্দা তৌদনা হায়নিংব রান্থ অঙকুপ-মঙং অমদা হায়, মন্থনা করেম্নবা, তুক্কচবা অমদি নিন্দা তৌবা শেংনা উৎলি। ওন্ন-তৈননা হায়ত্থনা য়াম্না তাথিনা চৈবা রাঙাংনি। মহুদি ঃ—

(ক) নয়াম্বগী মতু-তারা তারাগুম্বী শঙ্কা ;
মা-থাত্থনা করিগীনে৷ রথী সঙ্গু-রক্তা
'সিদা নং, কিষ্কিন্ধ্যানাথ ? থাদোক্লে, চচ্চরো
স্বদেশদা ! থোক্‌হন্‌গেরা মহাক্কী হম্না'মুক্
বিধবাদশা, অপচব ? মনাও-নিপা অতৈ
কনা লৈরি ? + + + ( মেঃ বঃ ৭।৬৮৩ ৮৮)

## ১৮। EUPHEMISM—মঞ্জুভাষণ

অকম্ব (অয়াকুপ) রাবু মেঙনা-থোৎনা হায়বা।

(ক) বীরটীকেন্দ্র শগাইথক্তা স্বর্গতি কংখি।

(খ) খল্লম্বনি, মেঘনাদ, উইশিন্‌গে খম্বদা
ইমিৎ অনিসে ঐহাক্লা নঙ্গী নমাঙথানা ;
(মেঃবঃ ৯।৩৭৮–৭৯)

মসি—ঐহাক্লা (রাবন্না) ইন্দ্রজিৎ শিবদা হায়বনি। মিৎ উইশিম্বা হায়বদি শিবা।

(গ) খল্লম্বনি, হিংচাশিঙ্গী রাজ সিংহাসন্দা
পেল্‌হন্‌গে ইমিৎসে, পারি, য়েংত্থনা নহাকপু,
ওটদা হিংচা-শিঙ্গী লক্ষ্মী হিংচা রাণী ওইনা
ইমোবু ! বৃথারে আশা ! নৌবাম্নিবু ঙসি
কাল-য়াহিপ্তা উবদা, নহাম্মুকু মহৈনা। [[redacted]
কাল-য়াহিপ্তা হায়বদি শিবা। [redacted]]

## ১৯। PLEONASM OR REDUNDANCY.

কঙ্খিন্নবগী (for Emphasis) অর্থ মান্নবা-ৱাহৈ কান্নদনা শিজিন্নবনি। মহুদি :—(ক) মহাক্ শিখৱে কত্তব মীশিদা। (খ) করিগীনো, তুরুচব মীৎয়েং য়েংবিরিবা ঐঙোন্দা ?

## ২০। HYPERBATON OR INVERSION.

Emphasis ওইনবগী ব্যাকরণগী ৱাহৈ মথক্-মখা ওন্না হায়বনি। মহুদিঃ—লুপা-সনা লৈজদে ঐগী করিস্নু।

## ২১। LITOTE

য়াদবা (negative) খঙনব-ৱাহৈ অতৈ ৱাহৈগী মমাঙদা শিজিন্নহুনা অয়াবা (affirmative) কঙ্খিন্না হায়বা। মহুদি :—

(ক) মাবু বুদ্ধি লৈতবোই খন্‌গনু।

(খ) পুক্লিং চপ্নুংবগী মকম্‌দা অসম্ভব করিস্নু লৈতে।

## ১২। PERIPHRASIS [Circumlocution]

অপাননা [directly] হায়দনা কোইনা [round-about or indirect way] করিগুম্ব খর হায়ববু Periphrasis কৌই। মহুদি :—

(ক) মতম্ অহুদা অমুক্তং তুম্খিব মীহুদি, অমুক্ হোগত্তরে।

সমাপ্ত।

ওঁ তৎ সৎ।

ওঁ শ্রীকৃষ্ণার্পণমস্তু।

ওঁ শান্তিঃ ! শান্তিঃ !! শান্তিঃ !!!

মহাও-মহাও-গ্রহ-খা খৃষ্টাব্দগী।

তেন্-তারিক্-নিংথৌকাবা-মিৎ-লুমিৎ থাগী॥

---

# সূচীপত্র